# তোৈরেঙ্গোন নম্বুব

সম্পাদক
শ্রীওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ



মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমী,
ইম্ফাল।

# তোরৈরোল লম্বুবা

সম্পাদক

শ্রীওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ



শফোঙবা

মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমী,

ইম্ফাল।

# TORElROL LAMBUBA

*( A book written in old Manipuri Script giving descriptions of villages situated on various river banks of Manipur edited and translated by O. Bhogeshwar Singh, 1984 )*

অহানবা থূৎনম আগষ্ট ১৯৮৪ ইং

কোপী মশীং ১০০০



মমল লুপা ৪৫-০০



নম্ফম—আর, বি, প্রিন্টিং হাউস,
নাগা মপাল, ইম্ফাল।

# রাহৌদোক

"তোরৈরোল লম্বুবা" মৈতে জাতিগী অরিবা লাইরিক মখল মথেল কয়াগী মরক্তা লম-লমগী মমিং থোনখিবগী লম্মিৎলোন তাকপা লাইবিকশিং লৈরিবা পূন্নমক্কী মনুংদা থোইদোক্লা শীংথানবদা তোরৈরোল লম্বুবা অসিসু মতিক চাবা লাইরিক্কী মখলনি। তৌইগুম্বসুং মৈতে লৈবাক্তা লৈরিবা উমং লাইশিংগী হৌরকফম থিবদা অয়াম্বনা অরাবা ওইনরি। অদুবু লাইরিক অসিগী অহানবমক্তদা ৱাংবরেল খানা চাউবা কৌবা ইবুংঙো অসিবু পোকপা মমা মপাবু শক্তাকপগা লোয়নবা ৱারীনা শৈহৌবা মরম্না "ৱাংবরেল" কনাগী মচানো হায়বদু তাকই। লোয়ননা লাইরিক অসিদা পীরিবা লম্মিং-তুম্মিংকী ৱারোলশিং অসি য়েংবদা থায়নঙৈদদি মমিং-মথা লৈরম্বা অদুগা হৌজিক্লা মমিং লৈখিদ্রবা কনানসু খঙনদ্রবা লমগী মমিংশিং য়াম্না থেংনৈ।

মৈতে লৈবাক অসিগী মনূংদা লৈবা তুরেলশিং অসি মতম কয়াগী মমাঙদদি হৌজিক লৈরিবা তুরেলগী তুখুল অসিগী মওং অসিদা লৈরম্বা নত্তে। মতমগী মতুংইন্না তূথেক কয়া অমদি ইবোঙ কয়াগী মফমশিংদু হোংগ্রবা ঙাক্তনি। লাইরিক অসিদা পীরিবা মফমশিং অসি তুরেলশিং অদুগী তোরৈশিং অমদি হিদেলশিং অদুগা মরী লৈননা করম্বা মীওইনা করম্বা থুঙ্গংনা থুন্দারম্বা অমদি কনাগী হিদেল ওইরম্বনো হায়বদু মতম অদুগী ওইখিবা থোকখিবা থোদোক্কী মওং য়েংলগা থোল্লম্বা মিংথোল ঙাক্তনা মপূং ওইদুনা ইরম্বা লাইরিক্নি।

লাইরিক অসি অহানবমক্তদা ৱাংবরেল খানা চাউবা লাইগী মতিক অমদি হৌরকফম তাক্লগা খৃংগী ৩শুবা শতাব্দীদা মৈতে লৈবাক্তা পানখিবা মৈদিংঙু তাউথিংমাং অমদি ময়াম্বুং য়োইমোংবা

অনীনা তুরেল মরিল তেংথোক্লম্বগী ৱারীগা শাগোম্ননা তোরৈ খুদিংদা অহানবা খুন্দারকপশিংগী থোদোক থোরমগা মরী লৈনবা অতুগী মখিং লৌতুনা থোক্লকখি। তৌববুদি মসিগী মমাঙদা থোকখিবশিংগী ৱারী ইবা নুমিৎ কাপ্পা, পোইরৈতোন খুম্ফোক অমদি কোম্ফোজম লাইরেম্বী নোঙ্গারোল, অতুগা চোথে থাংৱাই পাখংবা অমস্তং নুংবাল পোনবী লুৱাউবগী লাইরিকশিংদসু লম-লমগী মখিং থোক্লম্নসি য়াম্না থেংনৈ। অতুবু তোরৈ তুথুপকী অমদি হিদেল তারম্বগী মিংথোলশিংদি তোরৈ-রোল অসিদদা থেংনগনি। অসুম্না থেংনবিবা থোক্লক্লিবা লমগী মমিংশিং অসি খৃঃগী শতাব্দী ৩গী মতমদগী হৌরকপনা মৈদিংঙু চরাইরোংবগী মতম খৃঃ ১৬৯৭ তগী ১৭০৯ ফাওবদা পানখিবা ইনিংথৌ অসিগী হাক্তক ফাওবগী মতমগী মনুংদা থোকখিবা ৱারোল-শিং অতু পন্দুনা তোক্বান অমদি হিদেল কয়াগী মমিংতু মৈতৈ ইপা ইপুশিংনা ঐখোয়গী লমগী মশক খংনবা অমদি মমিং-মথা খঙননবা ইতুনা থম্বিবম্বা লাইরিক্কি। খুদম ওইনা ১নবা অমদি অরোইবগী ৱাবোল পঙ্গে :—

( i ) "ঙাংঙোই য়োইমোংবনা॥ চীংঙু নোংথৌ সরারেন্দা॥ মচল মেন্নু লৈতববু॥ মেন্নু লৈএ চিলহাঙৈদা॥ মোংবা খুয়োনথরে॥ অতুনোংগীবু মোংবা খুয়োনথোং॥ মচল মেন্নু থোং-ও তৌনা কৌএ॥ থোংলেন য়াইখু য়াইনে॥" লাঃ ১২৬

( ii ) "খানলৈ মথলমাদি নিংথৌরেল সেনবী তেখাউঙম্বা॥ খোইমোম লাইমিংনবা॥ তুক্বি চরাইরোংবা পুংলেন মথুৎফা॥ অয়াং লমতনপুং॥ হুয়েল লাননিগীদি লৌ-তৈ খুনঙমপুং॥ পুংমায়রেং ফানা পুংনে॥" লাঃ ১২৫

অসুম্না তোরৈ হিদেলতা নত্তনা লান ঙম্লকপদা পুং থোক্লম্বগী ৱাফমসু থেংনরি।

( iii ) "লয়রায় মুংবীমাদি ॥ লাংচা লৌপূ,ফৈ-ও কৌবদি ॥ কমপোং মুবাবীগা ॥ থাংঙা হুহনবীগা ॥ খানলৈ মলৌরেনগী লাং-চাইএ ॥ লাংচা-ও কৌএ ॥"

অস্লমা ইরিবা অরিবা ৱাহৈ-ৱাতাশিং অসি হৌজিক্কী নাহা-রোলশিংগী অকুপ্পা মিৎয়েংদা যেংলগা মৈতৈ সাহিত্যগী লোন্দা-প্পদাশিংনা মতম-মতমগী পাল্লম্বা নিংথৌশিংগী হান্তক্তা চৎনবিবা লোন্দাশিং অদু খঙনবা থিবদা অমদি লমগী লম্মিৎলোন খঙবিনিংঙব-শিংদা থরদং মতেং ওইগদ্রা খল্লি ॥ মরম অদুনা নোনা বিসাচ তৌরক্লিবা নহারোলশিংগী মফমদা তোরৈবোল লম্বুবসি নাম্থোকচবনি।

লাইরিক অসি ষ্টেট কলা একাডেমিগী অথোরিটিনা পাঙদ্রব ঐভোন্দা সম্পাদন তৌহনর্বিবসিমক নাহারোলশিংগা খুৎ শম্নহন্নিংবগী ৱাখলনি হায়না লৌজবগা লোয়ননা সম্পাদন তৌজবসি ইবাইবক ফবনি। অদুম ওইনমক ঐনদি পাঙজদবা মবন্না কবিগুম্বদা অরান-অহুই থরদি ময়াওবম্বা য়াই। পূম্নমক অসি ঙাকপিহৈবা অপাবশিং অমদি বিসাচরশিংনা ঙাকপি-কনবিনবগীদমক ইকোক নোঞ্জে।

অবোইবদা ঐনা থম্মোয য়াওনা থাগচ্চনিংলিবদি হৌখিবা ইং ১৯৭২ দা অদ্রোদা লৈবা ফাঞ্জোবম পাঞ্জিগী মচা গোপালনা অৱিবা টাবুম্নুংদগী শগোক্নুনা "তোরৈবোল লম্বুবা" অসি পীবিরকখিবনি। অৱিবা লাইরিক অসি পীবিরক্নুনা লৈবদি কুইরবনি অদুবু ঐনা শোনবদগী মাঙজোনবা লৈবাক্তা কথোকপা ঙমদনুনা লৈরববু হন্দক্তা মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমিনা লৌশিনবিদুনা ফোঙবিবা অসিগীদমক একাডেমিগী অথোরিটিবু অমদি লাইরিক পীবিরকপা ভদ্রলোকপু হন্না হন্না থাগচ্চরি।

সম্পাদক —

**শ্রী ও, ভোগেশ্বর সিংহ**

# ৱাহৈ খরদং

মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনা হৌখিবা চহি ১০ মুক অসিগী মনূংদা মণিপুরগী তোঙান-তোঙানবা সংস্কৃতিগী হীরম কয়াগা ম'ঙ্গ লৈননা পায়খৎচরক্লিবা থৌরম কয়াসিগী মনূংদা লাইরিক ফোঙবগী থৌরম অসিস্তু য়াম্না মরু ওইনা লৌখচ্চরক্লি। হৌজিক ফাওবদা একাদমী অসিনা তোঙান-তোঙানবা হীরমশিংদা লাইরিক ১৪-মুক পুথোকচখ্রে। মসিগী মনূংদা থায়নগী অরিবা খূৎইদা ইরম্বা মমল নাইত্রবা লাইরিক কয়ামুক য়াওরি। মথোয়শিং অসি একাদমীনা ফোঙদোক্লুনা পুথোকচবগী মরুওইবা মরমদি থায়নগী মমল য়াম্লবা লাইরিকশিং অসি মীয়ামদা মশক খঙহঞ্জতুনা মণিপুরগী অরিবা সংস্কৃতিগী মশক অমা ফাওহন্নবা হোৎনজবনি।

পান্দম অসিগী মথাদা হন্দক অমুক একাদমীনা "তোরৈরোল লম্বুবা" হায়বা লাইরিক অসি অরিবা মৈতৈ ময়েক্কুগী অনৌবা মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লুনা পুথোকচরি। লাইরিক অসিদা মরুওইনা নৈনরিবদি মণিপুরগী তুরেলশিংগী মপান্দা তারম্বা খুলশিংগী মরম-দনি হায়বসি সম্পাদক্না মহাক্কী ৱাহৌদোক্তস্থু ময়েক শেংনা পনবিখ্রে অতুগা লাইরিক অসিবু অনৌবা লোন্দা হন্দোকপা অমদি মসিগী মনূংগী অশোয়-অঙাম পূন্নমক কূপ্না য়েংশিনবিবগী পোৎলূম থূদিংমক শ্রীওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ পণ্ডিতনা লৌবিখিতুনা লাইরিক অসি মীয়ামগী মাঙদা পুথোকচবা ঙমজবনি। মসিগীদমক্তা একাদমীনা শ্রীওইনাম ভোগেশ্বর সিংহগী মফমদা শিংবা ঙন্নরোইদৌবা লমন তোনশিঞ্জরবনি। লাইরিক অসিবু মীয়াম্না কূপ্না নৈনবিতুনা থায়নগী মণিপুরগী অরিবা সাহিত্যগী মহাও অতু ফংবা ঙম্মীরবদি, একাদমীনা মসিবু ফোঙজবগী মহৈ য়াল্লে খঞ্জগনি।

সেক্রেটরি

সেপ্টেম্বর ১, ১৯৮৪ ইং।

মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমী

ইম্ফাল।

# তোরৈরোল লম্বুবা

— — ০— —

হয়াহে তে লিক্লাইও ॥ ইপুংথৌ নোংথৌরেল পুমা পা-ও ॥ [1]লোললেম ইরাক্মানা ॥ খোইয়ম লাইকী রা অচেৎপা ॥ মোংপা তোরয় য়ামপাপু ॥ হিথেল চংলৈ পুতিং ॥ তোরয় নমসাংমাপু [2]সেন্তানা তেংথানক্কে ॥

হয়া হে ॥ খোইয়ম লাইয়িংথৌ ॥ রাংপরেল থানা চাউপা ॥ মমা রাংহুলৈমা ॥ খোংচোমফাপীচাকা চীংঙ্, কৌপরেল অহন্পা ॥ তুরেল লুথাইপা ॥ লাইচা য়িথাইপাকা ॥ খোইয়ম অনীমানা য়িংঙা কুমচেল্লম ॥ য়িংঙেল কুমথাইলম ॥ নোংমোইমু অহোংপী তুসাকোন [3]ভাংভোই য়োইমোংপা তুতংকোনপু তেংথারক্কে ॥

হয়িংকী ভাংভোই য়োইনোংপা ॥ য়োইচিংলেন তমহৈপা ॥ [4]লমপাকলোন কোয়পা ॥ লমপাকলোন কোয়পা ॥ সারোং পুংমায়পা চিন্কন্থ হৈপা ॥ [5]লৈকাই খুন তিন লানতিন তাউথংপানা ॥ মোংপা তুদংসে হায়নখিএ ॥

ভাংভোই য়োইমোংপা য়োইচিংলেন তমহৈপানা ॥ সানৌ য়োইহৈতোন তাউথংমাংও ॥ নংতি অরাং ফানলৌ লাইমাকোল ॥ [6]লিন্রাই থারংপোক ॥ কাকলেন সিনাম্সংকোন্ ॥ ঔরী সমৈথাং ॥ মৌরা

১। ইরোল ইরি তনা ভাওবা হৈজিন্রবা ঐনা। ২। চিথহন্দনা। ৩। মৈদিংঙু ভাউথিংমাং খৃঃপী কুম ২৩৪ দগী ৩৩৪ ফাওবা পানখিবা নিংথৌগী মমাবা। ৪। তম্পাকী শরকতা কোয়বা। ৫। লৈকাই খুনগী মীথিংগা সিম-তোৎনবা হৈবনা। ৬। টম্বিন তুরেলগী হৌরকফম মায়কৈ।

পোংথোক্লম্ ॥ লমলেন কোনপিরা।। হঙোই কোনথিং মুরাপীনা ৱাইকোইলম্ ।। তাঙচা লিলা পাখংপা ৱাইচংলম ॥ [১]লিনৱাই য়িমরুতা থৌনা-ও ॥ [২]নূংপী খনথায় য়ামতে ॥ [৩]লীরেন কংসি নীকতে ॥ [৪]সীংপী থরোন য়ামতপানে ॥ [৫]লাইচা য়িনূং হকতে ॥ মেনাং তনপা ॥ খুয়ৌ ঙামচৌ হুনতপানে ॥ উচিনা তেকতেক পান ॥ য়েনখুরৈ ৱানসাপা ॥ ৱাংকন অকনপাতি সংলৌ নূংকনতে ॥ য়েলাং খূংখাঙতে ॥ তাংকোং চয়সৌতে ॥ নোইন্নু থুমকা লৈপানে ॥ [৬]নূংপী য়াসৌ নাইতাপা লমপু ॥ [৭]সানৌ নঙ পৌনাও।। নসাপী ঐতি ॥ অৱাং লমলোই কৌপা ॥ চীংপল পলৱাইরু ॥ লোয়য়মপা লমথোন-পাল ॥ চূমলাং খোবলোইপোকতি ॥ নূংপী খনথাই-য়াম ॥ লীবেন কংসি নীকএ ॥ সীংপী থারোন য়ামএ ॥ লাইচা যিনূং হকএ ॥ মেনাং তনপা খুয়ৌ ঙামচৌ হুলএ ॥ তেকপি ওকলুকোনতা পানবা য়েন ॥ কৌপা য়েনথরাম ॥ থরাম নাপাকপীতি সংলৌ মুংকলএ ॥ য়েলাং খূংখাঙএ ॥ তাংকোং চয়সৌএ ॥ নোইন্নু থুমকা লৈতে ॥ নূংপী য়াসৌ য়ামপালম ॥ নসাপী ঐ থৌনাকে ॥ হায়না মরৌ লৌনা হৈনা কোয়নখিএ ॥ [৮]সাবেন কাংকম য়াতা চীকনা থৌনাখিএ ॥ মোংপা মচল মমোম থিংক্রাইপীনা ॥ খুমলোং নাকথং-লোননা ॥ ৱাংলৈ য়ুসিনচাখিয়ে ॥ য়েনপি য়েনচাউ খোংচা লানপিচাপু ॥ খোংচি নারেং হুংনা ॥ লৱাই হাফুরোল হাতাংসাংনা হীরী ৱোইখিএ ॥ হৌওকখূনা লীকসিএ ॥ খোংপাল তৌওকখূনা থানওইনৈএ ॥

---

১। ঈৱিল তুবেল মরুয়োমদগী তুতেংলকও। ২। নূংবী নূংজাউ য়াম্না লৈতে। ৩। লী পাম্বী য়াম্না হৌদবনে। ৪। সীং অচৌবা ওইবা মাবা উজাউ য়াম্না হৌদবনি। ৫। ঈশিংমু পঙজু লুবা নত্তে। ৬। মচিল তুবা খুগাদা ম্নোংপিনা যূবদৌনা যগদৌবা নূংচেংমু য়াম্না লৈতবা লমনি। ৭। ইনাও নঙনা তেংলকও। ৮। মপাঙ্গল কম্হি থোক্লবা ম্নোইমোংবনা ময়া চীক্না পাম্বোম তিংনা চংখিএ।

থৌনিঙখূনা খোংনিং চঙএ ॥ থৌঙাম্নুনা খোংতোন লংএ । কাংক্রুকনা উৱাউএ ॥ উথুমনা পূঙতোয়এ ॥ থারুকনা অসৈএ ॥ থুমনাউ অপককা মসীংস্থ ॥ য়েননাউ অপককা পূমনা হুপনা য়াহোরকয়ে ॥ পোনপী সঙাই লাপানা ॥ মকোক লুরোই সীংতুম থেৎনা ॥ সিনাই মাইকা সকয়ে ॥ উরোক লমপুরানা চৈরৈ ফিতুং খাউবোননানা ॥ চামলৌ লাখাং সীংখাঙচাখিএ ॥ থৌচেন লানকাইচাখিয়ে ॥ লৱাই হাও-য়াম মোইচেংলা মোইমাই কাঙনা ॥ মথা মোইতোপ ফিঙাং কিসি-নানা ॥ ফিপায় লোনপাইনাখিয়ে ॥ ঙাংঙোই য়োইমোংপাতি ॥ [1] তুরেল থুনিং থুয়াথেক ॥ [2]হুমচি হুময়ালোংপাপু ॥ মোংপা তুতেংথরকএ ॥

হাওরৈ খানা পাংপারমকী ॥ সরেং সমসাপীচা ॥ ঙারেন কোক-পাকপী ॥ ঙাখা খাবংপীচা ॥ ঙামাই মুংয়েংপীচা ॥ ঙাচিং চিংলোই নাই ॥ লেমলৈ মসীংস্নুনা লমতনখৎলকপাপু ॥ পোনপী ৱাসোই-পোননা ॥ চিনকোয় পাউরান ঙমনা সাবেং ৱোনতেখিএ ॥ ঙারেন হুলৱাইখিরে ॥ [3]ঙাংঙোই যোইমোংপানা ॥ পোনপী ৱাসোই পোন নঙতি ॥ [4]করিকী চিনকোয় পাউরাললাপানো ॥ হায়না মথোঙ মসা থেকনা ॥ ৱারক থৌপাউ তমখিএ ॥ ঙাংঙোই য়োইমোংপাতি ॥ সোয়লৌ খমলোকা ॥ লূথুম লাংথাকনা ॥ মূনম খোইসোনকা তম-থরকয়ে ॥ য়োইচিংলেন তমহৈপাতি ॥ নেমপী সীংনাংনা তাউথখিয়ে ॥ পাকনা চাউনা য়িনথখিয়ে ॥ লাইরেন [5]থারৈ মফাউথখিয়ে ॥ লেমলৈ মহুনথরকএ ॥ ঙাঙোই য়োইমোংপাতি ॥ হাওয়াম য়িমনাক চামমা তাপাতা ৱাইথুংলুরে ॥ লোইপী হাওয়াম মরৈমাপী ॥ হাওসি

---

১। থুনিঙথেক ওইনা থেক্লা খোয়না লৈবা তোরয়শিং। ২। পাকনা চাউনা লৈবা পিক্লা থেক্লা লৈবা তোরয়শিং। ৩। তাউথিংমাং নিংথৌগী ময়াম। ৪। করিগী অরানবা ওইদবা ৱা ঙাঙলরিবনো। ৫। ফৌগাকচাউদগী ভগন্থ ফাওবগী লমদা চথখিয়ে।

পনথোংখৈপী খোইতোম মুখ্রাপী ॥ থৌরৈ [1]য়োংমিংনপী ॥ [2]তেথনৌ তোনথাংমুনা পাউহংঙময়ে ॥ হাওরৈ লাইনা পাংপালমতাকী ॥ [3]লয়মূ মচীলহল ॥ [4]লয়হৌ মপান ফোয়পা ॥ [5]চৌংলেন মৈতোই-সম ॥ সারেন তাংকম য়াতা চীকনা থৌনারকপা ॥ নঙপ্ত কনানো পাউহংখিয়ে ॥ মোংপা মচিন-মনাওনা ঐনে ॥ ঙাংঙোই য়োইমোংপা ॥ য়োইচিংলেন তমহৈপা ॥ মোংপা তুঙেংপানে পাউথুমখিয়ে ॥ তৌয়ি-কীতি মোংপা নচিন-ননাওতি ॥ করি লোইপ্ত হাইকে লাকপানো ॥ অয়িম হাওয়াম খিমনাক চামমা তাপাতি ॥ [6]সুমায় মুংনাংতে ॥ [7]কংলৈ য়াথোকতে ॥ [8]য়িতা খুনপোইতে ॥ [9]লৈকাই থামপী মৈরৌ-ফাতে ॥ [10]মোমনু সূনা হাউতে কাঙফাতে ॥ লংচাক য়োইরম হুননা ॥ [11]নানপা তেমচিল লোনফাতে ॥ কাকলেন মীঙমপা নমু পোংচেন-পানা লানতারিএ ॥ থুমনাউতুকুমপাপ্ত চঙনা-বাই ॥ য়েননাউ তমনা পূমনা চেলএ ॥ মোংপা নচিল-ননাওপূ [12]হাইখিরাকানে হায়খিএ ॥

ঙাংঙোই য়োইমোংপানা ॥ হাওসি পনথোং খৈপী ও ॥ লোইপী চীংকাকলেন ॥ কাকলেন মীঙমপাতি কতায়রম লানতারিপানো পাউহংখিএ ॥ হোয়তা ঙাংঙোই য়োইমোংপাবো ॥ নমু পোংচেনপাতি থোংনাং কৌপা চীংমুংহুৎতা ॥ লানতারিয়ে হায়না পাউথুমখিএ॥ ঙাংঙোই য়োইমোংপানা ॥ সানৌ য়োইহৈতোন ও ॥ ফানা-হৈপূ সেমসে ॥ প্তননা-হৈপ্ত তৌসে হায়খিএ ॥ উনিং তাংমাকক ॥ লাইবা মচিল মেননা ॥ মোমনু সূনা থাংতিনলং ॥ কানতা কানতা কিসি-লাং॥ মোংপা য়িনকোই লাংপূ ॥ ইনুং সোয়য়াইময়তা ল্যাংসেমএ ॥

---

১। য়োংকী মমিং লৌনা মিংথোনবী। ২। য়োং। ৩। লৈবাক অবুবা তোঙ্গনা। ৪। লৈবাক অঙৌববুম্ব তোথোক্তনা। ৫। কৈনা লৈবা চীংবু শম্নগা। ৬। তমাঙ ফাওবা থোক্লদ্রে। ৭। মপাল-ইপাল থোক্লদ্রে। ৮। লৈকাই ইতায়োইশিংগীদকাওবা চথোক্লদ্রে। ৯।লৈকাইদগী মৈ লৌনদ্রে। ১০। ফি শানবা শূনা কাঙনদ্রে। ১১। অনানবা তেম লোয়দ্রে। ১২। হাৎপিয়গনি।

ঙাংঙোই য়োইমোংপাতি ॥ য়িনুং সোয়য়াইমাতা ॥ মোংপা চংলয় ফানসাং য়িন্না ॥ হুয়েল লানথেমথিএ ॥ কাকলেন মীঙম্পানা ॥ ঙাংঙোই য়োইমোংপাপু ॥ [1]থুমনাউকুম চঙনা বাই ॥ [2]য়েননাউ তমনা পূমনা চেনখিরে ॥ মসানৌ য়োইহৈতোন তাউখিংমাং ॥ [3]তাঙচা লম-কমপা ॥ [4]খোয়মা লাংলেপপা ॥ মোংপা [5]য়িনকোয় লাংলৈ হৈপানা ॥ লৈমরকনা লৈফুল লৌরে ॥ মসানৌনা চেন্না চেননা তাননারে ॥ চেনসিও কৌএ ॥ পানা-পানা য়িননাখিরে ॥ পারেন-ও খোননা ॥ পোনপী মমায় মূনা তারে ॥ মুমায়তাও কৌএ ॥ পোনপী মথিক কাংলপাপু ॥ হাওয়াম অসিপা চামমাস্থং ॥ লোইপী অচঙপা চামমাস্থং হিংলকএ ॥ অতু-নোংকিপু লমলেন হাওয়াম-হিং-ও খোননৈএ ॥ কাকলেন মকোক ককথেকলে ॥ ককলোও কৌএ ॥ কাকলেন মসা পাংমানা ॥ লাইচা য়িপু থিংখংলে ॥ য়িথিং-ও খোননৈএ ॥ ঙাংঙোই য়োইমোংপানা সানৌ য়োইহৈতোন-ও ॥ নঙনা ফায়এস্থং হায়ফুনো ॥ ঐনা ফায়এস্থং হায়কুম্নসে ॥ লাপা সাকল তুফাং লিংতরিএ ॥ পোংচিন তু হৌতরিএ ॥ সানৌ য়িপিংঙা ॥ বায়রা সেংচানাপাপু থুম্ নৌসৌনাসে হায়খিএ ॥ হাওয়াম য়িমনাক চামমা তাপাতা ॥ অতোম-অমেৎলোই ॥ হুইচুপ খোঙকনলোই ॥ পোংলিং খোংলিংলোই ॥ লয়তৌ য়োং নাফানথাঙ ॥ নাখন থন ॥ ফিপুল লংপুল লোই ॥ সমচেং সময়ালোই ॥ ফুংকাপাল মৈসালাং ॥ খোঙয়োম তাংয়োমলোইপু লোইচননয়কএ ॥

ঙাংঙোই য়োইমোংপাতি ॥ হাওয়াম য়িমনাক চামমা তাপা লোইপু লোইচননয়কএ ॥ [6]মমাইপা থিংকোন মোরীমাই ॥.

১। য়েন মচা হিংনা চেনবা। ২। য়েনমচাবু চেনবঙয়া পূমনা চেনখি। ৩। মথুদা ছুমিন্না লৈবা লিনঙয়া। ৪। নাপী মরক্তা লোত্তুনা লৈবা। ৫। ঈলঙয়া কোয়না লাং থাকপদা হৈবা। ৬। নোংদা লাইয়েল পাথংবী

সনথোংব্রাকপু মাইনা॥ [১]হুইমু মনুং-লো॥ [২]য়েনমু মনুং লো॥ [৩]মেনাং তনপা মনাক-মেৎ॥ [৪]সতু মানতে লয়না ফোয়॥ [৫]ব্রায়রা সাচুকসা॥ [৬]হুয়েল লানচুক সাপু সাপিখিয়ে॥ চিনফু মায়তাবা॥ থিকসেং থাসেংকা॥ চূপসা মোইফেনকা তমনরকএ॥ মল্লমপী হাও-মুখূ হাওনুহল॥ লাইতোংহল লাইতোংখুনা॥ য়েনয়োম খোমহানকা॥ সিংপাক মায়তৈকা॥ চাতুম চাঙানকা॥ য়ুহি চাহিস্নং॥ মেরা মেনতোংস্নং॥ হোঙনেৎ চাউনেৎকা তমনরকএ॥ ঙাংঙোই য়োইমোং-পানা॥ কাকয়েন মীঙমপাপু অহোঙ তানফংনৈএ॥ কংলৈ পুং ফানৈএ॥ অতুনোংকিপু মোংপা লোইকেনপা॥ কাকলেন লানতাপা॥ সোপোন **খোংকনপালমও** তৌনা কৌএ হায়তাপরা॥ হে লিক-লাই-ও॥ লোইরেন য়িব্রাকমানা॥ হয়া লাউনা তেংথারককে॥ নয়োন মৈতৈলৈমা [৭]নোংপাললোন নোংমাইমু অহোঙপী তুসা-কোন॥ ঙাংঙোই য়োইমোংপা তুতেংলম॥ মোংপা লোইকেনপা॥ কাকলেন লানতারম॥ সোপোন খোঙকনপারমকী॥ [৮]চৎলম ফানসাং য়িননা॥ হিথেল চংলৈ খূত্তিংপু তেংথারককে॥

মোংপা মতাইমাতি॥ লাইচা য়িরং য়িয়াচাউয়িকা থাকা-থা॥ চকপা অংকো-য়ি॥ চোয়নৌ সনা পোকপা য়িতি য়ায়কা-চল॥ থোংনাং ক্বা য়াচু য়িতি থকবা থোন॥ পোইরৈ মৈতৈ য়ি॥ তুরেল মোংপা-য়ি॥ চীংপন চারা য়ি॥ লোকচা মংচা-য়ি॥ সারোন মং-লোন-য়িনা॥ স্বপনা নমনা চেনপা মরমখৈ॥ লাইচা য়িথোঙ

মতমদগী হৌনা মাইবা ওইরক্লবা। ১। হূঙ্গী মহাও (মকন) লৌরক্লনা। ২। য়েনগী মহাও (মকন) লৌরক্লনা। ৩। হামেঙগী মথৌরী মেত্তনা। ৪। শদু-লাংনচিংবা নাগী শীংবৌশিং ফোয়রক্লনা। ৫। শাগী মরমদা চুকশা মোইথেম তৌক্লনা। ৬। ল'নগী চুকশা মোইথেমলক্লনা। ৭। অঙোম য়েক ওইবগী ইমুংগী নিংঙোল। ৮। থায়নঙৈদগী চৎনরক্লবা অহুগী মভুং ইন্না।

মরিমাপু ॥ থোংনাং মানতাউরিপা ॥ [1]ফৈপাক তামুল লংকুম সুংচিননাপা মরমথৈকীপু ॥ হয়া লাউথংলককে ॥

মোংপা মতাইমাতি ॥ মোংপা হুৎতি হুৎতনা হুৎয়ে ॥ চীংমাহুৎতি হুৎস্লং হুৎতে ॥ মোংপা হুৎতি হুৎতনা হুৎয়ে ॥ চীংমাহুৎতি হুৎতরাইকী ॥ থারোয় উপেং মসেন ॥ ত্তিংসিং নাউসং মাসেন ॥ নারোন সীংলোন্নানা পাললিরাই ॥ য়োংমু য়োংসেন মাসেন ॥ লেংতিননানা পাললিরাই ॥ [2]পামেল মাসেল লেংতিননানা ॥ [3]তলা মাসেল নারোন্নানা ॥ [4]লীরেন কংসি নীকনা ॥ পানপারাইতাকীপু ভেংথারক্কে ॥

খোইয়ম লাইয়িংথৌ ॥ মোংপা চীংমাহুৎপু তানা খনপা ॥ অংথা নিংথৌ নূংসঙপানা তাননা খলএ ॥ তোরৈয় নমসাংমাতি য়িযাথিকী ॥ কংলংথিকী ॥ কাউস্যুম কাউরা মাসেন ॥ [5]হানা পানা পৈনরাইনে ॥ নাবা খূংপী পোংথোকরাই ॥ নারা হনপী পোংথারাইনে ॥ খোইয়ম লাইয়িংথৌ ॥ লমচা সীংতোং লাংতোংপাচা ॥ মীকপ লাকতাপা ॥ মীখূচেংতানা তাপা ॥ লাংচেং চারা মীকুংথেৎপু ॥ চেনপা তাননা লৈরাইপানা লমকনরাইনে ॥ লাইচা য়িরাংমাতা ॥ পাহং তাঙচা সমপোকতাপা ॥ সমলাং চোইকেনতাপানা পালএ ॥ লাইচা য়িরাংমাতা হুরা তাঙচা সমপোকতাপী ॥ সমলাং চোইকেনতাপীনা [6]ওঙলিরাইনে ॥ তাঙচা মসেন কিসিনানা ॥ সমলাং মসেল ভুবোননানা পালএ ॥ হিথেল চংলৈমাতি হাওতা চানা ॥ মতা

১। ফৈবাক্তা থাংজিঙ তাবা লংথৃরা মরৈ মবৈ তাক্লুনা চেনবা ঊশিংগী উংচল। ২। উপাল ভাক্তনা কুক কুক ঊরনা। ৩। উপালশিংগী উপা অমদি মনাশিংনা ইরোল-লোনশিন্নরক্লুনা কুংনা হোরবা। ৪। লী পাম্বীশিংনম্ম কুংনা হোবা মরম্না অকংবা লীশাং করাম্ম লৈরবা। ৫। ম্যান্না থানা ভুরেলগী মরাক থুংনা চেম্ম্বকপদগী পৈশিন্দুনা লৈরবা মফমনি। ৬। লৈবা মফম্ম।

চানা॥ য়িনুং সোয়য়াইমাতা॥ সৌংচেপ মৈরা য়াতা চীকনা॥ নুংপী থনখাই থকতা॥ লীরী খেনচোং চিংনা॥ লেমলৈ ঙাকাপরাইনে॥

মোংপা তোরয়মাতি॥ চীংখোং পোইরৈতোন॥ মমা লয়নুং পিয়াইনুচা॥ খুনপী পোংমাহল॥ খুনুং য়োইচাখা॥ চাখা অরিপানা॥ মপারী খাইনা-য়াম॥ মমোম তোকনা হুকলাপাকী তমকপু॥ পোইরৈ সিতাপা॥ হেমপা নাতাপাপু খুনথিরকপাতা॥ লৈমা লৈনাউ-তাপীকা॥ লাইচা য়িরেনপুংপু॥ ফৈনা সমনা লানথিরে॥ চীংখোঙ পোইরৈতোন **য়িরানফম-ঙ** থোননৈএ॥ য়িসনঙ কৌপাতি॥ [1]হুয়িচকঙৈ লাইচা অথেনপাপুতি অসনপা-ঙ কৌএ॥ নয়ুরা চীংখোঙ পোইরৈতোননা॥ লাইচা য়িরাললকপাতা॥ লাইচা অসিতি করম [2]সনপানো সোললমএ॥ **য়িসন-ঙ** তৌনা কৌএ॥ লয়নুং পোই-নাউতা য়িরানফম য়িসন মহিথেননে॥

তোরয় নমসাংমাতি হাউরৈ লাইনা পাংপারমকী॥ লাইচা য়িরেনপুংনা॥ [3]রাংথং মায়রোয়নানা তরৈ-তরৈ লয়থরকএ॥ **থারৈ-ঙ** কৌএ॥ হাউরৈ খানা পাংপারমকী॥ সরেং সমসাংপী ঙারেন কোকপাকপীচানা॥ নোংনেম লাইনা লয়থংলকএ॥ লাইরেন **লেমলৈরোঙ** কৌএ॥ পোংপা মৈতানরাই॥ সরেং খমচৌরাই॥ ঙাতেন তেনমৈরোংনা মৈফুরাইনে॥ ঙারেন হিঙনকোননে॥ থারৈ মীসৈপা পোথোকরাই॥ লেমলৈ মমাইপাতি হিথাংরাইনে॥ মমা সনসেনহুচা॥ নিংথৌ লোয়য়মপাতি॥ মুতুয়াকী খানিং মীকৌ-থংলককে॥

হিথেল চংলৈমাতি লেমলৈ ঙারেনকোননে॥ ঙারা কোনতা মহিথেন-ঙ কৌপাতি কতৌনোংকিনো॥ পোইরৈ মৈতৈনিংথৌ॥

১। থায়না মমাংঙৈ। ২। করয়মু অহুক পাকপনো। ৩। ঈবৈপা পাংপোয়লা রাংনা।

থংতা [1]খূমনথেমস্থ ॥ [2]সেনপি তেথাউগুমপা ॥ হুয়েল লোনলোই থাকপা ॥ তুপি চরাইরোংপা ॥ খোইয়ম লাইনিংথোংপু সাইগুনপা ॥ উমপী তুয়োংগুমপা ॥ মাসেম য়িমচঙ য়ানপানা ॥ লাইরেল [3]মরোং চুঙস্থতা ॥ [4]তিমেন তাম্মুতানা ॥ খুচুং চাপু তাপাপু সোংকিতা ॥ [5]চীংসাং খোকলোয় হৌপাপু সোঙকাঙতানা ॥ তুপি [6]চীংঙ্গুং য়াপু-লেক ॥ [7]ফায়েং নোংপু ফাইনা ॥ লেমলৈ ঙাতানোংতা মতাইরেম খাপা [8]ঙাথিপা ॥ লাইচা [9]য়িনম্ভূপা ॥ য়িনফুই তোননা লংপানা ॥ [10]য়িনলেন থাকুপ হৌনা ॥ লেমলৈ ঙাথৌ তানপাতা ॥ রানচেং খারাপা ॥ [11]ঙারা লৈথুন চঙপাপু ॥ লেমলৈ ঙায়াম ফায়এ ॥ ঙারা পৌতোং য়াননা ॥ লেমলৈ অচঙপাতি ॥ রাকয়ে হিতুপ হোননা ॥ লাইরেল থিংলৌ নীংনা তেরকলে ॥ অতুনোংকিপু তুপি চরাইরোংপা লেমলৈ ঙাতারাই ॥ ঙারা কোনতৈপা মহীথেল ॥ তিংতৌ খোংমি-তাং ॥ লেমলৈ **ঙারাকোন-ও** তৌনা কৌএ ॥

লয়রায় মুংপিমাতি ॥ মৈতেংঙু থাংরাই নিংথৌ [12]মুংয়ামপানা ॥ লেমলৈ পরোংমাঙ ॥ রানচেং সৌরাই পানতাপা ॥ ঙানান মীমান-পাপু য়ামনা ফায়এ ॥ অতুনোংকিপু লেমলৈ **ঙানানকোন-ও** তৌনা কৌএ ॥ মোংপা মতাইমাতি ॥ নূংকোন চীংচাউয়িকা ॥

১। খূমনথেম চন্থগী মগু ওইবা। ২। তেথাউগী লমদা লান্বা মায় পাক্লকপদগী ফংবা মিংথোল। ৩. শা-লান্দ শীজিন্নবা খুংলাই চুক্ত ফাওবা য়াওদনা। ৪। তা ফাওবা পায়দনা। ৫। চীংশাংদা পানবা চীংমীশিংনা হৌবকপবু অকিবা লৈতনা। ৬। চীংঙ্গুংদা অহিং য়ায়েক্লতুনা। ৭। অহিং য়াওনা মফম অত্থদা ফাইতুনা লৈরগা। ৮। ঙা থিতুনা চাদগা হিংবা মাওই। ৯। ঈল চিংখনা মথৌ ওইরবা মীওইশিং। ১০। ঈল চিংবা মীয়াম হৌতুনা। ১১। ঙাতিন্দগী থন্না হুম্বা মশা তাশিন্না-মকু পাক্লা পানবা ঙা মথল অমা। ১২। খুংগী কুমশিং ১৩৬২ দগী ১৩৯৭ ফাওবদা মৈতৈ নিংথৌ ওইতুনা পানখিবা নিংথৌ ( খাগেম্বগী মপা )।

সাবোন নাকপক-য়িকা ॥ লাইচা য়িরম অহুমমানা ॥ তুরেল মোংপা তুখুন-য়িপু ॥ ফুয়না তুনা চেলএ ॥ **তুমপী-ও থোননৈএ** ॥ থোঙ-লেন হেমতৌবাই ॥ তুমপি মহীথেননে ॥ মোংপা মতাইমাতি ॥ খোইনাই সেলহোংশমসু ॥ মৈতেংঙু [1]পোইরৈ খুনচাউপানা ॥ নুংপী খঙনাতা সারেন উনতাপাপু ॥ খঙনা-উনস্নুনো হায়পাকিপু ॥ নোইন্নু থুমপোৎ সেমনা ॥ লমঙাক পোনলেমমাপু য়াললময়ে ॥ **থ্মুয়ান-ও** থোননৈয়ে ॥

লয়রায় মুংপিমাতি ॥ চীংখোং পোইরৈতোননা ॥ [2]য়িরেংপু অমনপা ॥ [3]খমলাং মপা অকেমপাপু লাননাস্নুনো ॥ লেমলৈ ময়াফম ॥ বানচেং মকোনফমসুং ওইনরস্নুনো ॥ হায়না থৌতু নুংপু পৈরমএ ॥ **নুংপৈ-নুং** ও তৌনা কৌএ ॥ পোইরৈতা ফাথিপানা ॥ নুংপে-নুংও থোননৈএ ॥

হিথেল নমসাংমাতি ॥ চীংখোঙ পোইরৈতোননা ॥ [4]চীংপুরোই তমপু কেননা লাংওললকপাতা ॥ [5]য়িসং লৈনা-সা ॥ [6]লমসং লৈনা খননা ॥ মুকুপ পাখং সানা ॥ সঙলেন মাঙলম-খল ॥ উপল পোপতেক লয়নাখল ॥ চানা সঙসোং-য়ান ॥ সতু তোনলোঙ-পানা ॥ য়িমপী কাওচৌ ওই ॥ তৌরেন মসা পাংমানা ॥ উরা হুমপু ওই ॥ [7]ফুইতিং হানা কুপনা ॥ ফায়েং নোংকা ফাইনা ॥ চীংহুং য়ারেকপাতা ॥ খমলাং মপা অমনপা ॥ ইরেং মপু অকেমপানা লান-নাখিয়ে ॥ **খমলাং পারমলান** ॥ **ইরেং পুরম-লান-ও** তৌনা কৌএ ॥

১। খৃঃ ১৬৫২ দগী ১৬৬৬ ফাওবদা পানখিবা মৈতৈনিংথৌ। ২। ঊ মথং মথং লেংবিরম্বা ইপু লৈথিত্রবশিং। ৩। অথবা ওইহ্না মথক্তা লৈত্রবা ইপাগী মচা ওইবা ইপুশিং। ৪। চীংবী শাহ্না লাকপদা। ৫। ই মনা অশংবনা। ৬। লমদা লৈনবা শঙদা অশংবা ইনা কুপ্পগা থনবা শঙ। ৭। চয়োৎনা থানা কুপ্পা।

হিথেল চংলৈমাতি ॥ তুয়োং তানা তাপাকা ॥ সারোন মনিন-নাইপাকানা ॥ তুরেল মোংপা য়িপু লানঙমতরাপাকি ॥ পরিং য়েংওই তিং ॥ কৌপা লীতান সানা লাননারময়ে ॥ লমলেন **পাঁরিং-ও** তৌনা কৌএ ॥ মোংপা মতাইমাতি মৈতেংঙু [১]পোইরৈ খুনচাউপানা ॥ কিয়োং য়িমচঙ য়ানঙৈতো ॥ মসানৌ [২]চিনফুরোল ॥ থাংয়ি চেংলৈস্থ ॥ চেংলৈ অসৈনা ৱাংকোল তেংথানপী ॥ থিংপা লোই-চনপা ॥ মরাম লোইহাইপা চম্থু ॥ সনফু খোঙথোংনানা ॥ নারুম নেৎচৎয়ানপী ॥ হাউনু লৈচোনম্ন সাফপীপু কায়না হুনপীকা ॥ মমোম তমফা [৩]ৱাংঙমলোন ॥ [৪]খুরাইলৈমা সনা খোনপীকা ॥ লৈমা মচল-মনিম অনীমানা ॥ সমু পালোইনানা ॥ ৱাকয়ৈ অনী খাচিকনানা ॥ তোংচেং লেংফাই চননা ॥ লাইচা য়িরাললমএ ॥ লমলেন **লৈম-রান-ও** তৌনা কৌএ ॥

লৈরায় মুংপিমাতি ॥ ঙাংঙোই য়োইমোংপানা ॥ ফুংকালোংচুম য়ুংনা ॥ চফু তিলাং-সৌ ॥ য়িৱান খোয়তৌ ওৎলমএ ॥ অতুনোংকিপু লমলেন **ফুংকাচুম-ও** তৌনা কৌএ ॥ মোংপা তোরয় মাতি ॥ লৈমা লৈনাউতাপী ॥ চাখা খুম্নুং লাইহনপানা পোকপী ॥ [৫]লৈমা লাইহনম্নুনা ॥ সানৌ চীংখোং পোইরৈতোনও ॥ লাইচা য়িচিল অসিতি করিনো পাউহংখিএ ॥ **কানা হংপাকোন-ও** তৌনা কৌএ ॥ খোংলেন হেমতৌ তাই ॥ কানা মহীথেননে ॥

১। খুঃগী কুমশিং ১৬১২ দগী ১৬৬৮ ফাওবদা মৈতৈ নিংথৌ ওইখিবা। ২। চেংলৈ শলাইগী মনুং চনবা শরাং লৈশাং য়েক্কী নিংথোলগী তেংথা। ৩। নিংথেম চম্থু ওইবীশিংগী শৈথা। ৪। নিংথেম চম্থু ওইবী মচাকপী অহল তমফা সনানা অঙোম নিংথৌদা ওংববু খুরাই লৈমা হায়না শৈথানৈ। ৫। পোইরৈতোনগা লোননরকপী মৈতৈ লৈমা লৈনাউতাবীগী মমিং অতোম্বা অমা।

হিথেল চংলৈমাতি ॥ ময়িম লোইপী খুচুংনা ॥ লাইচা য়িসিং-পুতি তুইও কৌএ ॥ লাইচা তুই য়িসিংপু [1]য়োংলপাকি ॥ **তুইয়োং ও** তৌনা কৌএ ॥ পোইবৈতা ফাখিপানা ॥ **কুয়োং**-ও থোননৈএ ॥ লৈরায় মুংপীমাতি ॥ লেমলৈ ঙারেনকোনও কৌপাতি ॥ হাওরৈ খানা পাংপালমকি ॥ ঙাবেন কোকপাবপীচানা ॥ লমলেন কৌপা য়িমরুপু য়িনতাললকপাতা ॥ লযক্ু য়ারেকলমএ ॥ [2]লয়রায় নোং-থোইপাতা ॥ লেমলৈ অহুকপা ॥ [3]বানচেং অহাপাপু লম্ওকনারে ॥ ঙারেন কোকপাকপীচাপু য়ামনা ফায়এ ॥ সমু খোঙনা পুকে পুঙমতে ॥ বাকয়ৈ হিনা হোনকে হোনঙমতে ॥ লয়রায় মুংপীথকতা কোনপু খানা পৈরমএ ॥ লমলেন **ঙারেনকোন**-ও তৌনা কৌএ ॥

তোরয় নমসাংমাতি ॥ নয়ুবা চীংখোঙ পোইরৈতোননা ॥ লোইপী সিতাপা ॥ হেমপা নাতাপাপু সোললমএ হায়কানে ॥ হায়না লয়রায় মুংপীথকতা ॥ থৌতু নুংপু খিললনএ ॥ **নুংখিল**-ও কৌএ ॥ মোংপা তুথুপ মাতি ॥ খোইমোম লাইয়িংথৌ ॥ তুরেল মোংপা তু-তৌপা মরিমাকা ॥ চীংখোঙ পোইবৈতোনকা ॥ চীংঙু মাখোয় মঙামা ॥ চুমতুম চুমনা পৈরমএ ॥ চীংখোঙ পোইরৈতোনকা ॥ ঙাং-ঙোই য়োইমোংপাকানা ॥ লমলেন মতাইমা অসিতি ॥ ইপোইরৈ থাংঙা কৈথেললেনপু ॥ করম মানপু মানপানো সোললমএ ॥ লমলেন **কৈথেল মানপী**-ও থোললমএ ॥

হিথেল চংলৈমাতি ॥ খোইয়ম লাইয়িংথৌ ॥ বাংপরেন খানা চাউপা মপারী ॥ খোইয়ম [4]থৌতু নুংঙনপা ॥ লাইচা মহিথেনপু ॥ কাননা চোংনা হয়া লাউথংলককে ॥

মোংপা তুথুপ মাতি ॥ কেকে মোইরাং লয়রীপানা ॥ মোংপা খোইসোনপা ॥ তুসাং হিনামপাতা হাঙলে ॥ **লয়রিপা সিনা**-ও

---

১। থকলবপী। ২। লয়রায়দা অহিং য়ারেক্কনা লৈরবদা। ৩। অপীকপা অকুপা ঙা মচাশিং। ৪। লাই অহু নুং ওক্ননা লৈরবা।

তোনা কৌএ॥ হিথেল নমসাংমাতি॥ লৈনা লৈনাউতাপীকা॥ চীংখোঙ পোইরৈতোনকা॥ লাইচা য়িরানপাতা॥ লাইচা য়িসামা॥ হাউরৈ নোংচুপ থংপারমতি॥ নুংখেল চামি য়িনে॥ লাইচা [1]য়িনুং হকতে॥ লাইচা তুসামাতি॥ হাউরৈ নোংপোকলা পাংপারমকিতি॥ [2]মেনাং তনপা খুয়ো ভামচাউ হুলএ॥ চীংখোঙ পোইরৈতোননা॥ সাপী ইতৈ লৈমা-ও॥ লাইচা য়িরোননুংতা॥ চেংচা [3]য়িসং থাংএ॥ থৌতু নুংনানথকানে॥ মার ইখোঙ খুনপু য়িললকও॥ কৌনা কৌনা লাইচা য়িপু লাললকএ॥ লাইচা য়িচিলসুং অনী লোঙএ॥ কৌপা য়িরোং-ও থোননৈএ॥

লয়রায় মুংপীমাতি॥ ময়িম লোইপী মারেমনা॥ হেমপানা মীকৌনানা॥ খুচুপ তেংথানানা॥ নোইম্নু থুমপুতি মচি-ও তোনা কৌএ॥ য়াওরৌ সনমপা॥ খোংপাল সাংসনমনা॥ থুম মচিপু চাতে॥ য়াওরৌ [4]সনমপাপু সারং-ও কৌএ॥ সারংপাচীং-ও থোননৈএ॥ অসিসুং মতোমতে॥ চাইরেন খারংপানা॥ বাকয়ৈ হিবাই চংপাতা॥ তোংচেং মৈনা ওননা থাংলমএ॥ খারংপা হিথেল-ও থোননৈএ॥ মোংপা তোরয়মাতি॥ [5]নয়ুবা চীংখোঙ পোইরৈতোননা॥ চংপুরোই লাংওললকপাতা॥ মোংপা তোরয়মা অসিতি॥ করমনসু [6]খুপানো॥ কোনখু য়িহনলেন-ও কৌএ॥ মোংপা তুথুপমা অসিতি॥ করম চাউপু-চাউপানো॥ কোনলেন কোনচাউ য়িনামুং-ও কৌএ॥ [7]কোনখু য়িহনলেন॥ কোনচাউ

---

১। ঈশিং অরুবা ওইদে। ২। হামেঙনা মকোক বাংনা চোংথংপা অতুঙমা ঈশিংগী ঈরৈ অড বাংনা চাউনা মবৈ মরৈ তানা চেনবা লম্বি। ৩। ঈচেল অপম্বদা লৈবা হৌনবা ঈশং য়াম্না লৈ। ৪। কংকাল অমসুং ঈশিং অনীমক্তা লৈবা ঙা কাহ্নুনা চাংবগা খবাই হিংবা শা মথল অমা (শনবা)। ৫। নয়ুধো। ৬। শীকপনো। ৭। অপীকপা ঈকোন ওইনা ওইনা ঈহল ওইবা লম।

য়িনামুং ॥ তুপি ময়াফম ॥ লাইরেন মকোনফমকী ॥ লোইরেম ইরাকমানা ॥ হাউরৈ খানা পাংপরমকি ॥ খানিং মিকৌরকএ ॥

তোরয় নমসাংমাতি ॥ নয়ুরা চীংখোঙ পোইরৈতোন ॥ খোংফাং অতোনপা ॥ খুনপী পোংমাহননা ॥ মোংপা তোরয়মা অসিতি ॥ করম সাংপানো হায়না সোললমএ ॥ **তুসাংকোন-ও** কৌএ ॥ মৈতেংঙু সেনপি [1]মুংয়ামপানা ॥ হুয়েল লানতাঙৈ ॥ অনাল লাললুমঙৈতা ॥ তাউচিং হয়নিঙ পোকলমএ ॥ অতুনোংকিপু **হয়নিঙপোক নমসাংকোন** মহীথেননে ॥ মোংপা তোরয়মাতি মৈতেংঙু [2]সেনপি খাকীঙমপা পুংলেন মখুৎফানে ॥ অনাল খুৎঙমপুংনে ॥ হুয়েল কোংপুলাংঙা নোংয়িনপাপু ফানাপুংনে ॥

লয়বায় মুংপিমাতি ॥ লোইথোং লৈমা নৌউরান-ও কৌপাতি ॥ লেরা তুমহাপা মমোমলোন ॥ লোইথোং লৈমা কোনখু নিংথৌ চম্নুনা ॥ মরান পামেল উহোংকে হায়পাকী ॥ তলা উথুম ঙারৌপী ॥ পামেল উ কারোংপাপু ॥ খোংচি নারেং লোন ॥ [3]ঔরা লীয়াই নোপন ॥ তুরেল মোংপা য়িপু ফৈনা [4]তুপলকলাপাতা ॥ [5]খোংচি নারেং তংলে ॥ লাইচা য়িবোনন্নুংতা তুমলে ॥ মরান পামেল উহোংতানা হলরাইরবলে ॥ লোইথোং লৈমা **নৌউরান-ও** তৌনা কৌএ ॥

হিথেল চংলৈমাতি ॥ চীংখোঙ পোইরৈতোন্না লাংঙল্লকপাতা ॥ মৈতৈলৈমা ॥ লৈমা লৈনাউতাপীনা ॥ সানোঙ তুরেল মোংপা য়িপু ফৈনা থিংঙ ॥ থিংলাপাতা থৌতু নুংমায় চামপাপু লৈঙময়ে হায়রমএ ॥ লমলেন **থৌতু নুংমায়চাম-ও** কৌএ ॥ নুংমায়চাম মহীথেনপু

---

১। খৃঃগী কুমশিং ১৫৬২ দগী ১৫৯৭ ফাওবদা মৈতৈ লৈবাকী নিংথৌ ওইদুনা পাম্লম্বা ( খাগেম্বগী মপা ইবুংঙো )। ২। মৈদিংঙু খাগেম্বা খৃঃগী কুমশিং ১৫৯৭ তগী ১৬৫২ ফাওব পানখিবা নিংথৌনি। ৩। থৌরী নোপ্লপ্পা তিংলদুনা। ৪। চিংলকপদা। ৫। হিনাউদা নারেং থাংবদু তংলে।

তানা থনপী ॥ থোইনোম সিন্ থি য়াম্নাকুনো ॥ লম্থন্বাইকী লাইচা মহীথেনপু কাননা চোংনা ॥ থানিং নিকৌরকএ ॥ মোংপা মতাইমাতি ॥ তুপি য়িবাংকোন য়াংকেন নতমপাকও কৌপাতি ॥ নয়ুবা চীংখোঙ পোইরৈতোনকা ॥ লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংপাকা লম্ওক্নারে ॥ [1]হয়িঙৈ [2]পাথৌ কৌপাতি ॥ য়িচুমমাও কৌএ ॥ য়িচুমমা নঙতি কনানো ॥ হোয়তা য়িচুমমাও ॥ ঐতি চীংখোঙ পোইরৈতোননে ॥ পোইরৈ সিতাপাপু থুনথিপানে পাউখুমখিএ ॥ তৌয়িকিতি চীংখোঙ পোইরৈতোনও ॥ নঙতি য়িচুমনা নত্তে ॥ [3]ইয়ুবানে ॥ ইয়ুবা নঙকী পোৎনা লূমপারা ॥ ঐকী মোংপা তুত্তংপাকী পোৎনা লূমপারা য়েংনসে হায়খিএ ॥ লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংপাকী পোৎতি বাকয়ৈ হিনা পুপানিকিনা লূমএ ॥ **লূমপী-ও** কৌএ ॥ চীংখোঙ পোইরৈতোনকী পোৎতি ॥ সমু খোঙনা পুপাকিপু য়াংএ ॥ **য়াংকেন তমপাক-ও** থোননৈএ ॥

লয়রায় মুংপিমাতি সেরৌ হংপাকোন-ও কৌপাতি ॥ চীংখোং পোইরৈতোননা ॥ পোইরৈ সিতাপা বাংঙম নাতাপাপু লৈতরে ॥ হায়না থিংলৌ [4]নিঙনা তেনা [5]মরান ওনতেরকপতা ॥ লৈমা লৈনাউতাপীনা ॥ সানৌ চীংখোঙ পোইরৈতোনও ॥ লহাল ঐখোয়কী তাঙচা য়িখোঙখুনপু ॥ লোইপী তোংথিনপুং মারেম য়াংহনচীং ॥ য়িপারী চাখা খোংহনপা ॥ সকাং য়াইথাপা ॥ কাংতোন লৈনৌপা ॥ লৈসং থেকবাইপা ॥ য়িমোম [6]খয়োই মুবাহল ॥ হুইয়াই কোংতিংমু অহনপী ॥ হাউচেং লাংমৈমুং সাফপীনা [7]নোংমনচীং ॥ কাইরম্ মখুরোল ॥ হেমপা সিকৌপুংপু কতায়নো ॥ হায়না পাউহংথিয়ে । চীংখোঙ পোইরৈতোননা পাউখুমখিএ ॥ সাপী য়িতৈ

---

১। থায়না ব্রমাংঙৈ। ২। ইতাউ ( মরুপ ) ৩। ইপুনে। ৪। ভুংহমনা হমরুগা। ৫। মযুমলোমদা মমায় ওমরুবদা। ৬। থুমন চহু ওইনা পোরুবী অহল। ৭। শিখিবা চাং।

লৈমা লৈনাউতাপীও ॥ য়িপীংঙাকী লহান তাঙচা য়িখোঙখুন ॥ য়িপাল্লী পামমুপা [১]খাইনা ৱাই ॥ য়িমোম হুংওনপীপু তোক্নাচীং ॥ লোইপী তোকথিনপুং ॥ মারেম য়াংহনচীংতি অসিনে ॥ হায়না সমু খূৎপু থিন্না ॥ সে হায়না তাক্লম্এ ॥ লমলেন **সেলৌ হংপাকোন-ও** তৌনা কৌএ ॥ চীংখোঙ পোইরৈতোন মার মখোঙখুন ॥ চীংলেন নাপোমমাপু সমু খূৎপু থিননা পাউতাক্ৱাই ॥ লমলেন সেলৌ হংপাকোননে ॥

হিথেল চংলৈ মতাইমাতি ॥ কেকে মোইরাং সাংতোন খূপানা ॥ ৱাকয়ৈ হিৱাই চৎপাতা ॥ মতাইরেম ৱাকয়ৈ [২]হিনাউপা ॥ কুমপা নাউসং চানা ॥ ৱাকয়ৈ [৩]নিঙনা তে ॥ [৪]তোংচেং মৈনা ওন্না ॥ লয়বায় মুংপীথকতা থাংলমএ ॥ **কুমপা হিথাংকম-ও** থোননৈএ ॥ মোংপা মতাইমাতি ॥ মৈতেংঙুচা খোংচোমপা ॥ পোইরৈ নিংথৌহনপানা ॥ উনপী তুয়োং থেংঙৈতা ॥ নূংতেক য়াকা চায়না পনথেংলম্লাপাকা ॥ মরান ওনতেরক্পাতা ॥ হীরু তেংমায়থককী ॥ নোংমৈ নখূৎসূপু ॥ লাইচা য়িবেনপূংতা মাঙলে ॥ লমলেন **নোংমৈমাঙ-ও** তৌনা কৌএ ॥ মোংপা মতাইমাতি লৈমা লৈনাউতাপী ॥ চাখা খুন্নং লাইহনপানা পোকপী ॥ [৫]লৈমা লাইহনমুনা ॥ সানৌ চীংখোঙ পোইরৈতোন ও ॥ লাইচা য়িরোনমুংতা লৈপা অসিপু ॥ খোইমোম লাইরা ॥ নমু পোংলা পাউহংপাপু ॥ সাপী য়িতৈলৈমাও ॥ খোইমোম লাইসুং ॥ নমু পোংসুং নৎতে ॥ [৬]থৌতু অরেমপা ॥ চেঙচা অরেমপানে পাউথুনখএ ॥ থৌতু অসিতি নমু পোংপু করম মানপানো সোল্লম্এ ॥ **নুংলেপ পোংমান-ও** কৌএ ॥

---

১। কায়নখিবা মফম। ২। হিগী হিনাউ শারিবা। ৩। হি মমার ওরহুনা হৃদ্রবদ। ৪। হিগী মমৈ অদু মনীং মমাঙ ওরহুনা। ৫। মৈতৈলৈমা লৈনাউতাবীগী মমিং অহোঙবা অম। ৬। নিঙথিরবা নুংশাউ।

তোরয় নমসাংমাতি ॥ ঙাংঙোই য়োইমোংপানা ॥ মোংপা ভুতেংলক্‌পাতা ॥ লমলেন মতাইমা অসিতি ॥ অহিং লীকলাসুং তাকতে ॥ নোংচু মমৈ থঙতে হায়না সোল্‌লমএ ॥ **লীকলা মহি-থেল-ও** থোল্‌লম্‌এ ॥

হিথেল চংলৈমাতি ॥ চীংখোঙ পোইরৈতোননা ॥ লাইচা য়িরম য়িন্‌না থুনথিরক্‌পাতা ॥ লবাই হাওয়ামমোই ॥ [1]চেকলা মোইমায় কাঙনা ॥ থৌতু হুঙতা তোংঙমএ ॥ **য়ামপী নুঙতোংবাই-ও** কৌএ ॥ মোংপা তুথুপমাতি হেমচেং চক্‌পায়ি ॥ মারেম চাপংয়ি কৌতরিঙৈতি ॥ খোইমোম লাইচংয়ি ॥ হেমপা বাংতোংচীংও কৌএ ॥ তুপি অঙন্‌পা ॥ লাইরেল অরেমপানা ॥ হাওরৈ নোংপোকলা পাং-পারম চংলকএ ॥ **লাইচং-য়িও** কৌএ ॥ ময়িম লোইপী [2]খারম ওইপা॥ [3]মোমনু মুসক তাপা ॥ [4]তাঙচা তুংতা লয়পা॥ [5]পাইপোন নাক্‌লম্ সেনপা ॥ সউন্ লুহুপ্‌নানা ॥ পামেল বাংমুনম্ ॥ তলা বাংনেম্‌থক্ ॥ শতু মানতে বাং ॥ পামেল উতোলথকতা ॥ উসা থাপানা ॥ তুপি থিংকোকলাই অরেমপাপু মিংয়েং সানথৈরে ॥ হেমপা [6]মপাতাউতা ॥ সমু থুংপু থিন্‌না তাক্‌নাখিএ ॥ লোইপী হেমপা মপাতাউ অনীমাতি ॥ সমু মখূং লোমলে ॥ চেংলৌ মিংনা য়েংপাকী ॥ চেংলৌ মমিং থুপলে ॥ খোইয়ম লাইমিং-রি ॥ হেমপা **বাংতোং চীংও** কৌএ অসিসুং মতোমতে ॥ লাইচা য়িবাংমাতি চকপা খোংচারোন মনিন্‌নাইপা ওংএ॥ অতু নোংকিপু হেমচে চক্‌পা য়ি ॥ **মালেম চাপং য়িও** থোননৈএ ॥ খোংলেন হেমতৌ তাই চকপা মহিথেননে ॥

---

১। উচেক মকোক মমায় কাঙলচুনা ২। খারম হাও হায়না থঙনবা চীংমীশিং ৩। মুপীগী শকফম মানবা ৪। মশম তুংদা পুনবা ৫। নাকক্সা পাই মানবা ৬। মকপ্তা ( মাপা ইভাউ শানবদা )

মোংপা তুথুপনাতি ॥ খোইয়ম লাইয়িংথৌ মমা রাংমুরৈমা খোংচোম ফাঁসাচা॥ উনপী তুয়োংঙনপা ॥ হুয়েল নুংসল লায়পা ফাপা ॥ [১]চীংঙু লাইচ খিঁম খিপা ॥ [২]য়িমু হংচৈ সুপা ॥ [৩]য়িঙৈ হংচৈ লোনপা ॥ নমু [৪]পোংথোঙ থি পা ॥ [৫]থরায় হামপোইহনতানা থেখামপা ॥ লাইয়ি থৌ লেমলৈ ভারা ঙাসিং ॥ [৬]খাউরেন খাউ-য়াঙনা য়াকানাপা লাইয়িংথৌ ॥ থৌতু মুংনাং অহুমথকতা মিংথোং-ফপা ॥ খোইমোম লাইবেমমা অনান খুম্বক খুনখাচম্বু মরয়পুং ॥ খুনতোন চম্বু লোইপী থাকৃপ চম্বু ॥ মাবেম থাযায় চম্বু ॥ খোইমোম লাইরেমমা মঙা মাপু লুমনাপা লাইয়িংথৌ ॥ লাইচা নুংখেল চা মি-লৌদা ফম্‌ফমপা । খোইয়ম লাইয়ি থৌ রাংপবেল খানা চাউপা ॥ খামপী মহিথেনপু কাননা চোংনা খানিং মিকৌখৎলবকে ॥

হিথেল চংলৈমাতি ॥ মপল কোবৌ হুইমু লৈনা মুংচেংযামপী ॥ পায়মা লিনকোয় কি থাবৈচা ॥ মোইপা লোকতোন তংতোনপা মখিম্ ফমনে ॥ ঙাংঙোইপা লেমলৈ খা নিংথৌ মতুচানে ॥ চাতানা পামযেল লৌ ॥ [৭]খুমু থিকফাংলৌ ॥ থাংয়ি হাইচোইপা লৌঙ কৌপাতি ॥ থাবৈ লোকতোনপাকা ॥ লাংলেন মৌপী উঙাম ঙমচাউ তোংনা খুনকুম্‌লক্‌পাতা ॥ খুমু মানথিক তেপা ॥ মমা [৮]পুচেং লৈনৌপিচাপু ॥ কোঙয়াং মচয়সুনা হাইথরমইঙ ॥ খুমু মথিক ফাং লাপাপু থাংয়ি য়ামএ ॥ লোইমোম ফৌ তরেংপু ॥ থাবৈ চানোন্ পানা ॥ লোইমোম ফৌ তরেংপু ॥ থাংয়ি লয়বোংচন্ ॥ য়ানচেং লয়কুপ সীরাপাকা ॥ থাংয়ি পিফারা ॥ [৯]লোইমোম্ নৌচোংলা ॥

---

১। লাইজা ঈশিং ঈতাবদা মবৈ ওইংনবা লোইংনবা ভব লাইনিংথৌ। ২। ঈশিং তাহনগে তাহহোই, চাউহনগে চাউহনোই ভবা ৩। ঈশিং ঈনৌ লাকপদা থিংবা ভবা ৪। তাইবং মীগী থরায় চৎন-কপা থিংবা। ৫। মীওইবগী থরায়না হামচৎ-হাবোইনহল্লবা ভবা ৬। থাউরৌ তা লৈনচিংবন ৭। খুমু মথিক অফাৎপগী মওং মানবা লৌ ৮। লমথুমু। ৯। কৌ ময়োল মন অনৌবা গোংলকপ

থাংগ্রি মচু ভাওলক্পারা ॥ লোইমোম মুলল্ক্কাপারা ভাইখমপাপ্ ॥ [১]কারৌ হন্বান্না ॥ কুমপী য়ামচেং নীবপাপ্ লাননংলে ॥ থাবৈ লোকতোনপানা ॥ কোরৌ মনোখৌপ্ হৈনা চৈরমএ ॥ অতুনোং-সিং খুমু থিবফাংলে ॥ চাতানা পায়েলো ॥ **থাংরি হাই চৈপা লৌও** থোননৈএ ॥

তোরয় নমসাংমাতি ॥ কেকে মোইশাং পেকক্গনি ॥ ব্রাকয়ৈ ইচৎপাতা ॥ তোংচেং মখুনেংপু থাংলনএ ॥ পেকক মহীথেনও কৌএ। [২]লেমনা নাইনা পোকএ ॥ **লেমথোবও** থোননৈএ ॥ খোংলেন হেমাংলিহি ॥ লেমাংথোক মহীথেলনে ॥

লয়ায় মুপীমাতি । কেকে মোইশাং খোয়বী নংমাইয়া ॥ শাওবেন মসনচানা ॥ কোন্দৌ মুমি খুতি । ভুবেল মোংপা থিপ্ ॥ থৈনা সনা লাননখিএ ॥ নাগোই **সললানও** কৌএ ॥ লোপা মুপীমাতি । অসাইউকী কেকে খোয়বী নামাইয়াউ । শাওরেন মসনচানা । লাইচা য়মুক খারেন লাননখিএ ॥ **পাকথায় মহী-থেনও** থোননৈএ ॥

হিথেল চনোমাও ॥ মুকুমু থিবাংথং ওকৈপাতি । হোংউনেম লুবাং নিংথৌ পুনচিপা মতাইবেম ॥ ময়থন লোইনবেন যউ ॥ হাংকু চপাই য়াউ ॥ হাংকুতেক নংনমপা ॥ পনচেনতোং লাংওনপা ॥ [৩]লুংপাল ময়িমনাক । [৪]লুবাং অসাইবোনপু চেনচিংয়াউপা ॥ সবা কৈফাকে ॥ খোমলেন মউখৈনানা ॥ পানবা কৈফা মউনপা ॥ ভুয়েল লানফাকে ॥ য়িনুং সোয়য়াইমাতা ॥ ভুয়েল লানফা মউনপা পন-সেনতোং লাংওনপানা ॥ [৫]লাইচা ইরং য়িয়াগাউকী ॥ উলিং তাংমা কুনা য়িরাললক্পাপ ॥ লাইচা ময়েং তারে হায়না ॥ ভুবেল মোংপা

---

১ কুম কাংহুনা। ২। নিঙথিজনা যভনা ৩। লুবাং মখোয়গী মুখলোমদা। ৪। লুবাং মাখোয়গী লৈনফমদবু। ৫। উলিং উপাক ওইবগী ইরং লংবকুগী।

য়িপু সোক্লক্এ ॥ অতুনোংকিপু সোককুম্নু-ও কৌপাপু ॥ [১]পোইরৈতা ফাথিপানা ॥ **সুকুন্নু য়িরাইতা-ও** তৌনা কৌএ ॥ মুংপাল হোঙনেম লুরাং নিংথৌ পুনসিপা মতাইরেম ॥ পনজেনতোং লাংওন-পানা [২]লাইচা য়িরানফমনে ॥

মৈতেংঙু [৩]সেনপী খাগেমপানা ॥ চংপী মকয়রেনপু তাউখঙএ ॥ ময়িম লোইপী মারেমনা ॥ মৈতেংঙু সেনপী খাকেমপাকী ॥ চংপী মকয়রেনপু করম [৪]য়াঙনা সারপানো সোল্লম্এ ॥ **য়াংকোই-ও** তৌনা কৌএ ॥ লমলেন সুকুন্নু য়াংকোই মহীথেলনে ॥ মোংপা তুথূপমাতি ॥ ঙাংঙোই য়োইমোংপানা ॥ [৫]মোংপা তূতেংঙৈতা ॥ কৌপা লোকলাংখামপু পোক্লমএ ॥ অতুনোংকিপু **লৈখাম-পোক-ও** থোনবৈএ ॥

তোরয় নমসাংনাতি ॥ লোক্তোন অতোনপাকা ॥ মমোম সাকারৈমাকা । [৬]লাংলেন মৌপী উঙাম ঙামচৌ তোংনা খুনকুমৃলক-পাতা ॥ মোংপা তূথুপমাতা ফায়েং নোংফাইপা ॥ চীংনূং য়াইরেক্-লমপাতা ॥ ময়িম লোইপী মারেমনা ॥ মতু থারৈ লোকতোনবদি ॥ থারৈ কেমপা-চা মিংহোংঙমএ ॥ মতৈলৈমা মমোম সাকারৈমাপুতি ॥ লৈমা খাউপীন্নু মিংথোংঙমএ ॥ লৈমা খাউপীন্নু লাইচা য়িসোকথেল ॥ মখাউ মহীথেলনে ॥

হিথেল চংলৈমাতি ॥ খুনচাল নিংথৌ চেংলৈ লাম্বাপা মমোমলোন ॥ চাইরেন নিংথৌ য়াউফুরাকপা মরুমপী ॥ অরাই লাইচাপীনা ॥ [৭]হংকেল তাইখাং লাক ॥ [৮]লেমলৈ ঙাচোপ থেমপাতা ॥ থারৈ ঙা-ও

১। মৈতৈ পোইরৈ লমগী অশৈ তেংথা হৈবশিংনা ২। ঈশিং শোক্লফমনে ৩। খৃঃ গী কুমশিং ১৫৯৭ দগী ১৬৫২ ফাওবা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ ৪। খুনা শারবনো হায়না শেংলমএ ৫। তুরেলশিংগী মরিল তেংঙৈদা ৬। মৌপী বা অচৌবনা শাবা উঙাম ৭। চৈল চিংনবা হংগেল পাম্নুনা ৮। ঙা ফাননবা হোৎনবদা

কারকও ॥ লেমলৈ ঙাও কারক-ও ॥ হায়না লয়রায় মুংপীথকতা লেমলৈ ঙামি কৌরমএ ॥ অতুনোংকিপু ঙাকৌ মহীথেল-ও থোননৈএ ॥ মোংপা তোরয়মাতি ॥ লোইবী হাউংানচেং ॥ তানচেং * পাখংপা ময়িমফমনে ॥ তানচেং মহীথেননে ॥ অতুস্নুং মতোমতে ॥ তানচেং থোনমারকতি ॥ খুনচান নিংথৌ কাঁঙলেন লৌথিপানা ॥ য়াঙগৌ সানাপাতা ॥ তিমেন মাখুৎস্পু ॥ লাইচা য়িরেনপুংতা মাঙ্-লম্এ ॥ হয়েং লোইতাম খাপু-সি ॥ ¹লাংহৈ কুমঙল্লাপাকা ॥ ²লয়কু মকোয় কোংলপাতা ॥ হৈরেম কাঙলেনথৌ ॥ তিমেন মখুৎস্পু ॥ লাইচা য়িরোনমুংতা ॥ তিমেন মখাং চেংনা লৈঙমএ ॥ অতুনোংকিপু তিনচেং-ও থোননৈএ ॥ তিনচেং মহীথেননে ॥

তোবয় নমসাংমাতি ॥ মৈতেংঙ্ ³সেনপী মুংয়ামপা ॥ খোইয়ম লাইমৈ-চীংকী ॥ সেনপী নিংথৌ চামমা ফানা ॥ সেরম য়েংতপাপু লময়েংকে হায়ঙৈ ॥ লাইরেল ৱাকয়ৈ মখুৎনেৎ ॥ তেথাউঙমপা চৌকোং ফাপাপু ॥ ৱাকয়ৈ খোঙওইনানা ॥ লোইপী চৌৱাই কৌপাপু ॥ ৱাকয়ৈ তেংমায়থকতা ॥ ⁴সমু তুংদা লয়না পুল্লক্পাপু ॥ ⁵লাইচা য়িফাই চললে ॥ মরম চৌৱাই কৌপাতি ॥ লাইচা য়িতা তারে ॥ লাইরেল ⁶তরা মচাকফুস্নুং মাঙলম্এ ॥ মরম চৱাইতা মুংয়ামপা চফুমাঙও থোননৈএ ॥ মোংপা তুথুপমাতি ॥ চীংখোঙ পোইরৈ-তোননা লাংওল্লক্পাতা ॥ চীংলেন নাপোম অসিপু ॥ লাইচা য়িরোনমুংতা ॥ মমি করম চাউপানো সোল্লম্এ ॥ লমলেন চীংমী-চাউও থোননৈএ ॥

* ৱাংঙ্ তুম্ অনৌগী মরক্তা লৈরা হৌজিক ঐথোয়না তামরিবা হায়নরিবা লম তাংজেং অসি ওইগনি খল্লি।

১। চহী ফারকলবদা ২। লয়কু লয়রায় কিন্নয়কপদা ৩। খুঃ পী কুমশিং ১৫৮২ দগী ১৫৯৭ ফাওব না পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ ৪। মখুৎ তুংপুয়রকপয় ৫। উশিং উয়ায়দা তাদ্রুনা লৈরে। ৬। চাক চফু অহুম্ মাঙলমএ।

মোংপা মতাইমাতি॥ লমলেন তরা খণ্ডও কৌপাতি॥ হৈরেম চন্নুরা অমাপু॥ [1]লাইজা য়িতা তাসিরে॥ মপলনা কোরৌ নুমিৎ তরানি সুরপাতা॥ লাইচা য়িবেনমুংকী থিখঙলে॥ লমলেন তরা-খণ্ড-ও কৌএ।

•

তোবয় নমসাংমাতি॥ অসাইঙৈকী লাইচা য়িতা সিপীপু॥ [2]য়মু মায়রোয়নানা তাউথরকপাপু॥ হৈরেম চন্নুরা [2]লাইচা য়িপাল লাংপীনা॥ [3]মিৎয়েং নানখৈরে॥ হৈরেম য়িপল ঙাইপা-ও॥ নমোম লাইচা [4]য়িতা সিপীপু। ভৌতুম ভৌনা তাউথরকএ হায়না তাকলমএ॥ লবাই পোনপীখোক॥ হৈরেম লৈমতাক॥ খুনচান তরা খণ্ডও থোননৈএ॥ লমলেন লবাই পোনপীখোক॥ লৈমতাক তরা খণ্ডপু তাননা খনপা॥ য়িপু নুংঙৌপা নিংথৌ পোংনাউথি-ও॥ [5]য়িপা খাংচেংপী হুমাইসূপী সূপীঙমকুনো॥ খোকসাং সূপিও॥ সূপীঙম-কুনো॥ য়াবা লাইপু তাননা খনপীও॥ য়াবা কোনখাংলাই॥ অচৎ অঙক লাই॥ থিবতৌ থাতৌলাই॥ লেংকলং তিললাং লাইপু তাননা খনপী-ও॥ কোবৌ নপিতোন॥ [6]রাংপা থিংলৌ নীক-পিকুনো॥ চীঙু নরলকুতি পুনসি য়িবালনৈ॥ অবাং সরূ লুতোংলৈপু লনকুপিরকও॥ চিনকোয় য়িৱাকমানা হাওবৈ লাইনা পাংপারম॥ খানিং মিকৌখৎলককে॥

মোংপা তোরয়নাতি॥ নুংপাল কোকপা রাংপনা॥ য়াওরৌ সানাপাতা॥ খোইমোম লাইরেমমা॥ লাইচা য়িরেন লৈমানা॥ কোকপা রাংপাপু॥ লাইচা য়িরেনমুংতা থেমথখিএ॥ রাংপা মাহুই-

১। ঈশিংদা তাহুন শিরে। ২। ঈশিংদা ঈরু মাইতাজবীনা ৩। মমিৎনা উরে। ৪। ঈশিংদা তাহুনা শিবীবু ৫। মতম পুন্নমক্তা শেন্নহুনা লৈব্রিবী খাংচং লাইরেম্বী ৬। লাই ওইবগী মতিকতগী অশাউবগা লোয়নরবা ফত্তবা থৌরম ওইহনবীগনু

চাস্নং য়িনথখিএ॥ [১]নুংপাল রাংপাতা **রাংপা মাহুইতা-ও** তৌনা কৌএ॥ অতুস্নং মতোমতে॥ হৈরেম খুনচান নিংথৌ॥ কাঙলেন লৌথিপানা॥ য়াঙরে সানাপাঙা॥ তরা মচাকযোমপু॥ লাইচা য়িতা তারে॥ হৈবেম কাঙলেন লৌথিপানা॥ তরা মচাকয়োমপু॥ লাইচা য়িবোনমুংতাকী॥ লাইচা য়িতা কুমনা লোকলে॥ খুনচান **নিংথৌতা-ও** থোন্নৈএ॥ খুনচান নিংথৌতাপু তাননা খন্পা লাই-য়িংথৌ॥ ইপু খমলাংপা॥ খোইমোম ঈপী লৈমা পামফোপী॥ লাইচা মহিথেনকী॥ হয়া লাউনা মিকৌরকুকে॥

হিথেল চংলৈমাতি॥ হৈবেম খুনচান কোনতে কৌপানা॥ [২]সোয়রেন খমথাং লৌ॥ [৩]থরায় চাংতোন থল্॥ [৪]সীংউং নাচুং-য়ৈনা সোয়সেমএ॥ লমলেন **কোনতে-সোয় কোনতে-পাংও** কৌএ॥ কোনতে পাং মহাথেল খোংলেন হেমতৌ তাইনে॥ হৈংেম কোনতে পাংপু তাননা খন্পা॥ লাইয়িংথৌ ইপু নুংঙৌপা॥ নিংথৌ পোংনাউথিনা॥ খোইমোম ইপীলৈমা খাংচেংপীতি॥ হুমাই-সূপী সূপীঙমতে॥ খোকলাংসূপী সূপী ঙমতে॥ [৫]য়াবা লাইপু তাননা ফেনপি ঙমএ॥ কোনখাং লাইপু হৌপী ঙমতে॥ য়াবা কোন-খাংলাই॥ অওক্-অচং-লাই। [৬]থিকতৌ থাতৌ লাইপু। তাননা ফেনপিঙমএ॥ চীংঙ্গুরা খোইমোম লাইরেমমাপু॥ [৭]লোনলেম ইরাক-মানা॥ পারী পুরীখোই॥ [৮]মেনতে মেনাংখোইকুমপাপু॥ মেনতুম

---

১। লুবাং শলাইগী কোকপা রাংবা কৌবনা তাবা। ২। ৬ ফাননবা শোয়নাঙ্কদা (থিংবদা) পল শানা থিংহুনা। ৩। অরলবা থরায় শাংগা টশিং ঊমায় য়ৌনা রাংনা থলহুনা। ৪। শীংউংনা চুক ওইনা য়ৈরহুনা। ৫। অথং-অরাক লাইওক তিনওক্লববু থৈদোকপিরমএ। ৬। থংলাক থংজিল তৌহুনা লাইয়ৈ ওইহুনা শিবা লায়নাবু। ৭। ইবোল ইরি নিঙথিনা খোক-চত্রিবা অশৈ তেংথাজবা ঐনা। ৮। মহম কোয়না শাহুনা তিল মচাশিংবু খোইমচা ওইহল্লিবা উচিখোইগুববু।

মেনচিল্লমকে ॥ লাইচা য়িফুৎথোককুমপাপু ॥ তাইতুম তাইচিল্-লম্এ ॥ থোইমোম লাইচা মহীথেলকী ॥ খানিং মিকৌখৎলকএ ॥

লয়রায় মুংপীমাতি ॥ খুনচান পুংতু-মচালাইনাচিংনা ॥ থরায় চাংতোন থল ॥ সোয়রেল থমখাং লৌনা [1]সোয়সেনপাপু ॥ [2]লেমলৈ ঙাচং তামলে ॥ হৈরেম মনিংথৌনা ব্রা তাথিখিএ ॥ থাঙলেন মখূৎস্নূনা য়ানথুরে ॥ পুংতু মচা লাইচিংপা মনূনা সোয়-ও কৌএ ॥ মোংপা মতাইমাতি নোংয়াই তোনচামপানা ॥ থরায় চাংতোন-থল্ ॥ সোয়রেল থমখাং লৌনা সোয়সেমএ ॥ নোংয়াই হাউতোন্চম্ সোয়-ও থোননৈএ ॥

লয়রায় মুংপিমাতি ॥ নয়োল মৈতৈলৈমা ॥ [3]নোংপাললোন লিনথোইঙমপী ॥ ব্রায়রা সয়েঙকায় ॥ সমপুম খুনঙমবায় ॥ হুয়েল মরাংপা ফানা-কয়নে ॥ মোংপা মতাইমাতি ॥ হৈবেম নোংয়াইখোং ও কৌপতি ॥ হৈরেম খোংতি ঙাখা খোংনে ॥ কাওরেল সননা লাল-লাপাতি ॥ সনমৈ চোৎতে ॥ য়াংলৈ তাউপা হুইনা লাললাপাতি ॥ তাউপা হুইপুক চোৎতে ॥ তেক্পী ওক্না লাললাপাস্নুং ॥ তেকপী ওকপুক থুমতে ॥ লাইচা য়িব্রাংমাতা ॥ চোয়নৌ সনা হোইতোম মানপা পালএ ॥ লাইচা য়িব্রাংমাতা ॥ সংলৌ মায়পোমপীচা ওংএ ॥ হৈরেম পুংমাথকতা থেনমা থেংএ ॥ থেনমাথকতা পামেল উচাউ পোকএ ॥ [4]তলা সাপীমা ॥ নোংনেম লাইনা পাংপারমতা ॥ কায়রৈ য়েরুমলৈ পালএ ॥ পামেল উসামা ॥ হাওরৈ নোংচুপ পাংপারমতা ॥ কোকলেন লুসিন ওংএ ॥ পামেল থেনচা-মা ॥ নোংনেম থানা পাংপারমতি ॥ সব্রা খোংতেরা পালএ ॥ তলা উকৈমা হাওরৈ

১। ঙা কানলবা শোর নাপ্তুনা শেরিবনু। ২। ঙা চঙবা ব্রাৎলে। ৩। অঙোম য়েক ওইবগী নিংঙোল ওইবীগী মিংথোল। ৪। মতম কুইনা পুনশিরবা উচাউ শবী কাবরবা অমা।

নোংপোক পাংপারমতি ॥ সিঙলেন চামুবা লৈঙংএ ॥ [1]পামেল থেনচা-মা ॥ [2]কোরৌ ঙমথংনা ॥ [3]বাংপল ঙমলোননাপাতা ॥ মেলৈ লৈসনা লোংচুম পালএ ॥ খুনচাল থেরে লোঙপা মচল ॥ [4]লিন-শূরোল বাকহীমোমপী ॥ চৈরৈ লিল্লাই পানপা তুংথাংপীনা ॥ পামেল উনাম তামপা ॥ তলা অঙন্পাতা পানবা লৈ অসিপু ॥ ময়িম হৈরেমনা তেংথানা ॥ মেলৈপু লোঙচুম-ও কোই ॥ মেলৈ লৈসনা লোংচুমপা অসিপু ॥ সিঙলেন মথানা মচুথাউ ॥ লৈরাং মথানা মথোক লোয়খিরাকানে ॥ য়িতু খোমপা নাহা চীংঙাচা তেলহৈপা ॥ বাংকোনচা খুৎচুমপাবো ॥ বায়রা তেনপ্ম মানা ॥ সিঙলেন লৈহেক-পী-ও হায়না থৌনেকখিএ ॥ হৈরেমচা পাখং নঙখোয়সুং চিনপি-কুনে ॥ খুনচান চহুরা নঙখোয়সুং থেৎপিকুনো ॥ হায়না থৌথামখিএ ॥ খুনচান লৈমা থমলাং তাউপীনা ॥ কাচেং থাঙখোক চয়সৌনা ॥ [5]কোংকোই মীসা-ওন্ ॥ কোরৌ থোইনা য়েংনা কন্-পাতুকুমপাপ্ সোনমোইখিএ ॥ অতুনোংকিপ্ হৈরেম **কলূলকৃপা লোক-ও** তৌনা কৌএ ॥ পামেল চকমায়ুং নাপাক্পা ॥ তলা উরাইকং অকংপা ॥ পামেল উতোন থকতা ॥ অবাং কোরৌ নোংনিংথৌ ॥ পাখং য়োইরেনপানা ॥ ইনুং সোইয়াইমাতা হয়া লাউরমএ ॥ হৈরেম হৈকন্পা ॥ [6]পামেল উরাই হকপা কনানো ॥ হায়পাসুং লৈঙমতে ॥ লাংপল কাওরেল সনসেনপা ॥ কাউপী সন-ঙাকপানা ॥ হয়া লাউপারা হায়পাসুং পূমনা লৈঙমতে ॥ হায়পাপু হৈরেমনা না তারৌএ ॥ [7]হৈরেম অচেঁপপা ॥ খুনচান অরোংপানা

---

১। থেন মচাদা থম্না হৌষবা উপালশিং। ২। অতিয়া পকপগুম বাংলবা। ৩। অবাংবা কোরৌথক অলিংগা হেক তাইনবগুঁা। ৪। থাংঙা কমপোং চহু থৈবী। ৫। শিগ্নবা মতম য়ৌয়ক্লবদা মিস্তা শিঙকুপ মীয়ক্লবা অঙুঙম। ৬। উপালদা থাঙলা হক্তুনা থম্বদি কনানো। ৭। হৈরেম খুনগী মীচমশিং। খুনজান লমদী মীচমশিং।

তারৌএ॥ পামেল উতোনথক্‌তা হয়া লাউরমএ॥ অতুনোংকিপু হৈরেম নোংয়াইপন-ও থোননৈএ॥ কেকে মোইরাংলৈমা নোংপাললোন সনাথোইবীনা॥ থরায় চাংদোন থল্‌॥ সোয়রেন খমথাং লৌনা সোয়রৌএ॥ **সনাথোইবী সোয়-ও** তৌনা কৌএ॥ হৈরেম কল্‌লক্‌পালোক॥ খুনচান নোংয়াইথোংপু তাননা থনপা॥ লাইয়িংথৌ লেমলৈ ঙানা তৈপা॥ থোইমোম চাপংপা মহীথেল॥ থোংলেন হেমতৌতাইনে॥ হৈরেম নোংয়াই থোংনে॥ থোইমোম লাইচা মহীথেলকী থানিং মিকৌরককে॥

হিথেল চংলৈমাতি॥ খুনচান নিংথৌ চেংলৈ লানথাপা ময়ি-মফমনে॥ মরুমপী বাংমু নোংতম চমুনা খুনতাপুংনে॥ [১]মমাইপা খুনচান অয়াং হাউপাচানা॥ চৈরৈ চক্‌ফি চোন্‌-চোন্‌ লয়নাখল্‌॥ [২]বাইসেং ফামনা হুন॥ [৩]কাওরেল সল্‌লম্‌-ইন॥ [৪]তেকপী ওক্‌লম্‌ ইননা খুনথিপুংনে॥ হৈরেম তাউসুমমাং॥ খুনচান মুংপীতুং॥ হৈরেম সেংচমাঙ-ও কৌপাতি॥ হৈরেমনা তেংথানা॥ খুনচাননা অসৈনানা লাইচা য়িসিং চাউপাপুতি॥ তমলেন চাউবা-ও কৌএ॥ য়িসিং তমলেন-চাউ॥ লাইচা য়িনা ঙম্‌লাক্‌লাপাতা॥ হৈরেম মাচেংমাপু তাউথোকলে॥ **তাউসুমাঙ-ও তৌনা** কৌএ॥ য়িমাঙপুতি মুংপীও কৌএ॥ মুংপী মাচেংমাপু সেংচরৌএ॥ হৈরেম সেংচমাঙ॥ **খুনচান মুংপীতুং-ও** তৌনা কৌএ॥ [৫]হৈরেম মনিননাইপাপু॥ করম য়াঙনা সিরপানো **য়াংতকসিও** থোননৈএ॥ হৈরেম তাউসুমাঙ॥ খুনচান মুংপীতুং॥ হৈরেম য়াংতকসি॥ খুনচান নিংথৌ চেংলৈ লানথাপা ময়িমফম॥ ময়িম হুয়েল লাননিকীতি॥ [৬]লমকাং মরৈমাপী॥ মোমমু

---

১। হৈরেম খুন্নান নিংথৌগী মাইবা অয়াং হাউবচা কৌবনা। ২। অশেংবা বাই মচং চাইনা হুন্নহুনা। ৩। শনগী শজম চৎনন-লবা মতুংইন্‌। ৪। ওকপী চৎনবা লবা মতুংইন্না। ৫। হৈরেম খুনগী মতিক মথৌনা মপাদল লৈবশিংবু। ৬। লমকাং খুনগী লয়মাবী (খুন্নাকপী)।

তাঙচা সমফপী॥ মথংলেন অসেমচা চিনকায়পা॥ হাওত্রা লৈকোনচা॥ মেননোং থাংসা-চা॥ সনত্তং চারোইপাপু॥ লয়মু সেংথাকপুং॥ লয়হৌ সেংওইপুংনে॥ কেকে মোইরাং ঙানপা থাংলৌকোয়॥ উরা হামচৌম্বু সাকপাপু॥ লাকথা কোনয়ান য়িমনে॥ [১]খুনচান অসৈপা॥ হৈরেম সারা-থি॥ বাংলেন পুংকায়পা॥ হাউবাতোন লোকসঙচা॥ মক্রি চোমফরিপা॥ [২]ফকলাং লোনচানুংতা॥ [৩]মতোম বারী হৈপাবাক। থোংথোক অসৈপা॥ লেনাউ হাওখোমপা॥ হাউতং পুংতোয়পা॥ পাসী ফমতমপা॥ কাংকু ওইনৌচা॥ থিংকোন নানৌম্বু-চানা সনচিপুতি চেপপিও কৌএ॥ [৪]হৈরেম মমাইপা॥ লৌথুপ তাংলেমচানা॥ চেপপি কৈনাহাই॥ লাকথা কৈনা লামনা মিকৌরাইনে॥

মোংপা তোরয়মাতি॥ হৈরেম মচি কোনথিংপা খুনচান মনাও থিংকোনপানা॥ থরায় চাংতোল-থল॥ সোয়রেল থমথাং লৌনা॥ লুফুই নামথুমপাপু॥ চকমোম থামপী মৈতাল চঙএ॥ হৈরেম মৈতানসোয়-ও থোননৈএ॥

লয়্রায়্ মুংপিমাতি॥ হৈরেম কয়খোংতু-ও কৌপাতি॥ হৈরেম য়িরুপ্পা॥ খুনচান ঙাথিপানা॥ লাইচা য়িরোননুংতা॥ [৫]তুপি অঙনপা॥ লাইরেন অরেমপাপু লমওকনারে॥ হীরী খোংচি থাংনা॥ হৈরেম পূমনা হৌনা চিংপাপু ঙমতরে॥ হয়েং কৌবা মনোং সোয়-রাপাকা চিংলসে হায়না॥ লয়রায় মুংপীথকতা॥ [৬]পামেল কয়খোঙ লুরোই য়ুংনা কিরমপাপু॥ [৭]কৌপা চীংনুং সোয়রপাতা॥ হৈরেম

১। খুজান খুনপী অশৈ ভেথা হৈবা। ২। ফকলাং ময়া নক্লা নপশিন্দুনা তাফ্লনা লৈবদা হৈনবা। ৩। মীয়াম থঙনদনা মথমতা বারী তৌবা হৈবা। ৪। হৈরেম খুনগী মাইবা। ৫। মতিক ময়াই লৈবা লাইরেন। ৬। কয়গী মথোঙ য়ুংবগুম উচুক ওইনা য়ুংলহনা। ৭। অহিং অচু হৌয়পা নোংতাক্লবদা।

পূমনা হৌনা॥ অনৌপা য়িনতাল্লকপাপু॥ কয়খোঙ লূরোই য়ুংপাপু তুঙমএ॥ **হৈরেম কয়খোঙতুও** কৌএ॥

তোরয় নমসাংমাতি॥ কাওরেন সনতংখোংও কৌপাতি কতৌ-নোংকিনো॥ মৈতেংঙু নিংথৌখোমপাকা॥ [১]লায়ান মরমপুকা॥ হামুন চারা লেপতমনা॥ চকফি হাইকুপ য়িননা॥ কাওরেল সনতং সানা॥ লায়ান নিংথৌ থানীকপাপু কূম্‌লকও॥ মপারী ঙাসিংপা মরৈপাসুং তারকও॥ হায়না পাউথেমপাপু॥ লায়ান নিংথৌ থানীক-পানা পারীও॥ নপল ঐতি হন্নু মালৈ-কা॥ [২]হনপা য়িরেং চলএ॥ [৩]চৌংলেন য়োঙম তানঙমলারোইএ॥ পারী ঙাসিংপা মরৈপা নপিংঙা কূমলুও হায়না থৌসিন্নকএ॥ লায়ান নিংথৌ থানীকপাতি কূম্‌লকতে॥ মপারী ঙাসিংপা॥ মরৈপা অনীমাপু কূম্‌লকএ॥ মৈতেংঙুনা ঙাসিংপা মরৈপাপু [৪]পরয় লানকা সারে॥ অতুনোংকিপু হামুন চারা লেপতম-নৈ॥ পানপী লেপতম পুন॥ চৈরৈ চকফি হাইকুপ সীনা পাউথেম-খোংপু ওইরাপাকী॥ কাওরেন **সনতংখোং**-ও থোননৈএ॥

মোংপা তোরয়মাতি॥ য়োইপু মৈতৈলৈমা নোংয়াই য়োইপা॥ খুমন নিংথৌ চন্নু॥ খারম ঙাইখোংঙমপী॥ [৫]থংতা থয়োইরোল কৈকোং লানথপী॥ চোয়নৌ সনা য়িনলেন তরা খাননা॥ লময়াই কাইখিনপী কাইরেন য়াইনে॥ [৬]মৈতৈলৈমা হুয়েন নাসেললোং-ফাপীনা॥ লাইরেল মপারী তুপি চরাইরোংপা॥ খোইমোম লাইমিং-থোংপু সাইওনপা॥ সেনপী তেখাউঙমপাপু থেমথকয়নে॥ য়োইপু মৈতৈলৈনা থয়োইরোল ঙাইখোংঙম্বীনা॥ য়াওরৌ সয়েংকায়॥

১। লায়ান খুনপী লম্বু অছুগা। ২। নাহা ওইরিঙৈদা লৈরবা পান্দুন থৌনা পূমবক মিঙহনবরক্লছনা অহল মতম ওইরক্লে। ৩। অঙম্বা অবাংবা চৌংপী চৌংদোল য়োনা কাবা ঙম্লরোই। ৪। থৌমীনা মথূৎ অদু পূন্দুনা লান্দা কাবা মীওম। ৫। খুমন চন্নু ওইবী ঙাংবম নিংডোল ঙাইখোংঙবীপী মিংথোল। ৬। মৈদিংঙু চরাইরোংবপী মমা ইবেম্মা ঙাইখোংঙবীপী মিংথোন।

হুয়েল লানয়েংকাইনে ॥ থিংলৌচা সুকাই হুয়েল সাকাপপা ফানা কাইনে ॥ নোংয়াই কাইরেল লাননা খানিং মিকৌরকএ ॥

মোংপা মথলমাতি ॥ হৈরেম ঙাতাপী খুনচান লোংখোনপীনা ॥ লয়তাঙ কাইপীসন ॥ ৱাংনুরোল সমফপী ॥ [1]লেমলৈ হিংনা তংপা ঙাপু হাইরকএ হায়না ॥ মতাঙাইতা তাকলমএ ॥ লেমলৈ **ঙাচিং পাংও** থোননৈএ ॥ মোংপা তোরয়মাতি ॥ অসাইঙৈকী লায়ান নিংথৌ খানীকপা মপারী ঙাসিংপা মরৈপাপু ॥ [2]সমু তুংতা লয় ॥ [3]পরয় লানকা-সানা ॥ [4]কোনপু খানা হাংনরে ॥ লমলেন **ঙাসিং-পাকোন-ও** থোননৈএ ॥

তোরয় নমসাংমাতি ॥ কেকে মোইরাংনিংথৌ ॥ [5]অতোনলককী লোইচা ওমপা মরুমপী ॥ তোনচাউনু কৌপীনা ॥ [6]য়িনফুই মায়রং সোন্ ॥ হংকেন তাইথাং লাকনা ॥ লেমলৈ ঙাতাইএ ॥ **য়িনফম অচন্পা-ও** কৌএ ॥ হিথেল নমসাংমাতি ॥ লাইবা লৈমা লাইসন থানপীপু ॥ নিংথৌ য়েলাংপানা ॥ মরান লুহোং খোংতোংলকপাতা ॥ লাইবা লৈমা লাইসন থানপীনা ॥ খোয়নৌ মমান মচা ॥ [7]চৈরৈ ফিকোননুংকী অচানবা ॥ [8]মুয়া ঙাইখোং সিনসুলুককী অথূপপাকা ॥ ৱাংনা চাউনা কামন্নাখিএ ॥ **ৱাংনু লাইচাউথেন-ও** তৌনা কৌএ ॥ অতুসুং মতোমতে ॥ অসাইঙৈকী কেগে মোইরাংনিংথৌ ॥ অতোনলককী লোইচা ওমপা [9]মরুম তোনচাউনুনা ॥ ৱাংনা চাউনা

১। মৈদা খোংদনা হিংনা ঢাবা য়াবা ঙা মচা ঙাচিং। ২। তুংলোমদা মথুং পুন্নহনা। ৩। মথুং পুন্নপা লাঙ্গা ফাবা মীগুম থম্নহনা। ৪। লৈফম অকোয়বা চেহ্নোকপা য়াদনবা অকনবা শফল থারপা হাংনরে। ৫। মোইরাংগী নিংথৌ ওইবশিংগী মরক্তা ৩২ শুবা নিংথৌ। ৬। নুপী ঊল থাহনা ঊল চিংবদা। ৭। লোয়া থুপ্পা হুংশিজনা চায়জবা। ৮। নুপী ওইবীশিংগী ফিশাবগী মপোং হাপ্পবা শিল্লুক মনুংদা হাপচবা অয়োনবা পোংকুমবা। ৯। মোইরাং নিংথৌ ১২ শুবা পুখিরাই লোইচা ওবগী মশালোয় অতোম্বা চাউহনা।

পাল্লম্এ ॥ **ৱাংনু-ও** থোননৈএ ॥ মোংপা মতাইমাতি ॥ লাইবা নৈমা লাইসন থানপীকা ॥ নিংথৌ য়েললাংপাকা ॥ মরান লুহোং খোংতোংলকপাত্তা সম্নখিএ ॥ **তুসম-ও** কৌএ ॥

হিথেল মতাইমাতি ॥ মপল য়াইবীরৈমাচা ॥ লেরা নিংথৌ থমপোংপানা ॥ লেমলৈ ঙাতাপাতা ॥ ৱাকয়ৈ মখুনেৎপু ॥ তোংচেং মৈনা ওননা থাংলমএ ॥ থমপোংপা **য়িরেন-ও** থোননৈএ ॥ মোংপা মতাইমাতি । [1]লোকখা ৱায়ানপা ॥ [2]হাওখা ৱাপুপাপু ॥ কোংয়াং ৱাতাংনুংকী ॥ [3]তাংচা নারিলসং তোংকোনপানা ॥ সম্ নমতা চীকলে ॥ **নাপচীক-ও** থোননৈএ ॥ য়িপু থপা পাল্লংমৈ ॥ মুমিং পাল্লংমৈ ॥ সারং য়ুঙৈকোনপু তাননা খান্পী ॥ লাইচা মহীথেনপু কাননা চোংনা ॥ খানিং মিকোনখৎলকএ ॥

হিথেল নমসাংমাতি ॥ অসাইঙৈকী লোকখা ৱায়ানপা ॥ হাওখা ৱাপুপাপু ॥ [4]তাংচা লিলাথিনা ॥ নমু নাতা চীকপাপু ॥ থাঙলেন মখুৎসুনা লেনথোকলাপাপু ॥ মালেম লয়তা তারে ॥ চীংসাং **নাক্-পক্-ও** তৌনা কৌএ ॥ চীংলেন অসিসু কয়ম পাকপানো ॥ **চীং-সাংপাক-ও** থোননৈএ ॥ থমপা চীংলেন মুচা ॥ চীংয়া য়ুফৈকোনপু তাননা খনপা ॥ লাইচা মহীথেনকী হয়া লাউথৎলকএ ।

তোরয় নমসাংমাতি ॥ য়িপু থমপা য়ুফৈকোনপানা ॥ কয়কানানা তানা খলএ ॥ লাইচা মহীথেলকী খানিং মিকৌখৎলকএ ॥ কেকে মোইরাং সামনপানা ॥ থরায় চাংতোল খল ॥ সোয়রেন থমথাং লৌনা সোয়সেনএ ॥ কেকে **সামনুতাক-ও** থোননৈএ ॥

১। লোকখাগী মীৱা য়ানবা কাঙবু। ২। হাওখাগী মীৱা পুৱাশিংবু। ৩। নারিল কৌবা অনিকপা উনা ৱানাভদা লৈগনবা অনাংবা লিন। ৪। মহু চেনবা লিল শাখিবনা।

লয়রায় মুংগীমাতি ॥ ময়িম কাচেং তাংখু তাংহননাউনা ॥ [1]মপল খুমু কৈওইপাপু তাননারকঙৈতা ॥ কাকলেনপু মু-ও কৌএ ॥ মুনা তোংলমএ মুচীংও কৌএ ॥ অতুম্বুং মতোমতে ॥ ঙাংঙোই য়োইমোংপানা মুনা ফৌরমএ ॥ মুচীংও কৌএ ॥

মোংপা তোরয়মাতি ॥ [2]ঙাংঙোই য়োইমোংপানা ॥ থরায় চাংতোন্‌খল্ ॥ সোয়রেন থমথাং লৌনা সোয়রৌরমএ ॥ ঙাংঙোই য়োইমোংপা সোয়রেন য়াইনে ॥ লাইচা মাখলমা ॥ [3]হাওরৈ নোংপোকলা পাংপারমতি ॥ [4]মসানৌ য়োইহৈতোন তাউথিংমাঙনা ॥ [5]সোয়রেন থমথাং লৌনা সোয়সেল্‌লমএ ॥ তাউথিংমাং সোয়রেন-য়াইনে ॥ সোয়রেল থনথাংনা হয়া লাউথৎলকএ ॥ মোংপা মতাই-মাতি ॥ থুকা তুম্বুংপোক মায়তোংপা লাইহোইলম ॥ থুকাপা লাইচিংলম ॥ হাউতক লৈতেম্পাল ॥ থুকা য়িমায়মেননে ॥ খোংলেন হেমতৌতাইনে ॥ থুকা য়িমায়মেনপু তাননা থনপা ॥ [6]খোইমোম থাকা লাইকা তানপা ॥ লাইচা মহীথেনকীপু থানিং মিকৌরকএ ॥

তোরয় নমসাংমাতি ॥ ইথাই পুনেমচীংও কৌপাতি ॥ হয়িঙৈ খোইমোম লাইরৈমা ॥ লোইমোম ফৌওইবীনা ॥ [7]কেকে মোইরাং থোইতিংচামপাপু হুললানঙৈ ॥ [8]ইথাই কাইরেমপাপু য়িনতাল্‌লক্-পাতা ॥ লোইমোম ফৌওইপীনা ॥ য়াওরৌ সচিতেং ॥ সচি খোংখুরাতা লাইচা য়িতমপিও হায়না থৌনেকথিএ ॥ হয়িঙৈ লাইচা অরুববুদি

১। তাংখু অমম্বুং তাংহন্নাউগী মপা খুমু কৌবা কৈ হেক হেক ওনদুনা মচিঙাক থিব। ঙবা অহুবু। ২। থুঃ গী কুমশিং ২৬৪ দগী ৩৬৪ কা ওবদা পানথিবা মৈতৈ নিংথৌ তাউথিংমাংগী মরাবা। ৩। নোংপোক মায়কৈরোমদা। ৪। য়োইমোংবগী মনাও ইবুংঙো মৈতৈ নিংথৌ তাউথিংমাংনা। ৫। ঈশিং থিজত্না ঙা ফাননবা শোয়নাপ্ত্না। ৬। অপিকপা অচৌবা লাই পূরমকপু তায়োকপা। ৭। মোইরাংদা লৈবা অকোংজামবু হন্দোক্লগা। ৮। ঈথাইদা লৈবা মোইরাংগী নিংথৌ, নিংথৌরোল ৩০ শুবা।

অহক্পাও কৌএ॥ য়িমু অথেনববুদি অপাবা ও কৌএ॥ লাইচা অহকপাপু পায়এ তমনাখিএ॥ য়িমু অপাববুদি॥ য়াংলৌ খুরু খুতক্নানা॥ লাইচা হকএ তমনাখিএ॥ লোইমোম ফৌওইপীতি॥ য়াওরৌ সামাকোয়॥ তুরেল মংথাংকোয়॥ নাবা খোয়রেন থাঙপু॥ রাকয়ৈ হীকা ওই॥ [১]সংলৌ কৌতাংকোন্না॥ খুমু নৌকা ওই॥ পোনপী রায়রং-চেক॥ [২]চেকলা খাংপিরাংচাক খোংসুপী॥ মাকপা পানচুমপীনা॥ তোংচেং [৩]হিনাউ সানা॥ লাইচা য়িরানপাপু॥ তোংচেং য়িফাই-চল॥ রাকয়ৈ চেপনা হাইরে॥ য়াংমোম মহুই-রোইনাই॥ লোইমোম ফৌওইপীতি॥ নিংথৌ রাংপাসল॥ লরাই মনসারীকনা লাইচা য়িরোনমুংকী॥ থাংয়ি থাতা পমনা পায়থং-লকএ॥ মনাও তোনপা থেংকোইয়েন॥ [৪]সংলৌ য়েননা লেকনা॥ লাইচা য়িরাংমাতা॥ খোয়নৌ য়িতা লাইরেমমাও॥ লাউও হায়না লামতুম লামনা কৌঙমএ॥ অতুতোংকিপু মনাও তোনপা থেংকোইয়েন কৌপাতি কতৌনাকো॥ সংলৌ য়েলরাংমা ককূলা রাংমা সংকুয়েন ও তৌনা কৌএ॥ খোইমোম লাইরেমমানা॥ [৫]সংলৌ না-কা থংনা থৈনা ভানা মীকপখিএ॥ খোয়নৌ য়িতা সংলৌ য়েনরাংমা নঙতি॥ হয়েং [৬]খানলৈ লৌরীমুংতা॥ থাংয়ি খোঙতিন্না॥ লোইমোম খোঙ-লোননানা লমওকনাসে॥ খোয়নৌ য়িতা নিংথৌ রাংপাসল॥ নঙতি হয়েং [৭]থাংয়ি ঐনা ইপান-ফা॥ [৮]লোইমোম য়িনৌ চোংলাপাতা॥

---

১। অশং অমান থাওবা লেনবা মাবা মতোল কোয়প তৌবা থাজোল। ২। নিংথম থাদদা থোকপা থাম্‌ংচাক কৌবা উচেক। ৩। হিনুংদা ঈশিং চঙলক্‌না লুপ শিংরুবা। ৪। অশং-অমান ওইবা মন'-মশীং য়েনগাং নাপী পূম্বী মনাশিং অছু লেকথরক্‌না। ৫। অশং-অমান ওইবা য়েনগাং নাপীগী মনা থংগ জুনা। ৬। লৌবুক্তা লৈবা লৌমীদা। ৭। ফৌ পাম্বী ঐনা পাম্বোং মপুং শাররুবা। ৮। ফৌ পাম্বোং ওইরবা ঐগী ইনানা মনৌ নিঙথিনা চোংলরুবা মতমদা।

[১]নাহা নকে-মাপু থারমলাউও ॥ খোয়নৌ য়িতা [২]সংলৌ কৌতাং-কোন নঙতি ॥ লৌরী সেনতোইম্নুং ॥ লংমাই লৌখনম্নুং ॥ খোংপাল চামলৌলানা লাউরা খোংপালমতা লমওকনাসে॥ খোয়নৌ য়িতা য়াওরৌ সামাকোয় ॥ ভুরেল মংথাংকোয় নঙতি ॥ তাইপং মীনা থুমনাউ নাহে সোনপা॥ য়েননাউ নাহে তমপানা ॥ তরা চাহম্নাস্নুনো॥ চামলৌ লূকপানথকতা লমওকনাসে ॥ খোয়নৌ য়িতা পোনপী বায়রংচেক ॥ মাকপা পান-চুমপী নঙতি ॥ হয়েং থাংয়ি ঐনা য়িনুং ওইনা ॥ [৩]লোই-মোম য়িয়াই কারপাতা ॥ [৪]ককলোং চিরাই থানা ॥ [৫]থাংয়ি চীপুং পৈরপাতা ॥ [৬]য়িতিন য়িকাংমাপু মনচরাউও ॥ য়াওরৌ সারৌ-চাউ ॥ সচি খোংথুরা নঙতি ॥ চীংঙু ঐপু [৭]তাংশকতে ॥ হয়েং থাংয়ি ইনা-মা॥ লোইমোম কৌরিক মাপু তংলপাতি ॥ নঙপু খোইয়ম লাইনা খঙস্নুনো ॥ কোরৌ নোংনা য়েংস্নুনো ॥ হায়না সোনমোইখিএ ॥ খোইমোম লাইরেমমা লোইমোম কৌওইপী ॥ থাংয়ি অহোঙপী ঐপু ॥ [৮]কোরৌ করমপানা লায়রপানো ॥ চীংঙু করমপানা থয়পানো ॥ লাইচা য়িনাস্নং করম থৈথুঙমপানো ॥ কোরৌ মনোংথৌপু পুনেমনানা মীকপখিএ ॥ অতুনোংকিপু **ইথাই পুনেমচীং-ও** তৌনা কৌএ ॥ মপল বাংঙমলৈমা মায়নৌচা লিনকোয়কি মোইরাং ইথাই কাইরেমপা মচীংচিন ॥ মনাই তাপা য়িবা পন্চল্লম্ ॥ সেকবা তাংতলপোক ॥ ইথাই পুনমচীংতা ॥ খুনচান হেমপা লোইলেপপানা ॥ [৯] তরাউ লোইহাই থিপা বাকী ॥ তরাউ মনিন নাইপানা ॥ চৈরৈ মনিঙখমপু ॥

---

১। ঊনথংলকপা মতমদা খোকপা হৌনবা হস্ অছু থাদরকউ। ২। অগং-অমান থাওনবা থাজোল নহাক্তি। ৩। কৌ পান্দোং ওইব ঐনা পুন্জি মতম লোইরক্লবদা। ৪। অপাকপা মৈনকক থারগা। ৫। কৌনা চীপুং পানা পৈথংলকপা। ৬। তীল-কাও য়াওবছু মনখোকলোলাউও। ৭। লাইরেমমনি হায়বা ঐবু থঙত্রবাজে। ৮। খোইয়ম লাই করবনা ঐবু খৌগাত্রবনো। ৯। তরাউ খুন্দা লোই থৌবদা বাহর-বাতা ফজদবদগী।

লাইচা য়িরোনহ্নুংতা ॥ কাপতু লৈথে লেংনা য়াইতমলে ॥ খুনচান হেমপা লোইরেপপাতি ॥ [1]পলেম পিসোললে ॥ [2]পনথৌ পাসোললে ॥ কপলাক তাংলক চোকনা ॥ [3]হুইচি থমচিরে ॥ [4]সেত্তৌ তৌঙা মোঃইহোইনা ॥ লিনরঃই সনলম য়িল্ললে ॥ মরুমপী বাংহ্নু চেংঙা চহ্নুনা ॥ থংলেন খুনচান হেমপা লোইরেপপা নঙনা ॥ লহান তরাউ লোইথৌঙৈ ॥ চৈরৈ ননিঙখমপু ॥ কাপতু লৈথে লেংনা ॥ লাইচা য়িরোনহ্নুংতা য়াইতমপানরিঙৈনে ॥ থংলেন-ও [5]থারৈ কুমহিকুনো ॥ নরুম ঐনা থৌথামথিকে হায়খিএ ॥ বাংহ্নু চেংঙা চহ্নুনা ॥ লাংলেন কোংয়াং [6]তাংখুয়ৈ ॥ তুরেল লাইচা ফৈনা লামনা মীকৌথিএ ॥ খুনচান হেমপা লোইলেপপাতি ॥ তাইপং মালং ময়াই কারকলে ॥ খমকোল অনৌ লাংলকলে ॥ বাংহ্নু চেংঙা চহ্নুনা মীকৌরাইনে ॥ খোইমোম লাইরেমমা তোনথাংহ্নুনা ॥ ইথাই পুনেম চীংপু তাননা খলএ ॥ লাইচা মহীথেনকী খানিং মিকৌথৎলকএ ॥

হিথেল চংলৈ নমসাংমাতি ॥ লমলেন তাকনমথি-ও কৌপতি ॥ লাইবালৈমা লাইসন থানপীপু ॥ নিংথৌ য়েনলাংপানা মরান হ্নুহোং খোংতোংলকপাতা ॥ খোইয়ম মমান মচা ॥ চৈরৈ ফিকোন্‌হ্নুংকী অচানপাকী ॥ মার মখোঙখুনপু ইথাই পুনেমচীংপু তাননা খনপী ॥ খোইমোম তোনথাংহ্নুনা [7]য়িনফুই মায়রং সোনঙমপাতা পাউহংপাংপু ॥ লাইবা লৈমা লাইসন থানপীকী ॥ মার মখোঙখুনপু তাবঙমএ ॥

১। ইমা ইমা হায়না শোল্লকলে। ২। পহৌ ইপা অপোকপা হায়না তোয়না কৌরকলে। ৩। হুই-হুই লাউবা স্বর মপী হোল্লক্লে। ৪। সদৌ থোংবা হৌরকলে। ৫। ফৌগাকচাউপী মথারোমদা লৈবা তগ্ন্রোমদা অশিবশিংগী থব্বাইনা হেক হেক চৎনৈ হায়না খাজনবা লমদা চৎথিহৈহু। ৬। বা মতাং তেনবা চৈনা ঈমায়দা য়ৈরতুনা। ৭। নূপী ঈজ চিংবগী চিংথৎপা মতমদা।

খোইয়ম মমান-মচাকী ॥ মার মথোঙখুনপু ॥ নম্না নম্না থিরকএ ॥ লমলেন **তাকুনমথি-ও** তৌনা কৌএ ॥

হিথেল চংলৈমাতি ॥ লোকখা নিংথৌ য়েন্‌রাইপানা ॥ [১]নোংচুপ হাওরোং থেংঙৈ ॥ হাওরোং কায়পা নিংথৌপু ॥ [২]লুরক কাঙতৈ থি ॥ [৩]খৌনাউ লোনথোঙ লেল্‌লকুলাপাতা ॥ তাঙচা মসম্‌ রাংলপাকী-তমক [৪]ককলৌ মান্‌পল্‌থকুকী হাত্তিংথৌ ॥ তিংথৌ শংনা ফপাপু ॥ [৫]হুমতং মনা খাওনা ॥ [৬]হুয়েল লানসম্‌ সানা পুল্‌লকুএ ॥ **সমসা-ও** তৌনা কৌএ ॥ মোংপা তুথুপমাতি ॥ অঙৌপা নিংথৌ তোরা খুনমা লানয়ানপা ॥ মুচীং হিথাপা হাওতক লমফমপা ॥ খুনখা লম-লোকপানা ॥ কেকে খুমুনাউ সোয়সেনপা ॥ ঙাংঙোই য়িচি চেনপাপু ॥ রাকয়ৈ য়িথুনেংতা পুননা হাপঙৈতা ॥ মরুম তেকনু নামোইমুনা ॥ [৭]সমু লেংলোইতোনপু হলরাইপিরম্‌ও ॥ হায়না পুনেমচাখিয়ে ॥ অঙৌপা খুনমা লানয়ানপানা ॥ ঙাংঙোই ইচি চেনপাকী ॥ তাংচা লুরেনতোনপু ॥ রাকয়ৈ তেংমায়থকতা তারমএ ॥ **হৈকক্‌-ও** কৌএ ॥ কেকে মোইরাং কোকপা রাংপাকী ॥ মাহুই খান্‌পা অথৌপানা ॥ খোইমোম লাইচমপু তান্‌নারকপাতা ॥ খোইমোম লাইচমতি ॥ লাইচা য়িতা নান্‌থখিরে ॥ লমলেন **নানপাতা-ও** থোননৈএ ॥ খোংলেন হেমতৌ তাই ॥ হৈকক্‌ মহীথেননে ॥

তোরয় নমসাংমাতি ॥ লমলেম লাইচমখোং-ও কৌপাতি ॥ কেকে মোইরাং কোকপা রাংপাকা ॥ খোইমোম লাইচমকা ॥ খরায় চাংতোল-থল্‌ ॥ সোয়রেল খমখাং লৌনা [৮]সোয়সেনমন্‌নৈএ ॥

---

১। নেংচুপ মায়কৈয়োমদা লৈবা হাওরাং লমদা লান্দারকপা মতমদা। ২। মকোক মৈথায়বগা। ৩। খৌরী চয়মদা থাঙনা লেল্লক্লবদা। ৪। অতোঙবা লমদা কুঙনা মতা শম্না হোবা তিংথৌ। ৫। মনা শাংবা নাপী হুমদং অদু থাওরগা। ৬। লান্দা ফাবা মীবু মশম পুন্দুনা পু-নবা হুমদং মনানা মশম ওইনা শীজিন্নরুনা। ৭। মকোক মাওপ্রবম্ মশা অতুদদি হনবিরমউ। ৮। শোয় নাপমিন্নৈএ।

তাইপং কোকপা ৱাংপানা ॥ পাথৌ খোইমোম লাইচম-ও ॥ য়িপিংঙা [১]তরা চাহান্না ॥ [২]ৱাংলৈ য়ুহাননাসে ॥ হায়না সীংনখিএ ॥ কেকে কোকপা ৱাংপাতি ॥ মরৌ লৌনা হৈনা ॥ মহুই খান্পা অথৌপাপু ॥ চেঙপোন ৱাইরৌন্নুংতা হাপ্লক্এ ॥ খোইমোম লাইচমতি ॥ তাইপং মীকোক মীরু ॥ মীখোঙ মীখুৎপু ॥ তরা চায়োম্লক্এ ॥ খোইমোম লাইচমকী ॥ তরা চায়োম থোকপাপু ॥ কোকপা ৱাংপানা ॥ পাথৌ লাইচমও ॥ তরা নচাকয়োম অসিতি ॥ [৩]ঐতি তংহৈতে ॥ ঐকী তরা য়িচাকয়োম অসিতুম ॥ পাথৌ য়িপিংঙা তংমননাসে হায়না ॥ চেঙ-পোন ৱাইরৌ মখুম হাংনা ॥ তরা চাকয়োম থোকলকপাতি ॥ মহুই খানপা অথৌপানা ॥ খোইমোম লাইচমপু কৌনা কৌনা তাননাখিএ ॥ অতুনোংকিপু **নোংচুপ লাইচমখোং-ও** থোননৈএ ॥

হিথেল চংলৈমাতি ॥ লোকতু হিয়াংথাং-ও কৌপাতি ॥ কেকে মোইরাং [৪]উরা ঙাংঙোইপা মতাইরেম ॥ লমপু থোংঙাই য়াংখুপানা ॥ [৫]লোকখা লোইকেনপা ॥ [৬]হাওখা লোইনেনপানা ॥ হাওখা লোই-হাইঙে ॥ লোকখা [৭]মরৈমাপী ॥ হাওনু তোমসোল লাংমৈন্নুনা ॥ হাওখা মোংতা-লি ॥ খেনতে লানতা-লি ॥ চাইরেন লিনুংচঙতা ॥ হাওতে অগুমপা ॥ ৱাংলৈ অয়াকপাতা ॥ নাৱা খোয়রী তিঙনা য়াইতমখিএ ॥ লমপু থোংঙাই য়াংখুপানা ॥ [৮]চৈরৈ ফিকোনন্নুংকী চেংলৌ মিংথিংলে ॥ মিংয়েং সানথৈরে ॥ চৈরৈ ময়িনফি অরন্পানা করম তাকলক্পানো ॥ অতুনোংকিপু **চৈরৈ-ফিতা-লাক-ও**

১। চানবা চাক্কী চয়োমদা চাক হাল্লহুনা। ২। থক্লবা য়ু হাপ্পবা উতোংদা হায়সি। ৩। ঐদি মাহু চাহৈ-থকহৈদ্রে। ৪। মোইরাং মিংথৌ উরা খুন্দাবদি ঙাংঙোইহন্নু কৌই। মহাক মোইরাং নিংথৌ ১২ তবদা পানবা নিংথৌনি। ৫। লোবথা লমদম্বু লোইচনবা। ৬। হাওখা লমম্বু লোই চনবনা। ৭। খুল্লাকপী। ৮। ফিনা মমায় খুম্বদগী ফিঙ্গুংদগী য়েংলকপদা উরে।

তৌনা কৌএ॥ লমপু থোংঙাই য়াংখুপানা॥ হাওতৈ অয়াকপা॥ ঝা লৈ অথুমপাপু [১]য়োংপিতে॥ মথংলেন লোকখা নিংথৌ য়েনবাই-পানা॥ [২]লাপা থুমনপু॥ য়াংতৌ সারম লীপা॥ চকমোম নমথায় তানপানা॥ [৩]মরান ওনতেয়কপাতা॥ অসাইঙৈকী তানলোয় মরুম-পীনা॥ নাবা খোয়রী তিঙনানা ম্নাইনাপাপু॥ মথংলেননা বাংলৈ চেননা য়োংলাপাকী॥ লোকখা নিংথৌ য়েনবাইপাতি নোংমললে॥ ময়িম লোকখা মনিননাইপা॥ হাওখা লেংকনপাসিংও॥ ইথংলেনপু থোংঙাই য়াংখুপানা য়াইনারে॥ হায়না কংলৈ মস্থমঙাঙতা॥ য়াবা মথোনচেনপু বাংনা পাউমেললাপাতা॥ [৪]লোকখা হাওখা পূমনা হৌনা॥ হুয়েল লানতাললকএ॥ লমপু থোংঙাই য়াংখুপাতি॥ হুয়েল লানচেললকপাতা॥ [৫]তুপি অঙনপা॥ লাইরেল অরেমপানা॥ বাকয়ে হিপু ওইনা॥ তুরেল মোংপা-য়িপু॥ ফৈনা থিংনা থাংপিঙমএ॥ লমপু থোংঙাই য়াংখুপানা॥ লয়রায় মুংপীথকতা লেপনা পাউমেন-থিএ॥ লোকখা হাওখা লেংকনপাও॥ লোকখা নিংথৌ য়েনবাইপাপু॥ ঐ [৬]পায়নাতে॥ মরুমপী খোয়নৌ লাংমৈগ্নুনা॥ নাবা খোয়রী তিঙনা ম্নাইতমলাপাকীপু॥ নোংমনপানে হায়না পাউমেল-লমএ॥ তুপি অঙনপানা॥ বাকয়ে হিপু ওইনা॥ তুরেল মোংপা য়িপু ফৈনা থিংঙমএ॥ লোকতু **হিয়াংথাং-ও** থোননৈএ॥ অতুম্বুং মতোমতে॥ ময়িম লোকখা হাওখানা॥ চংনিং লীকপাল লোইবু॥ ময়িম নোংয়াই থুমনতাদি॥ চোনকা চোনপা মথকতা॥ পরেং মঙা হাইএ॥ কেকে মোইরাংতাদি॥ কৌগ-কৌবা মথকতা॥ পরেং মরিতামা হাইএ॥ হায়পাকীপু [৭]বা তাথিথিএ॥ কেকে ঙাংঙোইপাতি

১। থকপিদে। ২। ওকলেন অচৌবযু। ৩। মমুম মায়কৈরোমদা হল্লকপদা। ৪। লোকথা-হাওখাগী মী পুম্নমক্কা হোদুনা। ৫। মতিক ময়াই লৈরবা লাইরেল। ৬। তিন্ন-তোৎনরুদে। ৭। মপূক্কা শাউখিএ।

বাকয়ৈ [১]হিমৈপা তোংএ ॥ নোংয়াই খুমন নিংথৌ ॥ খুমন নিংথৌ [২]চীংখোঙ থোংক্রাইপাতি ॥ তোংচেং [৩]লাংমৈপাপু তোংনা ॥ ছুয়েল লানতাখিএ ॥ বাকয়ৈ হিমৈপাকা ॥ তোংচেং লাংমৈপাকা ॥ বাকয়ৈ মৈনা ওন ॥ তোংচেং লুনা হন্না থাংলমএ ॥ অতুনোংকিপু লমলেন **হিয়াংথাং-ও** তৌনা কৌএ ॥ মোংপা মতাইমাতি ॥ কাতোং কারাংচীং ॥ তোকপা য়েনফৈ-চীংনে ॥ চীংলেন নাপোমমা তৈপাতি ॥ অঙৌপা নিংথৌ তোরা ॥ খুনমা লানয়ানপা ॥ হাওতক লমফম্পানা ॥ থাঙলেন মথুৎসূপু কাউরমএ ॥ **থাঙকাউ চীং-ও** কৌএ ॥ মোংপা তুথুপমাতি ॥ লয়তৌ ফুমলেন-ও কৌপাতি ॥ ময়িম লোকখা-হাও-থানা ॥ চংনিং লীকপাল লোইপু ॥ কেকে মোইরাংতাসুং ॥ নোংয়াই খুমন লমতাসুং ॥ হাররোইএ হায়না পরেং অচৌপাসুং ॥ পরেং অচোনপাসুং ॥ মালেম লয়তুপু তৌনা ফুম্লম্এ ॥ **লয়তৌ-ফুম-লেন-ও** থোননৈএ ॥ পুমলেন থোনমারকতি ॥ খুনচান নিংথৌ পানাপাকা ॥ মসানৌ থাংআতোনকা ॥ য়াওরৌ সানাপাতা ॥ [৪]হয়িংৎ মখোয়ফোয় ॥ [৫]হয়চাং মমায় লেল্এ ॥ **কোয়রেল-ও** থোননৈএ ॥ [৬]হয়চাং মনম্ চাউরে ॥ **নমচাউ-ও** থোননৈএ ॥ হয়চাং মনম্ চাউরাপাপু ॥ মালেম লয়তা তৌনা ফুম্লম্এ ॥ লয়তৌ **ফুমলেন-ও** থোননৈএ ॥ অতুসুং মতোমতে ॥

অঙৌপা নিংথৌ ॥ তোরা মুচিং হিথাপা ॥ খুকা লমলোকপানা ॥ কেকে মোইরাংনিংথৌ ॥ [৭]অতোনলককী লোইচা ওমপা ॥ তালোয়

১। মোইরাং নিংথৌগী হিগী মমিং। ২। খুমন নিংথৌশিংগী ১৭ শুবা নিংথৌনি, মহাক হাওরম নিঙ্গোম য়াইমবগী মনাও হাওদমতোনগী থারানি। ৩। খুমন নিংথৌ চীংখোঙ থোঙ্গাইবগী মমিং থোলবা হি। ৪। হয়য়িংকী মখোক ফোয়দৎলগা। ৫। হয়জাংগী মমায় থাঙনা শোইরক্লনা। ৬। হয়জাংগী মনয়া শিনবা থুংলক্লে। ৭। মোইরাং নিংথৌ ৩২ শুবা নিংথৌনি মহাক মোইরাংদা চহী ২১ পালম্মী।

মরুমশী ॥ [1]রাংঙমলোন কৈথেল থানশীপু চেননায়কঙৈতা ॥ কেগে খুমুনাউ সোয়সেনপা ॥ ঙাংঙোই য়িচেপপানা ॥ লৱাই হাওয়াম-মোই ॥ চেকলা মোইমায়কাঙ ॥ মথা মোইমায় তোপনা ॥ ফিঙাং কিসিনাপা চেকপু ॥ সমু খুৎতা সুনা পাউমেলঙমএ ॥ [2]হে য়ামশী লৈচেংঙাংও ॥ চেকলা নসাতোনপু থেকতে ॥ খুনমা লানয়ানপাকী মথুতোনপু থেকপানে হায়না পাউমেললমএ ॥ অঙোপা নিংথৌ তোরানা ॥ লুরক কাঙতৈ-থিদা ॥ [3]থৌনাউ লোনথোঙ লেনতানা ॥ রাকয়ৈ মখুনেৎতা পুমনা হাপ্‌লক্‌এ ॥ ঙাংঙোই ইচেপপাকী মরুম তেকমু নামোইমুনা ॥ অঙোপা ইপুংঙু তাউ-ও ॥ থংলেন অসিপু য়াওরো ইসা নত্তে ॥ নপারী নাউথাকনা ॥ নমোম নাউহমনফরোই ॥ কতৌপা পুমনা হোনখিপানে ॥ [4]সমু লেংলোইতোনপু হলৱাই-পিরমও পাউমেল্‌ঙমএ ॥ অতুনোংকিপু **পুমলেন-ও** থোননৈএ ॥ লয়তৌ ফুমলেন চীংপু তাননা খানশী ॥ ইশী পুকস্রীলাই ॥ মুমু লৈমা সেরৌ রানতংশী ॥ লাইচা মহীথেন ॥ খোংলেন হেমতৌ তাইকী খানিং মিকৌরকএ ॥

তোরয় নমসাংমাতি ॥ হাপসা ঙাহোনসোয়ও কৌপাতি ॥ খেনতে নিংথৌ হাউতক লায়পানা ॥ খরায় চাংতোন-খল ॥ সোয়রেন খমথাং লৌনা সোয়সেনঙৈতা ॥ হুইতৌ নিংথৌ য়েনরাইপানা ॥ [5]কাওরেন সনপুমমাকী ঙারাল্‌লে ॥ লেমলৈ পুঙমতারাপাকী ॥ রাকয়ৈ মখুনেৎতা [6]ফাহাপনানা হোল্‌লক্‌এ ॥ হাপসা **ঙাহোন-সোয়-ও** কৌএ ॥ হাপসা থোন্‌মারকতি ॥ অসাইঙৈকী খুনমা

---

১। মৈদিংঙু চন্দ্র ( নিংথেম চন্দ্র ) রাংঙমলোন হায়না শৈথানৈ।
২। লৈচেং খোৎলপা মাগী লমনি থন্না লম কঙবা য়াম্বী কৌবা উচেক।
৩। মথৌরীদা থাঙনা লেনবা হোনবা লেনবিদনা। ৪। মকোক য়াওদ্রবদ্ধ মশা অছুতদি হনবিরমউ হায়জরম্মী। ৫। কাওরেল শল অমা লৈননবগীদমক ঙা য়ায়া লৈরম্মী। ৬। ইচাই চাইনা পঙহাপ্ত-হাপ্রদ্ধনা।

লানয়ানপানা ॥ কেকে মোইরাং খুমুনাউ সোয়সেনপা ॥ ঙাংঙোই ইচেপপাপু হাপলকঙৈ ॥ মরুম তেবম্বু নামোইম্নুনা ॥ ইথংলেনপু কতৌপা পুমনা হাপখিপানো ॥ **হাপসা-ও** থোননৈএ ॥

হিথেল চংলৈমাতি ॥ অসাইঙৈকী তাইপং কোকপা বাংপা ॥ মছুই খান্পা অথোপানা ॥ খোইমোম লাইচমপু ॥ পুৎথ-পুৎথা ওনথ-ওনথা তাননাখিএ ॥ **ওনপুৎখোং-ও** কৌএ ॥ খোংলেন হেমতৌ তাই [1]লাইচা মছিথেননে ॥

মোংপা মতাইমাতি ॥ মৈতেংঙু [2]সমৈরাং য়োইরেনপানা ॥ কুমপা উসা-তা ॥ লাংচন লীরোলোককী ॥ কুমপা নিংথৌ সোয়ফমপাপু ॥ কায়না ছুললবৃঙৈ ॥ কুমপা নিংথৌ সোয়ফমপা মসানৌপু ॥ ছয়েল লানথৌথারকএ ॥ মোংপা খুনলম ইননা খুনতারকঙৈতা ॥ খোংমা তৌরমএ ॥ **লংমাইখোং-ও** কৌএ ॥ মোংপা মতাইমাতি ॥ অসাইঙৈকী কেকে কোকপা বাংপানা ॥ য়াংলৈ তাউপা মছুইচাপু সেনলোই মপাতাউ ॥ লোয়না-অপামপা কুমপানে হায়না [3]সারেন য়েৎনা কোননা য়োইচাননরমএ ॥ **য়োইকোন লমন্নুংসি-ও** থোননৈএ ॥

তোরয় নমসাংমাতি ॥ অসাইঙৈকী তাইপং কোকপা বাংপাকী ॥ মছুই খানপানা ॥ খোইমোম লাইচমপু তানখৎলকপাতা ॥ খোইমোম লাইচমনা ॥ [4]ফৈরা চেননা চেন্না চেনখিএ ॥ **ফৈতেনপী-ও** থোননৈএ ॥ হিথেল চংলৈমাতি ॥ মপল কোরৌ ছুইমুলৈমা-চাকা ॥ থারৈ কোনপীচাকা ॥ মমোম সাকালৈমাকা ॥ লাংলেন কোঙয়াং

১। ঈচেল লৈবা মাপী হিদেয়ে। ২। খুংগী কুমশিং ৫১৮ দগী ৫৬৮ কাওবা মৈতৈ লৈবাকী নিংথৌ ওইদুনা পাদবা নিংথৌনি, মহাক মৈদিংঙু নাউফংবগী মচা ইবুংঙোনি। ৩। মথুং য়েৎনা কোলদুনা চাম-চিম্না তৌবিরম্বী। ৪। মফৈপল চেম-চেম্না।

মৌপী ॥ উঙাম ঙামচাউ তোংনা খুনতারকপাতা ॥ তুরেল [১]মুংপী থাঙথোয়াই ॥ [২]হনপ্রু পাংথকতা ॥ মমা [৩]পুচেং লৈনৌপিচা ॥ খুনু মানথিকতোং ॥ চিংশোং লৈমপু ॥ খমনৌ মচয়ঙাকনা হাইথখিএ ॥ লমলেন **খুনুহাই-ও** খোননৈএ ॥ মোংপা তুথুপনাতি ॥ থারৈচা মোইপা পুংলেনয়াইনে ॥ [৪]লোকলৈ শনচি-শাপা ॥ পুলৈ ঙাঙনা শাপাপু ॥ চাতানা য়েনহেনপাসুং ॥ লোকতোন অতোনপা পুংলেন-য়াইনে ॥ হুয়েল লাননিকিতি কোঙয়াং মরৈমাপী ॥ হাঙনু তোমসোন লাংমৈনু ॥ সাংতে ঙাইমুপীপু খাকা-খা পানপা কৈয়েকলা ॥ খোয়মা নাতোনথককী অথোপাপু য়ায়কা-চল্ ॥ [৫]কাইপী য়েক সঙম্ ॥ সঙম থরাইতাঙতি ॥ থককা থোননা ॥ লৈম্ শেংতাকনা ॥ লয়হৌ শেং-ওইনানা ॥ অহোঙ য়োইথোনপুংনে ॥ মোংপা মথলমাতি ॥ কেগে মোইরাং খাইতোন লৌখিপা ময়িমফম ॥ মমোম শাকা লৈমা শাৎন-পুংনে ॥ তালোয় মরুমপী ॥ খিংখিং হয়রী পুংতোংপা চনু ॥ হাংশিংশং লৈমা নুংনাংখোমপী ॥ লাইজা মহীথেলনে ॥ [৬]লয়রায় মকুমলম হিথেল মতারমনে ॥

হিথেল মতাইমাতি ॥ মৈতেংঙু [৭]সেনপী মুংয়ামপা ॥ [৮]লেমলৈ ঙাচাপুংনে ॥ হুয়েল লাননিকিতি চৈংলোংপা অথোপাপু ॥ পুংচি নাতৈমাতা লয়হৌ সেংথাকনৈএ ॥ নোংচালোংপা অথোপাপু ॥ পুংচি নাতৈমাতা ॥ লয়হৌ সেংওইনৈএ ॥ পুংলেন ময়ায় খাংথকুকী ॥ হুয়েল লাননিকীতি ॥ চাখা সনকুপী সনকুপাপু ফানাপুংনে ॥ থাংরাই নিংথৌ [৯]সেনপী মুংয়ামপানা ॥ লেমলৈ ঙাচাপুংনে ॥

---

১। তুরেল মপান্দা হোৌবা লম থাঙজো। ২। হন্ত্রু কৌবা তিংথং পানবা পাম্বৈশিং। ৩। লমথুম্ব। ৪। শন মচৈ গুম্বা কোনবা লোকলৈ। ৫। শঙম। ৬। লৈমা নুংনাংখোম্বীনা হেক হেক কুপ্পা লয়রায়। ৭। খুংগী কুমশিং ১২৬২ দগী ১২৯৭ ফাওবা নিংথৌ ওইরম্বা মৈতৈনিংথৌ। ৮। ঙা চানবা পুং (মফম) ৯। মৈদিংঙু থাগেম্বগী মপা ইবুংঙোনি, মহাক যম্বলদা চহী ৩৫ চুপ্পা নিংথৌ ওইদুনা মৈতৈ লৈবাক্তা পাম্মী।

মোংপা তোরয়মাতি ॥ অরোং সঙলাংমৈও কৌপাতি ॥ অসাই-ঙৈকী কেকে মোইরাং নিংথৌ ॥ [১]উরা ঙাংঙোইপানা ॥ বাকয়ৈ হিমৈপা তোংএ ॥ নোংয়াই খুমন নিংথৌ ॥ চীংখোঙ খোংক্রাইপানা ॥ তোংচেং লাইমৈপা তোংএ ॥ লোকখা য়াকা-চায় ॥ হাওখা য়িমচঙ-য়ানঙৈতা ॥ মথংলেন তানচেং চামায়য়িপা ॥ মরুম সোকমু অরোং-ফাপীপু ॥ কায়না হুললকঙৈ ॥ মরান ওনতেরকঙৈতা ॥ ফয়েং নোং-ফাইরমএ ॥ ময়িম মোইরাংনা ॥ য়িসং লৈনা থলএ॥ ময়িম নোংয়াই খুমননা ॥ লমসং লৈনানা সাইএদো ॥ [২]সাতানপা মকাইফম ॥ মুরুকপা সঙশানা ॥ সঙলেন মাঙলম্-খন্ ॥ তৌরেন লাংকমপীচাপু ॥ য়িমপী কৌচাউ ওই ॥ তৌরেল মসা পাংমানা ॥ [৩]উরা হুমপু ওই ॥ সীংউৎ তোনথৎলৌ ॥ চানা সংসংয়ান্ ॥ [৪]কমপোং-হানা কূপনা ॥ সঙলেন অনী লোঙনা সাইএ ॥ হুয়েল লানস্থং অনী ফায়এ ॥ বাকয়ৈ হিস্থং অনী তোংএ ॥ লাইচা য়িচিনস্থং অনী লোঙএ ॥ হায়পাকীপু লমলেন **অরোং সঙলাংমৈ-ও** তৌনা কৌএ ॥ লাইচা মথল-মাতি ॥ কেকে খোয়রীতাক ॥ মোইরাং নোংকাংখোংও কৌপাতি ॥ মোইরাং নোংকাং কৌপানা ॥ খোংমা তৌরমএ ॥ [৫]**নোংকাং-খোং-ও** কৌএ ॥ কেকে খোয়রী তোনচাউস্থনা ॥ সীংউৎ নাচুং-য়ৈ ॥ য়ামলা খোংফৈ চিরোল চন্না সোয়সেনএ ॥ ময়িম কেকে মোই-রাংনা ॥ সোয়পুতি তাক্-ও কৌএ ॥ অতুনোংকিপু [৬]**খোয়রীতাকও** তৌনা কৌএ ॥ খোয়রীতাক নোংকাংখোংপু তানা থনপী ॥ পোন চেনপী পোনচেনপা মহিথেননে ॥ কেকে খোয়রীতাক ॥ মোইরাং নোংকাংখোংপু কাননা চোংনা ॥ থানিং মিকৌথৎলককে ॥ লাইচা

---

১। মোইরাংগী নিংথৌ ১২ তবা চহী ৪৫ চুপ্পা পালম্বা নিংথৌ।
২। শা তানবশিংগী য়ারেকফম ( লৈফম )। ৩। উরা হুমদাং ওইদুনা।
৪। কম্বোং মনানা থা-না কূপ্পুনা। ৫। মোইরাংগী লমদা লৈবা কেগে নোঙ্গাংখোং হায়বা লমগী মমিং। ৬। খোর্দাক হায়না থঙনবা মফম।

মথলমাতি খাইতোন লৌথিপাতি খমনিংসোয় ॥ মোইচা লাংহৈঙমপা ॥ [১]খানতোম তেলহৈপা খমখাঙসোয়নে ॥ লীরী থমোয়তিং ॥ লকা তেনমৈ লাকনা ॥ [২]মযু খাইতোন লৌথিপাপু কাপফৎসোয়নে ॥

মোংপা তোরয়মাতি ॥ লমলেন তেনমৈ কারোংপান ॥ লোইমোম ফৌওইপী মকাইফমনে ॥ মোংপা মতাইমাতি ॥ লৈমা লাইকারেমপী কুমচামথেননে ॥ [৩]লুংপাল য়াংহনপা ॥ থৌপাল লাইচা য়িরম ইন্না [৪]বাকয়ৈ কুসাংমুংতা তাউরকপাপু লোক্নাবাইনে ॥ হিথেল চংলৈমাতি ॥ কেকে মোইরাং [৫]খুমু কৈওইপানা ॥ পানপা কৈসাঙৈত' ॥ মপারী কাচেং তাংখু তাংহন্না ॥ লীরী থমোয় তিংনা ইনতাল্লক্পাতা ॥ মপল পানপা কৈওইপানা ॥ পামেল উনম্মুক ॥ [৬]নমউক উতোনথকতা তোংঙমএ ॥ **কৈতোং-ও** থোননৈএ ॥

মোংপা তোরয়মাতি ॥ অতোন নোংয়াই তেরা কৌপানা ॥ বাকয়ৈ হিবায় চংপাতা ॥ তোংচেং মৈনা-ওন্ ॥ বাকয়ৈ লুনা হন্না থাংলমএ ॥ অতোন **তেরাথেন-ও** থোননৈএ ॥

তোরয় নমসাংমাতি ॥ অতোন লোইয়ম তাপা হাইপানা ॥ বাকয়ৈ খোঙওইনানা ॥ [৭]মথিংকোক হিনাউসা ॥ [৮]মসোয়রু হীরুতোং ॥ তিনখোক য়াংতৌ-লেং ॥ [৯]খোইয়া চিনতাই লেংনা খোইসোন্পাতা ॥ লোইপী মারেম সমপুম তেলহৈপানা ॥ লীরী

১। খানতোম তেলহৈবনা ঈশিং থিঙ্গত্তুনা শেম্বা শোয়। ২। মপুখৌ খাইতোন লৌথিবমু তেম্না কাপথত্তুনা হাৎথিবা শোয়গী মফম। ৩। লুবাং শলাইগী লুবাং গুরু পুনশিবগী মুপী মরি চুবা লমতন নিংথৌ চঙ্গনা পোকপা লানথৌ লাঙাবগী মচানিপ। অহল। ৪। হিগুয়া মনুংদ। ঈশিং চঙদনবা শেম্বা কু মনুংদা। ৫। খুমু কৌবা:: কৈ হেক হেক ওনবা ঙম্বনা। ৬। লমউক কৌবা উ পাম্বী। ৭। মথিংকোক কৌবনা হিনাউ শাবগা। ৮। মশোয়রু কৌবনা হীরুদা তোংদুনা। ৯। ঙা ফানবা থোইগী মচিন্দা লেংলগা।

থমোয-ত্তিং॥ লকা তেনমৈ লাকনা॥ [১]পাযমা থন্নং থীংনা চয়পীবে॥ লোইয়ম তাপা হাইপাতি॥ লাইচা য়িতা তানা সিরে॥ লমলেন **তাপাসি-ও** থোননৈএ॥ গিথেল চংলৈমাতি॥ লমলেন নিঙলৈপোক নিঙলৈখিন্ ও কৌপাতি॥ নোংযাই থিংকোনপাকা॥ কেকে থ ই-তোন লৌথিপাকা॥ তবা চাককৌনানা॥ ৰাংলৈ যুকৌনঙৈ॥ লোইমোম [২]ফৌসুং নিঙলৈ খিলএ॥ তবা [৩]চেংসু নিঙলৈ খিলএ॥ অতুনোংকিপু লমলেন **নিঙলৈপোক নিঙলৈখিল-ও** কৌএ॥ অভূসুং মতোমতে॥ ময়িম কেকে মোইবাংনা থবোইপু নিঙলৈবৈ-ও কৌএ॥ থবোই নিঙলৈপু যামনা পোকএ॥ **নিঙলৈপোক** কৌএ॥ মোংপা মতাইমাতি॥ অতোন নোংযাই থুমন লৈমা থিংলাই তোন-নুস্নুনা খোংমা তৌরমএ॥ থিংলাই **তোননুসু-খোং-ও** কৌএ॥

লয়বায মুংপিমাতি॥ লমলেন লফুসোয-ও কৌপাতি॥ কেকে মোইবাং নিংথৌ [৪]থিয়াং মীচাউপানা॥ মতাইবেম খোয়রী তোন-চাউস্নুপু॥ লেমলৈ ঙাসেমও হায়খিএ॥ মতাইবেম হাওবোক পানপীসু॥ ৰাপা পানচুমপাপু॥ য়াওরৌ সাসেম ও হায়খিএ॥ হাওবোক পান-পীসু॥ ৰাপা পানচুমপানা য়াওবৌ সায়াম চললুপাপু॥ কেকে খোয়বী তোনচাউস্নুনা॥ য়াওরৌ সাপল পনতোলপু য়ানফংলে॥ হাওবোক পানপীস্নুনা॥ তাংচা য়িকাইপা॥ হুইয়াই সেনকোই ৰাকী॥ [৫]নুং-পাল ফাইরৌচামপা মহৌ লোইবা-ফি॥ [৬]পাথৌ সানফোংতাপা॥ মানলৌ যুংনা হাইবা ফিনা॥ [৭]নমু ঙংতা কিনা॥ য়াওরৌ সাপল

১। থম্বোম্বী থ ূম্না লেংফাংলে। ২। ফৌগী নিঙউেম খিললে। ৩। চেঙগী নিঙউেম খিললে। ৪। মোইরাংগী ২১ শুবা নিংথৌনি, নিংথৌ অসি চহী নিফু চুপ্প মোইরাংগী নিংথৌ ওইখ্বা। ৫। লুবাং য়েক্কা পোকপা ফাইরৌ-জাম্বদা মহৌ কাঙবুনা লোইহা ওইনা পীরকপা ফি। ৬। মরুপ মপাং কনাবুম্ব থঙহন্দবা। ৭। মৌগী মঙক্কা কিশি কিয়গা।

পন্থকৃতা য়াননা নোংলমলে ॥ তালোই মরুমপী [1]খয়োইরোল চীংহাওম্নুনা ॥ য়িথংলেনপু লাক্তরে ॥ মরুম লৈমা লোইরেমফপীনা থোৌখামলপারা ॥ লোইতাম থাপু সিরে ॥ লাংহৈ কুমওললে হায়না ৱাওইথিএ ॥ তালোয় মরুমপী লৈমা লোইরেমফপী ॥ খুনচান কৈমু সেংপা চন্নু ॥ মপল সেনখোঙ লাললহাপানা পোকপিনা ॥ য়িমানমচা হাওরোক পানপীস্পু ॥ লোইতাম থাসিরে ॥ লাংহৈ কুমওললে ॥ থংলেনপু লাকতরে ॥ তালোয় মরুমপী খয়োইরোল চীংহাউন্নু সাথিপী ॥ নিংঙেনম্নুপী মৈহন চৈখুফপী ॥ কামুন্নুপী কুমওৎচৈ মায়মু-পীনা [2]থোৌখাম্লপানরিঙৈনে ॥ মমনেমচা হাওরোক পানপীসূকী ॥ মার মখোঙখুনপু থিরকপাতা [3]ককয়াই পানতমলৈপু ॥ সমু খূৎতা সূনা ॥ মমানমচাপু য়িনতাললকপাতা ॥ হাওরোক পানপীসূ ॥ ৱাপা পানচুমপাতি ॥ লোইতাম থাপু-সি ॥ লাংহৈ কুমপু ওললাপানি-বিনা ॥ [4]তেকপি ওকলাকোনতা ॥ [5]মরু ফুয়না নোংমন্ঙম্এ ॥ অতুনোংকিপু লমলেন লফুশোয়-ও কৌপাপু ॥ পোইরৈতা ফাথিপানা [6]লফূপাতম্সোয়-ও তৌনা কৌএ ॥ লফু মহিথেলপু তাননা খনপী ॥ লাইরেমমা মহুইন্নু লাইচা মহিথেল ॥ খোংলেন হেমতৌ তাইনে ॥ লফু মহিথেনকী খানিং মিকৌখৎলকএ ॥

লয়রায় মুংপিমাতি ॥ ময়ামমা নোংয়াই খুমননা ॥ [7]য়াওরৌ সানাপাতা লীরুং মখূৎসূপু মাক্-ও কৌএ ॥ মাক্ মখূৎসূপু ॥ লাইচা য়িতা তারে ॥ লমলেন **মাক্-ও** তৌনা কৌএ ॥ মোংপা মতাইমাতি ॥

১। খুমন য়েক্কা পোকচবী চীংহাওহূ কৌবীনা। ২। খামহুনা খমখিবা ওইরিগনি। ৩। অকূৎপা লমদা শাৎপা লৈ। ৪। ওক লাবা অচৌবনা লৈনম্বিবা মকোল। ৫। মরু-মম্নাঙ শরুনচিংবফাওধা মতেক মতেক তেক্না কায়না শিদুনা লৈরমএ। ৬। লফুপাতমশোয় হায়বসি হৌজিকী মতমদদি লফূ পাৎ হায়না খঙলরে। ৭। য়াওরৌ শা তানবদা।

[১]মৈতেংঙুচা য়োইরেনপা ॥ [২]থোংনাং লিশিং চায়পা ॥ [৩]মপল নোংপাললোন ॥ লোইপী থিংপাঙমপী ॥ হুয়েল চারাংচোংফাপীনা খোংমা তৌরমএ ॥ **থিংপা ঙমপী খোং**-ও থোননৈএ ॥ খোংলেন হেমতৌ তাইনে ॥ মোংপা মতাইমাতি ॥ কেকে খোয়রী নামোইয়াঙ ॥ কাওরেল মসন্‌চা ॥ ঙাঙ্‌পা চিসাংপা ॥ [৪]মচী সংকাই হাইতুমনাপা কাওকা ॥ অতোন নোংয়াই থিংকোন মুপিয়াচা কাওরেন মসনচা ॥ [৫]ঙৌপা চীতেনপাপু ॥ কাওরেন মচী তেললাপাকী ॥ [৬]হেকঙাই লোংখুম পনচল-হুকপা কাওকা । কাওরেল অনীমা লাইথেংনাপাপু ॥ ঙাঙপা চীসাংপানা ॥ ঙৌপা চীতেনপাপু ॥ [৭]কাওরেন লাইথেং-খৎলে ॥ মানপী চীয়েথোকলে ॥ মমৈ মনা কাঙনা তানখৎলকএ ॥ অতুনোংকিপু **কাঙক্রুপী নৈতানপোক**-ও কৌএ ॥

তোরয় নমসাংমাতি ॥ অসাইঙৈকি কেকে মোইরাং খোয়রী নামোইয়াঙ ॥ মসন ঙাঙপা চীসাংপানা ॥ ঙৌপা চীতেনপাপু তাননারকপাতা ॥ ঙৌপা চীতেনপাকী ॥ মচী হেকঙাই লোংখুম পনচল হুকপাপু ॥ নৈরায় মুংপীথকতা তারমএ ॥ অতুনোংকিপু ॥ লমলেন হেকঙাই **লোংখুমতা**-ও থোননৈএ ॥ মোংপা মতাইমাতি ॥ কেকে মোইরাং খাইতোন লৌথিপাকা ॥ নোংয়াই থিংকোনপাকানা ॥ তরা চাককৌনা ॥ ব্রাংলৈ য়ুকৌনঙৈতা ॥ খাইতোন লৌথিপাকী ॥

১। মৈদিংঙু কবোম্বগী মিং য়োইরেনবম্ব কৌই। থুংগী কুমশিং ১৫৪২ দগী ১৫৫২ ফাওবা কবোম্বনা পানখি। মহাক্কী মাপী থিংবাঙম্বীনা লাইনিংথৌ ঈশিং চাইব' পোকখি। ২। ইবুংঙো অসিবু থোংনাং লিশিং চাইবা হায়নম্ব খঙনৈ। ৩। মমা ইবেম্মা অঙোম চন্থ ওইবী। ৪। মচী অহু অথোবা শঙ্গ'ইগী মচিল অতুমঙম্বা তুম্নবা মচী পানবা অথাকপা কাওরেন শনগা। ৫। ঙৌবা হায়না মমিং থোন্নবা মচী অতেনবা পানবা শল লাবা কাও। ৬। মচ'দা অতোপ্পা অশাবা হন্নবা লোংখুম পান্নবা। ৭। শল লাবা অনী ব্রাইনখৎলকলে।

মোমন্থু তালোই মরুম্বী হাউনিংসং লৈমা মুংনাং খোমপীপু ॥ মথং-লেননা [১]বাংলৈনা তোনঙমনানা ॥ [২]হাউতৈনা কোকতা কারপাকী ॥ নোংয়াই থিংকোন হনপানা ॥ লৈমা মুংনাং খোমপীপু ॥ [৩]চিনকোয় পাউরাননানা ॥ চেংলৌ শকখঙনরাপারাকী ॥ মথংলেননা চেংলৌ মিৎথিৎলে ॥ মিৎয়েং সানখৈরে ॥ তালোয় মরুমপী [৪]মোমন্থু সাংতিং মখোঙলী ॥ অয়াং লাইফা চন্থু ॥ লৈমা অখোংফাপী সাকিলী ॥ থিক্রি চোমফা-লী ॥ মেননোং খুৎনা গুনপা ॥ কুমচেং ফায়েৎলীনা ॥ সমু তুংতা লয়না পুল্‌লম্‌এ ॥ অতুনোংকীপু খোংলী সাপুন-ও কৌপাপু ॥ পোইরৈতা ফাথিপানা । **খোংলীসাপনও** খোননৈএ ॥

লয়রায় মুংপীমাতি ॥ নোংয়াই লৌরেনপা ॥ অতোন ফৌ-কাকচাউ-ও কৌপাতি বতৌনোংকিনো ॥ নোংয়ায় হোংনেম্‌চম্‌ নিংঙোনপীতি ॥ উচিবা খোইতোনপালতা ॥ খানলৈ লৌতাইএ ॥ [৫]থাংয়ি কনাকিনা পীফাকাপানো ॥ [৬]লোইমোম কনাকিনা মকা চাউকাপানো ॥ হায়না য়েংনখিপাপু ॥ লৈমা থিংলাই তোনন্থু ॥ খানলৈ মরৌরেনতি [৭]থাংয়ি পীফারে ॥ লোইমোম মনৌ চোংলে ॥ লমলেন মতাইমা অসিকি ফৌতি ॥ করম চাউপু চাউপানো সোল্‌-লম্‌এ ॥ অতুনোংকিপু লমলেন **ফৌকাকচাউ**-ও কৌএ ॥ অতুসুং মতোমতে ॥ হুইতৌ নিংথৌ য়েনকাপা ॥ চংপী মকয়রেনপু [৮]খামপী মৈপোক থোকলে ॥ লোইমোম অকাপা ॥ থাংয়ি অকেমপাপু ॥ লাইচা য়িরম য়িননা তাউথরকএ ॥ অতুনোংকিপু ফৌকাকতাউ-ও

১। যুগী নেশানা কোক্তা মৈবদগী হেনখিবনা তোলহাইনহুনা। ২। যু থকপগী নেশানা কোক ঙাওয়হুনা জান মাঙবদগী। ৩। হায়দোকখিবা বাহৈহু ইরাল লামনা হায়বদগী। ৪। মুপী ওইবীশিংনা খোঙদা হিংলগা খাংজিং তাবা লংওয়া মনাম হানা কৈরবা লী। ৫। ফৌ পান্দোং অসি কনাগীনা হায়া মপী কাগদগে। ৬। কনাগী ফৌপান্দোংনা মকা চাউগদগে। ৭। ফৌ পান্দোং অহু মপী মপুং কারে। ৮। মৈনা চাকলে।

কৌপাপু ॥ পোইরৈতা ফাথিপানা লমলেন **ফৌকাকচাউ-ও** কৌএ ॥ মৈতেংঙু নিংথৌ মুংয়ামপা মতাইরেম ॥ য়াইচিং খুল-লাকপা ॥ সনা য়িনলেন লুপল্যাকপা কোঙয়ামপা ॥ লৈচোল লাকপা তোলোংখোমপা ॥ [১]অঙৌপা হিথা লাংলোইঙমপা ॥ সনা খাউ-য়েৎনা ॥ [২]লুপা থৈথাংনপাকা ॥ পামেল থোংখোং নীক ॥ [৩]কোংয়াং লেংফাই-চল লোকলৌ ফৈনা লাম্ ॥ [৪]মৌপী ফোপচল-য়ৈ ॥ উনিং খাকোয় য়ান ॥ [৫]লাংলেন পানপৈ সেমনা থোংসারাই ॥ ময়িম সেনপী ভুমুনা লাননৈএ ॥ অতুনোংকিপু **থোংফম ইরান-ও** কৌএ । কপো য়ামনা ফায়এ ॥ **য়ামফা-থোং-ও** থোননৈএ ॥ থোংলেন য়াইখুয়াইনে ॥

তোবয় নমসাংমাতি ॥ কেকে মোইরাং নিংথৌ ॥ [৬]সাংতোন লৈনাউ তাপানা ॥ রাকয়ৈ মৈবোঙপা ॥ তোংচেং হিনাউপা ॥ রাকয়ৈ মসা পাংমাতা ॥ নমু পোংপুম মঙা হৎথিনপা ॥ রাকয়ৈ হিসাং পাংমাতা ॥ নমু পোংপুম মঙা থেৎপা ॥ সুপনা তিললাপাদি চামমা মবি থিৎপা হিপু ॥ রাকয়ৈ খোঙওইননা ॥ খুমন মংখুন লোঙাকপী ॥ তাইকোন লোসঙপীপু ॥ ফাকে হায়না হুয়েল লাল-হৌরকপাতা ॥ নোংয়াই খুমন নিংথৌ ॥ [৭]খোংলৈমা মচা ইকোপ লান্থপানা ॥ [৮]থিংলৌ পনচলঙমএ ॥ [৯]ওকলেন কোনলোনঙমএ ॥

১। অঙোম শলাইদা পোকপা হিথা লাংলোইঙম্বা। ২। ডুকশমদা লুপানা শরেং শীবগা। ৩। রা মকবৃশিংনা থাবক লাক্লহুনা। ৪। মৌবী র না ফোপ হাবহুনা। ৫। রা-না খুৎপায়কম পানপৈ শেম্লহুনা। ৬। মে ই-রাংগী ৩১ শুবা নিংথৌনি, মহাক চহী ৩১ চুপ্পা পাম্মী। ৭। খুমন নিংথৌ কাঙজিন লৈনাউ তাবনা অয়াঙম নত্রগা লাইরেঙম চহু খোংলৈমা পাম্লহুনা পোকপা খুমন নিংথৌ অসি খুমনগী ২৯ শুবা নিংথৌনি, মহাক্তী মমিং ইকোপ ল হবা বৌই। ৮। শা তানবদা পন থাহুনা থৎগুম লম্দা কোংশিল্লে। ৯। ওক ফানবা হোৎনবদা লাঙ্গোই চনবগুম চংশিল্লে।

সাংতোন লৈনাউতাপাতি ॥ বাকয়ৈ মৈরোংপা ॥ তোংচেং হিনাউপা তোংপানিকিনা ॥ বাকয়ৈ মাঙতা য়ীনকে য়ীন্ঙম্ঙে ॥ তোংচেং নাউতা হোনতে হোনঙমতে ॥ কেকে লানয়াম শিরে ॥ মোইরাং লানয়ান তুরে ॥ ময়িম নোংয়াই খুমননা য়ামনা শিপাপুতি ॥ কুঙনা শিপা-ও কৌএ ॥ অতুনোংকিপু লমলেন **কুঙনসি-ও** তৌনা কৌএ ॥ তো চেং হিনাউপান্সং লোকলকৃএ ॥ **হিলোকপুং-ও** কৌএ ॥ হুয়েল লানপুমমাপু ॥ মালেম লয়পুংমাকা য়ামনা থোলএ ॥ **পুং-য়াম-ও** থোননৈএ ॥ সাংতোন লৈনাউ তাপাপুতি ॥ তাংচা **লুথোইপুং-ও** থোননৈএ ॥ তোংচেং নাউমৈপাকী ॥ লোয়য়ম কোকপা চামপাতি ॥ [১]খুমু নৌচাউ স্পানিকিনা ॥ লাইচা য়িরেন-পুং ॥ লাইকন :তাংসঙ-থকতা চোংথাখিএ ॥ অতুনোংকিপু **লোয়য়ম কোংপাতা-ও** কৌএ ॥ মোংপা মতাইমাতি ॥ য়োইপু মৈতৈ লৈমা ॥ চানতা পোংলেন খোনপী ॥ হুয়েল সনারোং কাপী ॥ চংপী মকয়রেন ॥ কয়রেন মথুৎফানে ॥ মতাইরেম থোইপা মনিননাইপা ॥ [২]মোমমু মুসক তাপা ॥ তাংচা তুংতা লয়পানা ॥ খানলৈ লৌতা-বাইনে ॥ থোইপা মহিথেননে ॥ লয়রায় মকুম্লম্ হিথেল মকারমনে ॥

লয়রায় মুংপিমাতি ॥ অসাইঙৈকি কেকে খোয়রী নামোইয়াঙ ॥ কাওরেন মসনচা ঙাংপা চীসাংপানা ॥ ঙোপা চীতেনপাপু ॥ হাওরৈ লাইনা পাংপালম তানথংলকএ ॥ ঙোপা চীতেনপানা [৩]মরাই ফৌনা লৈঙমএ ॥ অতুনোংকিপু লমলেন **লাইফৌপি-ও** থোননৈএ ॥ অসাইঙৈকি কেকে খাইতোন লৌথিপা ॥ তালোয় মরুমপী ॥ খিং খিং হয়রী পুংতোংপা চমু ॥ লৈমা মুংলাং খোনপীপু ॥ নোংয়াই খিংকোন হন্পানা ॥ চিনকোয় পাউরান্নাপা বাকীপু ॥ পাথৌ-ও ঐ কাওপী সনসাকে ॥ তয়ম নাইসাকে হায়পাপু ॥ পাথৌ-ও কাওপী নঙনা

১। অচৌবা নৌ পায়বা ময়মা। ২। হুপীগী মশক মানবা। মরাম লোংনা হাইপঙ্না লৈরমএ।

সনসাপাতি ॥ [১]কাওরেল সনলাইতা ॥ [২]নমু পোংনাউ তেকঙৈনে কতৌনাকো ॥ নরম তেরা উতোমপোক অসিপু ॥ কেকে য়িপললমপু ওইনাকে ॥ হয়েং মোইরাং য়িপুংয়ায়তা ॥ পান্নী পামমুপা খাইনারা ॥ ইমোম মুংওনপীপু তোকনারাপাতা ॥ উরেন চাউখোংমাপু য়াননকে হায়খিএ ॥ অতুনোংকিপু কেকে তেরা উয়ামপোক-ও তৌনা কৌএ ॥

তোরয় নমসাংমাতি ॥ মৈতেংঙু [৩]সেনপী কপোমপানা ॥ সমপুম খুনঙমফমনে ॥ কোন্‌চল্ লানচুংপা ফাপাকী ॥ [৪]লানলোই লমতাই-ব্রাইনে ॥

হিথেল চংলৈমাতি ॥ হৈরেম লৌসেংবাইও কৌপাতি ॥ মমা লয়নুং [৫]পিয়াইমুচা লিনকোইকি ॥ চীংখোঙ পোইরৈতোননা ॥ চীংপুরোই লাংওললকলাপাকা ॥ মতৈ লৈমা লৈনাউতাপীকা ॥ সেনপী শিতাপা ॥ কপো [৬]নাতাপাপু লৈরিকাপারা খুনথিঙৈ ॥ মরান ওন-তেরকপাতা ॥ খোংফাং অতোনপাতি ॥ লোকলৌ নমথুম-য়ি ॥ সবা পোনথন-য়ি ॥ সমখোঙ চারন-য়ি ॥ হুমমাং সেনকোয়-য়িপু য়িতৌ-রাপাকী ॥ [৭]মনম মখা চাইনা সেংলমএ ॥ নোংপোক লৌসেং মায়-শেংমায় ইনমশেং-ও থোনৈএ ॥ খোংলেন হেমতৌ তাই ॥ শেংব্রাই মহিথেলনে ॥

হিথেল চংলৈমাতি ॥ মৈতেংঙু [৮]সেনপী মুংয়ামপা পুংলেন

---

১। মফম অহুদা লৈবা কাওরেল শনবী শন্নাউ লৈবা পুন্নমক্ লাইচৎ ওইনা নাহুনা মরাই তাবা। ২। তাইবং মী ওইবা অয়াম্বম পুনশি তেম্নরগদবনি। ৩। খৃঃগী কুমশিং ১৫২৪ দগী ১৫৪২ ফাওবদা নিংথৌ ওইখিবা মৈতৈ নিংথৌনি, মহাক চহী ১৮ চুপ্না নিংথৌ ওইরম্মী। ৪। লিলোংগী মথাদগীনা থৌবালগী লমদমফাওববু লানলোই হায়না খঙনৈ। ৫। থবায়েন অমম্বুং পোইরৈতোনবু পোকপী মমা। ৬। অনা-অয়েক নংলোইদোবা ফংলোইদোবা মফম। ৭। মশা মউ পুম্বা চোৎনবা শুনা ঈশিং চাইথরব্বুনা। ৮। খৃঃগী কুমশিং ১৫৬২ দগী ১৫৯৭ কী মতম চহী ৩৫ চুপ্না মৈতৈ নিংথৌ ওইখিবা নিংথৌনি।

মখুৎফানে ।। হুয়েল লাননিকিতি ।। অনাল খুনঙমপুংনে ।। হুয়েল সনথোপা ফানাপুংনে ।। লেমলৈ ঙাচাপুংনে ।। মৈতেংঙু [১]লোইনাই থৱানথাপা ।। লাইরেন ভেলোং তেকপা ৱাকাউতাপা ।। নোংয়াই খুমন নিংথৌ [২]অতোন পুনসি য়ুমোইপাকা ।। হৈরেম খুনচান থেংকে ।। হায়না হুয়েল লালহৌররকপাতা ।। তোরয় নমসাংমা ।। ৱাকয়ৈ খুৎতা লাক্‌মন্‌নানা ।। মোংপা মতাইমাতি পাউহংখিএ ।। মাকলৌরেম মৈতেংঙু লোইনাই থৱান থাপা ।। ৱাকয়ৈ নখুৎেস্নুং ।। সনা হিখাউকী ।। নোংপোক চৈথং য়েৎলম ওইরমকী ।। তোংচেং নাউমৈকীস্নুং কোলোয় নমিথোংপু করি করি তৌপানো পাউহংখিএ ।। হোয়তা ইমান নোংয়াই খুমন নিংথৌ-ও ।। ঐকী ৱাকয়ৈ য়িখুনেৎ অসিতি ।। [৩]কাপুই ঙমপা ।। সাচন ফাপা ।। সনা সাচল্ খোঙতাঙপাপু কায়না হুনপা-ও তৌনা কৌএ ।। সনা খাউচাউ পুপাতি ।। অতোম নাহা সঙকায় পামপা-ও কৌএ ।। নোংপোক চৈথং য়েৎলমকিতি ।। খুৱাই ৱায়রংপা মপল্‌লোন [৪]নোংচেংস্নু লিনকোইকিনে ।। নোংপোক চৈথং ওইরমকিতি ।। তিনপী লাইরেন চামপানে ।। তোংচেং নাউমৈকিতি ।। তারিয়া য়েংলাংপা ।। চেংকোয় মিৎথকপা কৌএ ।। ৱায়রা সারাউখোনস্নুং খঙতে ।। হুয়েল লালাউখোনস্নুং খঙতরিএ ।। মোমন্নু [৫]নুহৌ তোংকুমপা মসেননে ।। হায়না পাউখুমখিএ ।। তৌয়িকিতি ইমান নিংথৌ-ও ।। ৱাকয়ৈ নখুনেৎ সনা খাউচাউ পুবা ।। নমপোক চৈথং য়েৎলম ওইরমকিতি ।।

১। খুংগী কুমশিং ১১২৫ দগী ১২৩১ গী মন্নুং চহী ৩৬ চুপ্পা মৈতৈনিংথৌ ওইখিবা নিংথৌনি, মচাইবেম্মা চীংথৈ থানবীগী হাক্তক্তগী খুমন লমদম অসিগী নিংথৌশিংগা মরী অচেৎপা লৈনবহু ভৎনথি। ২। নিংথেম চহু চিংথৈ থানবী.বু লৌবা অহুগা মাগী মচাহুপীবুনা মৈতৈ নিংথৌনা লৌবা, খুমন নিংথৌসিগী মমিংনি। ৩। ছিগী মিংথোল। ৪। থাবা নোংচেংবন নিংঙোম্না পোকপা মশূ। ৫। মশা ঊনথৎলকপগী চৎন-থোক্না থঙজম্রিবী হুপীমচাগুম্বনে।

তোংচেং নাউমৈকিপু কোনমা মিংথোংস্থ। করি কৌপানো পাউহং-খিএ॥ হোয়তা মাকলোয়ৈম॥ কায়বা য়িরোং লানথাপা-ও॥ নোংয়াই ঐকী বাকয়ৈ ইখুনেংতি॥ [১]লয়তাংঙমপা চোংখু ফাপা॥ খারা পুলৈ ফংপা-ও কৌএ॥ সনা খাউচাউ পুপাতি॥ ঙানপা হাউরুহনবাচানে॥ নমপোক চৈথং য়েংলমকিতি॥ ঙানপা হাওরু-কোকচানে॥ থৈথ ওইরমকিতি॥ ঙানপা হাওরু কোয়চানে॥ তোংচেং নাউমৈকিতি॥ অতোন থংচিং কোকপাচানে॥ বায়রা সাসিঙ-স্থ॥ হুয়েল লানসিঙ সিংলাপা মশেননে পাউথুমখি॥ বাকয়ৈ মমিথোং অনীমা॥ মতাইরেম কোলোয় মমিংথোং নিপালমাপু হংন-রমএ॥ **হংকুন-ও** থোননৈএ॥ হংকুন থোনমারকতি॥ হুইতৌ নিংথৌ য়েনকাপাকা॥ নোংয়াই খুমন নিংথৌ॥ [২]চীংখোঙ থোংক্রাই-পাকা॥ বাকয়ৈ হিতাননারকপাতা॥ চীংখোঙ থোংক্রাইপাতি॥ [৩]মরৌ খোয়পূং লৌচাউখিএ॥ মোংপা তুথুপমা॥ তেকপি ওকলা-কোনতা॥ [৪]খোয়মা নারোনমুংতা সানপুপখিএ॥ হুইতাউ নিংথৌ-পানা॥ [৫]কোননা বাকয়ৈ অমরক হোথরকপাতা॥ চীংখোঙ থোংক্রাই পাকী মমোম॥ শিনতা অয়াঙফপীনা॥ য়িনফুই মায়রং সোনঙম-পাতা॥ শিনতা অয়াংফপীও॥ নপল পনথৌ নিংথৌ॥ চীংখোঙ থোংক্রাইপাতি॥ লমলেন কতায়বাইপু য়োৗখিরাপানো॥ হোয়তা ইপলতি অরোং সঙলাংমৈপু য়োৗররিঙৈনে পাউথুমখিএ॥ অতুনোংকিপু **হংকুন মহিথেল**-ও কৌএ॥

লয়রায় মূংপীমাতি॥ মপল কোরৌ হুইমু লৈমা লিনকোয়কি॥

১। খুমন নিংথৌগী হিপী মমিং। ২। খুমনপী ১৭ শুবা নিংথৌনি, মহাক থাইদেম চহু ঙানবা শলাইগী নিংঙোলনা পোকপা নিংথৌনি। ৩। মপূক্তা মরৌ ভৌনা লৌশিং অথুপ্পা থমহুনা। ৪। নাপী অশোঙবা মরক্তা লোমা। ৫। মমৈথংদা ইকোন-কোয়া অমূক হি থৌজিলক্ত না।

থারৈ কোমপীচাকা ॥ মমোম সাকা লৈমাকা ॥ [1]লাংলেন মৌপী উঙাম ঙামচাউ তোংনা খুনকুম্লক্পাতা ॥ লোইতাম থাপু-শি ॥ [2]লাংহৈ কুমপু ওননা ॥ [3]মরান য়িমকা সানা ॥ কায়েং নোংফাইরমএ ॥ কোনপী চা খুন-ও কৌএ ॥

লয়রায় মুংপীমাতি ॥ থারৈ কোমপী [4]মনোংয়াই ॥ লোকতোন অতোনপানা ॥ [5]পোইরৈ খুনকারকপাতা ॥ তন্না চাকলুক-পাকপু ॥ [6]লয়রায় মুংপী থাঙথোয়া ॥ [7]হনপ্র পোংথকতা য়াল্লম্এ ॥ লমলেন লুকপান-য়ান-ও থোননৈএ ॥ মোংপা মতাইমাতি ॥ বাংঙমলোন লাইশ্রা ওকয়ামপী ॥ মৈতেংঙু [8]কায়নৌ ইরেংপা ॥ মুংনাং কৈতান থোপা চন্নু মতাইরেম ওক্রেন্পা ॥ [9]ঙংনামচা থোংখু পাগ্রাম্সু ॥ লাপা চীংহাউন্নুপু কায়না হুনপী ॥ চংপী মকয়রেনপু ॥ কয়রেন মথূৎফানে ॥

মোংপা তোরয়মাতি ॥ লমলেন ফেনচিসোয়নে ॥ য়িকোপ লাইপনসোয়নে ॥ চীংলেন নোংতাই নিংথৌ ॥ থোংনাং লোইচা খোমপাকা ॥ মৈতেংঙু সেনপী থাকেমপাকা থাইচানৈএ ॥ থাইচা-সোয়নে ॥ থোংলেন হেমতৌ-তাই ॥ য়িকোপ মহিথেননে ॥

মোংপা তোরয়মাতি ॥ অসাইঙৈকি মৈতেংঙু [10]লোইনাই থবান থাপা হৈরেম কিরিচীংতা ॥ খুনচাল য়িমচঙ য়াননা পনথেংঙৈ ॥ মরান ওনতেরকপাতা ॥ [11]লাইরেন হয়রাং মচা থাকপু ॥ মতাইরেম রাকয়ৈ

---

১। মৌবী বানা শাবা পোঙপী উঙাম অচোবদা তোংলপা কুম্লকপদা। ২। চহী অমা ফায়ক্লবদা। ৩। লৈনবা য়ুম শারহ্নুনা। ৪। মশ্। ৫। মৈতৈপী লম পোইরৈ মায়কৈরোমদা কায়কপদা। ৬। তুরেল মপান্দা হোবা লম-থাঙজো কোবা নাপী। ৭। তুরেল মপান্দা হোবা হন্তু কোবা তিংথংপী মথক্তা। ৮। খুংগী কুমশিং ৯৮৪ দগী ১০৭৪ ফাওবা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ। ৯। ঙং-নাম মচা থোংখূ কোবা পাম্রা ওইরবপী মশ্। ১০। খুংগী কুমশিং ১১২৫ দগী ১২৩১ ফাওবা মৈতৈনিংথৌ ওইখিবা। ১১। নিংথৌনা চাবপী অরেবা থাক্না লৈবা হয়।

হিসাং থন্‌পাতা য়েল্‌লম্‌এ ॥ **হৈয়েন ও** থোননৈএ ॥ হিক্ষেল নমসাংমাতি নোংয়াই উচিৱা-ও কৌপাতি ॥ হুইতৌ খোঙতেন লাকা-পীচানা ॥ মরান পামেল উহোঙকে হায়পাকী ॥ তলা উথুম ভারৌপী ॥ পামেল কারোংপাপু হোইয়ালএ ॥ খোংচি নারেং-হুৎ ॥ উনৌ খোংচা-সম্‌ ॥ [১]ঔরী লীয়াই নোপনা ॥ [২]পামেল হোইসোললক্‌পাতা ॥ তুরেল মোংপা য়িপু [৩]ফৈতুপলক্‌পাতা ॥ খোংচি নারেং তৎলে ॥ লাইচা য়িতা তুমলে ॥ হুইতৌ খোংতেল লাকাপিচানা ॥ য়িতাইরেম [৪]খোংনিঙ থংপা ॥ খুমন লাইস্থ-চা ॥ চৈরৈ ফিতুং খাউওননানা ॥ পামেল মিংথা লাউনা ॥ তলা থানচেপপা-ও লাইচা য়িরেনপুংতা লুপনা ॥ খোংচি নারেং লোনলু-ও থৌসিখিরে ॥ খুমন লাইস্থ চাতি ॥ পামেল তুংইন্‌নানা ॥ [৫]কোংয়াং উরাউ চৈপু ॥ লয়রায় মুংপীথকতা য়ুংলমএ ॥ লাইচা য়িরোনম্নুংতা ॥ খোংচি নারেং লোনকে ॥ লুপচিন-খিপাপু হলৱাইরকতারে ॥ হয়েং কৌপা চীংমুং সোয়রাপাতা ॥ [৬]লৱাই য়ুপুংকোয় চিপা মৈসাংপাপু ওইনা থোক্‌লক্‌এ ॥ কোংয়াং মাকী উরাউ চয়মুং ॥ লাংলেন মপান ফানা ॥ [৭]লোকলৌ সোয়রেন হুনঙমএ ॥ অতুনোংকিপু নোংয়াই **উচিৱা-ও** কৌএ ॥ হুইতৌ খোঙতেন লাকাপিচা পামেল উতুম কোননে ॥ নোংথিল খাঙলা অকংপাতি তেকসোল লৌনে ॥ লেমলৈ সারোংখোইপী অকংপানা ॥ চামলৌ লুকপানথককী চোংথৱাইনে ॥ নিংঙোল মিংলাউ চম্থ ॥ খ্বা য়োংহোই লৌনে ॥ হ্লাওসিয়াং অৱাই খুনপু চম্থ ॥ খোংলৈ তাপী খোংতৌৱাইনে ॥ অৱাই লাইখু মচন্‌ ॥ য়াওসোমপম লৈমা ॥ হোঙনেমচম নিংঙোন্‌পী ॥ নোংয়াই য়োয়কা সকপী ॥ [৮]খুমন লেমকা

---

১। থৌৱী অহু নোপহল্লহুনা। ২। উজাউ চিংলকপদা। ৩। মাঙদা ফৈনা লৈবা ঈশিং অহু তুবৎনা লাহুনা। ৪। তুং থংবা। ৫। উজাউ ঈমনবা ৱাপী চয়। ৬। লয়পুংদা লৈবা হুমিৎ য়ুংবী চুম। ৭। অনৌবা উশোয় থিনগৎলকলে। ৮। খুমনগী লমদা নিঙথিজবদা, লেবদা শীংখ:নৱবী।

থাপী ॥ থোমপা য়েনঙ্গেন খানপী ॥ হুমাই থোকসাং সুপী ॥ খানলৈ মরৌরেন্নে ॥ নোংয়াই থিংকোন মুপীয়াচাতি ॥ য়েৎলম চিতাই থোম ॥ হাওচেং লাংনৈম্নুনা ওইরম চিতাই থোমনা ॥ খানলৈ লৌতাবাইনে ॥ খুনচান মেন্থু লৈমা ॥ মেনোং লৈথাম ফাপী চম্থু ॥ কাওরেন মসন্চা ॥ থোয়মা লাংয়েনসনপু ॥ [১]থোয়মা নারোনম্নুংতা শিরবব্ ॥ খুনচান হেকঙাইপানা ॥ [২]চকমোম লাংচরোনকী ॥ সোন্না সোননা চিংথোক্লক্এ ॥ **হেকঙাইপা সোনচোল্লম্-ও** থোননৈএ ॥

তোরয় ননসাংমাতি ॥ অসাইঙৈকি হুইতৌ খোঙতেন লাকাপিচা ॥ মতাইরেম খুনচান লাইস্থচা ॥ [৩]লাইচা য়িরোনম্নুংতা নোংহামপাকী ॥ [৪]কোনখাং মনাসিপু তাউখৎলকএ ॥ লমলেন **নাসিতাউ-ও** কৌএ ॥

লয়রায় মুংপিমাতি । নোংয়াই খোইতোংপাল-ও কৌপাতি ॥ থিংপাই নোংমাংপানা ॥ মমোম খয়োইরোল লাইতোংখু সাফপীপু ॥ [৫]সায়পা ফিয়াননা ॥ তিংখং খোঙচঙলপাকী ॥ পানপা মথানা কৈরেন তুংইননরকএ ॥ নোংয়াই নিংঙোল থংপাচানা ॥ লীরী থমোয়তিং ॥ লকা তেনমৈ লাকনা কাপথুরে ॥ মোংপা খুনলম য়িননা তাউথরকপাপু ॥ থোপাল কাংখুচা অচানপানা ॥ বা তাথিথিএ ॥ চীংখোঙ পোইরৈতোননা খুনথোকলকৃঙৈ ॥ হাওম্থ সোনমোই তাউপী মরালী ॥ খোংপাল চিথেক লাতালেং ॥ ককলু লুহোংলা নমঙৌতাপা য়োম্লক্খোই ॥ [৬]খোইয়া খোঙতাঙপা ॥ হয়িং পেংলোইনাইপুতি খোই-ও কৌএ ॥ খোইনা পানপা মনম্ তোংনা ॥ [৭]মকে হাথানা ॥

১। নাপী শীংবী অশোঙবা মরক্তা। ২। মৈনা চাকখিবদগী। ৩। চৈশিং মম্নুংদা শিরবদগী। ৪। নাদা য়াম্নবা নাশি অত্থ। ৫। তিংখং মরক্তা চৎলুবদা ফিদা তিংখংনা য়াম্নরকপগুম। ৬। মখোঙ তাঙবা খোই। ৭। অপূম-অপা মহোক কারবদা।

[১]খোইয়া লোঙচুমনানা য়াওচাঙমএ ॥ নোংয়াই খোইতোংপান-ও কৌএ ॥ [২]পানপা নাখোংচোং ॥ খোয়মা নাতোনথকতা খোঁপা ॥ লোকলৌ নাপোম তোয়তৌপা ॥ কৈরেন শুমপীচানা ॥ লয়রায় মুং-পীথকতা কারে ॥ কৈকোপান-ও খোননৈএ ॥ মোংপা মতাইমাতি ॥ মৈতেংঙু [৩]সেনপী মুংয়ামপা ॥ তোনপী খুনঙম খোংনে ॥ তোনপী লাংসন খোঁপা ফানাখোংনে ॥ খোংলেন হেমতৌ তাই ॥ তোনপী খুনঙমখোংনে ॥ ছিথেল চংলৈমাতি ॥ নোংয়াই খোংথিনপমনা হোঙ-নেমঙৈ ॥ হৈরেম কাচেং নাইফা-চা হোইথিপা ॥ হৈরেম চকলৈ ফানতোন কিনা [৪]ঙাইনোক্নাখিএ ॥ নোংয়াই খোংথিনপম-ও ॥ নয়িম হোঙতি করি হোঙনো ॥ খারী লয়খোঙ চুতে ॥ চামলৌ লাকম ফাতে ॥ সারেন সানা থুংলবসুং ॥ চামলৌ লায়েনপানা থুংয়িকিতি ॥ বাংলৈ য়ুসিনপানা থুংলাতে ॥ সান্ন কামপা হোঙ ॥ য়েনপুম চৌরা হোঙনে হায়না ঙাইনোকনাখিএ ॥ নোংয়াই খোংথিনপমনা বা তাখিখিএ ॥ [৫]নোংয়াই খা-থা হৌ ॥ [৬]খুমন লাইথা তিননা তান-নারকএ ॥ হৈরেম কাচেং নাইফা চাক হাইথিপাতি ॥ তাকেম তারায় হৌখোকলে ॥ তাকেম পুমমাঙ-ও কৌএ ॥ মখোঙ তেননা চেনথিএ ॥ খোঙতেনপুং-ও খোননৈএ ॥ নোংয়াই মপা লাংক-মপা ॥ খোঙপু লাংমৈ কোংঙাপা মসুমমাঙনে ॥

মোংপা তোরয়মাতি ॥ অমু নোংকা পামপানা ॥ কোরৌ নোংতা কানা য়েংনা ॥ লাইচা য়িনিপুংনে ॥ মরুম .অরাই চীংঙু চমুনা ॥ [৭]মরান নোংয়াই মসুমমাঙতা ॥ [৮]লোকলৌ পাকোন সানা ॥ লাইচা

১। হয়িং খোইচাক থাবা য়াওনা। ২। কৈজাউনা নাপী মরক্তা চোংলছনা। ৩। খুংগী কুমশিং ১৫৮২ দগী ১৫৯১ কাওবদা পানখিবা মৈতে নিংথৌ। ৪। নোক্নখিএ। ৫। খুমনগী মী অহল্লুপ পুবা পুন্নমক হৌরক্লনা ৬। খুমনগী লাইফম পুবা মী পুন্নমক ভিন্নরক্লনা। ৭। খুমনগী লমদমদা লৈবা য়ুমগী ঙমাঙদা। ৮। লোকলৈ পুলেগী মকনা ইকোন কোনশিন্না তৌবঙা।

য়িনি পুংনে ॥ অতুনোংকিপু অমু নোংকাপামপা য়িনিব্রাইনে ॥ অতোন **নোংকৌপুং**-ও থোননৈএ ॥

তোরয় নমসাংমাতি ॥ অতোন লান্‌কাপাল-ও কৌপাতি কতৌনোংকিনো ॥ খুনচাল মেক্রুক মেনকা-য়াঙ ॥ হৈরেম খোইসাপানা থাকোক লুতা-হুক ॥ পানকোং লুরোই থেৎনা ॥ য়িনুং সোয়য়াইমাতা ॥ মোংপা খুনলম্ য়িননা ॥ [১]খোইমোম লাইসারকপাপু ॥ হুইতৌ তাউস্থ কোইসিন্ হৈপানা ॥ লোঙলেন মথুৎস্থনা ॥ [২]খুৎপাক তিলাইমেননা ॥ [৩]তাঙচা লুরেনতোনতা চয়পীরে ॥ লাইচা য়িরোয়ননা তাউথরকপাপু ॥ খোইমোম লাইপু চিংপাকুমনা চিংখৎলকএ ॥ অতুনোংকিপু নোংয়াই লাইচিংলম ॥ অতোন **লাইকাপান**-ও তৌনা কৌএ ॥ হিথেল নমসাংমাতি ॥ [৪]মৈতেংঙু সেনপী থাকেমপা ॥ পুংলেন মথুৎফানে ॥ হুয়েল লাননিকিতি ॥ য়াথারেক ফানাপুংনে ॥ নোংপাললোন চেকাইপোকনে ॥

লয়রায় মুংপীমাতি ॥ বাংঙমলোন খোঙথিনপুং-ও কৌপাতি কতৌনোংকিনো ॥ অসাইঙৈকী মৈতেংঙু [৫]লোইনাই থবানথাপানা ॥ [৬]হৈরেম থুমপী মৈমাঙ চননা পনথেংঙৈ ॥ লাইরেন মরান ওনতেরকঙৈতা ॥ মমোম তমফা বাংঙমলোন চিংখৈ থানপীনা ॥ লাইরেল ইপা মৈতেংঙু ॥ অয়াংপা সরীচোংপাও ॥ লাইরেল অবা সোনখৈ-নীক ॥ [৭]সনা লাঙচৈ চোক্‌লারিঙৈনে ॥ [৮]ননোংয়াই সেনলৈপাকনে তন্‌লম্‌লাউও ॥ অতোন পাইরৈপাকনে কারমূলাউও ॥ তাঙচা মরৈতোন্‌নাতি

১। লাইঙ্গী মঙৌ ওইনা তৌরম্না ভয়রকপদা। ২। মথুক্তা মতিল থাক্না। ৩। মকোক কোকলেনমক্তদা। ৪। খৃঃষ্ট কূমশিং ১৫৯৭ দগী ১৬৫২ ফাওবদা পানথিবা মৈতৈ নিংথৌ। ৫। খৃঃষ্ট কূমশিং ১১২৫ দগী ১২৩১ ফাওবদা পানথিবা মৈতৈ নিংথৌ। ৬। হৈরেম থুক্লং মৈ থাক্লনা। ৭। থনুং ঋীৎনা হৃকচাং চোকথরম্লগনি। ৮। নমাক ওইরবা চাই-শেন ওইরবসী লৈবাকনি।

কৌসননৈএ॥ সমু মথূৎতোননাতি॥ [১]চৈরৈ ফিকুম্নুংতা লোননা হাইথোকপাপু॥ মতাইরেম তোংচেং নাউমৈকী॥ তারিয়া য়েলাং-পানা॥ পোনপী বায়রং চেকপু মস্থুং ওইপা॥ [২]মিৎয়েং নানি লোঙপানা॥ [৩]তোংচেং থনমুকনাথোকলে॥ লাইরেল মৈতেংঙ্না॥ য়িমোম তমফা বাংঙমলোন-ও॥ লাইরেল নপা মৈতেংঙ্ ঐতি॥ [৪]ইরান বাইওং থেঙলাকানে॥ হৈরেম খোঙঙা খোঙতেকচা॥ [৫]চয়স্থ্ পানমা তোপপা॥ য়িম্লক্ লানতানথোঁপা॥ হুয়েল লানকা লেম-পাকী॥ তাঙচা লুরেনতোন অসিপু॥ হয়েং নোংয়াই নপূংয়াইতা॥ নপারী সাংনারা॥ নমোম ফুয়নারাপাতা নাউথেমনৌও॥ হায়না হুয়েল লালুমাপু হুনখৎলমএ॥ অতুনোংকিপু তাঙচা লুহুনপুং-ও তৌনা কৌএ॥ বাংঙমলোন চিংখৈথানপীনা॥ সমু খোঙপু থীন্না মীকপ্ঙমএ॥ অতুনোংকিপু বাংঙমলোন খোঙথিনপুং-ও তৌনা কৌএ॥ মোংপা মতাইমাতি নোংয়াই খুমন নিংথৌ॥ অতোন থিংকোন হনপা॥ অহোঙ লানয়ানফমনে॥ হুয়েল লাননিকিতি॥ পাসি নাউরিথূ নাউরিহল॥ উয়ানথূ উয়ানহল॥ থংচিথু থংচিহল॥ পাসি খুনৌপী খুনৌপাপু॥ ময়িম য়াংলা চাহয়নেৎপা॥ লাললোই মস্থ্-মাঙতা॥ [৬]উহক সেংকম-সা॥ উই পৌতোংলোন্॥ তনমু য়াঙতেকনা॥ তলহাউ সাইতানানা॥ হাউখু য়াইতমপোং॥ চীংসোং য়াইতাং-তান॥ শাইখোং তাপুং চীংচাউ-লীনা॥ লীরেনপাকা ফননা॥ তিঙয়ি মাঙসোকলমতা॥ থালাম লামথানানা॥ [৭]য়ুতিঙ মতাং তোয়না অহোঙ য়ুনৈপূংনে॥ খুমন মাকপা অহোঙপানা॥

১। মী থঙংন্দনা ফি মঙ্গুংদগী লোয়া য়েংলকপদা। ২। অরেপ্পা পূকচেল থমদবা ময়া। ৩। মাঙলোমদা হোৱখা হিচু থংতোক তোক্লগা লেপ্পূনা লৈরবদা। ৪। ইমুমদা চৎপা থেঙলগনি। ৫। চয়শূগী মতেংতনা পান্দল ওইজবা। ৬। অকক্পা উদা উশাগী কাংোং পান্নুনা শেখা অমা য়ুংলগা ৭। অতিঙবা য়ু ভেম্ঘুনা তোয়না থক্লহনা।

সেনপী কনতৌ য়োৎপু সেংসৌনানা ॥ পামেল উহোঙৌতা ॥ নোংয়াই খুমননিংথৌ ॥ চীংখোঙ থোংক্রাইপাকী ॥ চেকপ. যুরা অমনপাপু ॥ পামেল উথা থানারে ॥ অতোন চীংখোঙ থোংক্রাইবা বায়রা তেলহে সকৃপাতি ॥ সেতৌ তৌঙমলাপাতা ॥ মোইহোই মমাইপা ॥ তানথোং মায়পাকপানা ॥ নোংয়াইনা তেংথানা ॥ সনচিপুতি হেকঙাই-ও কৌএ ॥ হেকঙাই মপাউচাউ ॥ লাকথা ফৈনা লামনা মিকৌএ ॥ চীংখোঙ থোংক্রাইপাতি ॥ তাইবং মালং কারকএ ॥ তানথোং মায়-পাকপানা ॥ হেকঙাই মপাউ চাউনা মীকৌবাইনে ॥ নোংয়াই মহিথেনকী থানিং মিকৌরকএ ॥

হিথেল নমসাংমাতি ॥ কোকপা য়াকোনতেক-ও কৌপাতি ॥ নোংয়াই খুমন নিংথৌ ॥ [1]কোকপাপু নোংমলহললাপাতা ॥ নোংয়াইনা মীকৌনা সঙকাইপু য়াকোন-ও কৌএ ॥ সঙকাই য়াকোন-স্থং তেকলে ॥ **কোকপা য়াকোনতেক-ও** কৌএ ॥ মপললোন [2]হাওরোইমু লিনকোইকি ॥ খুমন য়াংখুয়াঙনা য়াপা লমনে ॥ নোংয়াই লমমাপী ॥ [3]য়োইকুমলোন তোনপীস্থ ॥ ফানাম পন্চন-পানা পোকপী ॥ কোকপা য়াকোনতেকপু খাননাপী ॥ লাইচা মহিথেলকি থানিং মীকৌরকএ ॥ মোংপা মতাইমাতি ॥ নোংয়াই লয়কোয়পুং-ও কৌপাতি ॥ অসাইঙৈকী কংতা পাইচা লাইনৌ-তোংপা ॥ অমু নোংকাপামপানা ॥ কোরৌ নোংতা কানা ॥ লাইচা য়িনীঙৈতা ॥ চীংঙু নোংথৌ সরারেননা ॥ য়িমু মথোঙ অমা তয়না হাং ॥ য়িঙৌ মায়রোয়নানা ॥ [4]ঙারা ঙাসিং তুংয়িননা

১। খুমন নিংথৌ ২২ তবনি মহাক খুমন নিংথৌ ২১ তবা খিক্লোলিক-মাবমা মুংবী লৈমা পামচুনা' পোকপনি। ২। খুমন মেক্তা ওংবী হাওরোইম্পী শিয়োমচুংদগী। ৩। অয়াঙম নত্রগা লাইরেঙম চহু। ৪। ঙারা কোবা ঙাসিং কোব' ঙাশিংনা তুং ইমনবা লাকহনবিরকপা মতমদা।

থাপিরকভৈতা॥ থপা নোংনিংথৌনা॥ [১]তোংচে হিয়াংকোকসুং থাপিরকএ। খমনৌ য়াইসিপা॥ তোংচে মেনতোপপাপু॥ কোরৌ নোংলানপানতাকী ফেন্থরকপাতা॥ নোংয়াইনা তেংথানা॥ নৌপু তাউতেক-ও কৌএ॥ তাউতেক মধুৎস্থূতি য়াংপনিকিনা॥ কোরৌ নোংনানপানতাকী॥ লংনা লংনা লৈরে॥ নোংয়াই খা-থা॥ অতোন লাইথা-না॥ কতায়রম তাকাপানো হায়না॥ কোয়না কোয়না য়েংনঙমএ॥ ফেননা লংনা তারে॥ **ফেনতা লয়কোয়পুং-ও** থোননৈএ॥ [২]অতোন লেমপা মোমমুচা অয়ামপানা॥ [৩]য়াওরৌ সায়োককোন॥ মানপী অচঙ-য়াই॥ য়াওরৌ সাথোম য়াই॥ অতোন থিংলৌ চীপাক লোনচিন য়াইপু॥ য়াইথঙপা পুংনে॥ নোংয়াই থিকনেমথোং॥ খুমন য়াংতৌ অচেন-থোংনে॥ মোংপা মতাইমাতি॥ সনথোঙ মঙাংনিংথৌচা য়ুকোনপা থোংসাবাই॥ মঙাং লৈমচা য়ুনানপা থোংসেমলমনে॥ হাওরোক নানপা সাক্ষপা থোংচৎলমনে॥ কোনঙৌ পুময়োমথোং॥ কোরী পনচলথোং॥ তারি নামোই মচল॥ নাবা চেঙচাম থোং॥ মফোং সালামপীচা পাউহ্ংথোং॥ হাউতিং তিংনামপী পাউচেনথোং॥ মমান য়াইথিং হুকচাউপাপু॥ লাককপরা হায়না লেপনা [৪]নোংহামথোং॥ থোংলেন য়াইখু য়াইনে॥

মোংপা তোরয়মাতি॥ অতোন কৌব-মাঙ নোংয়াই চীংমুং-সোয়-ও কৌপাতি কতৌনোংকিনো॥ চোংমু চোংথাপম নিংঙোননা থোইমু থাইথিপম চম্ন॥ [৫]তোংপোন বাইরৌ থাংপী॥ [৬]ফুমথি নাতে কাঙপী॥ সবা উথিং তানপী॥ লোকলৌ তনেল হৌপীনা পুংখঙএ॥

---

১। তোংচে হিয়াঙকোক কৌবা হিয়ু পীবিরকথি। ২। খুমন শলাইশিং চম্ন নিংচোলশিংগী মরক্তা লৈবী নিঙথৌজরবী লেমজনকম ওইরবী অয়াষনা। ৩। শা য়োকপা কোয়না থাজিরবা মফম। ৪। অহিং লেম্না ঙাইনররবা থোংকম। ৫। ভুজোল খ্যাংগা য়ানবী। ৬। ফুম কাঙহুনা লোং থোরুপা ঙা কাবী।

[১]নোংয়াইনা তেংথানা ॥ খুমননা মীকৌনা য়েনপাপুতি সোইপাই-ও কৌএ ॥ য়েনমোমপুতি সোইতিং-ও কৌএ ॥ য়েনপা সোইপাইমাকা ॥ য়েনমোম সোইতিংমানা মলুম তরামঙা থুইএ ॥ মচা তরামঙা [২]কোক-ঙমএ ॥ [৩]য়াওরৌ সাতোকপানা য়াওচাকাপারা য়াওচাতে ॥ লোইপী চীংকাকলেননা ॥ মরান নাউসোংনাকাপারা নাউসোংনাতে ॥ মথিং মাঙপা তেন্‌কাপপানা কাপচাকাপারা কাপচাতে ॥ [৩]সরা তয়মা ওললাপানা হাল্‌লকলে ॥ অতুনোংকিপু অতোন কৌপমাঙ ॥ নোংয়াই চীংনুংসোই-ও কৌএ ॥

তোরয় নমসাংমাতি ॥ নোংয়াই খোঙথিনপুংও কৌপাতি ॥ অসাইঙৈকী খুনচাল মেক্রুক মেনকা-য়াঙ ॥ হৈরেম খোইয়ম লাই-সাপানা ॥ থাকোক লুরোইথোং ॥ পানকোং কোকতা থেংনা ॥ খোইয়ম লাইসারকঙৈতা ॥ হুইতৌ তাউস্নু কোয়সিন হৈপানা ॥ থাংঙা লোঙলেন মখুৎস্নুনা ॥ খোইয়ম লাইনিকিতি [৪]য়িমু মায়রোয়-নানা তাউচিল্‌লকৃও ॥ নমু পোংনিকিতি ॥ হাওরৈ খানা পাংপারমতা তাউথখিও পাওমেনপাপু ॥ মানা খোইয়ম লাইসারপানিকিনা ॥ য়িমু মায়রোয়ননা তাউচিল্‌লকৃলে ॥ হুইতাউ তাউস্নু কোয়চিল হৈপানা ॥ থাংঙা লোঙলেন মখুৎস্নুনা থিলএ ॥ নোংয়াইনা তেংথানা ॥ খাকোকপু বায়-ও কৌএ ॥ বাইখোম থিনপাকুম থিনফুরৌএ ॥ নোং-য়াই খোমথিনপুংও কৌএ ॥ নোংয়াই মতাইমাতি ॥ অসাইঙৈকী হৈরেম [৫]কাচেং নাইফা চকহাই থিপানা ॥ মরায় কাঙনা চেল্‌লকৃএ ॥ অতোন লাইকাঙপম মাঙ-ও কৌএ ॥ নোংয়াই খা-থানা ॥ অতোন পুমনা হুপনা ॥ তাননাপাপু ফংতারে ॥ অতোন ফং তমাঙও

---

১। খুমনগী মীশিংনা হায়না শোয়বদা। ২। তোকপা কৌবা শানা। ৩। অহিংগী ময়বা মতয়া অম্বম অম্বম পানা শক্লোকথিহনা নোংডায়রবদা। ৪। ঈশিং ঈমায় অহুনা লয়শিন লয়শিন তাউশিল্লকও। ৫। খাঙহাই মঙং থীবনা।

থোননৈএ॥ হিথেল চংলৈমাতি॥ [1]নোংয়াইনা তেংথানা॥ তুরেলপু নামতু-ও লয়রায়পু খায়ি-ও কৌএ॥ **নামতু খায়িপাল-ও** থোননৈএ॥ খুমন নাউতুখোং মহিথেননে॥ খোংলেন হেমতৌ তাইনে॥

লয়বায় মুংপীমাতি॥ নোংয়াই য়াওপাকোল॥ হুইলৌ অচন্পা॥ লাইচা য়িথিংকোন-ও কৌপাতি॥ নোংয়াই ওন্পম্চাকা অতোন য়াম্পম্চাকা॥ [2]সীংনাং চোমচাউ য়ান॥ [3]নেমপী তোনকক্ লৌপাতা॥ [4]মচাকয়োমকা॥ [5]লেমলৈ মঙায়োমপু॥ য়াংলৈ তাউপা মহুইচা॥ কোয়পা লাংপা অনীমানা য়াওচারাপাপু মিংয়েং সানথৈতাখিয়ে॥ নোংয়াই ওনপমচানা॥ পাথৌ অতোন য়ামপমচা-ও॥ তবা ইচাকয়োমপু নঙ লৌপাবা॥ হায়না পাউহংপাপু॥ পাথৌ-ও লেমলৈ ইঙায়োমহুম॥ নঙ লৌপারা পাউখুমখিএ॥ তৌম্বিকিতি খোইয়ম লাইনা যেংস্নো॥ [6]নোংয়াই য়িপল লমনা চুমস্নো॥ লাইচা য়িবোইনাসে হায়না সীংনখিএ॥ [7]সাঙতিং লোনঙৌ চিননা॥ লাইচা য়িরোইনাপাপু॥ অতোন য়ামপমচাপু সিকাপারা সিতাখিএ॥ নোংয়াই ওনপমচাপু সিকাপারা সিতাখিএ॥ য়াংলৈ তাউপা মহুইচা॥ কোয়পা লাংপা অনীমাপু॥ লাইচা য়িনা থিংলৌএ॥ খোইমোম লাইনা লৌরৌএ॥ লাইচা **য়িথিংকোন পূইরৌ অচনপা-ও** তৌনা কৌএ॥ পাথৌ অতোন য়ামপমচা-ও॥ য়াংলৈ তাউপা ইহুইচা

১। খুমন নোংয়াই ওইবা মীওইশিংনা হায়নবদা। ২। শীংনাং পাখী অমদি চোম পাখী অচৌবা য়াল্লহুনা। ৩। শীংনাং মতোল করুকপদা। ৪। মাগী য়োম্লকপা চাক্কী চয়োম অহুগা। ৫। মাগী শরুক ওইনা য়োম্লকপা ঙা ময়োম অহুবু। ৬। পোক্লফম লমদম ওইবা খুমন ইরমদম অসিনা অরেপ্পা ওইনা থমহুনা য়েংলসহু। ৭। অঙৌবা ফিনা কোক্না কোকয়েৎ ওইনা য়েৎলহুন'।

অনীমানা ॥ য়াওচারাপা মওইরে হায়না সোনমোইরমএ ॥ নোংয়াই য়াওপাকোনও ও থোননৈএ ॥

মোংপা তোরয়মাতি ॥ নোংয়াই খুমন লৈমা ॥ [১]সংলৈমা সোই নাইতাপীনা ॥ [২]মপারী সাৎতাপাকী ॥ [৩]মমোম ফুয়তারাপাকী-তমকপু ॥ নোংয়াই মমাইপা ॥ থিংপা লানথোমায় ॥ থিংপা কৈথো-মায় ॥ থোমপা কোনতে কোননাউমায়না ॥ খুমন লৈমা সংলৈমা-ও ॥ নঙনা নপারী সাৎতাপা ॥ নমোম ফুয়তাপা অসিপু ॥ হাউয়েন খোংকা তৌ ॥ য়াংকোই য়িকা সেমনা [৪]সোয়নিসে য়াহৌখিএ ॥ কোরৌ হুমিংমাতা ॥ নোংয়াই মমাইপা ॥ নোংচুপ হাওরোং তাপুং-মায় ॥ মঙসনা মঙচুমপানা ॥ নোংয়াই য়িরৈমা সংলৈমা সোইনাই-তাপী-ও ॥ হাউয়েন অতিংঙাপু খোংকা তৌ ॥ য়াংকোই অরেমপাপু য়িগা থেমনা করিকি সোয়নিকাপানো ॥ থৌপাল হুমচিল হুময়া-রোঙতা ॥ কোঙয়াং মপান-থা ॥ লাংলেন মপাল লিংনা সোয়নিসে য়াহৌখিএ ॥ নোংচুপ হাওরোংমায়না ॥ [৫]খারী থোমকা হাননা ॥ ফিমু লয়রূম-সি ॥ [৬]য়েনপা খুরৌ-থাং ॥ কোরেক খাইচা য়াননা ॥ [৭]থাঙলেন নাপন হাই ॥ কাচেং থাঙহকচল্ । কাপতু লৈথৈ-লেং ॥ নেমপী তুমপৌ-চোং ॥ কোঙয়াং মপান থা-না সোইনিখিএ ॥ নেমপী তুমপৌ চোংলাপাতি ॥ সেককু কায়নৌ চিংসোমপাপু সাৎলকএ ॥ অতুনোংকিপু সংলৈমা সোইনাইতাপীতি সোইনিরাই ॥ মপারী কাঙচিন লৈনাউতাপাকা ॥ সেককু কায়নৌ চিংসোমপাকাপু সাৎ-নারাও তৌনা কৌএ ॥ য়িরোঙ লৈমা থামপী ঙমপী ॥ য়ামলা য়িতাউ

১। খুমন নিংথৌগী হুপী শংলৈম কৌবী চাবোক্কবীনা। ২। মচা নিপা পোকচদবদগী। ৩। মচানুপী পোকচদবগী মরম্না। ৪। মচা পোক্রনবা চাদা নাউদা লৈননবা নিজসি। ৫। খরী উত্তোংদা হাল্লহুনা। ৬। য়েল লাবগী মথোঙদা ভিংথৌনা খুদোপ শারগা খুরৌ থাংলহুনা। ৭। থাঙশাংনা নাপী-শীংনা হাইদৎলহুনা।

ঙমপী ॥ লসিং লোকপান ফাপী ॥ চাখা য়িতোক ঙমপী খমচোং ফাপী ॥ খোংনাং ময়াংঙমপী ॥ তেককারাচা ফাপী ॥ ৱায়রং সনা পোনচেংসাপী ॥ ৱায়রৌ ফাতাপী লাইচা মথোপাল ॥ থোপাল হুমচিল হুময়ালোঙপু তামনা খনপী মহিথেল ॥ খোংলেন হেমতৌ তাইনে ॥ লাইচা মহিথেনকী খানিং মিকৌবকএ ॥

তোরয় নমসাংমাতি ॥ নোংঙাই নাপঙপানা মোংপা তৌরমএ ॥ **নাপঙপা খোং-ও** কৌএ ॥ নোংয়াই নাপঙপা খোং ॥ লাইচা মহিথেলনে ॥ খোংলেন হেমতৌ তাইনে ॥

লয়রায় মুংপিমাতি ॥ [১]অঙৌপা নিংথৌ তোরা ॥ [২]খুরাই পনম্ হুমিৎ থোকপু চুনাপা ॥ লিকথা মোইমায়কাঙ সাফাপানা ॥ [৩]ৱাংঙমলোন কৈথেনথানপীপু চেননারকঙৈতা ॥ ৱাংঙমলোন কৈথেল থানপীকী ॥ চৈরৈ ময়িনফিপু লাইচা য়িতা চোৎলে ॥ য়োইময়াই তাউতলপা ॥ [৪]মাংকোন মনোংসা ॥ কোরৌ নোংসামৈতা ফোরমএ ॥ অতুনোংকিপু **ফিফৌ-ও** তৌনা কৌএ ॥ অতুস্থং মতোমতে ॥ মৈতিংঙু [৫]তোঙনেম য়োইখুনচাউ ॥ লোকয়ি সেলোইনাইনা [৬]নোংয়াই চাউপা পুংপু য়িনতাল্লকঙৈ ॥ [৭]তুরেল মোংপা য়িপু ফৈনা লোইরক-ঙৈতা ॥ চৈরৈ মনিঙথমপু চোৎলপাকী ॥ লয়রায় মুংপীথকতা ফোরমএ ॥ **ফিফৌ-ও** থোননৈএ ॥ হিথেল চংলৈমাতি ॥ থিংপাই নোংমাঙপা ॥ মাঙপা লায়রপাকা ॥ মমোম খয়োইরোল লাইতোংখু সাফপীকা ॥ মাকপা কোনহয়কে লাকপাতা ॥ করম নিঙথিপানো হায়না সোল্-লম্এ ॥ খয়োই [৮]**নিঙথিপা খোং-ও** থোননৈএ ॥ খয়োই

---

১। অঙোম নিংথৌ ওইবা। ২। খুরাই লমদমলোমদগী হুমিৎনা তরং তরং থোরককপঙম। ৩। মৈদিংঙু চন্থ ওইবী। ৪। মাঙ্গোল্দা হুমিৎকী মৈশানা মৈবা নোংশাদা। ৫। মৈদিংঙু নাউথিংখোং খুংগী কুমশিং ৬৬৩ দগী ৭৬৩ ফাওবা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ। ৬। থুমনগী লম অচৌবদু য়োনবা লাকপা মতমদা। ৭। মাংদা ফৈনা লৈরঘা তুরেল অদু তুবৎনা ঈরোইদুনা লাক্লকপা মতমদা। ৮। নিংথিখোং (পাৎ)।

নিঙথিপা থোং ॥ থোংলেন হেমতৌ তাইনে ॥ মোংপা মতাইমাতি ॥ ঙাংথম নাউতাচুম-ও কৌপাতি ॥ [১]নোংয়াই চাউপম চম্নুকা ॥ অতোন শাংপম চম্নুকা ॥ লেমলৈ ঙাতাপাতা।। নোংয়াই চাউপম চম্নুনা মরান ওনতেখিএ ॥ অতোন শাংপম চম্নুনা।। থোয়নৌ য়িতা-ও ।। নতা ঐতি লেমলৈ [২]চাসিং ফংতরিএ ॥ [৩]লুকলাং মনিঙ কোয়তারিএ ।। ঙাইরাখিও হায়না থোখামপাপু নাতারে ।। থোয়নৌ য়িতা নোংয়াই চাউপম চম্নু-ও ॥ নঙনা [৪]হাননা নচেঙ হলরাইখিপাপুসুং ॥ [৫]মোমহু য়াবা সিনপুমাতি ফংঙমলোইএ ॥ উনথম চৈরৈ ফিরেনমাতি ফংঙমলোইএ ॥ হায়না অতোনশাংপম চম্নুনা পাউমেনপাপু ॥ চিনকোয় ময়াথংপু নাচুংতানা নাতাখিএ ॥ ঙাংথম নাউতা চুম-ও তৌনা কৌএ ॥ অতুসুং মতোমতে ॥ [৬]মৈতেংঙু লোইনাই থবানথাপা ॥ [৭]থবা লাংচেংপোই অপোইপাপু কায়না হুনপানা।। [৮]নোংয়াই লমচনঙৈ ॥ নাবা কোনথৌ থোংতা ॥ ঙানথম হিওনঙৈতা মতাইরেম মৈকামপা খুমিংসু ॥ মোরিপা নৌচাউম্নুনা ॥ ঙানথম হাননা সঙসালমপু ॥ নোংয়াই পোংনু লৈমচা ॥ অয়াংতোন নামুন খামপানা কায়না হুনখিঙৈ ॥ মোংপা তোরয়মা অসিতি করম চমপানো হায়রমএ ॥ অতুনোংকিপু ঙাংথম নাউতা চুম-ও থোননৈএ ॥ খুমন থোঙকন য়াঙনা ॥ [৯]লংমাই লীকবায়রকঙৈতা ॥ লংমাই সিংলিয়াঙনা য়িনতাললকঙৈ ॥ খুমন থোঙকন য়াঙনা ॥ লীকলাং মহুৎ সিনকুম ॥ তরেং সেনপুল্মাবু য়াল্লম্এ ॥ ঙানথম সেনয়াল-ও থোননৈএ ॥

১। খুমনগী লম মহুং চনবা নোংয়াইগী লমদা চাউবকপা লিংঙোলগা। ২। চয়া কাদরিএ। ৩। থুম্নুক মনিঙ কোয়না কাদরিএ। ৪। নহাক্না হান্না নঘুমদা হনপ্পবস্থ। ৫। ফি-শাবগী থবক শূকয়বস্থ নাৎ অমা কাওবা ফংঙমলোই। ৬। খুংগী কুমশিং ১১৭৫ দগী ১২৫১ কাওবা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ। ৭। লমহেন তুহেনবা মীওইশিংবু লাকহৎপা ওঘনা। ৮। খুমনগী লম্বু খুহুম চনবা মওমদা। ৯। শেলোই লংমাই লমদা লীকবায়বা মওমদা।

মোংপা তোরয়মাতি॥ অসাইগৌকি থিংপাই নোংমাংপানা ;
মমোম [1]খয়োইবোল লাইতোংখু সাফপীপু॥ লাইচা য়িরাল্লকপাতা॥
[2]অহেন মীৎচূপীপু ওইনা॥ মীৎয়েং সানথৈরাপাকী॥ য়িমোম নওপূ
নোংয়াই [3]সেনলৈ ঙাইপাতা কাওচারোই॥ [4]অতোন পাইরৈ ঙাই-
পাতা মলহোন্-নারোইএ॥ [5]চোয়নৌ খলওননাসে॥ সনা চাং চিং-
নাসে হায়না পাউমেনপাপু॥ [6]য়িপলও ঐতি নমোমতানে॥ [7]নাকলু
ফিয়ানপিপা॥ য়িমু [8]য়িতমপীপানে॥ য়িপল পনথৌ নিংথৌও॥
চীংঙ্ নোংথৌ সরারেন॥ অবাং পাথং য়োইরেনপানা॥ কোরৌ
থারকলাঙেনে॥ বাংপল খা-থানানা তেনবাইরকঙেনে॥ ইচ্চু মৃৎলৌ
ঙাংলৌ-সানা নিনপিরোইএ॥ ইরম চীংথম চাউপোক সানা নিন-
পিরোইএ॥ হায়না পোইরৈ খোঙপু থীননা বাকনপাপু বাকনতাথিয়ে॥
সায়পা ফিয়ান্না তিংখং খোঙচঙনারে॥ মচ্চু মৃৎলৌ ঙাংলৌ-সা॥
মরম চীংথম চাউপোক সানা নিনপিতে॥ পানপা মাঙথানা॥ কৈরেন
তুংয়িন্নরকএ॥ [9]নোংয়াই মপলঙাইনা থাম্‌কপারা থামপিতে॥
[10]খুমন মচ্চুঙাইনা কোনপিকপারা কোনপিতে॥ মপল নোংয়াই
থংপচা॥ নিংঙেল তেলহৈপানা॥ লীরী থমোয়-তিং॥ লকা তেনমৈ
লাকনা॥ পানপা থনুং-থীৎ॥ [11]কৈরেন মুংতা-লেংনা চয়পীরে॥
পানপা কৈয়েক লা॥ কৈরেন উমপীচাতি॥ লাইচা য়িতা তারে॥
পানপা কৈতা য়িরেন-ও থোননৈএ॥ অতোন থিংপাই নোংমাং-

---

১। খুমন চচ্চু ওইবী। ২। খাইনা মিতানফম ওইচ্চুনা নিঙথিজরবী ওইরবা। ৩। হান্না ঙাই ওইরবা লমদা থাজরোই। ৪। মশেল মবাই ওইনরবা লমদা লুহোংনররোই। ৫। সনাগী চাং ভরচ্চুনা খল ওরদি। ৬। পলেমও! ঐ ইতোমতা পোকপীনি। ৭। ইম নঙগী শিয়োমচ্চুদা নোংয়াই হয়ক ওইনা থাবিবনি। ৮। ঊগী ঊরীক ওইনা নাউতম্বীবনি। ৯। নোংয়াই লমগী মপা মপলশিংনা। ১০। খুমন লমগী মবুং মৌপবাশিংনা। ১১। কৈ অচৌবগী থমোয়চ্চুদা লেংচ্চুনা।

পানা ॥ মনোংয়াই নিংঙেল থংপাচাতা ॥ পানপা লুকপু লনকুইএ ॥ পানপা সাতালুক ॥ য়াইখঙ সাতালুকপু ॥ য়াইখু মসীং সুপা ॥ মেনখু মকম ফপালুক ॥ নোংতা লাইরেন পাখংবা ॥ খায়ি লাইয়ি সোননারুকপু লনকুখিএ ॥ অতুনোংকিপু কোরী সায়ারুক-ও কৌএ ॥ মমোম [1]খয়োইরোল লাইতোংখু সাফপীনা ॥ মনোংয়াই নিংঙেল থংপাচাতা ॥ [2]চৈরৈ কিসি ফি ॥ [3]থবা নোংলৈসাপা ॥ হৈরেমস্থ তাপানা সাপা-লীক ॥ খুনচান ঙংতাপানা সেমপা-লীক ॥ হৈরেম তোংসংলীক্ ॥ খুনচান তোংঙাংলীক্ ॥ খুনুং ককচাক্ অরি-পানা তাইখোম-ফি ॥ [4]লেমলৈ ঙারুম মানপানা ॥ চেনচিল ফিপু লনকুপিএ ॥ অতুনোংকিপু পানপা সাতা কৈরেন ফি-ও তৌনা কৌএ ॥ লমলেন মতাইমাতি নিংঙেল কৈকাপ লম-ও থোননৈএ ॥

তোরয় নমসাংমাতি ॥ মৈতেংঙ্ [5]লোইনাই থবানথাপা ॥ অতোন নাউস্থম হকচাউচাপু কায়না হুনপানা ॥ নাবা কোনথৌ থোং ॥ ঙাইখম হিওনঙৈতা ॥ মোংপা তোরয়মা অসিতি ॥ করম কোনপু কোনপানো সোল্‌লম্‌এ ॥ কোম্ন-অচনপা-ও থোননৈএ ॥ হিথেল চংলৈমাতি ॥ চেকপ্ লৈখৈবা ॥ লাংস্থম খুনঙম-বা-ও কৌপাতি ॥ অতোন থিংপাই নোংমাংপানা ॥ কোঙয়াং বাপাল অমা থাইএ ॥ লাংলেন কোঙয়াং-বাপুমমাকিনা ॥ কোঙয়াং মতাং অমনা ॥ [6]তম্না চাসিনতোংপু ওইনৈএ ॥ কোঙয়াং মতাং অমনা ॥ [7]লাংলেন মতাং থাপৈ লাং ॥ [8]লেমলৈ ঙাওংলাং ॥ নোইনু থুমওং-চৈপু

১। খুমন চম্নু ওইবী লাইতোংখু শাফবী কৌবীনা। ২। লংনা কিশি মতুম থোকহন্না শাবা ফি। ৩। থবানমিচাককুম অরং-অরংবা থোকহনবা। ৪। ঙা মরুম মানবনা। ৫। খৃঃগী কুমশিং ১১৯৫ দগী ১২৩১ ফাওবদা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ। ৬। মী অমগী (চম্না) চাকলুক ওইনৈএ। ৭। বা মতাং অমনা থাবৈ ওইব'। ৮। বা মতাং অহুনা শাবা থাবৈনা ঙা ওংনবা।

ওইনৈএ ॥ কোঙয়াং মতাং অমনা ॥ [1]বাংলৈ লিয়োংতোংপু ওইনৈএ ॥ লাংলেন মচেং অমনা ॥ [2]লাইবা পামিং য়ীংনা ॥ লুকুই নানম্ থুমনৈএ ॥ লাংলেন মশা অমনা ॥ [3]কাওরেন তনপা লেংনাউ-চৈ ॥ চৈপুল খাংসুরাকপা ॥ য়েননাউ পামপা মকোক তাঙচা লিললু মানপা ॥ [4]মচিল কোনথাং চারল লেংপা ॥ কাওরেল সনসেনচৈপু ওইনৈএ ॥ কোঙয়াং মচেং অমনা ॥ [5]লংমাই মুংপীয়েল ॥ চুপমারেং লমসংকায় ॥ মকোক তাঙচা লিললু মানপা ॥ মমৈ বায়রা সেংকম মানপা ॥ মুয়া সমু পনথোংথিংপু ওইনৈএ ॥ কোঙয়াং মতাং অমনা ॥ [6]চেকপ. থারোয়মাপু সানৈএ ॥ অতুনোংকিপু চেকপ. থারোইবা ॥ লাংসু থুনবা-ও তৌনা কৌএ ॥

লয়রায় মুংপীমাতি ॥ নোংয়াই ঙৌরোকপা মপললোন চারাস্থনা [7]নোংমনবাইনে ॥ থুমন ঙৌরোকপানা থোমলেন মঙখৈবানে ॥ অতোন ঙৌরোকপা খোংনে ॥ মোংপা তোরয়মাতি ॥ অসাইঙৈকী নোংয়াই চাউপম চমুকা ॥ অতোনসাংপম চমুকা ॥ লেমলৈ ঙাতাপাতা ॥ [8]লেমলৈ অহুকপা ॥ [9]বানচেং অহাপাপু লমওকনারে ॥ বানচেং পুঙমতা ॥ লেমলৈ পুঙমতাপাকী ॥ বাকয়ৈ মথুনেৎতাকী ॥ [10]লেমলৈ মঙালুকনা ॥ চেপনা কোংনা লাইচা য়িতা হৈথরমএ ॥ ঙাহৈ-ও কৌএ ॥ মোংপা তোরয়মাতি ॥ ময়িম পোইয়ৈ চিংসোমপাকা ॥ থোংনাং অঙৌপা সিনিথানিকা ॥ কোলোয় মিংসিননৈএ ॥ ময়িম থোংনাং অঙৌপাতি ॥ সেককু চীংসোমপা কৌএ ॥ ময়িম

১। য়ু থক্লবা হাপ্লবা উতোং। ২। বা মতেক অমনা পমা বাচেংহুয়া পীক্লা ঈংলগা। ৩। শনপী শনবোৎ থোইবদা পোৎপুদা লেংবা ওই-য়েৎ হেঙ্গিন্দনবা শেখা লূম্নি পুন্নবা চৈ। ৪। শাজৈ থুংপায়কমদা কোয়াং পান্না। ৫। শেলোই লংমাই লমদা য়োক্লবা য়েল। ৬। চেগপ। ৭। শিথিবা মকমনে। ৮। অপিকপা ঙা। ৯। অহূপা ঙা মচাশিং। ১০। ঙা হাপ্পবা লুক।

পোইরৈ মৈতৈ অঙোপাতি ॥ সিনি খানি-ও মিংহোংখিএ ॥ অঙোপা সিনিখানিনা ॥ মূৎলো ঙাংলো লাননা খোংতৌএ ॥ **সিনি খানি-খোং-ও** খোননৈএ ॥ অঙৌপা খোংতাইখেৎ ॥ খোংলেন হেমতৌ তাইনে ॥

তোরয় নমসাংমাতি ॥ অতোন নোংয়াই লোকচা-হাইপানা খোংমা তৌএ ॥ **লোকচা খোং-ও** কৌএ ॥ হিথেল চংলৈমাতি ॥ লৌকু চাপুপান-ও কৌপাতি ॥ [১]বাংঙমলোন পানপা ফাপী ॥ খুনচান পূংতোয় লৌয়াম পায়পী ॥ [২]পানপা খুনলানপা ॥ চাকোই নারং-পাপু কায়না হুনপী ॥ কাওরেন শল্ কুন লোকপী ॥ হুয়েল ল্যানপুম কুন ফাপী ॥ বাংঙমলোন পানপা ফাপীপু ॥ নোংয়াই খুনচাল নিংখৌ পুনসিপানা ॥ খাললৈ লৌ-মা খাইখিপাপু খুয়এ ॥ [৩]খানলৈ লৌনা খুয়িকুম ॥ [৪]তন্না চাপুম মসেন পালএ ॥ অতুনোংকিপু **লৌকু চাপুপাল-ও** কৌএ ॥ বাংঙমলোন পানপা ফাপী ॥ চংপী মকয়-রেল ॥ কয়রেল মখূৎফানে ॥ পানপা খুনলানপা ॥ চাকোই নারংপাপু ফানা-কয়নে ॥ নোংয়াই য়াংতাক-সি ॥ অতোন চামি-লৌ ॥ লমলেন ফেনলৌকু ॥ লৌকু চাপু-পান্নে ॥ মোংপা মতাইমাতি ॥ মৈতেংঙ্ [৫]সেনপী পাইখোমপাপু ॥ মতাইলেম লোইয়ম ঙাংঙোই নাহা ॥ মোইরাং কিয়ামপানা পাউথেমখোংনে ॥ [৬]মৈতেংঙ্ সেনপী খাক্সেপানা ॥ [৭]লানলোই লময়েংপুংনে ॥ লানলোই খোংনিকিতি ক্যাং খুনঙমখোংনে ॥ ক্যাংনিংখৌ মুমসিনলোং লৌখিপা ফানাখোংনে ॥

---

১। খুমন নিংখৌ ৩০ শুবা পুনশি খুরেন চনবপী হুপী অহল মৈদিংঙ্ চহ্ন। ২। খুল অমদপী লানশিন্নকপা কৈজাউ। ৩। পীক্না লৈবা লোকমগুম। ৪। চাক চন্নম ওইবপী মতৌগুম পাজে। ৫। খৃঃপী কুমশিং ১৬৬৬ তপী ১৬২৭ ফাওবদা পানখিবা মৈতৈ নিংখৌ। ৬। খৃঃপী কুমশিং ১৫৯৭ তপী ১৬৫২ ফাওবদা পানখিবা মৈতৈ নিংখৌ। ৭। লিলোংদগীনা খৌবাল মপাং ফাওবা লৈবা লমদম।

পুংনিকিতি ক্যাং খুনঙমপুংনে ॥ মোংপা মতাইমাতি ॥ [1]লাইরেল অয়াংপা মতাইরেম ॥ খুরোই ওমপা য়াইচা কুরাউপা ॥ সাকল তোং-লিপা নাউলেমনা ॥ নোংয়াই থিংক্রুকচাউ থিংক্রুঙাংচা থিংক্রুলুতোন ॥ হাউকুতেক মুংনাংঊসোনপা ॥ অহুইপা কোনলাংপা ॥ কমপোং থবা মাইয়িপীচাপু কায়না হুললকঙৈতা [2]ময়িম নোংয়াই মনিনূনাই-পানা ॥ লাইচা য়িবাংমাতা [3]হুয়েল লান্‌তান্ পুরকপাকী ॥ [4]মৈতেংঙু অয়াংপা মতাইরেমনা ॥ খোকলাং তাতোনথকতা ॥ হুয়েল লালুমাপু লান্‌নরমএ ॥ থিংক্রুক লুলান-ও থোননৈএ ॥

মোংপা তোরয়মাতি ॥ মপল কোরৌ হুইমু লৈমা ॥ মুচেং য়ামপী লিনকোইকি ॥ থারৈ লোকতোন অতোনপানা ॥ পোইরৈ খুনকারক-পাতা ॥ ঐপু হুয়েং পোইরৈ মৈতৈনা [5]তয়ম নাইসিএ । [6]কাওপী সনলোইএ হায়রকানে ॥ হায়পাকিপু থারৈ লোকতোনপা ॥ য়েননাউ অহোঙপা ॥ লাইরেল লেমলৈ-লৌ ॥ তুপি য়িবাংকোনপু অসৈনাপা ॥ লোকলৌ লাইচি থোংনপা ॥ পুলৈ সানা থোংপাপু চাতানা য়েলহেন নিংথৌ ॥ য়োংনাউ অহোঙপা ॥ থারৈ কোনপীচানা ॥ [7]চৈরৈ মরোন-তৈ ॥ [8]লাংচল পুরি-তু ॥ সবা চাচুম থিনূনা ॥ [9]তেকপি ওকলাকোন ॥ খোয়মা নারোনহুংতা ॥ মানপী নচিলমাপু থুপনরমএ ॥ অতুনোংকিপু পুথুপ-ও থোননৈএ ॥ হিথেল চংলৈমাতি ॥ মৈতেংঙু [10]মোইরামপানা ॥ থরাই চাংতোন-থল্ ॥ সোয়রেন থমথাং-লৌ ॥

---

১। থুংগী কুমশিং ৮২১ দগী ৯১০ ফাওবদা চহী ৮৯ চুপ্পা পানথিবা মৈতৈ নিংথৌ। ২। খুমন লমগী মতিক মথৌনা লৈরবশিংনা। ৩। থুম্বক লাম তাশিল্লকপদগী। ৪। থুংগী কুমশিং ৮২১ দগী ৯১০ ফাওবদা পানথিবা নিংথৌ। ৫। মীনাই ওইহন্না থাইএ। ৬। শন-লোক লোইএ শেললে হায়রগনে। ৭। কি মথল মরোল মরোল য়ায়া থমহুনা। ৮। লাংজন্না ফুরিৎ ফিজিল অনী তুরগা। ৯। ওকনা লৈবা মকোল। ১০। থুংগী কুমশিং ১২৭৮ দগী ১৩০২ ফাওবা পানথিবা মৈতৈ নিংথৌনা।

সীংন্থং নাচুং-ঠৈ ॥ য়ামলা থোংকৈ চিরোল চন্‌না ॥ সোয়না-ঘাইনে ॥ মৈতেংঙু মোইরামপা ঘায়রা খুনঙম সোয়নে ॥ হুয়েল লাননিকিতি ঘায়রা কুতপগী কুতপপা ফানা সোয়নে ॥ মোংপা মতাইমাতি ॥ নোংয়াই লৈসাংথোং-ও কৌপাতি ॥ লৈসাপামপা মোইপা ফাপানা থোংমা তৌএ ॥ লমলেন লৈসাংথোং-ও কৌএ ॥ হুয়েল লাননিকিতি কেকে মোইরাং [1]মোইপা লমপুম্থু অথোপা ॥ তুসাং হিনাম কাওরোয়হন্‌পা ॥ মাথিংকোক হিনাউ-সা ॥ মসোয়রু হিরুতোংপা ॥ [2]চাতানা ভনতুম হোৌপা ॥ [3]থকতানা যুপিং কাপা ॥ লোকতাক কিয়ান থাননা ॥ মতোম হিথা কুমমৈ হোৌপাপু ফানা থোংনে ॥ মৈতেংঙু [4]কায়নৌ চলামপা ॥ চীরু খুনঙমপুংনে ॥ অরেংপু থুমকাংপু ফানাপুংনে ॥ লৈসা পামপা থোংলেন য়াইনে ॥ নোংয়াই লৈসাংথোংনে ॥ হাওম্ব খুচিল মুংমোনপা মরমথৈনে ॥ থোংলেন হেমতৌ তাইনে ॥

মোংপা তোরয়মাতি ॥ তায়াং চীংতোল মকুপী ॥ সাপল্ মহিথেলনে ॥ মোংপা মতাইমাতি ॥ মৈতেংঙু [5]থোংনাং ময়ামপা ॥ পুংলেন মথুংফা ॥ [6]লানলোই পুরোমপুংনে ॥ পুরোম থাপানপা ফানা-পুংনে ॥ নোংয়াই থাউপুপানা থোংমা তৌএ ॥ লমলেন থাউপুপা থোং-ও থোননৈএ ॥ থোংলেন হেমতৌ তাইনে ॥ তোরয় নমসাংমাতি ॥ কাইপী সওমপল ॥ থোঙলেন লমকা লাম-ও কৌপাতি ॥ মৈতেংঙু [7]লোইনাই থবানথাপা ॥ কাইপী য়েক সওম ॥ সওম থুচুম-মু ॥ সওম থরাইতাঙপু ॥ সমু তুংতা-লয় ॥ পামেল উতা

---

১। মোইবা কোবা লম্পুগী মশ্ অথোবা। ২। চাদনা থনবা। ৩। হু থকম্ থঙ্গনা তাওবা। ৪। খৃঃগী কুমশিং ১৫৪৫ দগী ১৫৮২ ফাওবদা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ। ৫। খৃঃগী কুমশিং ১৭০৯ দগী ১৭৪৮ ফাওবা পানথিবা মৈদিংঙু পামহৈবা। ৬। লিলোংদগীনা থৌবালগী লমকাওবগী লমদম। ৭। খৃঃগী কুমশিং ১১৯৫ দগী ১২৩১ ফাওবদা পানথিবা মৈতৈ নিংথৌ।

পুননা ॥ [১]নোংয়াই লমচল্এ ॥ অতোন লমলোকএ ॥ নোংয়াই থাথানা ॥ অতোন লাইথা-না ॥ মৈতেংঙু [২]অয়াংপা সরী চোংপা ও ॥ নোংয়াই য়িপল লমপু করম লমচন্‌বনো হায়খিএ ॥ থোঙলেন লমকালাম-ও থোননৈএ ॥ কাইপী সওমমানা লমচললৈএ হায়পাকিস্থু ॥ লমলেন কাইপী সওমপুন-ও তৌনা কৌএ ॥ হিথেল চংলৈমাতি ॥ মৈতেংঙু [৩]লোইনাই খুনমোমপাকা ॥ অতোন নোংয়াই পিথিৎলাই-পাকা ॥ ৱায়রা [৪]তেন চায়নঙৈতা ॥ মৈতেংঙু মতাইরেম ॥ হোঙনেম-স্থমপা নিংথৌ কনপানা ॥ মৈতেংঙু ইপুংঙু তাউও ॥ নতাইরেম ঐদি নোংয়াই পিথিৎলাইপাপু ॥ মানপী চীয়েনা কাঙরেন লাইথেং-নাকে ॥ নতাইরেম ঐনা হয়েং [৫]ৱায়রা মীসা-ওই ॥ হুয়েল মীরান ওইরবদি ॥ মোমহু তালোই ইরুমপীপু ॥ য়াৱা মসীংস্থ ॥ চকমোম তেমখাংলোনপী লোইতাম থাপুং ফাপীপু লৈপানে ॥ ইপারী সাৎল-বদি ॥ তুবি নাকতা ফমমম্নবিও ॥ [৬]লাইরেল নাকতা সেন্নবিও ॥ [৭]কুৱা হয়রাংলোই ॥ নাখাঙ তুংসোনকী ॥ খুয়া লোনহাইরোই ॥ [৮]নাপ্পা চীকথেমলোইপু ওইহনপিও ॥ য়িমোম ফুয়য়িকিতি হেপী [৯]থংতা নোংপাললোন ॥ সাংতিং নামি-ওই ॥ [১০]মেননোং খুৎসা ওইনা ॥ খুনেৎ তেমখাং ওইনপী ॥ লাংকোই সারু তোংনা ॥ ৱাকচিং লোকোন হনপীরকতা য়াংকোইহনপি-ও ॥ নমোম তমফা ৱাংঙমলোন কৌপা মরোংঙমপী মনকৌলীক ॥ [১১]লীকসং পাচি নাইপাপু ॥

---

১। থুমনগী লমচম্বু লোই চল্লকএ। ২। থৃংগী কুমশিং ৮২১ দগী ৯১০ ফাওবদা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ। ৩। থৃংগী কুমশিং ১২৬৪ দগী ১২৭৮ ফাওবা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ। ৪। তেন কাপনঙৈদা। ৫। লান্দা কাবব মী। ৬। ইনিংথৌ নাক্তা থবিহুনা অয়ৈ-লৈত অফ-ফত্তা য়েংশিনবিয়ু। ৭। কা থনবা ননাই ওইহুনা। ৮। অথোন-অথুপ ৱাতাম্নকম ওইবা ননাইয়ু। ৯। অঙোম চম্ব ওইবী। ১০। থুত্তা শিবা থুদোপকুম থাজোকপিদনা। ১১। অশংবা নিঙথিম্নবা মচি-মশেক নাইবয়ু।

য়াংলৌ [১]থানপম্লানতা য়ানপিও ॥ নতাইরেম ঐতি ॥ খোয়মা ইমায় ওন ॥ [২]য়ামচেং ইনম মূকলারোইএ ॥ হায়না পাউমেননারিঙৈতো ॥ নোংয়াই পিথিৎলাইপাকী ॥ মরোয় কাকপা লৈতোন পামপানা ॥ লাইচা য়িরাংমাতা ॥ লাংপল কাওরেল সেনপানা ॥ য়ামমা নিংথৌ অতোন লাইপাপু ॥ নোংহামলাপার হায়না ॥ বাকয়ৈ হিপু তোংনা লাকএ ॥ অতুনোংকিপু কাবপা নৌহি লান-ও তৌনা কৌএ ॥

লয়রায় মুংপীমাতি ॥ [৩]মৈতেংঙু অয়াংপা মতাইরেম ॥ খুরাই ওমপায়াইচা ॥ কুরাউপা সাকন্ তোংলিপা নাউলেমনা ॥ হুয়েল লানসুং ফারকএ ॥ য়াওরৌ সাসুং পুমনা মুল্লকএ ॥ নোংয়াই থিংক্রু কোকচাউ থিংক্রু ঙাংচা ॥ থিংক্রু লূতোন কমপোং থবা মাইয়িপিচা ॥ হাউথুতেক নুংনাং উসোমপা ॥ অহুইপা কোনলাংপাপু কায়না হুল্-লক্‌ঙৈতা ॥ য়াওরৌ সানিকিতি [৪]সঙাই নানপীচাপু ফারকএ ॥ য়াওরৌ সাসুং হুয়েল লানসুং ॥ করম লোননা ফারকপানো ॥ বায়রা সারোনপুং ॥ হুয়েল লাল্লোনপুং-ও কৌএ ॥

মোংপা মতাইমাতি ॥ তাঙচা লূহুনপুং ও কৌপাতি ॥ মথৌ ঙাংঙোমপানা ॥ অতোন খোইয়া লাইকনপা ॥ মোমনু তালোয় মরুমপী ॥ কেকে মোইরামপা চনু ॥ [৫]ইবাংলোন কুবাংসুপু ॥ কোরৌ অরাংতাপু ॥ মরান নুহোং খোংতোংলকপীপু ॥ য়িনুং সোয়য়াইমাতা ॥ চানা ইকা লামপাতা ॥ মথৌ ঙাংঙোমপানা ॥ লুরক কাঙতৈ-থি ॥ থৌনাউ লোনথোঙ লেল্‌লক্‌লে ॥ অতোন খোইয়া লাইকংপানা ॥ হুয়েল লানতাল্‌লক্‌পাপু ॥ [৬]চুঙলোং মনমথাঙপু লাময়োললে ॥

১। মিৎয়েংফম ওইবা থবাক্তী লমদা লীক শিবগুম। ২। ইপুক্সি' শুকওন ওঙ্গরোই। ৩। খুংগী কুমশিং ৮২১ দগী ৯১০ কাওবদা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ। ৪। মশা নানবা সঙাই মচা। ৫। মোইরাং য়েক্তী নিংঙোল। ৬। মথুক্তা চুঙ পায়বা ফাওবা পায়ঙমলক্তরে।

[1]তিমেন মখুৎস্পু পাইয়োললে॥ থাঙলেন মখুৎস্পু [2]লাক-য়োললে॥ [3]চৈরৈ সেৎলম সেৎতা॥ [4]মানলৌ য়িনলম য়িনতানা হুয়েল লানতাল্‌লক্‌এ॥ লমলেন মতাইমাতা তানফংলাএ॥ মথৌ ভাংঙোমপা-ও এতি॥ চুঙলোঙ ইনমখাঙস্নুং হাঙলে॥ তিমেন ইখুৎ-স্নুং তামএ॥ য়িপিংঙা মরোং চুঙফুনাফরোইএ॥ তিমেন তাচাই-নাফরোইএ॥ মোমনু তালোয় ইরুমপী॥ কোরৌ অরাংনোংতাপু॥ মরান মুহোং খোংতোংলকপীপু॥ লোইতাম থাসিনতারি॥ ল্যাংহৈ কুমওননাতারিএ॥ তাঙচা লুরেনতোনপু হলবাইপিরমও॥ নমু কনানাপু নোংয়াই য়িমলক চঙলকতে॥ [5]খুমন য়িময়া হেপলকতে হায়রাকাপানো॥ [6]মোমনু তাঙচা সমতোনমাপু কক্‌নাখিও॥ হায়না মানপী খৃতপনানা॥ মুকমূ লৈতোল কোননা পুরুমচরাপাকী॥ চেংলৌ মসক য়েংনা মুংসিখিএ॥ [7]পুনুং মরেপ য়েংনা মুংওনখিএ॥ মোমনু তালোয় মরুমপীকী॥ তাঙচা লুরেনতোনপু হলবাইপিরমএ॥ তাঙচা ল্‌হুনপুং-ও থোননৈএ॥ মোংপা মতাইমাতি॥ অতোন খিংপাই নোংমাংপা॥ থানলৈ মরৌরেনতা॥ মতাইরেম হাওপা য়া কোই খমলৌ লিতোননা॥ সারেন সাসিনএ॥ মরুমপী খানিং য়াংতৈহুতি॥ বাংলৈ য়ুসিন্‌নৈএ॥ মথংলেনকী [8]সারেন সানা হেনপারা॥ [9]মরুম-পীকী বাংলৈ য়ুনা থোইপারা॥ য়েংনাপাপু সারেন সানা বাৎলে॥ [10]বাংলৈ য়ুনা মৌরে॥ বাংলৈ য়ুমৌরৌ হায়পাতি কতৌনাকাপানো॥

১। মখুৎস্নু তিমেন তাফাওবা পায়ঙমলক্তরে। ২। মখুৎস্নু থাংশাং ফাওবা পায়বা ঙম্লক্তরে। ৩। ফি শেৎপোই-শেত্তবোই। ৪। চরৈ ইরফি ফাওবা ইনবা ঙমজদরে। ৫। খুমন লমগী য়ুম অমফাওবগী মনাক নক্লকতে হায়রবগনি। ৬। মুপী ওইবীগী শমদোন মতেক অমত্তা ওইয়বস্নু ককপিখরো। ৭। মাগী পুক্লিং পুকচেল অমদি বাহৈ থোনফম য়েংবা অমদি তারুবগা মপুক ওন্নকখি। ৮। শাগী মহাওনা হেনবরা। ৯। মরুবীগী বাংলৈ য়ুনবু হেনবরা। ১০। বাংলৈ য়ুনথুম হেল্লে।

থংলেন তাঙচা ইকাইরাকানে ॥ সারেন সানা মৌএ হায়রাসে হায়খিএ ॥ অতুনোংকিপু সারেন [১]সামৌলৌ-ও তৌনা কৌএ ॥

তোরয় নমসাংমাতি ॥ নোংয়াই য়িরৈতাপাতি য়িথেমখোং ॥ অতোন লানলৈতাপাতি লানথেমখোং-ও কৌপাতি ॥ পোইরৈ লৈসাংথৌ অখূপা ॥ তানথোং চানমপানা হুয়েল লানতাঙৈতা ॥ খমপা য়াংতৈ নাহা ॥ হেমচেং লোয়রং অতোনপা ॥ খানলৈ লৌতাপাপু কায়না হুললে ॥ নোংয়াই হেমনাই নাহা খাংনৌপাতি ॥ [২]হাওরৈ খানা পাংপারমপু খোপ্থংলকএ ॥ অতুনোংকিপু নোংয়াই ইথেমখোং ॥ অতোম লানথেমখোং-ও তৌনা কৌএ ॥ নোংয়াই ইথেমখোং অতোন লানথেমখোংপু ॥ তাননা খনপা খমপা য়াংতৈন্নুং ॥ খোংলেন হেমতৌ তাইনে ॥ লাইচা মহিথেনকী খানিং মিকৌথংলকএ ॥ হিথেল চংলৈমাতি ॥ সাংপম হন্পাখোংনে ॥ সাংপম খুনঙম্ খোমালোঙপা ফানাখোংনে ॥ [৩]মৈতেংঙু তবুংবা ॥ লাইচা য়িথেমখোং ॥ খোংলেন হেমতৌ তাইনে ॥

লয়রায় মুংপীমাতি ॥ মৈতেংঙু তবুংবা সনথোঙ য়োয়াতাপুংনা ॥ তাংখুল কুরাউপী কুরাউপা ফানাপুংনে ॥ মোংপা মতাইমাতি ॥ [৪]মৈতেংঙু লোইনাই খুনমোমপা অতোনপানা ॥ [৫]সেনপীচাকা তেংকোল চায়নাঙৈতা খোংমা তৌরমএ ॥ হুয়েল লাননিকিতি ॥ চাংথ্রাং চাংনিংসিং পোংথ্রাং লায়রপা ॥ সনা চিনপাল থোংনা চাসায়পা ॥ লূপা চিনপালথোংনা ইপা ফানা খোংনে ॥ লমলেম চানমখোং ॥ খোংলেন হেনতৌ তাইনে ॥ মোংপা মতাইমাতি ॥ মৈতেংঙু তবুংবনা নোংয়াই সেল্লোইমৈ ॥ অতোন পাইরৈমৈ ॥ সিঙকন্ নোংফাইমৈ ॥

১। শামুরো। ২। মায়কৈ খানা পাংবলমদগী খোপকংলকই। ৩। খুংগী কুমশিং ১৩৫৯ দগী ১৩৯৪ ফাওবদা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ। ৪। খুংগী কুমশিং ১২৬০ দগী ১২৩৮ ফাওবদা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ অতোনবা হায়বদি ময়াঙ্কু পুরাম্বাবা নিংথৌগী মনাও। ৫। কবোগা লান থেংনবগী মতমদা।

সতু তেকচাকমৈনা য়োরকানে ॥ হায়পাকী [১]চেকাই নারেং হুংনা কৈকুপএ ॥ মৈতেংগু তপুংপানা চংপী মকয়রেন ॥ কয়রেন মথুংফা ॥ লমলেন **চেকাই-কয়-ও তৌনা কৌএ** ॥

তোরয় নমসাংমাতি ॥ লমলেন চেঙকোইপুং-ও কৌপাতি ॥ রাংঙমলোন থোংঙাইথোং ॥ মৈতেংগু নাউহনপা চম্ু ॥ মসানৌ চিঙয়াই ঙাম্ু-চা ॥ [২]নিংথৌ সিয়ারোংদা তাংথপী ॥ অতোন নোংয়াই খুমন লৈমপু ॥ চেঙলূক লমকোই স্নূা হোইথিঙৈতা ॥ তরা চেঙপু পৈরমএ ॥ অতুনোংকিপু লমলেন চেঙকয়পুং-ও কৌপাপু ॥ পোইরৈতা ফাথিপানা **চেঙকোইপুং-ও** থোননৈএ ॥ হিথেন চংলৈমাতি ॥ মৈতৈ লৈমা নোংপাললোন ॥ চংপী মকয়রেন ॥ কয়রেন মথূংফানে ॥ [৩]থোংনাং তথেল খুনঙম-কয় ॥ [৪]গোবিন্দ মনিক ফানা-কয়নে ॥ মোংপা মতাইমাতি ॥ পোইরৈ মৈতৈ **থারোইপাথোং-ও** কৌএ ॥ লমলেন থারোইপা-খোং ॥ খোংলেন হেমতৌ তাইনে ॥

লয়রায় মুংপীমাতি ॥ [৫]মৈতেংগু পোইরৈ নিংথৌখোমপা ॥ [৬]পাইখুনিংথৌ লাংয়া মিংনাইপাপু কায়না হুনবনা ॥ ঙাংলৌ হাও-কমফাইকী ॥ পানপা কৈনিংথৌপু ॥ লৈমূ সেংতাকনা ॥ লৈহৌ সেংওইপুংনে ॥ [৭]পোইরৈ খুনমোমপানা ॥ পানবা কৈনিংথৌপু ফানা-পুংনে ॥ মোংপা মতাইমাতি ॥ মৈতেংগু [৮]লোইনাই থবানথাপা চংপী মকয়রেন ॥ তাংখুল খামপী খুনঙমপুংনে ॥ হুয়েল লাননিকিতি ॥

---

১। চফু মচেৎ হুংলগ পরেং লে'হুনা কয় অহু কুপপে। ২। খুমন নিংথৌ চিংথোঙ থোঙ্গাইথপী মচা পুরান খুনৌ শিবা নিংথৌপী মনাও ১ঃশুব' খুমন নিংথৌপী মফমদা ঙংজবী। ৩। ময়াংপী লম ত্রিপুরাবু মায়খিবা পীবা মতমদা শাবা কয়। ৪। ত্রিপুরা নিংথৌ গোবিন্দ মনিক। ৫। খৃঃপী কুমশিং ১৬৩২ দগী ১৪৬৭ ফাওবদা পানখিবা মৈতৈনিংথৌ। ৬। পাইখুপী নিংথৌ লাংয়' কৌবা মমিং চৎপবু। ৭। মৈতৈনিংথৌ খুমোম্বনা ( খৃঃ ১২৬০–১২৭৮ ) ৮। খৃঃপী কুম ১১৭৫ দগী ১২০১ ফাওবদা পানখিবা মৈতৈনিংথৌ।

লফূপী লফুপা ফানা-কয়নে ॥ কোংলৌ লফুপোকনে ॥ মোংপা মতাইমাতি ॥ মৈতে ঙ্ চা খোঙচোমপা ॥ নিংথৌ য়োইরেন তোম-পোকপা ॥ পুংলেন মখুৎযানে ॥ ছুয়েন লাননিকিতি ॥ [১]মনাতোন থাসাপা ॥ [২]য়েনপা তুসেক সাপা ॥ থিক্রি মুমানপাপু ॥ লৈম্ সেং-তাকপুং ॥ লৈহৌ সেংওইপুংনে ॥ তোরয় নমসাংমাতি ॥ পাউপম ফাপা ॥ থোংনাং ময়াং কামপা ফাপানা ॥ [৩]মুংলৌ ঙাংলৌ-লান ॥ [৪]চীংখম-চাউপোক লাননা ॥ খোংমা তৌএ ॥ লমলেন ফাপাখোং-ও খোননৈএ ॥ ছিথেল মতাইমাতি ॥ লিলোং সাহৌপাৎ-ও কৌপাতি ॥ নোংয়াই খোয়পা তেলহৈপা। অতোন হাউপা অথৌপানা ॥ [৫]লমলোই য়িমজঙলঙৈতা ॥ হনপা-লামপা-চা ॥ হনু কোংতিংমুসুং ফারকএ ॥ চৈরৈ হাওরংফাইসুং লোক্লক্এ ॥ তেকপি ওকলাংমৈসুং পুরকঙৈতা। লমলেন মতাইমাদা ॥ [৬]তেকপী সাপূক ফাংলাপাকী ॥ ওকলেন মরীল লোঙলমলে ॥ লিলোং-ও কৌএ ॥ সারেন সাসুং করম হাউপানো ॥ [৭]সাহাউ পাৎ-ও কৌএ হায়তাপারা ॥ [৮]লাইরেল য়োইমোংপানা ॥ মোংপা তুতেংপাতা ॥ মসানৌ য়োইহৈতোন [৯]তাউথিংমাং ॥ [১০]লিন-বাই য়িমরুতা থৌনাপাকা লমওকনারে। লাইচা য়িচিলসুং অনী লোঙএ ॥ লিলোং-ও খোননৈএ ॥ মৈতৈ লৈমা হাওসি মংসাতাপা চনু ॥ লোইয়ম মংসাতাপানা য়েনবি ॥ [১১]নোংপাললোন নিংথৌ পোকপী ॥ লিলোং হিথাপুংনে ॥ খুমন চাংহনচা ॥ হাওমন য়াংকোই

---

১। মনাতোন থা মচেৎ শানা শাংন কোম্বুবা। ২। য়েনবা লাবগী মমৈ অশাংবনা কোম্বুবা। ৩। ঙাংলৌ-পাৎ লাল্লভুনা। ৪। উশোইপোকপী মনিঙদা লৈবা চীংখম কৌবা অহুগা চাউবোক থোঙলুং লাল্লগা। ৫। লমলোইচনবা লোইয়গা যুমদা হল্লক্লবদা। ৬। ওককী মপূক লেম্লুনা য়েংবদা। ৭। শাহৌ-পাৎ। ৮। মৈঙ্গিংঙু তাউথিংমাংগী ময়াম্বুং। ৯। খুংগী কুমশিং ২৬৪ দগী ৬৬৪ ফাওবা মৈতৈনিংথৌ ওইখিবা। ১০। ইঙ্গিল তুরেল মরুদা। ১১। মৈঙ্গিংঙু চীংথাং লাম্বুবগী রাণীনি, নিংথৌ অসি খুঃ ( ১২৩১-১২৪২ ) ফাওবা পানখি।

কোইপা॥ মাস্তকয়াং থেকবাইপা ফানাপুংনে॥ [1]মৈতেংঙু পুনসিপা॥ চৈকন-থেকপা মুয়াম ফাপা॥ পুংলেন মথুৎফানে॥ কেকে মোইরাং পোরৌ পাংথায়চামপা ফানা-পুংনে॥

লয়রায় মুংপীমাতি॥ লমলেন লিনতু লৌখোংপাৎ॥ কোংপা ঙাচৈথেন॥ খাখোং ময়িচিন॥ খোংলেন হেমতৌতাইনে॥ মোংপা মতাইমাতি॥ লংমাই খাপং অচনপা॥ মৈতেংঙু সেনপী খাকেমপানা [2]চিনফুরোল মপী লমমাপী॥ তানখোং লংমাইহনপী॥ খোংনাং ময়াং ঙমপী॥ তেককারাচা ফাপীতা খাইপী সোয়নে॥ লাইখোং ময়িচিন খোংলেন হেমতৌ তাইনে॥

মোংপা তোরয়মাতি॥ লমলেন তাক্ল-খা॥ তাক্ল-লাই তাক্লা খোকলাং তাকনে॥ নোংয়াই সীংমিৎ খুমু মানপা॥ অতোন খাই-থিপা॥ তোংচেং নাউমৈকী॥ মাকপা পানচুমপা॥ পোনপী রায়রং চেকমাস্তং ঙইপা॥ [3]মিৎয়েং নানি লোঙপা॥ চেকলা তুফাং চিন্‌না॥ রায়সা কুমসাবকএ॥ নোংয়াই সন্‌পল্ থুপা॥ খুমন সনপল হন-পানা॥ হুয়েল লানকালমনে॥ তাক্ল-ময়িচিল॥ খোংলেন হেমতৌ তাইনে॥

তোরয় নমসাংমাতি॥ [4]মৈতেংঙু সেনপী কিয়ামপা॥ কয়রেল মথুৎফা কিয়াং খুনঙম্‌কয়নে॥ চৌসেংকম ফানাকয়নে॥ মতাইরেম থাংয়ি চাংচিনহনপা॥ [5]লোইমোম খলঙনপানা॥ [6]হাওসি ঙমকা-চিং॥ কুরাউ ফানসাং সুনা য়াকা-কয়নে॥ সোংসুক খুনঙম্‌শঙনে॥

---

১। খৃঃগী কুমশিং ১৪০৪ দগী ১৪৩২ফাওবদা পানখিবা নিংথৌ। ২। পেনলোনগী মতুংইন্না শরাংথেম, লৈশাংথেম, হাওরোকচম কোম্বৌজম্বু শৈথানৈ মকমসিংদি চিংঙাখম্বু ওইগনি, ময়মদি থোংবাং ময়াংঙবী হায়না শৈথারি। ৩। অরেপ্পা পুকচেল লৈতবা। ৪। খৃঃগী কুমশিং ১৪৬৭ তগী ১৫০৮ ফাওবা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ। ৫। কৌবু চোয়-চাং তৌহ্ননা ঙনবনা। ৬। লুচিংবা ওইনা ময়াম পুরক্লনা।

লাসেং থমথু মিংনাইপাপু ॥ মোইমিং লয়চু শগুনে ॥ হিথেল চংলৈমাতি ॥ লানলোই অফম খোং-ও কৌপাতি ॥ [1]মৈতেংঙু লোইনাই থবানথাপানা ॥ নোংয়াই সেনখি-নোং ॥ [2]অতোন বারোংনঙৈতা ॥ মতাইরেম মৃতু য়োইমাচেং ॥ মপল চিনফুরোল লাইখুস্থ লিনকোইকীনা ॥ মোমনু মুক্তা-সা ॥ তাঙচা তুংতা-লয় ॥ চৈরৈ নমনাক্লনা হুয়েল লানথেমঙৈ ॥ মৈতেংঙুনা খোয়মা নারোনমুংতা তাঙচা লমফমএ ॥ লিলা নাথেৎলমএ ॥ মৈতেংঙু লোইনাই থবানথাপা ॥ কোংলো **অফম-খোং-ও** কৌএ ॥

লয়রায় মুংপীমাতি ॥ পাউপম লৈমা হেমথূ ঙমপীনা ॥ তরা তনপুম-হো ॥ [3]তনলূক লুথোংনা ॥ [4]য়িঙৌ লুথুমনানা তনয়েনফমনে ॥

মোংপা তোরয়মাতি ॥ কুবাপি লাইমন-খোং-ও কৌপাতি ॥ অসাইঙৈকী নোংয়াই খোয়পা তেলহৈপানা ॥ লমলাই য়িমচঙলাঙৈতা ॥ হুয়েল লান্নিকিতি হনপা লমপা-চা ॥ হন্নু কোংতিংমুস্থ ফারকএ ॥ চৈরৈ হাওরং পাইস্নং লোক্লক্এ ॥ তেকপি ওকলাংমৈস্নং ফারকএ ॥ নোংয়াই খোয়পা তেলহৈপানা ॥ [5]লান্ন খুত্তা-স্থ ॥ [6]চৈরৈ লেংতোন য়াননা ॥ তেকপী খূয়ৌ পুপাপু ॥ বারে সোনপাপু ॥ পোইরৈতা ফাথিপানা ॥ লমলেন **কুবাপি লাইমনখোং-ও** খোননৈএ ॥ মোংপা মতাইমাতি ॥ য়াইথিংপা উসোনপা ॥ হয়চাং লুমহেকপা ॥ খুন্নু লুমথিংপা ॥ পুন্নুং লুময়ানপা ॥ [7]থংচিং মখোকলাং হাইনাইপাপু ॥ অতোন খোংপু য়াইথোমচানা পাউথেমলাঙৈতা ॥ [8]নোংয়াই খুনকুমঙৈ ॥ অতোন তাখিঙৈ ॥ পুংমা খোল্লমএ ॥

---

১। খুংগী কুম ১১৯৫ দগী ১২৩১ ফাওবা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ। ২। খুমনগা থৎনঙৈদা। ৩। চেঙগী য়াম্না হোৌবা ভল ময়াম অহু লুথোংমাহুনা। ৪। ঈশিং অন্নবা অঙৌববু মথুম খুমলহুনা। ৫। মকোক অহু খুত্তা পায়রহুনা। ৬। লেংবান্দা ফি য়াল্লহুনা। ৭। ভাগী ভাথোক নিঙথিরববু। ৮। খুমন লমদা কুমলকপা মতমদা।

য়াইথিং পুংচাউ-ও থোনবৈএ ॥ মোংপা তুথুপমাতি ॥ [১]মৈতেংঙু লমকাইঙমপা ॥ পুংলেন মখূৎফানে ॥ মৈরাপা ফানাপুংনে ॥ অয়াং য়েৎলম চেনপা লমথাংপুংনে ॥ মৈতেংঙু লমকাইঙমপা পুংলেন য়াইনে ॥

তোরয় নমসাংমাতি ॥ ময়িম সেনলোই লংমাইনা ॥ মমোম নোংপাললোন কাইরৈমা খুনখুংতাপীপু ॥ [২]কমপোং মরানয়াইতা কাওচানাঙৈ ॥ [৩]মললা মসীং বাৎপকী ॥ থাংঙা মলহাইকে ॥ কমপোং মনথোকে লাকপাতা ময়িম সেলোইনা বাহায়না ॥ কমপোংনা তেংথানা ॥ চুঙপু লাং-ও কৌএ ॥ লাপা চুঙলোঙ মনমথাঙপু থারমএ ॥ লাংথাপান-ও কৌএ ॥ হিথেল মতাইমাতি ॥ নোংয়াই খুমন নিংথৌ য়াইথিংপা উসোনপানা ॥ মরান পামেল উহোঙকে হায়ঙৈতা ॥ লোয়েংপা ময়িমফম ॥ হাওপা সেরা মকাইফমকী ॥ পামেল উ কায়োংপাপু হোইয়ালএ ॥ খোংচি নারেংলোন [৪]উনৌ খোংচা-সম ॥ [৫]ঔরী লিয়াই নোপনা ॥ পামেল হোইরকপাতা ॥ ময়িম নোংয়াই উরাউপা ॥ চৈরৈ ফিতুং থাউওননানা ॥ [৬]পামেল উমিং থানা থারাউএ ॥ তলা থানচেনপা ॥ তলা মিংথা লাউনাপানা ॥ পোইরৈ য়িরেং অনৌপাপু চূকওইনরকলে ॥ খমলাং অনৌপাপু থানওইনরকলে ॥ অসুম পামেল মিংথা লাউরকপাপু ॥ থোঙাপানা নাতাইএ ॥ য়াইচমপানা তারৌএ ॥ মথিক্ থাংথাপা ॥ থোংতু বাই-রোকপা ॥ পাৎয়াই চানমপানা নাতাইএ ॥ থোংলেন য়াইচমপানা বা তাথিখিএ ॥ থাঙলেন মখূৎসূনা ॥ [৭]হীরী থোংচি য়ানকৎলে ॥

১। খুংগী কুমশিং ১৫১২ দগী ১৫২৩ ফাওবদা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ। ২। থাংঙা কমোংগী মযূমদা থাজবা মতমদা। ৩। হৈজিং খরায় পুবদা য়াওবা হৌনব' পুগদবা পোৎ মশীং বাৎপদগী। ৪। অনৌবা বা য়াল্লগা। ৫। থোৎনা নৌনা শেম্ব' থৌরী। ৬। উগী মমিং হায়না হায়না শৈথারহনা লাউএ। ৭। হিগী থোংলী থাংবত্থ য়াম্বৎলে।

নোংয়াইনা তেংথানা ॥ থোংপু থোং-ও কৌএ ॥ নোংয়াই পুমনা ছপনা তুরে ॥ অতুনোংকিপু [১]থোংতু-ও কৌএ ॥ লোইনাই ঙাসিংপা মমা তারামস্থু লিনকোইকিনা ॥ নোংয়াই লাংকমপম পিবাবু ॥ ৱাকয়ৈ তেংমায়থকতা ॥ সমু ভুংদা লয় ॥ [২]পরয় লানকা সাবকপা ॥ নোংয়াই লাংকমপম পিবানা ॥ সেনলৌরেম নোইনাই ঙাসিংপা-ও ॥ লাইচা ইথৌ লাংএ ॥ সমু ভুংদা লয়ববু থোকপিও হায়খিএ ॥ নোইনাই ঙাসিংপানা ॥ সমু ভুংদা লয়ববু থোকপিরে ॥ নোংয়াই লাংকমবমু পিবানা ॥ লাইচা য়িদা চোংথখিএ ॥ তেকপি ওকলাবোনদা [৩]সানথুপখিএ ॥ নোইনাই ঙাসিংপানা ॥ তিমেন মথুংস্পু হংতা স্থু ॥ [৪]ৱাইকৌ চিননি লোঙবনা ॥ নোংয়াই লাংকমপসু ফৈরা মতান ঙনীমাবু তুরে ॥ অতুনোংকিপু থোংতু-ও তৌনা কৌএ ॥

লয়রায় মুংপীমাতি ॥ [৫]মৈতেংঙু পূনসিবা ॥ চৈকন্ থেকপা হুয়াম ফাবনা ॥ ঙাংথা লমলোকতৈ ॥ হাওতক সন্‌পলযাতা খৌসাতৈ ॥ কেকে মোইরাং লমমাবী ॥ লমমাচাউ চেংলৈয়াং থাউতৈস্থবু ॥ কায়না ছল্লবৃতৈদা ॥ লাংলেন ৱাকয়ৈ মথুনেৎ ॥ লাংথ'ঙমবা মললাফাববু ॥ ৱাকয়ৈ মৈনা ওন্ ॥ [৬]তোংচেং লুনা হননা থাংলমএ ॥ অতুনোংকিপু [৭]মৈতেংঙু পূনসিবা ৱাকয়ৈ হিকারম-ও তৌনা কৌএ ॥ মোংপা মতাইমাতি নিংথৌ লাইতোং পুরামস্থকা ॥ খুমন পুরাংপা পুরামস্থকা ॥ তনপা অনীমানা [৮]চায়না থোংফেননাতৈ ॥ নিংথৌ লাইতোং পুরাংস্থকী ॥ তিমেন মথুংস্থনা ফেল্লবদি ॥ ককলু লুমায় লেংনা ॥ [৯]সোয়রেন ফুমপীতুবে ॥ খুমন পুয়াংপা পুরামস্থকী ॥ তিমেন মথুংস্থনা

---

১। থোংছু। ২। পরয় নযতুনা পুন্নকপা। ৩। লোংথিএ। ৪। মচান অনী লোঙবা তানা। ৫। খুংগী কুমশিং ১৪০৪ দগী ১৪৩২ ফাওবদা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ। ৬। হিগী হিনাউ অছু মমাব ওন্নুনা থাংছনা লৈরমএ। ৭। খুংগী কুমশিং ১৪০৪ দগী ১৪৩২ ফাওবদা পানবা মৈতৈ নিংথৌ ৮ শীংনছুনা চাংনতৈদা। ৯। ফুম শোয় অচৌবছু ফাওনা লেংলে।

কেললবদি ॥ [১]লাবা থনূং থীংলে ॥ পুয়াংপা পুরামম্বুনা ॥ নিংথৌ লাইতোং পুরামম্বূকী ॥ তাঙচা লুরেনতোনবু ককলে ॥ ককরা-ও থোননৈএ ॥ মঙক তানককূলে তানপল-ও কৌএ ॥ তাঙচা লুরেন-তোনবু ॥ হামুন চারা থকতা ॥ [২]ভাঙতুম ভাঙনা থোংঙমএ ॥ ইথোংলেন-ও থোননৈএ ॥ কোরৌ মুমিৎ মঙানি স্থরবগা ॥ তাঙচা লুরেনতোনবু ॥ হামুন চারা থকতাকী ॥ পুয়াংপা পুরামম্বুনা রায়থ-খিএ ॥ রায়থমপাল-ও কৌএ ॥ খুমন পুয়াংপা পুরামস্বুনা ॥ অমরক মরান ঙনতেরকখিপাতা ॥ হননা হননা য়েংপাপু ॥ অসাইনৈকী হামুন চারা লেপতম নৈববু ॥ নমু পোংবু ঙইনা উরমএ ॥ অমরক য়েংববু ॥ হামুন চারা লেপতম নৈববু ঙইঙমএ ॥ লমলেন ঙইচারু-পাল-ও থোননৈএ ॥

মোংপা তোরয়মাতি ॥ [৩]মৈতেংঙু নাউফংবা ॥ ফুংকা লয়চেং লয়খৈ-রা ॥ সনমী নাইমী কোরী সেনচাউ চেকফু লৌবা রানে ॥ [৪]পোইরৈ মীসু নাদা ॥ কাচেং থাঙহকস্থং চনদা ॥ কোঙয়াং রা সেং-কমস্থং তাদা ॥ পোনপী চরোইমৈস্থং মৈকেনদনা ॥ ময়েং সনচি লীঙংনা ॥ মমায় নোংনেম লাইনা পাং ॥ মতোল সনা লয়চেঙ হাইনা ঙঙবা রানে ॥ [৫]লীরালৈমা তেংকোল চাইবী ॥ থোংনাং তখেলঙমবী ॥ সেনবী কবোমবী ॥ লাইচা মহিথেলগী খানিং মিকৌরকএ ॥

লয়রায় মুংপীমাতি ॥ মৈতৈ লৈমা হাওসি মংসা তাবা চমু ॥ লোয়য়ম মংসা তাবনা য়েনপী ॥ [৬]নোংবাললোন নিংথৌপোকপী ॥

---

১। থম্মোই ফাওনা লেংলে। ২। ইঙ্গংঙ ভাঙনা মথক্তা থাঙ্গৎলমমে। ৩। খূংগী কুম ৪২৮ দগী ৫১৮ যাওবদা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ। ৪। মৈতৈগী মী কনা অমফাঙবা নাবা য়েকপা য়াওদনা। ৫। লিরা লম্বী পুবা লাইরেম্মা। ৬। মৈদিংঙু চৌথাং লাহুবগী রাণী, মৈদিংঙ পুরাহাববু পোকপী মমা ইবেম্মা।

তাউচিং হৈচেন পুংনে ॥ লেমথোং লৈসাংথৌ অথুবনা থেমথপুংনে ॥ ছুয়েল লাননিকিতি ॥ খোমবা ময়াং নাহা ॥ হেমচেং লোয়রং অতোয়বা ফানা পুংনে ॥ তেকপী ওকলাকোনদা পানবা হয় ॥ [১]তুরেল চংলৈ লৈঙোইনা খোঙসোম-হয় ॥ হয়রাং মখোকতাদি ॥ চায়াই চমফেল মানবা ॥ তাউজিং মনাতাদি ॥ থমকোই লয়চুং মানবা ॥ মপাল সরীক চোমজাউ মানবা ॥ মহয় থাকোই মানবা ॥ কুবাং নাহা বাংনু মুপামপা চিনওন-হয় ॥ নোংয়াই থোনথমপা নানম-হয় ॥ থমলোই খুৎঙম হয় ॥ লৈমা হাইরোইমু ফানা-হয় ॥ হয়রাঙ অরায়বদি লুদ-থোং ॥ লালু অচনবদি খুৎতা সুনা বাইওং লমনে ॥ [২]নোংবাললোন নিংথৌ পোকপী ॥ তাউজিং হৈচেনপুংনে ॥ মোংপা মতাইমাতি ॥ [৩]অঙোপা সেকমু কায়নৌ চীংসোমবনা খোংমা তৌএ ॥ চীংসোমব-খোং-ও কৌএ ॥ লানলোই চোনমৈপী চোনমৈপানা খোংমা তৌএ ॥ চোনমৈবী চোনমৈবা খোং-ও কৌএ ॥ থমতৌবী থমতৌবনা খোংমা তৌএ ॥ থমতৌবী থমতৌবা খোং-ও কৌএ ॥ অঙোবা সেককু কায়নৌ চীংসোমপা ॥ খোংলেন য়াইকা ॥ [৪]চেংলৈবোন কংলাতোংপী খোংলেন য়াইকা ॥ লানলোই চোনমৈবী চোনমৈবা খোংলেনয়াইগা ॥ থমদৌবী থমদৌবা খোংলেন য়াইগা ॥ খোংলেন হেমতৌতাই মরি মাগী [৫]চিনসোকনাবা মরমথৈনে ॥ খোংলেন হেমতৌ তাইনে ॥

মোংপা মতাইমাতি ॥ [৬]থোংতু বাইরোকপা ॥ মথিং থাংথাপা ॥

১। তুরেলগী লৈংঙোই ফোলি হাপ্তুনা মথোঙ সোম্লগা থাবদা পানবা হয়। ২। মৈদিংঙু পুরাহ্বাবগী মমা ইবেম্মা। ৩। অঙোম শলাইগী শেকমু কায়নৌ চীংশোম্বা কৌবনা খোং অমা তৌই। মহাক অঙোম নিংথৌ ৯ শুবগী মচা অহল্লি। ৪। চেংলৈ লমদা লৈবা কংলাতোংবী। ( হৌজিকী মিউনিসিপাল অফিস লৈনরিবা লম ) ৫। ঈচিল তিন্নবা লমনি। ৬। থোংজুগী লমদা লৈরবা বাইরোকপা।

তান্থোং চানমপানা ॥ কেকে সেনলৈ ঙাইপানা লানকারককানে ॥ খুমন পাইরৈ ঙাইপানা লানকারক্কানে ॥ হায়না [১]কোরৌ থবি নোংলেপতনা ॥ ৰাকয়ৈ হিপু তোংনা পাউতারমএ ॥ অতুনোংকিপু [২]পাউতা য়িরেন-ও থোননৈএ ॥ [৩]অতোম য়োইরেনপানা ॥ ৰাকয়ৈ খোঙওইনানা ॥ মোংপা খুনলম য়িননা ॥ নোংয়াই খুমন লমদা খুন-কুমলকপাতা ॥ মথিং খাংখাপা ॥ ভুশাং হিনামপানা ॥ তো চেং ফৈনা লামনা থৌখামঙমএ ॥ নামফৈ-ও কৌএ ॥ মৈতেংঙ্না তয়মদা অসি ইনুং সোয়য়াইমাদা ॥ [৪]ইযু লাইরেল নাউফংবা ॥ তিংয়ি ৰাফোং-লাকতা ॥ কংলা চাকচা নোংদা ॥ শানৌ হেমতৌ লোয়য়মপানা ॥ [৫]ফমমোই মিৎতা ফমলৌরে ॥ অতুনোংকিপু নোংযাইলমদা কুমলক-পনে ॥ ঐপু থৌখামলাকুনো হায়না ॥ লাইরেল ৰাকয়ৈ মখূনেৎপু ভুথখিএ ॥ তুরা অচনপা-ও থোননৈএ ॥

মোংপা মতাইমাতি ॥ ৰাংঙমলোন মুতুচনু ॥ লৈশাংথেম লৈমা কাপুখোমপী ॥ মেননোংফাপীনা [৬]ইপল ফুংকা নোংলুমপাল ॥ ইতু [৭]য়াখোঙ চারেমপানকী ঙংলিঙৈতা ॥ তেৎনৌ নান্পল্ খল ॥ [৮]মালং মচিলথয় ॥ খমকোল মনা-নপ্ ॥ নেমপী হুমতং-খল্ ॥ ইংখোল ফৈরোয় খারৌকে হায়বগী ॥ [৯]লানলোই মদাইমাদা ॥ নেমবী তোন-খপ-লৌ ॥ সীংনাং চোমচাউ য়াননা ॥ [১০]নেমবী সীংবুল সানা

১। নোংজা অমত্তা কাংদনা। ২। পাউভাক ঊরেন। ৩। খৃঃগী কুমশিং ১১৫০ দগী ১১৬৩ ফাওবদা পানথিবা মৈতৈ নিংথৌ। ৪। চত্তুবা মৈতৈ মিংথৌ খৃঃ ৪২৮-৫১৮। ৫। নিংথৌগী গদ্দিদ সিংহাসন্দা ফমহৌরে। ৬। ইপাগী মকুম থূপ্না মপাল চাজহুনা। ৭। ইবুংশিংগী চাবদগী অরেম-অপা চাহুনা হিংলিঙৈদা। ৮। মীনা কম্না য়েংশিল্লকপা পূম্নমকপু য়েংশিনবা ঙমদনা ৯। হি-শাংথাংদগী কোৌগাকচাউ ফাওবগী লম। ১০। শীংনাং মপূল শাহুনা (পূমুনা) পৈবম্মী।

পৈরমএ ॥ অতুনোংকিপু লানলোই সীংচাপৈ-ও তৌনা কৌএ ॥ [1]বাংঙমলোন লৈসাংথেম লৈমনা ॥ নেমবী সীংবূলসা ॥ সীংনাং লুথোংনানা সীংচেল্‌লমনে ॥ লানলোই চীংঙা মহিথেলনে ॥ [2]মৈতেংঙু থোংনাং ময়ামপা ॥ মোকতোক হয়চেন পুংনে ॥

মোংপা মদাইমাতি ॥ সেলোই লংমাই নিংথৌ চন্নু ॥ নোংবাল-লোন ফুরোইন্নু ॥ থাংঙা কমপোং ওংবীনা ॥ মপাম সেলোইচীংবু কাগে ॥ মত্নু লংমাই চীংজাউবু য়োগে হায়না ॥ মমোম নমদা পোনা ॥ মরান থৌচৎলকপাতা ॥ [3]কোঙয়াং বাচিনচাউ ॥ [4]লোকলৌ সৌরাইকং অকংবা ॥ [5]লোকলৌ পাউনাইদবনা ॥ [6]খুয়া য়োরুম-মেন য়িমু ফিরাক সানা ঙমপললে ॥ অতুনোংকিপু নোংবাললোন **ফুরোইন্নু** **লাননংরাই-ও** থোননৈএ ॥ মোংপা তুথুপমাতি ॥ লাললোই চীংঙাবেং-ও কৌপাতি ॥ লানলোই হয়িংথেম চন্নু ॥ লাইচা য়িমিংনবী য়িহক্‌আগা ॥ কমপোংথেম চন্নু লেমলৈ ঙামিংনবী সরেংআগা ॥ মমান মচা তানথোং লোকআগা ॥ মনেম-মচা লেমথোং লোকআগা ॥ হয়রাং তাইপোমবা ॥ তাউজিং লোঙচুমববু হয়চেননৈদা ॥ হয়রাং পোৎফারা ॥ তাউজিং পোৎথললাববু ॥ হয়রাং খুৎপায় বাৎলে ॥ [7]তাউজিং চোইয়েন তামলে হায়বগীবু ॥ মমান মচা লেমথোং লোক-আনা ॥ পামেল অমরক নেৎকাবদা ॥ [8]তলা থেমচা উকৈ থককী ॥ [9]তলা খুৎয়োনথনা নোংমললে ॥ ইতা কমপোংথেম চন্নু সরেংআ-ও ॥ [10]নঙনা য়াংমন কায়মন্‌বগী ॥ ইমানমচাবু নোংহামলে হায়খিএ ॥

১। নিংথেম চন্নু ওইবী লৈশাংথেম লৈমা লাইরেম্বী। ২। মৈদিংঙু পামহৈবা। ৩। বা য়ানখিবগী মচিল হুইদেম শাবা। ৪। শৌ থাকপগুম লৈবা অকংবা বাগী থাঙ্গম। ৫। লোকহুংদা মীনা থঙন-উনদনা লৈবা। ৬। খোঙগী খুমাদা য়ুহুনা। ৭। হৈ অত্নু চোইনা য়েনবদা বাৎলে হায়বগী মরম্না। ৮। অরাংবা উথক্তা কৈনা লৈবা উপাদগী। ৯। মখোঙ নাহুহুনা তাবদগী শিয়ে। ১০। নঙনা কম্না হায়হুনা তকশিনমনবদগী।

ইতা লানলোই হয়িংথেম চম্নু ইহকআ-ও ।। নঙনা চিনমন লেমমন-বগীবু ।। ইনেমমচাবু নোংমললে হায়খিএ ।। অতুনোংকিপু লানলোই চীংঙারেং-ও তৌনা কৌএ ॥ লানলোই চীংঙামাঙবু তানা থনবী ॥ চিনফু ৱাইনোং তাউপী ॥ লেমথোং লমমাবী ॥ থোংনাং ময়ামপী ॥ পাতা কোনফবী ॥ য়িতোক ঙমবী চীংসোংবা ফাবী ॥ সেনবী সোংস্নুক ঙমবী ।। লাচোম ফাবী ॥ লাইচা মহিথেলগী থানিং মিকৌথংলকএ ॥

হিথেল নমসাংমাদি ॥ লানলোই থমদৌবী থমদৌবা ॥ চীংঙা লৈখোং তেংবা ॥ থোংলেন হেমতৌ-তাইনে ॥ হিথেল মতাইমাদি ॥ [১]মৈতেংঙু নাউথিংখোং মঙাংঙমবা ॥ [২]খোঙহামপাৎ চিনফূ মায়তা-ফমনে ॥

লয়রায় মুংপীমাতি ॥ তোনবা নামফেৎ তৌৱেনখোনবু ॥ [৩]চীংদা কানা পাময়ানবা লমলেকসাং হাও ওইবনা ॥ থানলৈ মাগী মরো-রেনদা ।. থাংয়ি ঙাঙলককবরা হায়না য়েংলুববু ।। লোইমোম খোইঙাং সাঙমদে ।। থাংয়ি ইখূৎথা লোইমোম ইনৌ য়োকপু ।। করম সংব-নোকো সোললমএ ।। থাংয়ি অসং-লৌ ।। লোইমোম অনামলৌ-ও থোননৈএ ।। মোংবা মতাইমাদি ।। [৪]মৈতেংঙু লোইনাই থৱানথাবা ।। নোংচুপ মরোংঙমবা ।। কাতাংস্নু ফৌওই মাঙববু কায়না হুনবনা ।। পানবা কৈফাঙৈ ।। মতাইরেম থাঙসা তেংমায় থিনবাগা ।। য়োইরেন কৈরাৎপগা ।। [৫]পানবা কৈরুকংবু থিন্নপূংনে ।। কোরৌ হুমিং মঙানি স্নুরবগা ।। পানবা কৈয়া ফুকএ ॥ অতুনোংকিপু পানবা কৈরুপূং-ও তৌনা কৌএ ॥

১। খৃঃগী কুমশিং ৬৬৩ দগী ৭৬৩ ফাওবদা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ । ২। খোঙ-খুৎ হায়রম্বা চিন তেংবা মায় তারঘা মকমনে । ৩। চেংলৈগী শরাং লৈশাং শলাইদা হুইমুরৈমনা হুংঙৌ য়িরথংবগা লমলেক শাংগা পোকই, লমলেক শাংদি চীংদা অহুম লৈখিহ্নুনা কবুই ওইখি । ৪। খৃঃগী কুম ১১১৫ দগী ১২৩১ ফাওবদা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ । ৫। কৈগী মকোক মরু অকংববু ।

মোংপা মতাইমাদি ॥ [১]মৈতেংঙু লোইনাই খুনমোমবা ॥ মিংৎং মথামলোকতা থোঁসাবা ॥ [২]মরোয় থাংচেন চাইবনা ॥ মচল লৈমা হৈপোক ঙমবী ॥ মনিঙলৈমা পোনচেংঙমবী ॥ সমলা লংমাই নিংথৌ চম্নু ॥ [৩]অতোম য়োইরেনবা ॥ খুগ্নামবা লোইচা ঙমবনা পোকপীবু কায়না হুনঙৈ ॥ লানলোই লমদাইফমনে ॥ চীংবা খুনথোম লোনে ॥

লয়রায় মুংপীমাতি ॥ মৈতৈ লৈমা খয়োইরোন চানদা পোংলেন খোনবী ॥ থানলৈ লোয়াংচাননে ॥ চানদা খুনখোম লোনে ॥ হুয়েল সারোঙবা মিংনাইবা ফানালোনে ॥ থানলৈ মতাই মাদি ॥ [৪]মৈতেংঙু নোইনাই খুনমোমবা অতোনবনা ॥ তাউতেক খুনঙম-লো ॥ নিংথৌ নঙা ফানালো ॥ থানলৈ চেংলৈ মরৈরেননে ॥ হুয়েল লানদিগীদি নোংয়াই থোংপু হাওকম পামবনা ॥ ইনুং সোইয়াইমাদা ॥ পাকোন নাকতা য়েপনা ॥ কেগে লবাইলো তাউথোং লৈরাং চাউহুইপোক ॥ তাউথোং লোরেনবনা থোইবরা ॥ নোংয়াই লোরেনবা লোকুচাবু-পান ॥ নোংয়াই য়াংতক-সি ॥ অতোন চামিরোনা হেনবরা ॥ পোইরৈ মৈতৈ-রো ॥ বাকচিং লোরেনবনা থোইবরা ॥ থানলৈ মরো-রেনবু ঙমনববু ফানারোনে ॥ হাওবলোনে ॥ চেঙবা লোনে ॥ পুংলেন মদাইমাদি [৫]অঙৌবা কিয়াম্বনা ॥ [৬]ক্যাং নিংথৌ চোয়নৌ সনা হেকপা ফানা-পুংনে ॥ পুংচি নাতৈনা ॥ লালু কোকসোকনাবা অমদি ॥ [৭]মৈতেংঙু সেনবী খাগেমবা ॥ পোইরৈ নিংথৌ হনবনা ॥

১। খুংগী কুমশিং ১২৬৩ দগী ১২৭৮ ফাওবা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ। ২। মাগী মরুপ থাংচেন চাইবা কৌবনা। ৩। খুংগী কুম ১১১০ দগী ১১৬৩ ফাওবা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ। ৪। মৈদিংঙু পুরাম্বাবগী মনাও অনৌবা খোম্বা খুং কুম ১২৬৩ দগী ১২৭৮ ফাওবা পানখি। ৫। অঙোমগী ১৯ শুবা নিংথৌনি। ৬। কবো মায়কৈরোমগী ক্যাং খম্পাংকী নিংথৌ। ৭। খুংগী কুম ১৫৯৭ তগী ১৬৫২ ফাওবা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ।

থাকী খুনঙমলো ॥ [১]চৌফা হোঙতৈ ফানাপুংনে ॥ থানলৈ লৌতূপমাদি ॥ নয়োল [২]মৈতৈলৈমা নোংপাললোন লিনথোইঙমবী ॥ থানলৈ লৌয়াংচাননে ॥ চীংসোং খুনঙমলো ॥ হুয়েল নোংতংপু ফানালৌনে ॥ লৌবী ঙমথংনা ॥ [৩]পীবেন নাতৈনবা অমদি ॥ খয়োইরোল চাখা খোঙজোমবী ॥ য়াংলৈ য়াচুবী ফাবী ॥ সললম তেলহৈবী ॥ মাকপা পানজ্নবী ॥ উতোয় লানথাবী ॥ তাউতেক খুনঙমলো ॥ নিংথৌ মঙা ফানালৌনে ॥ খানলৈ মখলমাদি [৪]নোংবাললোন খুমনখোমবী ॥ হুংনাং তেলহৈবী ॥ খমকোল লোকপীনা ॥ লাইবেন মশাবী লৈতাং লানথবাবু কৌথলৌনে ॥ হুয়েল লাননিগীদি ॥ চোইবীমচা চোইবী তাউবী ॥ য়াইথোমচা য়াইথোমতাউবী ॥ হাংকু অকনবী ॥ তাইবী নিংঙোনসূ ফানাবৌনে ॥ লৌরীঙমথংনা ॥ পীরেন নাতৈনবা অমদি [৫]নোংবাললোন কায়নৌ চাংপোম্বী ॥ খাগী কৈথেল থানবী ॥ চৌফা মুকতুফাবী ॥ খানলৈ চেংলৈ মরৌরেননে ॥ চানদা খুনঙমলো ॥ হুয়েল লাংঙা মিংনাইবা ফানা লৌনে ॥ খানলৈ লৌতূপমাতি ॥ নয়োল মৈতৈলৈমা নোংবাললোন ॥ মরামবী থানলৈ লৌবাংচাননে ॥ মরাম খুনঙমলৌনে ॥ লাংপোম মিংনাইবা ফানালৌনে ॥ পীরেন নাতৈমাদি ॥ কৌবরোল মাকলং লানথবী ॥ সেনবী কবো তাইপোমবী চাপং লানথাবী ॥ মাকে পুংচাইফাবী ॥ খানলৈ মরৌরেননে ॥ থোংনাং ময়াং প্রতাপ নারন লানথোয়াঙপু ॥ চুপলৌ তাইকা মেননা ॥ খোঙ কন্ লৌতাক হোঙনা-লৌনে ॥ চাপং খুনঙমলৌ ॥

---

১। চৌফা খিথোম্বা কৌবা কবোগী নিংথৌগী লাঙ্গিংবা। ২। মৈদিংঙ নিংথৌখোম্বা খৃঃ ১৪৩২ দগী ১৪৬৭ ফাওবদা পানবা নিংথৌগী রাণী, নিংথৌনা অক্লাদা লান তাখিহৈড়দা তুশোমশিংবু মায়থিবা পীবা ঙম্বী রাণীনি। ৩। লৌরী শাবলত্রগা থংনবা লম অমনদি। ৪। অঙোম চন্দ্র মৈদিংঙু মোইরাম্বা খৃঃ ১২৭৮ দগী ১৩০২ ফাওবদা পানখিবা নিংথৌগী রাণী। ৫। মৈদিংঙু মুংয়াম্বগী রাণী থাগেম্বা নিংথৌবু পোকপী।

হুয়েল লমসংপু ফানা-লোনে ॥ ওকক্রন তোনবা হিরীক-লোনে ॥ [1]মৈতেংঙু লোইনাই খুনমোমবা ॥ লয়হৌ হিকারমনে ॥ অহোঙ লৌরাউপুংনে ॥ থানলৈ মদাইমাদি ॥ নয়োল মৈতৈলৈমা নোংবাল-লোন সেরেম্বী ॥ মোংবা সমজিল লোইয়াফমদা খোমহানবী ॥ চোংথাম মুরা সাফবী ॥ নোংচুপ লাল্লুমওম্বী ॥ হুয়েল মেনভাইবা ফাবী ॥ থানলৈ মরৌরেননে ॥ থারম চোথে খুনঙমলৌনে ॥ হুয়েল য়াংগেনবা ফানা লোনে ॥

মোংপা ভুথুপমাদি ॥ [2]মৈতেংঙু লোইনাই থবান থাবা ॥ হাকুম তেলোং তেকপা বাকাউদবা ॥ লেমলৈ ঙাতেন-খোংনে ॥ খোংলেন হেমতৌ তাইনে ॥ মোংবা মদাইমাদি খোইবু লাইথা পাংনে ॥

লয়রায় মুংবীমাদি ॥ খোইবু বাংগোই মনিন-নাইবনা পাল্-লম্এ ॥ খোইবু বাংগোই মহিথেননে ॥ [3]মৈতেংঙু পুনসিবা ॥ মুয়াম সাফবা মদাইরেম ॥ চাখা য়িনস্বুবা ॥ লাইচা ঙাথিবনা ॥ লয়রায় মুংবীথকতা ॥ লেমলৈ ঙাবু হারমএ ॥ অতুনোংগীবু চাখা ঙাহাপুং-ও তৌনা কৌএ ॥ হিথেল চংলৈমাদি ॥ [4]মৈতেংঙু সেনবী খাগেম্বা মপারী ॥ [5]খোইমোম লাইজা ঈসম্বা লাইওইরাইনে ॥ মৈতেংঙুচা ঈসম্বা লাইজা মহিথেননে ॥ ইরাকমানা থানিং মিকৌথংলকএ ॥ মোংবা মদাইমাদি ॥ খোইবু বাংগোই মনিন-নাইবনা পাললমঙৈদা ॥ লোইবী ইপাচা হেমবা ইয়েললুসিংও ॥ বাবা খুনথিনা ॥ চেঙজা

১। খৃঃগী কুমশিং ১২৬০ দগী ১২৭৮ ফাওবদা মৈতৈ লৈবাক্তা পানথিবা নিংথৌনি, মহাক মৈদিংঙু পুরাম্থাবগী মনাওনি। ২। খৃঃগী কুম ১১৯৫ দগী ১২০১ ফাওবা পানথিবা খুমনগা লান থেংনথিবা মৈতৈ নিংথৌ। ৩। খৃঃগী কুম ১৪০৪ দগী ১৪৩২ ফাওবদা পানথিবা মৈতৈ নিংথৌ। ৪। মৈদিংঙু থাগেম্বগী মচা ওইনা লাইনা শাইওন তোরকপা মচানুপা। ৫। খোইমোম লাইগী ঊমিক্লা লাই ওইনা তাইবংদা ফাওবিরকপা মফমনে।

লাননংনকুহুসে হায়না ॥ [১]সরী মথৈ ফং । নামুং মতোল লোমনা ॥ কোয়ৌ নোংবু সোননঙৈদা ॥ [২]য়াংলৈ তাউবা চুইরিন থৎনয়মএ ॥ অহুনোংগীবু খোইবু চুইরিন থৎমপুং-ও থোননৈএ ॥ লানলোই মদাইমাদি ॥ খয়োইরোল তাইবংম্বু পুংলেন মখুৎফানে ॥ চুয়েল লাননিগীদি ॥ পেঙকী থাঙসাববু থাগ-থানা ॥ লয়মূ সেংতাকপুংনে ॥ পুংচি নাতৈনাবা ॥ লালু কোকসোকনাবা অমদি ॥ [৩]মৈতেংঙু নিংথৌ-খোম্বা খোইমোম লাইমিংথোংবু চূনবা ॥ [৪]তুবি চরাইরোংবদা ॥ কেগে [৫]সেনলৈ ঙাইবা ॥ খুনথক তয়ামঙামা [৬]মোইরাং পাইরৈঙাইবা খুনথা তয়ামঙানা ॥ কেগে মোইরাং থামবীলৈমা ॥ ঈথাই লোংথোনবীবু ॥ কয়রেন লাংমুস্নুনা ঙমগাচিংনা ॥ লৈসং থাউমা-হান ॥ লৈঙৌ থাউমা তৈনা কেগে ময়ৌ অতোনবা ॥ [৭]সিনহৈখুৎনা সনা লৈরি সানা লোইহাপুংনে ॥ চুয়েলনিগীদি পুংচি নাতৈমাদা ॥ অদোন নো·য়াই থুমন হাইচুবী হাইচুববু ॥ লয়নু সেংতাকপুংনে ॥ পুংচি নাতৈমাদি ॥ কেগে হাওরোক পানপীম্বু ॥ ৱাবা পানতম্বা কোঙয়াং ৱাপু লানববু ॥ লৈহৌ তমনা সেংতাকপুংনে ॥ লানলোই পুংচি অমদৌ ॥ সেনবী তুমু ইয়ং লানববু ॥ লয়হৌ তমনা সেংতাকনৈএ ॥ পুংচি নাতৈমাদি ॥ কেগে মোইরাং মাইবম্বু অসাংববু ॥ লয়হৌ সেংওইপুংনে ॥ কেগে খোইবা রাসিকাবুখোম্বা য়াওস্নুরাকপা মচা ॥ চাকাবা লৈতাঙ লানথববু পুংলেন ময়ায় থাংথকতা ॥ লয়মূ সেংথাক-

---

১। ৱাশকপদা লময়োনা চায়া কয়া হকচিয়া। ২। চুইগী ময়োল থৎনয়মএ। ৩। খুংগী কুমশিং ১৪৩২ দগী ১৪৬৭ ফাওবদা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ। ৪। খুংগী কুমশিং ১৬৯৭ তগী ১৭০৯ ফাওবা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ। ৫। চাইশেল মখোয়মতা ওইনখিবা খুহকলোমগী লৈকাই তয়ামঙামক। ৬। মোইরাংগী মরী মতা ওইনচ্লা শাগে চাইবি ওইবা খুন-খাগী লৈকাই ১৫ মক। ৭। খুৎকী থবক্তা দৈ-শিংবা মীনা।

নানা ॥ লয়হৌ সেংওইপুংনে ॥ [১]মৈতেংঙু পোইরৈ খুনচাউবা ॥ খোইনাই সেনহোংবমসুনা ॥ [২]লাংতে খুনঙমপুং ॥ হুয়েল লাননিগীদি রাকপিথম অথৌববু ॥ পুংচি নাতৈমাদা খাগা থানৈএ ॥ রাংতৈঙম লানথৌয়াঙবু পুংচি নাতৈমাদা খাগা থানৈএ ॥ লংমাই সেনবা লান-থৌয়াঙবু পুংচি নাতৈমাদা ॥ লয়হৌ সেংঙইনৈএ ॥ লাংতে নিংথৌ খোমমাংরেংবা অথৌববু ॥ পুংলেন ময়ায় খাংথকপাদা ॥ লয়মূ সেং-তাকনানা ॥ লয়হৌ সেংঙইপুংনে ॥ লানলোই ময়ায়-খায় ॥ লালু থরোন নীকনা ॥ অহোঙ য়ুনৈপুংনে ॥ পুংচি নাতৈমাদি ॥ [৩]মৈতেংঙু সেনবী মুংয়াম্বা ॥ পুংলেন মথুৎকানে ॥ হুয়েল লাননিগীদি তোনবুং খুনঙমপুং ॥ রানলোং খোংতৌববু লয়মূ সেংথাকপুংনে ॥ পুংচি নাতৈ-মাদি ॥ [৪]মৈতেংঙু কায়নৌ চালাম্বা ॥ পুংলেন মথুৎকানে ॥ লাথাই খুনঙমপুং ॥ মোইবা চীংনিংথৌ অথিং লানকাইবা ফানা পুংনে ॥ লানলোই মদাইমাদি ॥ মৈতেংঙু হুয়াম ফাবা ॥ চৈকন থেকপা ॥ লোইমোম ফৌরুক কয়নে ॥ হুয়েলনিগীতি কেগে মোইরাং খেঙ্গং-নেনবা ॥ খেনচং চাইবা ॥ কাম্বুমনেনবা কাম্বুমচাইবা ॥ নেনখোই পামবা ॥ [৫]নিংথৌ মীশিঙ ওনবা ॥ সনা তাংবল তরাথককী ॥ [৬]লাংগোই সায়াংথকতা মিয়েংবা ॥ সনারেং চংনিংফাবা ॥ সেনবী কবো তিলৌ থাচা ফানাপুংনে ॥ লানলোই মদাইমাদি ॥ খোইবু রাংগোই মনিন নাইবনা ॥ [৭]য়োইময়াই লাইরেল তাউদনববু ॥ কোংকোই মিসা ওননা ॥ লাবা সমচিল মপাললোই ॥ পাখং

১। খৃঃপী কুমশিং ১৬৫২ দগী ১৬৬৬ কাওবা পানথিবা মৈতৈ নিংথৌ। ২। নোংচুপ মায়কৈরোমদা লৈবা লাংতে খুনবু ওয়েকপদা খোনবা পুং। ৩। খৃঃপী কুমশিং ১৫৮২ দগী ১৫২৭ কাওবদা পানথিবা মৈতৈ নিংথৌ। ৪। খৃঃপী কুমশিং ১৪৫৫ দগী ১৫৮২ কাওবদা পানথিবা মৈতৈ নিংথৌ। ৫। নিংথৌ অসিগী হাক্তক্তা লয় অহুপী মাংকেৎক মীশিং থীবা। ৬। শাম্বুথকা মিংশেল মেনা তোংবা। ৭। কোরৌহনবা হুমিংপু।

থাঙকোক চয়সৌনানা ॥ থৌতু লেপনা য়ুংনৈএ ॥ কোরৌ থোয়না য়েং ॥ রাংবল পাংনা য়েংনা ॥ লাবা খুৎলুমলাইবু চায়ররবরা ॥ মিরেন চেপ্নববু লয়্ররবরা হায়না ॥ মিৎয়েং পানদম পুংনে ॥ খোইবু রাংগোই মনিন নাইবনা ॥ হেমবা খাংচেনথকতা ॥ [1]পাখং য়োম-লোই-হৌ ॥ [2]মুরা য়োমতাং পৈনা য়াংগোইপুংনে ॥ লানলোই লমতুপমাতি ॥ [3]মৈতেংঙু নোইনাই থরানথাবনা ॥ [4]পানবা সায়াঙ থেকনা পুংনে ॥

মোংবা মদাইমাদি ॥ [5]মৈতেংঙুচা খুবাইরাকপা খুনচাউবা পুংলেন মখূৎফানে ॥ পুংচি নাতৈমাদি ॥ তেনবী খুনঙমপুং ॥ হুয়েল লাননিগীদি ॥ কাওরেন সনমিংনবা সনতল্লাং অথৌবা ফানাপুংনে ॥ লানলোই মতাইমাদি ॥ অঙৌবা সেনবী ক্যাম্বা থেনলেন মখূৎফানে ॥ হুয়েল লাননিগীদি ॥ ক্যাং নিংথৌ মুমসিনলোং লৌথিবা ফানাপুংনে ॥ পুংচি নাতৈমাদি ॥ য়াইচিং খুনলাকপা॥ সনা য়িনলেন মখূৎফানে ॥ হুয়েল লাননিগীদি ॥ অঙাম নিংথৌ সমলোইবা ॥ [6]লিককোল থাউ-ওননাবা ফানাপুংনে ॥ মোংবা মদাইমাদি ॥ লোয়য়ম লাংথাঙমবানা ॥ ময়িম কেগে মোইরাংনা ॥ পোইরৈ খুনকারকপদা ॥ [7]তরা লুকলেন থানা মায়খঙ্ঙমএ ॥ মোইরাং চাকথাকপুং-ও থোননৈএ ॥

মোংবা তোরয়মাদি ॥ হাওসি পারোৎ ইরাং চোংথা কৌবদি ॥ য়াইথিংবা উসোনবনা ॥ রাকয়ৈ থোঙওইনানা ॥ নোংয়াই খুনকুমলক-পাতা ॥ হাওসিবা তোংচেং হিনাউ সাবনা ॥ পোইরৈ মপল্লমবু ॥

---

১। ঈনথৎলক্লিবা পাখং পুম্নমক হোত্নুনা। ২। ঈনথৎলক্লিবী মুপী পুম্বনা মপৈ য়োমত্নুনা লৈবা মফমনি। ৩। খৃঃগী ফুমশিং ১১২৫ দগী ১২৩১ ফাওবদা পানথিবা মৈতৈ নিংথৌ। ৪। কৈগী কৈয়াঙ থেরুশিবগী পুংনি। ৫। মৈদিংঙু খুন্নাউবনা নিংথৌ ওইদ্রিঙৈ খুবাইরাকপা ওইরিঙৈ। ৬। লিকোল পবেং লেংলগা থাউওন ওন্নুনা তক্পা শিবা। ৭। চাকলুক থাত্নুনা চামিন-থকমিন্নত্নুনা পীজ-পীথক তোরম্মী।

হননা য়েংনা মুংসিখিএ॥ তোংচেং হিনাউবনা॥ তেক্‌পি ওকলা-কোনদা চোংথরোএ॥ অদোন য়াইথিংবা রাকয়ৈ মখূনেৎপু ফৈরমএ॥ নমফৈ-ও কৌএ॥ নোংয়াই খুমন নিংথৌনা॥ ঐগী তোংচেং হি-নাউবা হাওসিববু॥ লয়কু ইরাংথকতগী চোংথৈএ॥ লয়রায় ইরাং চোংথ-লাইনাবু লৌরবরা॥ তোংচেং নৌমৈথককী॥ খোইমোম লাই-নাবু লৌখিরবরা॥ তয়ম হাওসিববু সিরবোইরে হায়না সোল্লমএ॥ নোংয়াইনা তেংথানা অসিববুদি ফুরব-ও কৌএ॥ অহুনোংগীবু হাওসি ফুরোৎ ইরাং চোংথ-হিথারাই-ও থোননৈএ॥ অদোন য়াই-থিংবা রাকয়ৈ মখূনেৎপু॥ [১]মোংবা খুনলম ইননা তুথখিএ॥ তুরা অচনব-ও কৌএ॥

মোংবা মদাইমাদি॥ [২]মৈতেংঙু নাউফংবা মদাইরেম॥ [৩]অমাই থাঙকোক্‌পনা॥ পনম্ লাইয়িনফমনে॥ থাঙকোক সনলু-য়ান॥ লৈখামপা তরৈ-য়ান॥ য়ুপা তাংসোয়-য়ান॥ পনম খাকোইয়াননে॥ মোংবা মদাইমাদি॥ ঙাংঙোই য়োইমোংবনা॥ কাকলেন মীঙমবা॥ নম্ পোংচেনবা ফানাপুংনে॥ লানলোই মদাইমাদি॥ [৪]মৈতেংঙু সেনবী মুংয়াম্বনা॥ য়াঙলা সৌপোন লোইকেনয়াই॥ মুংয়োং খুনঙম য়াই॥ থমং মিংনাইবা ফানায়াইবু॥ সৌপোন খোঙবাই থীননা॥ চাইথা পোৎথোকফমনে॥

তোরয় নমসাংমাদি॥ [৫]মৈতেংঙু লোইনাই থবানথাবা॥ লেমলৈ পেংবা থোং॥ থোংলেন হেমতৌ তাইনে॥ হিথেল নমসাংমাদি॥ মৈতেংঙু লোইনাই থবানথাবানা॥ পোনবী সেনদাং ফানাপুংনে॥

---

১। খুন্ডং লৈবা মায়কৈ তম্মা হোম্বখিএ। ২। খুংগী কুম ৪২৮ দগী ৫২১ ফাউবা পানখিবা মৈদিংঙু নাউফংবগী মনাই অচামবা। ৩। নিংথৌ মাইবা থাঙকোকপা কৌবা। ৪। খুংগী কুমশিং ১৫৬২ দগী ১৫৯৭ ফাওবদা পানবা মৈতৈ নিংথৌ। ৫। খুংগী কুমশিং ১১২৫ দগী ১২৩১ ফাওবদা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ।

লয়বায় মুংবীমাদি॥ [১]মৈতেংঙু তবুংবা॥ লোকলেন য়াংফং-ঙমবনা॥ খোইমোম লাইসা পাৎনে॥ মোংবা মদাইমাদি॥ লোয়য়ম তানথোং অহোঙবা॥ লাললোই মস্থমমাং॥ অহোঙ মীয়ানফম॥ ছয়েল লান্নিগীদি॥ কেগে মোইরাং আরে লকাবস্থ॥ সনথিল লাং-মৈববু॥ তিঙয়ি মাঙসোকলমদা॥ উহক সেংকম সানা॥ অহোঙ লানয়ানফমনে॥ পুংচি নাতৈনা অহোঙ লানয়ানযম॥ ছয়েল লানিগীদি॥ নুতেক মরৈমাবী॥ হাইমু তোনঙাইমুবু॥ তিঙযি মাঙ-সোকলমদা॥ [২]উই পৌতোং লোননা॥ অহোঙ লানয়ানফলনে॥ মোংবা মদাইমাদি॥ [৩]লোইনাই থবানথাবনা॥ পোনবী চীংচরোই ফানাপুংনে॥ পুংচি নাতৈনবা অমদি॥ মৈতেংঙু লোইনাই থবানথাবা॥ পোনবী খোঙবাংবী [৪]উমু লাইতিংবা ফানাপুংনে॥ পুংচি নাতৈমাদি॥ মৈতেংঙু লোইনাই থবানথাবা॥ অহিং সেকপী লৌয়ানবী॥ লৈমা থাপলা তাংখোম্বীনা॥ মহু নিংথৌ সেনবী লোইনেৎপা॥ কবো লোইকেনববু লাকৃকবরা হায়না॥ মবান থৌচৎলকপাদা॥ চকপা হাওরা লানতোমচীংদা॥ [৫]চংবী লাহৈ-চানা সানঙনচেক॥ অহিং সেকপী লৌয়ানবী ফানা পুংনে॥ মোংবা মদাইমাদি॥ কবো পোইরৈ-তোননা॥ লাইজা চিন্দেং য়াতেং পাৎনে॥ হিথেল নমসাংমাদি॥ যেননাউ অহোঙপা॥ লানলোই মস্থমমাঙ॥ অহোঙ য়োইথোনপুং॥ ছযেন্নিগীদি মখান খুনঙমপুং॥অচনবা ফানাপুংনে॥ হিথেল মদাইমাদি॥ [৬]মৈতেংঙু সেনবী খাগেম্বনা॥ সিমারীং নান্দেবা নোংনিংনাং॥ লুবাং

১। থুংগী কুমশিং ১৩৫৯ দগী ১৩৯৪ ফাওবদা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ।
২। উই কৌবা বানা পৌ-লোম্লহুনা। ৩। থুংগী কুমশিং ১১২৫ দগী ১১৩১ ফাওবদা পানখিবা খূমনগা লাম্বেংনখিবা মৈতৈ নিংথৌ। ৪। মথোঙ শাংবা চশিংদা ইরুপ্তুনদা লৈবা উমু কৌবা উচেক। ৫। চংবী লফুগী মহয় নংফোই চাহুনা হিংখিবা অহিং চাক্তাবী শেকপী। ৬। থুংগী কুমশিং ১৫৯৭ দগী ১৬৫২ ফাওবদা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ।

সিমায়ীং নোঙ্গাবীনা ॥ কৌবা লোকনুং চঙনা ॥ [১]উচেক লাংমৈ ওইনা সানওন-চেক ॥ লাংচেং পাখংবা ॥ মরুম সবা সোকতোংনু ফানা-পুংনে ॥ খোংলেন মদাইমাদি ॥ [২]মৈতেংঙু লোইনাই থবানথাবা ॥ তিমেন তায়েংখোংনে ॥ হুয়েল লাম্নিগীদি ॥ কেগে মোইরাং কুরু খুবা ॥ কুরু হনবা ফানাপুংনে ॥ খোংলেন হেমতৌ তাইনে ॥

লয়রায় মুংবীমাদি ॥ মৈতেংঙু লোইনাই থবানথাবা পুংলেন মখুৎফানে ॥ হুয়েন্নিগীদি [৩]কমেং খুনঙমপুং থাংবা লায়ীং ফানাপু নে ॥ পুংলেন মদাইমাদি ॥ [৪]নোংবাললোন লিনথোইঙম্বীনা ॥ য়াংলা খুনঙমপুং ।। হুয়েল সনথোবী সনথোবা ফানাপুংনে ॥ অয়াং তৌরেপ-ফমনে ॥ মোংপা মতাইমাদি ॥ চীংঙু নোংথৌ সরারেন ॥ অবাংপাখং য়োইরেনবা ।. লাইচা মহিথেনকী থানিং মিকৌথৎলকএ ॥ খোংলেন মদাইমাদি ॥ [৫]মৈতেংঙু সেনপী কবোম্বনা ॥ থোংনাং মনিননাইবা ॥ ভখেল তানা তাববু লূতুরাস্নুনো হায়না ॥ সেকচুপ পনতাই-য়ৈ ॥ কুরাউ পনকা লিংনা ॥ থোংনাং লাললুমফম ॥ ভখেল মরাংফমবু তাউখঙ পননে সোইপায়াইনে ॥ পনলেন য়াইনে ॥ হুয়েলনিগীদি লিনচিকপী লিনতেংপা ফানা-পননে ॥ [৬]নোংপাললোন সনারেমবী ॥ মকেংচীংগী মপাউ ঙমবী ॥ হঙোইপাৎকী কারংফাবী ॥ কারং মরয়-মাবী ॥ নোংনেম অতেরাচা ॥ [৭]তেৎনৌ পানবা চয়স্নুনবীবু কায়না হুনবী ॥ নোংবাললোন সনারেম্বী ॥ খোংলেন হেমতৌ য়াইনে ॥

হিথেল চংলৈমাদি ॥ খোইমোম লাইরেমমা ॥ মপল থোয়না

১। উচেক লাংমৈ ওইনা ওনথিবা। ২। খুংগী কুমশিং ১১২৫-১২৩১ ফাওবদা পানথিবা নিংথৌ। ৩। লমলাই মায়কৈদা লৈবা কবেং হায়বা খুল। ৪। অঙোম চম্বু ওইবী মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বী রাণী। ৫। খুংগী কুম ১৫২৪ দগী ১৫৪২ ফাওবদা পানথিবা মৈতৈ নিংথৌ। ৬। অঙোম চম্বু ওইবী রাণী মৈদিংঙু তেলহৈবগী হুপী। ৭। য়োৎনা চয়শু মনিঙ তোম্বা পায়বী।

পালএ পানথোইবী ॥ মহু থোইনা বাংএ বাংঙমলোন ॥ [1]খাবী লেংনাউমোমবী ॥ থোংনাং ময়াংঙমবী ॥ তেককারাচা ফাবী ॥ সেনবী কবো সোংস্থক ঙম্বী ॥ তখেল থাখাংফাবী ॥ চাখা য়িতোকঙম্বী ॥ লোইবী লীকসি মপারী ॥ পরেংচোং লানথৌয়াংবু কায়না হুনবী ॥ বানা কাতংঙম্বী ॥ [2]খংনিং তাহুনফাবী ॥ সায়ি খোয়বা ঙম্বী ॥ সায়ি চোংকা হোংচংফাবী ॥ থিংবা মরামঙম্বী ॥ মবেং চারাংযাবী ॥ খোইমোম লাইয়ংথো অঙোবা লংমাই নিংথো ॥ কায়নৌ চীংসোম্বা ॥ সেলোই চীংখোঙ ঙঙলকপা ॥ তাংখুল মোনথৌ ঙম্বা ॥ হুয়েল সমৈরাংফাবা ॥ খোইমোম সন্না মঙ্গায়নে ॥ মোনথৌ খুনঙম-সঙ ॥ হুয়েল চংলৈরোং ফানা-সঙনে ॥ খোইমোম লাইরেমমা ॥ লালোই মসুমাং অহোঙ য়ুনৈপুং ॥ হুয়েল লানিংগীদি সোংস্থক খুনঙমপুং ॥ লাসাম খুনঙম পুংনে ॥ [3]তখেল মালং মথোঙচিল ॥ খমকোল [4]মরাকচনগী ॥ [5]পঞ্চমরাই অথোববু ॥ লয়মূ সেংতাবপুং ॥ য়োইপু খোইমোম লাইরেমমা ॥ তমফা কোরৌ অবাংবীগী ॥ থৌহু নুংলেন মথুংফাদি ॥ বোয়রেং খুনঙমনুং ॥ হুয়েল লানতারকপা ফানানুংনে ॥ [6]থৌহু অবেম্বা চেঙজা অয়ুংবদি ॥ অবাং মখান লাইকাপুংকী ॥ থৌহু নুংনিংথৌ ॥ চেংজা খোংয়িবা ॥ তরেৎ নমথৌ চীংগী ॥ কবো পাংকা খুনঙমপুং ॥ চৌমু-চৌচি লাইচোংথা ফানানুং ॥ থৌহু লেপনা য়ুংনবী ॥ চেংজা লেপনা থিননাবী ॥ তমপা বাংঙমলোন ॥ খাবী পুইতিংবাক ॥ লাইচম লৈমা খেকমোই থানবী ॥ নোংচুপ মৈরা পোনচেম্বী ॥ লানলোই মসুমমাঙ ॥ খাবী লেংনাউ মোমবী ॥ লাইজা মহিথেল ॥ তমপা বাংঙমলোন ॥ নোংচুপ মভাংঙম্বীগা মহু লাইরেন য়োইমোংবা ॥

১। পাম্থোইবী। ২। থংনিংতা হুনথিবদা থঙহোদন' হেক্তা ফাবা ঙম্বী। ৩। মথারোমদগী ( ত্রিপুরারোমদগী ) হুমলকপা মুংশিৎ। ৪। মোয়্মীগী মুংশিৎ লাকফম ওইবা মফমদগী। ৫। তখেলগী লাঞ্জিংবা পঞ্চমরাই কৌবা লান্দা থোববু। ৬। ময়ুং নাইবা মুংননথা মুং।

য়োইচিংলেন তমহৈবগা ॥ হিথেল ঙমগন ঙমথংনা ॥ লৈকাই শাই-নোননানা পানবা মরমথৈনে ॥ তমপা রাংঙমলোন পানখোইবী ॥ হিথেল মকারমগীবু ॥ ইরাকমানা খানিং মিকোৌখৎলকএ ॥ মোংবা মদাইমাদি ॥ [1]মৈতেংঙু তবুংবনা কেগে মনিন-নাইববু ॥ লূতুরম্বুনো হায়না ॥ ইন্নুং সোয়য়াইমাদা খোংমা তোৌরমএ ॥ অতুনোংগীবু লান-লোই [2]অহিংখোং-ও কৌএ ॥ হুয়েল লাননিগীদি ॥ কেগে মোইরাং হয়িংবী হয়িংবা ফানাখোংনে ॥ লানলোই মদাইমাদি ॥ খোংলেন হেমতৌ তাইনে ॥

লয়রায় মুংবীমাদি ॥ [3]মৈতেংঙু পুনসিবা হুয়ামফাবা ॥ লয়হৌ খুনকুম পুংনে ॥ [4]মৈতেংঙু সেনবী মুংয়াম্বা ॥ [5]লমতা চাকচাপুংনে ॥ হুয়েম্নিগীদি মোয়োল খুনঙমপুংনে ॥ ইরুস্বী লাল্লুম্বা ফানাপুংনে ॥ মোংবা মদাইমাদি ॥ খোইমোম লাইয়িংথৌ ॥ লাইজা য়িথৈ নিংথৌ হিথেল মতারম ॥ লয়রায় মকারমগী খানিং মিকোৌখৎলককে ॥ মোংপা তুথুপমাদি ॥ চীংঙু নোংথৌ সরারেন ॥ অবাং পাখং য়োইরেনবগী ॥ তিমেন মখূৎম্বু ॥ মালেম লয়দা তারকএ ॥ অতুনোংগীবু তাবা কয়নিঙ-ও কৌএ ॥

তোরয় নমসাংমাদি ॥ লমলোইচাদি অবয়্বগা ॥ খ্বাইচাদি হরাইবগা ॥ য়াইসিকুলচাদি য়াইচাবগা ॥ লোককা পামবা লাংকম্-বম্বগা ॥ [6]লুরাংম্বু রাইরোকপাগা ॥ রাবা খুনথিনা চেঙজা লাম্লংননা ॥ থাওলেন খূৎনা ঙাইথিদা ॥ তিমেন মন্নুংচঙনা ঙাইথিনদে ॥ ঙাই-

১। খৃঃগী কুমশিং ১৩৫৯ দগী ১৩৯৪ ফাওবদা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌনা কেগে মোইরাং লমগী অকল-অথৌশিংবু। ২। হৌজিক্কী কালিমায় ময়াদা চেল্লিবা খোং (হয়িংখোং)। ৩। খৃঃগী কুমশিং ১৪০৪ দগী ১৪৩২ ফাওবদা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ। ৪। খৃঃগী কুমশিং ১৫৬২ দগী ১৫৯৭ ফাওবদা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ। ৫। কমদা থোক্লগা চাক চানবা পুনি। ৬। রাই-রোকপম শাগে লুম্বাং শফাইগী মশু।

থিনদবা পুং-ও কৌএ॥ হিথেল চংলৈমাদি॥ লানলোই অচেনখোং-ও কৌবদি॥ অসাইডৈগী থাংডা লৈকায় পনসাং মঙামানা॥ বাবা থুনথিনা॥ চেঙজা লাম্লংনডে॥ লমলোই অচেন-অথম্ববু॥ [১]য়াইসিকুনচা য়াইচাবনা হাইরৌএ॥ অহনোংগীবু লানলোই অচেন-খোং-ও তৌনা কৌএ॥ মোংবা মদাইমাদি॥ [২]মৈতেংঙু নাউথিং-খোং মঙাংঙমবনা॥ [৩]বাকয়ৈ মথূনেৎ কাব়াং খাকশম য়াঙবা হিবু॥ বাকয়ৈ খোঙওইনানা॥ পুন্নুং হিয়াঙ কায়॥ লোকলৌ তৌতোন-থাং॥ হিয়াঙ কাংতং-চয়॥ তেংমায় বাংথং মায়রোয়নানা॥ [৪]পাকসি মায়শৌ চিননা॥ থরায় চাংতোন-খল॥ নমু পোংবুম-কাপ॥ লয়রায় তাহুন-তানা॥ লানলোই হিংনক্‌মনে॥

লয়রায় মুংবীমাদি॥ নোংয়াই খুমন নিংথৌ॥ অতোন য়াই-থিংবা উসোনবনা॥ [৫]মৈতেংঙু অয়াংব-ও॥ নদাইরেম ঐবু নোংয়াই কুমও॥ অদোন তাউও হায়রবদি॥ [৬]হয়েং নোংয়াইনা সেনথিনা॥ বাংঙমনা পাইথিনাকুমুসে॥ পোইরৈ বাকাউকুনো হায়না॥ [৭]থৌহু লেপনা-য়ুং॥ চেঙজা লেপনা থিননা বাহম্‌লম্‌এ॥ মৈতেংঙু অয়াংবা বারেপনুং-ও কৌএ॥ মোংবা মদাইমাদি॥ বাংথৈ লিকখূ-পুং-ও কৌবদি॥ অসাইডৈগী নোংয়াই খুমন নিংথৌ॥ য়াইথিংবা উসোনববু॥ নোংয়াই থোংপু য়াইখোমচানা পাউথেমলাডৈদা॥ পোইরৈ সেনথিন॥ বাংঙম পাইথিনাকুমুসে হায়নথিএ॥ পোইরৈ মৈতৈ বাংঙম নাহা ফেনতাংচামবদি॥ অবাং লোকলেন বানথূলোককী॥ থৌহু নুংবু পুইএ॥ নোংয়াই নুংপু য়াইখোমচাদি॥ মরিং থুনবীলোককী নুং পুইএ॥

---

১। য়াইস্কুল মচা য়াইচাবনা হাংথিএ। ২। খুঃগী কুম ৬৬৩ দগী ৭৬৩ ফাওবা পানথিবা নিংথৌ মঙাংঙম্বা হায়না মিংথোল ফংথিবনা। ৩। নিংথৌগী থুনেৎ হি কাব়াং থাকশন য়াঙবা কৌবা হিবু। ৪। অঙৌবা কোয়েৎ য়েৎ-লহুমা। ৫। খুঃগী কুমশিং ৮২১ দগী ৯১০ ফাওবা পানথিবা নিংথৌ। ৬। হয়েং ত্থু'দা থুমম্না চাই-শেন থিনধকপদা। ৭। নুং যুংলহুনা।

[১]মৈতেংঙু লাইরেন অয়াংবনা॥ হাওরৈ লাইনা পাংবরমদা পুংমা থোলএ॥ য়াইথিংবা উসোনবনা॥ হাওরৈ থানা পাংবরমদা পুংমা থোলএ॥ য়াইথিং পুংসাং-ও থোননৈএ॥ মৈতেংঙু অয়াংবা পুংলেন মথুংফানে॥ সেনচাউ পানলোঙবা ঙানতম নাইববু থাগা থানৈএ॥ [২]মেনাং তনবা সাথৌথৎ॥ [৩]সায়ি নুংদা তয়না॥ থৌতু লেপনা-য়ুং॥ চেঙজা লেপনা খিননা॥ হুয়েং পোইরৈ সেনথিনা-কুমুসে॥ হায়না বারেপনাঙৈদা॥ মৈতেংঙু মতাইরেম॥ বাংঙম নাঙা ফেনতাংচামবানা॥ নেমবী তোনখপ লৌনা॥ নোংয়াই খুমন নিংথৌ য়াইথিংবা উসোনবগী॥ [৪]নোংয়াই মরম্-তম্॥ অদোন মরম শন্না॥ মালেম লয়বু তৌ নেমবী থাগ-থানা॥ লানলোই পুংমা থোল্লম্এ॥ রাংথৈ মীফমপুং-ও কৌববু॥ পোইরৈতা ফাথিবনা॥ মৈতেংঙু অয়াংবা পুংলেন মথুংফা॥ রাংথৈ লীবথুপুং ও থোননৈএ॥ মোংবা মদাইমাদি॥ লানলোই তোকচাপুং-ও কৌবদি॥ [৫]মৈতেংঙু অতোম য়োইরেনববু॥ নোংয়াই লমকোয়পুংদা নোংমনববু॥ লাইরেল মশানৌ [৬]হেমতৌ লোইয়মবনা॥ মসাবীবু সীকোয় লুরাংবিগে॥ থোইরোই মিতমবিগে হায়না॥ নোংয়াই লয়কোয়পুংদগী॥ তাঙজা লুরেনতোনবু লৌরু-ও থৌসিঙৈগী॥ মদাইরেম তোকচা কৌবনা॥ লাইরেন অতোম য়োইরেমবগী॥ তাঙজা লুরেনতোনবু থারে॥ লুণ্ণা-ও কৌএ॥ তাঙজা লুরেনতোনবু কৎলে॥ তাঙজা লুকৎ পুং-ও থোননৈএ॥ [৭]মৈতেংঙু কায়নৌ ইরেংবনা॥ থোইমোম কাসাতান্॥ বাকসা কুমসা থেননে॥ হুয়েলনিগীদি নোংয়াই সঙমিৎথু

১। থুংগী কুমশিং ৮২১ দগী ৯১০ ফাওবা পানথিবা মৈতৈ নিংথৌ। ২। চাযেঙগী মঙক করুতুনা। ৩। শাগী ঊ নুংদা তয়রতুনা। ৪। খুমন মাগী লম তম্নতুনা। ৫। থুংগী কুমশিং ১১৫০ দগী ১০৬৩ ফাওবদা পানথিবা নিংথৌ। ৬। থুংগী কুমশিং ১০৭৪ দগী ১১৫২ ফাওবদা পানথিবা নিংথৌ। ৭। থুংগী কুমশিং ৯৮৪ দগী ১০৭৪ ফাওবদা পানথিবা নিংথৌ।

মুমানবা ॥ তোংচেং নৌমৈগী খুমন মাকপা তোনখাই থিবা ॥ পোনবী বায়রং চেকমাস্নুং ওইবা ॥ মিৎয়েং নানি লোঙবা ॥ চেকলা তুফাং চিনবা ॥ খুমূ নৌচাউ স্নবা ॥ খোয়বা সেংতাকপা ॥ লাংচেং চীপয়বা ॥ চকফি লাইফি সাবা খোমবা ॥ য়াঙলেন সেনকোয় তোপপা ॥ [1]থাংকোই নানম সেন্‌বা ফানা থেননে ॥ লানলোই তোকচামবা ঙাঙ্‌নাথেননে ॥ লানলোই মদাইমাদি ॥ ইরেম তাইতল লৈমা মোমনু চনু ॥ থারৈ চামোইবনা পোকপী ॥ লেমলৈ চামোইবনা য়েনবী ॥ [2]মন্থ মোইকাই হাপচাসিং ॥ হোঙনেম লুৱাংনিংথৌ পুনসিবা ॥ তালোয় মরুম মুফামনবু ॥ থিং থিং চাউরা মচিননা ॥ [3]নেমবী অয়োয়বদি মুংদ-চল ॥ [4]থাপলৌ অচাইবদি পানদা থোংনা তোইবী কুমবু ॥ মৈনা বায়না কুমসাবদা ॥ [5]পাইখু লেংহাননানা ॥ অমাই খোংজোঙফমনে ॥

মোংবা তোরয়মাদি ॥ থোঙলেন ৱাংখৈলাকপা ॥ মফৌ সায়াই চেনবা য়াইতুমফমনে ॥ য়াওয়ৌ সাকারমনে ॥ খোইয়ম লাইকারমনে ॥ হিথেল চংলৈমাদি ॥ লোয়য়ম লাইকোক পামবা ॥ অহোঙ য়োই-থোনপুংনে ॥ ছুয়েল লাননিঙ্গীদি ॥ তাইতল খুনঙমপুং ॥ অমে সরীকচাবু লয়মূ সেংথাকপুং ॥ লয়হৌ সেংওইপুংনে ॥ অহোঙ লান-য়ানফমদি ॥ নামফৌ খুনলেনলয়কী ॥ তোনতৌ লানথৌয়াঙবু অহোঙ মীয়ানফমনে ॥

লয়রায় মুংবীমাদি ॥ লিনপাল য়োইনাউহল্ ॥ নাউহল অহনবা ॥ হয়রী লীসিংনেনবা ॥ খোইসিং চায়বা হয়রীচা ঙৌবস্নুং ॥ খুনচান অকাং কাংলংপিচা অকোং সনলোইবা ॥ মাকমূ অতেংবানা ॥ কাওরেন সনয়াঙথকতা হেনমোইববু কায়না হুনবা ॥ নাউহন অহনবা লাললোই মহিথেনগী খানিং মিকোৌথৎলকএ ॥

---

১। খ্‌াংদা ফি য়েৎপা মানবা শেনববু ফাবা থেননে। ২। মবুং মৌশবাগী চানবা হাপ্লাশিং। ৩। শীংনাং। ৪। লং অচোইবনা মপাঙ্গা ভিংলহনা। ৫। পাই থাউ অহু লেংদা য়ারহনা।

লয়রায় মুংবীমাদি ॥ ব্রাংখৈ লাইকোক পামবা ॥ সারেন সারু-থাকপু থারোয় থাংচেননা ॥ [১]সারেন সাসিনব্রাইনে ॥ মোংবা মদাই-মাদি ॥ লোয়য়ম অহোঙবা ॥ নোংয়াই পোরৌচামবা অহোঙ লানয়ানফমনে ॥ হুয়েন্নিগীদি পাথৌ হুংচি চৈরৈমাগী অচানববু ॥ লানলোই মন্নমমাঙদা ॥ উহক সেংকম-সা ॥ উই পৌতোং লোননা ॥ [২]য়ুতিং মতাংতোয় ॥ থারাম লামথানানা ॥ তোনকম মনা লেক ॥ তিঙয়ি মাঙসোকলমদা ॥ তনমৃ তনহাউ সেংওইনা ॥ হাওকু য়াইথম-পোং ॥ চীংসোংয়াই তাং-তন্ ॥ লাইখোং তাপুং চীংজাউ-লী ॥ খুরোই লীতাংসাং ॥ নোংবাল অসাংপামবা খোঙকন য়াঙবা ॥ লোইয়া থৌথৌ-লী ॥ তিনসিং নাউসং-লীবু ॥ [৩]লিরেনপাকা ফননা ॥ অহোঙ মীয়ানফমনে ॥ [৪]লাললোই মদাইমাদি ॥ [৫]নোংবাললোন সনারেমবী খোংলেন হেমতৌ তাইনে ॥ হুয়েল লাননিগীদি ॥ য়ুহৈবী য়ুহৈবা ফানাখোংনে ॥ খোংলেন হেমতৌ তাইনে ॥ লানলোই মথলমাদি ॥ থানৌ নুংতেকচা ॥ চকমোম মথাংবীনা ওইখিঙা ॥ লেমলৈ ঙারিন য়াঙসাংবিচানা ॥ [৬]বাকলেন তোংচংব্রাইনে ॥ মোংবা মদাইমাদি ॥ ব্রাংখৈ ব্রায়রৌপামবা পূলেন মথুংফানে ॥ হুয়েল লান্নিগীদি ॥ নোংচুপ মরোং মীকোকচা সিলহৈবা ॥ .অহিং স্নবা সলমা ফংবা ॥ নোংথিল স্নবা নাইমা ফংবা ফানা পুংনে ॥

তোরয় নমসাংমাদি ॥ ব্রাংখৈ কোংবা হীরুবা ॥ ফানানবা অথৌবনা ॥ তিমেন মথুংস্নুনা ॥ [৭]মথননানা নোংমনগে হায়ববু নোংমনঙমদে ॥ কাওরেন সনসেনবা ॥ খোংবাল নাবা তোনকাইববু

---

১। শা মতুমগা শিন্নখিবা মফমনে। ২। অতিঙবা য়ু তোয়না-তোয়না থরুন্থনা। ৩। লীবী কয়া চিংলন্থনা। ৪। হিয়াংথাংদগী ফোগাকচাউ ফংওবগী মফুংদা লৈবা লমগী মফুংদা। ৫। মৈদিংগু তেলহৈবগী রাণী অঙোম চন্থ ওইবী। ৬। মফম কোরুবা মফমনি। ৭। মশা মতোম্বতা শিজবগে তৌববু শিবা ঙমথিদে ।

মথননানা॥ থৌনেকনানা নোংমনবাইনে॥ হিথেল চংলৈমাদি॥ [1]মৈতেংঙু নাউথিংখোং মঙাংঙমবনা॥ পুন্থুং হিয়াঙ কয় কুমসাবদা॥ বাকয়ৈ হিকারম॥ ঙাকৌ খোংচাংফমনে॥ মদাইরেম য়োইরেন আতে লৌথামবগা॥ অসৈ লৌথামবগা॥ [2]মনিঙ হাইবা পোংকন লৌ॥ ইরাং সংসং থাইফবা॥ হৈপা তংকান নৌবু॥ [3]থুমু লেংদা থোংনা॥ হাউকু তাংখম থুন॥ থৌরী কাচল ফিবু তুংথা নানা॥ লেমলৈ ঙাকৌ-ফমনে॥ মোংবা মথলমাদি॥ [4]খুরাই পন্মখা বাংথৈ থুনফমলেননে॥ হুয়েল লাম্বিগীদি॥ লংমাই কাতেবী কাতেবা ফানাপুংনে॥

লয়রায় মুংবীমাদি॥ [5]থোইমোম লাইয়িংথৌ চাথাবা॥ লংমাই-লেমবা॥ লানলোই মস্থমমাঙ॥ লাইজা মহিথেলগী॥ থানিং মিকৌ-থংলকএ॥ মোংবা মদাইমাদি॥ [6]লানলোই য়াচীকসি থোমদাইরাই-ও কৌবদি॥ মৈতেংঙু তবুংবা মতাইরেম॥ খুরাই নাহা চেমকাং পাম্বগা॥ অহিং কাবা খোঙনা য়াঙবগা॥ চীংশোং লালু অনীমাবু॥ হুয়েল লানমুননাখিএ॥ [7]মৈতেংঙু তবুংবনা ইদাইরেম নপিংঙানা॥ রায়রা সেৎচা থাইচানফরোইএ॥ থুমু নৌসৌনফরোইএ॥ লানলোই লমনা চুমস্থনো॥ হুয়েল লালুমাবু চীক্ল-রু ও হায়খিএ॥ লাইজা ঈপাক-থকতা বাকয়ৈ হিবু তোংনা॥ য়ারেন খোংচিতোননা চীকনখিএ॥ লালু য়াচীকসি-ও কৌববু॥ পোইরৈতা ফাথিবনা লানলোই য়াচীক-সি খোমতাদ্রাই-ও কৌএ॥ [8]মৈতেংঙু তবুংবা মদাইরেম

১। খুংগী কুমশিং ৬৬৩ দগী ৭৬৩ ফাওবদা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ। ২। মনিঙ শূপচিনবা লৌথাপাক লৌচিনতুম ওইহনা লৌগী লৌঙং ফজাবা লৌফম। ৩। লৌ লেংবাদা থোদস্তনা। ৪। খুরাই লমগী মথা থংবা লমথৈ ওইবা বাংথৈ লমগীদি অহানবা হেক ভাইনবা মফম। ৫। লাইনিংথৌ চাথাবা মফমদি হৌজিকী মহাবলি উমংগী অরাং থংবদা লৈবা মফম। ৬। হিয়াংথাং লমদগী কৌপাকচাউগী লমদম কাওবা। ৭। খুংগী কুমশিং ১৩৫৯ দগী ১৩৯৫ ফাওবদা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ। ৮। খুংগী কুমশিং ১৩৫৯ দগী ১৩৯৪ ফাওবদা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ।

অনীমানা॥ হুয়েল লানলুমনবগীবু॥ মৈতেংঙুনা চীংসোং লাল অনী তুমলিরাই-ও থোননৈএ॥ লানলোই মদাইমাদি॥ [1]মৈতেংঙু অয়াংবনা লমপুনা ঙাচা-খোং॥ লানলোই অয়াংখোংনে॥ খোংলেন হেমতৌ তাইনে॥ মোংবা মদাইমাদি হিয়াঙলোই ইমাঙলোই॥ ইপা-ইপুলোই লোইরেনবা লোই॥ খামবী ঙমবা সায়ামফাবালোই॥ অতে খাবকচা বাংকোন লাইরুরা ফানা সঙকী॥ বাকয়ৈ খোঙওইনানা॥ লাইসুম লাইঙৌ তানবদা॥ [2]তুপি অঙনবা লাইরেন অরেনববু॥ হাওকপ নিংথৌবা থাঙলেন মখূৎসূনা চয়পিরে॥ খোংতুম খোংনা চেনথখিবদা॥ তুবি কোনফমবা লাইরেল সিচন্নাবনা [3]তুমচিনথিএ॥ লানলোই লাইসিখোং-ও কৌএ॥ খোংলেন হেমতৌ তাইনে॥ লানলোই মদাইমাদি॥ লোইয়ম নোংবাল য়াংঙমবা অহোঙ লানয়ান-ফমনে॥ হুয়েল লাননিগীদি তাংখুল অমে খূৎপীলোঙববু অহোঙ মীয়ানফমনে॥ নোংবাল পূংলেন মখূৎফাদি॥ [4]লয়সন খুনঙমপুং॥ হুয়েম্নিগীদি কায়নরোং অথৌববু॥ লয়মু সেংতাকপুং॥ লয়হৌ সেং-ওইপূংনে॥ পূংচি নাতৈমাদি॥ লোইয়ম চেংলৈ অহোঙবা॥ পূংলেন মখূৎফা হুয়েম্নিগীদি॥ ময়াংনিংথৌ য়াংলৈচা॥ কবো নিংথৌ অখূববু॥ লয়মূ সেংতাকপুং॥ লয়হৌ সেংওইপুংনে॥ পূংচি নাতৈমাদি খোঙ-লেন খুনলেননে॥ হুয়েল লাম্নিগীদি॥ থবা লাংচেংপোই অপোইবা ফানাপুংনে॥

চিংথেল চংলৈমাদি। মরোয় য়াংথং কেমবাচা পাউরানবা তুচোং-বাইনে॥ ময়ামমা মঙল তাহুনবাইনে॥

লয়রায় মুংবীমাদি। ময়িম থাংঙা কমবোংনা॥ লংমাই নিংথৌ চম্বু কাইরৈমা খুনথুংদবীব লাংনা নুংনে॥ লানলোই মদাইমাদি॥

---

১। খুংগী কুমশিং ৮২১ দগী ৯১০ ফাওবদা পানখিবা নিংথৌ। ২। মতিক মগুণ মহৌ ময়াই চেনবা লাইরেল। ৩। শিহ্নুনা অহুম কুমশিনমে। ৪। উপ্রুল এথিয়াগী মহুংদা লৈবা তাংখুলগী খুলংগী মমিং।

চীংঙু লৈমা য়াইথোং নানস্বা চম্থু তোকসোনপুংনে ॥ লানলোই মথল-মাদি ॥ লেমথোং লৈশাংথো অথুবা ॥ কাওরেন মসনচানা ॥ কোরৌ হুমিং থৃদিং ॥ তুরেল মোংবা য়িবু ফৈনা সমথিএ ॥ লেমথোং থিংথুবা লৌসনলান-ও কৌএ ॥ মোংবা মদাইমাদি খাবা সন-সেনথোং-ও কৌবদি ॥ খাবা সনসেনবগা ॥ ঙানবা নাহা সনঙাক-পগানা ॥ সীংনাংনা থোংখোঙ ওই ॥ থীকলোইনা থোংপাক ওইনা থোংসাইএ ॥ [1]খাবা সোবচোংবা বংলৈ লৈবাক মপানা ॥ পামেলনা থোংখোঙ ওই ॥ তনমু চানেংনা থোংসাইএ ॥ খাবা সনসেনথোং ও কৌএ ॥ খাবা সনসেনথোং ॥ থোংলেন হেমথুয়াইনে ॥

লয়রায় মুংবীমাদি ॥ [2]মৈতেংঙু নাউথিংথোং মঙাংঙমবা ॥ বাকয়ৈ হিমিকেন ॥ তোংচেং হিকং লোইবদা ॥ থোংফম য়ুভং পুংনে ॥ [3]মৈতেংঙু থাঙবাই নিংথৌ মুংয়ামবনা ॥ থোংনাং তেকা নারন ফানাপুংনে ॥ মৈতেংঙু [4]সেনবী থাকেমবনা ॥ মরিং খুনঙমপুং লোক-তোন ফানাপুংনে ॥ তোরয় নমসাংমাদি ॥ হুংবাল অরামপামবা ॥ অহোঙ য়োইথোনপুং ॥ লোইয়ম নোংথোন তেংমাইথিনবা পুংলেন মথুংফানে ॥ হুয়েল লারিগীদি ॥ মরিং অমে চাংলোইবু ॥ লয়মু সেংথাকনা ॥ লয়হৌ সেংওইনানা ॥ অহোঙ য়োইথোনপুংনে ॥ হিথেল চংলৈমাদি ॥ চীংঙু থোংপাল তেরা ॥ থোইমোম থোঙপাল সাংচা ॥ [5]থোংপাল অপিচানা নমু মীরোজবা মরমথৈনে ॥ থোইয়ম

---

১। খাব শলাইগী নিংথৌ কংলৈ লৈবাক অসিগী মপু ওইরম্বা। ২। থুংগী কুমশিং ৬৬০ দগী ৭৬০ ফাওবদা পানথিবা লংমাই পেতংঙাগী মপুরোইবা অংনবা। ৩। থুংগী কুমশিং ১৫৮২ দগী ১৫৯৭ ফাওবদা পানথিবা মৈতৈ নিংথৌ, নিংথৌ অসি মৈদিংঙু থাগেম্বগী মপাবুংনি। ৪। মপাকুং মুংয়াম্বগী মচুংদা ১৫৯৭ তগী ১৬৫২ ফাওবদা মৈতৈ লৈবাকী নিংথৌ ওইদুনা পানথিবা নিংথৌনি। ৫। ঊশিং খুংফম লৈতবা অপীকপা থোংবাদা ঊশিংনা থরক্লদুনা ঊশিং চাউরকপদা অঙাং তাদুনা শিনথিবা মফমনে।

খোংপাল তেরা মহিথেলনে ॥ খোংপাল হেমতৌ তাইনে ॥ মোংবা মদাইমাদি ॥ [1]মৈডেংঙু নোইনাই থবানথাবা ॥ কদাং খোচাউবী খৌচাউবা ॥ খো'খোকপা ফুরামবা কাতাংসু ॥ ফৌওই মাঙববু সমু মখুৎ কবনা য়াললমএ ॥ কাতাং খুৎয়ানফম-ও ভৌনা কৌএ ॥ লানলোই মদাইমাদি ॥ থংদা থয়োইরোল নোংয়াই খুমন নিংথৌ ॥ [2]অদোন পিংবোন হনব-চমুগা ॥ চানদা পো'লেন খোমদৈগা ॥ লাইরেন মশাবী [3]নিংথৌরেল সেনবী পাইখোম্বগা ॥ কোলোয় সিন-লান পুংনে ॥ ছয়েম্বিগী'দি চৌংসোং নিংথৌ লানলাংলেনবু লয়হৌ সেংওইনৈএ ॥ নোংবাল হাইহৈবা ॥ লোইমুম খাংহন অহোঙবা পুংলেন মখুৎফা ॥ ছয়েল লাননিগী'দি ॥ কেগে ওমপু য়োইচারোল চেঙকয় তবেং সাবা ॥ সামু মভা লোইববু লয়মু সেংথাকনা ॥ লয়হৌ সেংওইনানা ॥ অতোঙ য়োইখোনপুংনে ॥ মোংবা তুখুপমাদি ॥ নোংয়াই হাওচাংসি লাসেংয়াঙ ॥ মপুনা মনাই সাবা ॥ মনাই মাঙদা চৎপা ॥ [4]খাংকোই য়াঙনম সেনবা ॥ চৈরৈ ফিয়িন খাননা কুমসাববু ॥ [5]মৈডেংঙু খিংবাই সেনহোংবনা ॥ নোংয়াই হাওচাংসি লাসেংয়াংবু ফানারৌএ ॥ বাকয়ৈ মখূনেৎসুং লোকলৌএ ॥ অদুনোংগীবু হাউ-চাংসি লাসেংয়াঙ ॥ ছয়েল লানকায়ম ॥ চৈরৈ সিয়িনখোং-ও ভৌনা কৌএ ॥ লানলোই ফিয়ানখোং ॥ খোংলেন হেমতৌ তাইনে ॥

১। খুংগী কুমশিং ১১২৫ দগী ১২০১ ফাওবা পানথিবা নিংথৌনি, মৈদিংঙু চৌংথাং লাম্বুবগী মপাবুংনি। ২। দুমনগী নিংথৌরোল ২৬ শুবা খিংকোল হনবা নিংথৌগী মচা ইবেম্মাগা। ৩। খুংগী কুমশিং ১৬৬৬ তগী ১৬৯৭ ফাওবদা পানথিবা নিংথৌনি, মহাক মৈদিংঙু খাগেম্বগী মচা অতোনবা পোনাবনা পিথেৎ লৈমা তাঙজা খোম্বী পারতুনা পোকপা মচানিপা মাইমবনি। ৪। খুংগী কোয়না মেৎলগা শেৎনবা ফিরোলবু শেমবা। ৫। খুঃ কুম ১২৩১ দগী ১২৪২ ফাওবদা পানথিবা মৈদিংঙু চৌংথাং লাম্বুবগী মখংদা খিংবাই শেনহোংবনা ১২৪২ দগী ১২৪৭ ফাওবা নিংথৌ ওইথি, মহাক কবান তোংদব, মরম্মা নিংথৌ-রোল লম্বুবদি চল্লমদে।

লয়য়ায় মুংবীমাদি ॥ খোংলেন নাতৈনবা অমদি ॥ লানলোই তোরোখোং অচনবা ॥ খোংলেন হেমতৌ তাইনে ॥ লয়য়ায় মুংবীমাদি ॥ থংদা খয়োইরোল ॥ নোংয়াই খুমন নিংথৌ ॥ অদোন থিংকোলহনবা চম্লু ॥ [1]নোংপোক থাকী কৈথেল থানবী ॥ চোয়নৌ সনা হেকপীগা ॥ লাইরেল মশাবী নোংথৌরেল ॥ খোইমোম লাইয়িংথৌ সাইওনবা ॥ [2]তুবি চয়াইরোংবগা ॥ চোয়নৌ সনা হুলাইথকতা ॥ [3]কোলোয় সিললানপুংনে ॥ হুয়েল লাননিগীদি ॥ সাইবেম নিংথৌ লয়চুংবদি থাগ-থা ॥ হোংতুং নিংথৌ লমচাউবদি য়ায়গ-চল্ ॥ মৈরাউ নিংথৌ কোংতানবদি থককা থোননা ॥ লয়মূ সেংথাকপুং ॥ লয়হৌ সেংওই-পুংনে ॥ পুংচি নাতৈমাদি ॥ [4]মৈতেংঙু পোইরৈ খুলাউবা ॥ অহোঙ খোংচিংপুংনে ॥ লয়য়ায় মুংবীমাদি ॥ লৈসাপামবা চৈরৈ ফিচোনবা ॥ পুংলেন মখুৎফানে ॥ হুয়েল লাননিগীদি ॥ কাইবী য়োইহাং পামবা অথৌববু ॥ লয়মূ সেংথাকনা ॥ লয়হৌ সেংওইনানা ॥ অহোঙ য়োই-থোনপুংনে ॥ পুংচি নাতৈমাদি ॥ লোইয়ম সনলোইবা ॥ চেংলৈ অহোঙবা'পুংলেন মখুৎফানে ॥ হুয়েননিগীদি [5]কুম্নুনিংথৌ ॥ অমান মনিক লানথৌয়াঙবু ॥ লয়মূ সেংথাকপুংনে ॥ পুংচি নাতৈমাদি ॥ [6]মৈতেংঙু লোইনাই থবানথাবা পুংলেন মখুৎফানে ॥ হুয়েল লাননি-গীদি অপিক অমাই ॥ অপিক অসাং ফানাপুংনে ॥ পুংচি নাতৈমাদি ॥ [7]মৈতেংঙু পোইরৈ খুনচাউবা ॥ পুংলেন মখুৎফানে ॥ হুয়েল

---

১। খুমন নিংথৌ ২৩ শুবা থিংকোল হনবগী মচা ইবেম্মা। ২। খুংগী কুমশিং ১৩৯৭ তগী ১৭০৯ ফাওবদা পানথিবা মৈতৈ নিংথৌ। ৩। কোলোয় ময়েলেন অমগা অমগা থোয়বা পুংনি। ৪। খুংগী কুমশিং ১৩৫২ দগী ১৩৬৬ ফাওবদা পানথিবা মৈতৈ নিংথৌ। ৫। নোংচুপ মায়কৈরোমদা লৈবা ঙীংচুকী মরুং চলবদা পানবা নিংথৌ। ৬। খুংগী কুমশিং ১৯১৫ দগী ১২৩১ ফাওবদা পানথিবা নিংথৌ। ৭। মৈদিংঙু থাগেম্বগী য়াথী কৌবয়োল তাইপোথীগী মচা ইবুংঙো য়াইমবা।

লাননিংগীদি ॥ থামরন খুনঙম পুংনে ॥ [1]মংক্র কানাপুংনে ॥ পুংচি নাতৈমাদি ॥ মৈতেংঙু খোইমোম লাইমিংনবা ॥ সেনবী তেখাউঙম্বা পুংলেন মখুৎকানে ॥ হুয়েন্নিংগীদি মোনথৈ নিংথৌ ॥ চন্নাংচোং কানা-পুংনে ॥

মোংবা মদাইমাদি ॥ বাংঙমলোন পোংম্নু মুকোনবম চম্নুনা ॥ ইপাম কুমগে সিকুমগে ॥ [2]সনা লাঙজৈ চোংকানে হায়বগীবু ॥ [3]পাখি লমলোই তাইনা ॥ লানলোই লমসোম্লম্নে ॥ পোংম্নু মুকোনবম চম্নু লমলোইতাই-ও থোননৈএ ॥ পোনবী কোনথোং-ঙাইনা ॥ কোরৌ নোংনাংপানতগী তানারমনে ॥ উরেন চীংথোঙ-বাইনে ॥ তৌমৃ থোংলোংবাইনে ॥ কুমদম সন লৈঙাংপোকনে ॥ লান-লোই মদাইমাদি ॥ থাংঙা অমুবা য়াইতানবাই ॥ কমপোং অঙৌবা য়াই-খঙ পাংনে ॥ [4]পুরোই লয়কোয়বা মথৌ য়াংগেনবা লমনে ॥ লানলোই মদাইমাদি ॥ কমপোং মংসালুকচীক-ও কৌবদি ॥ [5]মৈতেংঙু পুনশি-বানা ॥ চকপা কামু কমপোংববু ॥ লুরক কাংদৈথি থৌনাউ লোনথোঙ লেললে ॥ ময়িম হেমচেং চকপা মনিন্নাইবনা ॥ মৈতেংঙু মুয়াম কাবা-ও ॥ নতাইরেম ঐথোয়বু ॥ [6]চকপা অতয়বা ॥ হেমচেং অঙন-বনে হায়রগনে ॥ হয়েং পোইরৈ চাদোননা কাউদম্নুনো ॥ হায়না কামু কমপোংবগী তাঙজা লুরেনতোনবু চীকনরম্এ ॥ কমপোং মংসা লুচীক-ও কৌএ ॥ [7]হাওসি মংনাউ-তা সিংপাক পাউহুল্লম্নে ॥

১। মণ্ডলে দমগী লাম্নৌশিংবু ফামকপগী পুং থোনবা মফম্নি। ২। মৈদিংঙু চম্নুনা মপাম লমদা লাকপদা খুংদা শেংপা ফিম্বু মমায় য়েনা চোংলগনি হায়বগীদমক। ৩। অকুৎপা ঊশিং লৈবা পাংথি কোমথিপুবা লথী শেমলম্নুনা। ৪। শিয়পা তোবা হোনবা তিনকং লাইকংগী থবক ঊয়াং থৌনিবা। ৫। খৃঃগী কুমশিং ১৪০৪ দগী ১৪০২ কাওবদা পামথিবা ৩৪ তবা নিংথৌনি। ৬। অয়োশিংগী হোৎকফম ওইবা চকপা পাঙদবা মীচম ওইবদা নত্তনা মথৌনা মখিল য়াংলবা। ৭। অঙাংশিংনা শিয়পা মথৌ তোকম ওইবা মং মচা হোনবী ঊয়াংনফমনে।

ছয়েলনিগীদি থোংনাং ময়াং লোকপা লায়বদি কানারেংনে ॥ থয়োই-রোই তাংখুরাদি কোয়নরেংনে ॥ অনান নিংথৌ য়াংগেনলোকপবুসুং কানারেংনে ॥ [১]চিনফুরোল ঙাসেপপীসুং কোয়নারেংনে ॥ লানলোই মদাইমাদি সুংপোকপি সোয়থময়া ॥ য়াংবা থুনথিবা সুংথঙবাইনে ॥ বাংবল কানাইবা চুমমৈসাংনা ॥ পামেল উয়ুং খাংচেংবা ॥ পান্‌বা কৈরোন-সিঙ ॥ সীংবী লৈখৈলেন ॥ খোইমোম লাইকনসি ॥ [২]সীংবী উকাথকতা ॥ চীংঙু নোংথৌ সরারেনবু কানা ॥ মৈগা থুপনা হেন-সিঙবা মরমথৈনে ॥

তোরয় নমসাংমাদি ॥ খোইমোম লাইরেমমা ॥ কোনফম লয়-তকপী ॥ মানফম লয়য়েংবী ॥ মালেম চনিঙ লয়খৈগী ॥ থোংনাং তখেলঙম্বী ॥ কাল মনিক ফাবী ॥ চাখা মরীংঙম্বী নাসেনবা ফাবী ॥ হিথেল মতারম ॥ লয়রায় মকুম্‌লন্ ॥ লাইঙা মহিথেলগী খানিং মিকৌখংলকএ ॥ হিথেল চংলৈমাদি ॥ থাংয়ি নামুংখাম-ও কৌবদি । [৩]মৈতেংঙু নাউফংবাগা ॥ থাংয়ি নাউফং অহনবগা [৪]মায়য়োক্‌নাগ হায়ঙৈদা ॥ মরোয় সঙাই লাবনা ॥ য়ামনা নিংথৌ থাংয়ি নাউফং অহনব-ও ॥ [৫]মৈতেংঙু নাউফংবদি বাংগোন লৈনচা বাংগোন নিংথৌ ॥ থমং লৈমচা থমং নিংথৌনে ॥ কোয়ৌ নোংনা য়েংগনে হায়গুনো হায়না থৌখামঙমএ ॥ **থাংয়ি নামুংখাম-ও** তৌনা কৌএ : মোংবা মদাইমাদি [৬]মৈতেংঙু লোইনাই থবানথাবনা ॥ লাংলেন কোঙয়াং

১। শরাংখেম, লৈশাংখেম, হাউরোকচম অমসুং কোহোঙম শাগেগী নিংঙোলগী লৈথাবদা শীজিনবা। ২। শয়া শীং ওইনবা উগী কারোং মখক্তা। ৩। খুংগী কুমশিং ৪২৮ দগী ৫১২ ফাওবদা পানখিবা য়াউরৈবা চম্পী মচা ইবুংঙো অতোনবা মৈতৈ নিংথৌ। ৪। লাম্বা তোঙ্গনা য়েংনগে হায়নঙৈগে। ৫। মৈদিংঙু নাউফংবা অসিদি মৈদিংঙু নাউথবগী মী অশেংবা ওইবা বাঙোন নিংথৌমক্লি। ৬। খুংগী কুমশিং ১১১৫ দগী ১১৩১ ফাওবদা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌনি, নিংথৌ অসিগী হাক্তকগী হোৌনা হিয়াঙগী হিকপাকা থুবনগী লান্দা

মসীং থিনরমএ ॥ কোঙয়াং ৱাপৈথেল-ও কৌরমএ ॥ লোইয়ম ৱাংঙম অহোঙবা পুংলেন মথূংফা ॥ হুয়েল লাংগীদি খাদবা নয়াং-চীংগী ॥ হেনচেং লোয়রং অভোনবা অহোংঙ লানয়ানফমনে ॥

লয়রায় মুংবীমাদি ॥ উই ৱাকোনপাদবা ॥ ৱাকোন লোইনেমবা ॥ লোইয়ন অহোঙবা পুংলেন মথূংফানে ॥ হুয়েল লান্নিগীদি ॥ বেগে মোইরাং যুবা মীতেংআবু ॥ অহোঙ য়োইথোনপুংনে ॥ মোংবা মদাই-মাদ [১]মৈদিংঙু সেনবী মুয়াম্বা ॥ কাং খুনঙনখোং ॥ হুয়েল লান্নিগীদি চৌসেংখন নিংনাইবা ফানখোংনে ॥ খোংলেন হেমতৌ তাইনে ॥ মোংবা মদাইমাদি লনলেন কোংকু ॥ বংলৈ চাপুংফৈনে ॥ মুংপাল অহোঙবা হথা খুমোম্বা পুংলেন মথূংফানে ॥ হুয়েল লাননিগীদি নোংয়াই অয়াংবা থমকোইনু ॥ হৈরেম খুনচান-চনু ॥ বেগে মোইরাং ঙংবী ॥ অরাই মোংখু মচল ॥ [২]লৌসি খোংদোবী ॥ [৩]তোমফাং য়িথেম্বী ॥ সেঙনিং নিংথৌ পোংকমবা ॥ য়োংখু নিংথৌ সনা লৈক-থাংআমুং ॥ লালু থারোন নীক্লা ॥ অহোঙ য়োইথোনপুংনে ॥ নোংবাল কংলৈ মসুননাঙদা ॥ অহোঙ লানয়ানফমনে ॥ হুয়েল লাননিগীদ তাংখুল থাম্বা মরৈনাবী ॥ মোলমোং কাংনোইনু ॥ য়ারেন খোংফাং-বীবু ॥ চীংমুং নোংথাং ধূপকুমবীবু ॥ অহোঙ লানয়ানফমনে ॥

তোরয় লমসামাদ ॥ [৪]নয়োল মৈতৈলৈমা নোংবাললোন কায়নৌ চাংপোমবী ॥ অহোঙ য়ুনৈপুং ॥ হুয়েল লাননিগীদি থোংনাং

ঙমলকথিবগী কাউদনবা খুমনগী অথোবা কাকপা লৈতোন পাম্পী মকোক হাপ্রকপচু চৌজিক ফাওবা হাপ্রবা উরিবসিনি।

১। খুংগ কুমশিং ১৪৬২ চম্ব ১৫৪০ কাওবা পানথিবা নিংথৌনি, মহাক মৈদিংঙু খাগেম্বগী মপা ইবুংঙৈনি। ২। লৌশি পাম্বা থোং তৌথিবী। ৩। কবোগী লমদা লৈবা নিংথ কুরৈনগী তোমফাং কৌবা হিদেম্বা য়েক্লা মায়বোং ৱাকনবা হায়জ-থেমজা হৈবী। ৪। নবেঙ্গৌ অঙোম চনু কায়নৌ চাংপোম্বী মুংয়াম্বা নিংথৌগী ৱাগী, মৈদিংঙু খাগেম্বগী মমা ইবেম্মা।

তেককা নারল লানথোয়াওবু ফানাপুংনে॥ [১]নয়োল মৈতৈলৈমা য়োইরুমলোন ময়ামবী॥ অহোঙ য়ুনৈপুংনে॥ থোংনাং ময়াং সিং-তাপুং নারল অথৌববু॥ লয়ছৌ সেংওইনানা॥ পামেল উথিনপুংনে॥ [২]মৈতৈলৈমা থংদা য়োইরুমলোন চান্দা পোংলেন খোম্বীনা॥ অহোঙ য়ুনৈফম॥ হুয়েল লাননিগীদি লোইবী তাংখোংলোনগী চারোন-ববু॥ লয়মু সেংতাকনানা পামেল উথিন পুংনে॥ হিথেল চংলৈমাদি॥ মপল হুইমুলৈমা পায়মা লিনকোইগী॥ লোকতোন অতোনবগা মমোম সাকারৈমাগা॥ লাংলেন উঙাম ঙামচাউ তোংনা॥ মোংবা থুনলম ইন্না থুনতাবাইনে॥ [৩]লোকতোন অতোনবা থুনকুমপুংনে॥

লয়রায় মুংবীমাদি॥ লেমথোং লমমাবী লালোই মস্নুমমাঙ অহোঙ মীয়ানফমনে॥ হুয়েল লাননিগীদি কমপোং মুংমাইবী মুং-মাইবা॥ মছুই লনথোইবী লনথোইবা॥ অরাই সমলোঙবী সম-লোঙবা॥ য়াওরৌ য়ুস্নুংবী য়ুস্নুংববু অহোঙ মীয়ানফমনে॥ মোংবা মদাইমাদি [৪]মৈতেংঙু সেনবী মুংয়াম্বনা॥ হয়নীংপোক লমহৌপুংনে॥ হুয়েন্নিগীদি সেনবী [৫]কবো অকৃলা মিংনাইবা ফানাপুংনে॥ মোংবা মদাইমাদি লানলোই থাঙচামপাং য়িমাসিন-ঙ কৌবদি॥ ময়িম কেগে

১। মাইন্ন'ম চম্ব ওইবী অমম্বং লোক্তোনবম চম্ব ওইবীশিংবু পেনলোনগী শৈথাদা য়োইরুমলোন হায়না শৈথানৈ। ২। মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তিগী মমা ইবেম্মা অসি ফম্বাল মিংহন্দা কুমদিনী হায়না মিংথোন্নবম্ন মাইন্নাম চম্ব ওইবী চান্দা পোংলেন খোম্বী হায়না থঙনৈ। ৩। চেংলৈ শাপৈগী শম্বাং লৈশাং শলাইগী মঙ্কদা হইমু লৈমনা পোকপা লোকপা, হংঙৌ য়িমথংবা অমম্বং লোক্তোন অতোনবা অহম পোকই। লোক্তোন অতোনবনা মনাউ ইতোন-তোনবনি। ৪। থুংগী কুমশিং ১৫৬২ দগী ১৫৯৭ ফাওবা পানথিবা মৈতৈ নিংথৌ। ৫। মথক্তা পল্লিবা হয়নীংপোক হায়বা লমদি মৈদিংঙু নিংথৌ খোম্বনা কবোগী লমদা লৈবা অকলা থুন্দা লামজেলকথিবগী অথৌবশিংবু ফাবকপদা নিঙশিংনবা থোনবা পুংনি।

মোইরাংনা॥ হুয়েল লানকারকউৈদা॥ পোইরৈ মৈতৈ থোংঙা লকা-বিচাগী॥ থাঙলেন মখুৎস্নুনা কেগে চাতরেৎহুমফুহুমথোইমাবু॥ [1]মংলক য়ানগুম য়ানথুরে॥ থাঙলেন মখুৎস্নুবু লাইজা য়িদা চাম-লমএ॥ মহীনা ঙাংতুম ঙাঙ্‌না চেনথখিএ॥ **লানলোই থাঙচাম-পাৎ য়িমাসিন-ও** কোঅ॥ মোংবা মদাইমাদি চিনফুরোল নাহুই-মুনা॥ কোরৌ নোংকানবা তরা চেঙজামকমনে॥ [2]মৈতেংঙু কায়নৌ চলাম্বনা॥ থিংনোং খুনঙমপুংনে॥ হুয়েল সোয়খোঙ সোয়য়াবা ফানাপুংনে॥ [3]নোংবাললোন লিনথোইঙমবী অহোঙ য়ুনৈপুংনে॥ হুয়েম্নিগীদি কানম্ ভেচানবী তেচানববু॥ লয়হৌ সেংওইনানা॥ পামেল উখিনপুংনে॥ মৈতৈ লৈমা নোংবাললোন ময়াম্বীনা অহোঙ য়ুনৈফমনে॥ হুয়েল লাম্নিগীদি মরাম নিংথৌ লাংপেম মিংনাইববু॥ লয়মূ সেংতাকনানা॥ পামেল উখিনপুংনে॥ [4]মৈতৈলৈমা নোংবাল-লোন॥ নোংচুপ লাল্লুমঙম্বীনা অহোঙ য়ুনৈফমনে॥ হুয়েল লাম্নিগীদি তরংনিংথৌ চৌলেং লানথৌয়াঙবু॥ লয়মূ সেংতাকনানা॥ পামেল উখিলপুংনে॥ কংলৈ মদাইমাদি॥ খোইমোম লাইরেমমা [5]লয়মুরোন লৈমা ক্যাং চাইবী॥ চোয়নৌ সনা লুপা পোকপী লাইজা মহিথেলগী॥ খানিং মিকৌখৎলকএ॥ মোংবা মখলমাদি॥ [6]মৈতেংঙু খাংবাইনিংথৌ মুংয়াম্বা॥ অহোঙ য়োইথোনপুংনে॥ হুয়েল লাননিগীদি সেনবী কবো॥ অমো চোতা লাকয়াক্রা॥ তেনাবুতি॥ পেনা তারি ফানা পুংনে॥ পুংচি নাতৈমাদি [7]মৈতেংঙু নোংয়াই সনা তৌবা চীংখোঙ

১। অশং-অমান অনৌববু য়ানখগুম। ২। খুংগী কুমশিং ১৫৪৫ দগী ১৫৬২ কাওবা পানখিবা নিংথৌ। ৩। মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বী থৌনাফবী লৌশিং লৈবী য়াণী। ৪। মৈতৈ নিংথৌদা ওংবী অঙোম নিংতোল ওইবী। ৫। মোই-রাংগী লমদা লৈবী ক্যাং চাইবী। ৬। খুংগী কুম ১৫৬২ দগী ১৫৯৭ কাওবদা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ। ৭। খুংগী কুম ১৫১২ দগী ১৫২৩ কাওবদা পানখিবা নিংথৌনি, মহাক ক্যাম্বা মহারাজগী মচাইবুংতোনি।

লমকাই ঙম্বা ॥ সেনবী উলূম ফানাপুংনে ॥ কংলৈ মদাইমাদি ॥ [১]মৈতেংঙু থংবী লানথাবা ॥ নোংপোক চাখা খোঙচোম্না ॥ মখিবা ফোপলাংবা ফানাপুংনে ॥

লয়রায় মুংবীমাদি ॥ [২]মৈতেংঙু নিংথৌখোম্বা ॥ [৩]তুবি চরাই-রোংবা কৈথেলপেননে ॥ [৪]অকলা থুনঙমপুংনে ॥ হুয়েল লাননিগীদি চেঙচারি ॥ চেঙচাকং খেকচাবি খেকচাকং থরাইরোং মানতং লাকপা ফানাপুংনে ॥ কংলৈ মদাইমাদি ॥ [৫]মৈতেংঙু কোংয়াম্বা ইঙেল ঙেন-চাইসঙ ॥ থোংনাং ময়াং নামফেন তাউবা ফানা সঙনে ॥ সিনাই নানিলোঙবনা ॥ খোকলাং কামু সঙনে ॥ লাংগোই সগোল অপাইবা বাইথুং সঙনে ॥

লয়রায় মুংবীমাদি ॥ চৈরৈ লে নাউ সুম্নপুংনে ॥ কংলৈ মদাইমাদি [৬]মৈতেংঙু সেনবী খাগেম্বগা ॥ [৭]মসানৌ পোঙলেন থুরাই লাকপা ॥ [৮]থোংনাং চঙনা বায়বগা ॥ মদাইরেম চকপরম্বম নোং-পাল মতে অথৌবগা ॥ থোংনাং য়াখারেক লানচিংবগা ॥ ভীমবল অথৌবগা [৯]বারেপন খিএ ॥ লাইরেন সেনবী খাগেম্ব-ও ॥ নদাইরেম এখোয়সুং ॥ থোংনাং অমরক নিঙনা তেররোই ॥ ময়াং হুম্বাইর-রোইএ ॥ [১০]পোইরৈ নখোয়সুং নিঙদা থৌবিগুনো হায়না বারেপ-নখিএ ॥ থোংনাং বারেপপুং-ও কৌপতি কদৌনকো ॥ মুবাউ থুনঙমনুং

---

১। খুংগী কুম ১৩০২ দগী ১৩২৪ ফাওবদা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ। ২। মৈদিংঙু অদি খুং ১৪৩২ দগী ১৪৬৭ ফাওবা পানখি। ৩। খুংগী কুম ১৬৯৭ তগী ১৭০৯ ফাওবা পানখিবা নিংথৌনি। ৪। অকলা নাকবদা থেকখিবগী থোরম্বা পুনি। ৫। খুং কুম ১৩২৪ দগী ১৩৩৫ ফাওবদা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ। ৬। খুংগী কুম ১৫১৭ তগী ১৫৫২ ফাওবা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ। ৭। মনাও ইবুংঙো চিংশোম্বা অমম থুরাইরাকপা ওই। ৮। ময়াং লৈবাকী মীবু থিংনা ফাবগা। ৯। বা লৈম্নখি। ১০। মৈতৈ নখোয়ম তুংদা

থামুং মিংনাইবা ফানা-পুংও থোননৈএ॥ হিথেল চংলৈমাদি মৈতৈলৈমা॥ [1]নোংবাললোন য়াউসোম্বী হিথেল মতারম॥ লয়রায় মকারমনে॥ ছয়েল লাম্নিগীদি চকপা মেনোং-মেনতাংচা ফানারমনে॥ কংলৈ মদাইমাদি য়োইরেন সঙয়াথি॥ থোংখুবা লৈরোসঙ॥ নাচাউবা লয়চিংসঙ॥ অতোন মোইবুংলোকপা॥ [2]থোংপুচা কোইঙম য়াতাসঙনে॥ লবাই চেঙলুকনা॥ তরা চাওইসঙ॥ পুম্নুং চেগাইপোক্কা বানথোংসঙ॥ মুংতিং নানা সাইতাসঙ॥ মুমলাং নানা য়ুমকুপসংনে॥ [3]পানবা লুকেনসঙ কৈরেন লুভুসঙনে॥ [4]সরী অচেৎপা সোম্ন-সংনে॥ [5]লোয়য়ম্বা নুংপাক-থা॥ [6]লোইতোংবা নুংসাংথা নে॥ য়োইরেন পোঙলাংথামনে॥ কেগে মোইরাং আরে লকাবাসু॥ সনথিল লাংনৈববু॥ য়ুমচি চকো নারেং-থোংন-সংনে॥ মসল ভৌবী কোনথিং তাউবী হোঙনা সঙনে॥ মৈতেংঙু পুন সিবা থেমথ য়োইথোন সঙনে॥ চাথা সলুং থুনঙমসঙ॥ অমোমচা লোকতোনবা লোকলোখোং॥ কারোংলাং থামলোচা ফানা-সঙনে॥ [7]মৈতেংঙু সেনবী খাগেম্বা থেম্থ য়োইথোনসঙ॥ লাংগোই মোরাম্বা লোক্নসঙ॥ লাংগোই সারু তোংবা॥ লাংয়েপ কৌবা লাংগোই সোইতোংবা সিমিৎ কৌবা॥ [8]লাংগোই সানিঙ তোংবা লাংকম কৌববু॥ মোইমিৎ লৈচু সঙনে॥ য়োইরেন সঙয়াথিনে॥ কংলৈ মদাইমাদি॥ [9]মৈতেংঙু

---

১। মৈদিংঙু পুরাম্বাবগী রাণী অঙোম চনু মাওশোম্বীগী হিদেল তাফমনে। ২। অদোন মোইবুংলোকপম থোংবুগী মচা কোইঙমগী লৈকমনে। ৩। কৈগী মকোক কেনফম (ককফম) কৈ শিকমনে। ৪। অচেৎপা অকনবা রাশক্রবা শঙনি। ৫। মৈদিংঙু লোয়য়ম্বগী হাত্তক্কা থারবা নুংপাক। ৬। মৈদিংঙু লোইতোংবা খুংগী কুম ১১২২ দগী ১১৫০ ফাওবদা পানখিবা নিংথৌগী মতমদা অশাংবা নুং থারবা মকমনে। ৭। মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদা মীয়াম্বনু থেমচুলা মীয়াম তিমকম ওইনা শানবা থোমগৎপা শঙ। ৮। শানু শনিঙ তোংবা। ৯। খুংগী কুমশিং ১০৭৪ দগী ১১২২ ফাওবদা পানখিবা লোয়য়ম্বা নিংথৌগী মতমদা শেম্বা কৈথেল অচৌবা।

খুনমাবা লোয়য়ম্বা কৈথেললেয়ে ॥ হুয়েল লাননিগীদি কেগেলককী তিলহৌথাবা ॥ লাংখোংতৌগী রাবা নাউচা ॥ উরা লাংমৈরেমবা অখোং নিঙনোম্বী নিঙনোম্বা ॥ ঙাংখা নমপোক্পী অথিং অসাংচা ফানাপুংনে ॥ কংলৈ মদাইমাদি ॥ [1]অঙৌবা কাকপা থরানথাবা ॥ কংলৈ থৌকারম ॥ হুয়েল লাননিগীদি ॥ কেগে মোইরাং পেরুকআ পনলানবা ফানাখোংনে ॥ তাউজিং হৈনৌখোংনে ॥ হকরানথাবা রাতেনবদি ॥ কুরাউ ফলাংগা তোংনা হৈহেকরাইনে ॥ লোয়য়ম অরাম অসাংবদি ॥ সমু খুৎনা ফংনা হৈহেকরাইনে ॥ থোঙলেন য়াইচম সঙনে ॥

মোংবা তোরয়মাদি ॥ তেংলৈমুংচা অথাপপাদি কানারম ॥ হাউরা মুংচা অতাম্বদি তম্নরমনে ॥ খ্বাই নোংচেংবম পিবা য়েকমা হাওতংলা ॥ নমু পোংবরাচা অতনবা ॥ রায়রা মরীখঙ ॥ তাউহুইরেং অহনবা কানা-লী ॥ কোরৌ নোংকাপ-লীবু লীরমএ ॥ রায়রা [2]তেনকৈখা-ও তৌনা কৌএ ॥ [3]মৈতেংঙু তেলহৈবা রায়রা তেনগৈখা ॥ [4]মৈতেংঙু নিংথৌখোম্বা চংবী কয়কংলানে ॥ কংলৈ মদাইমাদি ॥ লৈমা পিয়াইহুনা মংচঙএ ॥ নিংথৌ থোংখুবনা মংলিংএ ॥ হুইচা নিংথৌবা ॥ ইতম সোয়সেনবদি কানারেংনে ॥ [5]চিনফুরোল হাওরোকস্নদি ফোয়নরেংনে ॥ কেগে মোইরাং হাওকোয়য়াংদি কানা-রেংনে ॥ [6]উয়িন থান্ মচিনা কোইবা লমনে ॥ হাওসি মঙলানচানবু কাননা চোংনা ॥ থানিং মিকৌথৎলকএ ॥

১। অঙোম নিংথৌশিংগী নিংথৌরোল ১৪ শুবা। ২। থায়নগী পণ্ডিত যুম্নাম তোনবন, মাঙথিবা মকম, চৌজিক শিংজমৈ রাংমগী ইবোয়াইমা হাইস্কুলগী মনিঙদা লৈবা তুরেলগী খোঙজুং। ৩। খৃঃগী কুম ১৩৩৫ দগী ১৩৫৫ ফাওবদা পানথিবা নিংথৌ। ৪। মৈতৈলৈমা লিনথোইঙৌগী মবুংঙো খৃঃ কুম ১৪৩২ দগী ১৪৬৭ ফাওবদা পানখিবা অক্না লানঙমথিবা নিংথৌনি। ৫। হাওরোকচম শাগৈগী নিংডোলনা পোকপা মশু অহুনা কোয়না য়েংনবা লয়ে। ৬। উয়িন অমম্বং থান কৌবা উগী মচি ঙ.ক্না ঙায়ব, উনা কোয়শিনবা লম।

তোরয় নমসাংমাদি খোইনোম লাইরেমনা ॥ [১]মালেম লয়ফনবী ॥ কোরৌ অপূবাগা [২]মমোম হুয়েল লালহৈমা ॥ থাগী লানচৈ স্থূবী ॥ কালিকা অথোবী ॥ লাইচা মহিথেনগী থানিং মিকৌথংলকএ ॥ লয়রায় মুংবীমাদি য়াওরৈ লয়য়াথি ॥ থুনকাম লয়নামুং ॥ তাউতং সাংলপুং ॥ মোইতং ফূয়নাপুংনে ॥ হিথেল মদাইমাদি [৩]নৈতেংঙ্ সেন্দবী খংগেম্বা ॥ থোংলেন মখূৎফানে ॥ তাইপোং থুনঙমপোং ॥ সীংমিৎ লাংকম ফানা-থোং ॥ থোংলেন য়াইথু য়াইনে ॥ কংলৈ মদাইমাদি ॥ বাংথৈনাকপা মাওম্বা পূংলেন মখূংফানে ॥ হুয়েল লাননিগীদি বেগে মোইরাং [৪]মুবা কৈমান অথোববু ॥ লয়মু সেংতাকনানা ॥ অহোঙ য়োইথোনপুনে ॥ পুংলেন নাহৈমাদি ॥ [৫]মৈতেংঙ্চা সানোংবা লাললুমঙম্বা পুংলেন মখূৎফানে ॥ হুয়েল লাননিগীদি সেংমু অবাংবা ॥ কাইবী লমকন য়াঙববু ॥ লয়ংৌ সেংওইনানা অহোঙ য়োইথোনপুংনে ॥ মোংবা মদাইনাদি থাংো লমমরু ॥ লাইথোং লমমাঙন্নে ॥ মোংবা তুথুপ-মাদি তুরেল লাংগৈপুং ও কৌবদি ॥ থেবা নাহাকপা মংমামলোন মোমলাংতাউ অতাউবঁচানা ॥ [৬]চৈরৈ মকা ফোংববাগী ॥ কংলৈ লমনা ওললে ॥ [৭]লেনলৈ খেরাংথাং ॥ [৮]বানচেং বাইকুপতাউ ॥ [৯]পেঙবা লুরোই-কা ॥ ঙাবা থূৎপুন গোংববু ॥ লয়কু লয়রায় মুং ॥ [১০]কাউসুম কাউরালক্তা সানথুপলে ॥ থাবা সোকচোংবনা ইদাইরেম য়োইরেন লাংকোনচুম্ব-ও ॥ নঙবু খোমলেন মঙজঙলাউ-ও হায়খিএ ॥ য়োইরেন

১। মালেম নৈবাক নৈমা ওইবী। ২। মচাইবেম্মা লানগী মবেম্মা। ৩। খৃংগী কুম ১৫১৭ তগী ১৬৫২ ফাওবদা পানথিবা মৈতৈ নিংথৌ। ৪। মোইরাংগী মুবা কৈমান কৌবা লান্দা থোববু। ৫। মৈদিংঙ্ খাগেম্বগী মনাও শানোংবা। ৬। চৈরৈ কি শেৎনবা বাৎপদগী ( শেত্তবদগী ) ৭। ঙামাব মরাঙ হৌনা। ৮। ঙাকুপ ময়াম তাউবগুম্না য়াম্না মথি ফোংবা। ৯। পেঙবা কৌবা ঙা মমাম্না মকোক কুক কুক ঊমনা কারকপা। ১০। তুরেলদা তাউরক-ছুনা পৈশিনবা নাপী-শীংবী অকং-অরাক মরক্তা।

লাংকোনচুম্বগী খোমলেন মণ্ডলানচান্দা ॥ খোইমোম লাইজা য়িমাবাগা ॥ খোমলেন মণ্ডপাউ চেল্লমএ ॥ য়োইরেল লাংকোনচুমব-ও ॥ খেবা নাহাকপা মমোমলোন ॥ মুসিনলোং অসীনবীনা ॥ চৈরৈ মকা কোংবগী কংলৈ লম্না ওললে ॥ কংলৈ লমতাইও হায়খিও ॥ [1]খাবা সোকচ্রোংবা ॥ কংলৈ লৈবাক মপানা [2]কোনথা য়াইথাইএ ॥ চকক্নি লমহমএ ॥ [3]য়েক্সম লৈপীএ ॥ খোমলাং চোইনা তাইএ ॥ তেকপি ওকলাংমৈনা কংলৈ লমদাইববু ॥ তেকপি ওকসা পৈববু লাংলমএ ॥ অহুঙ্গং মতোমতে ॥ ভাংঙোই য়োইমোংবনা চীংঙ্ নোংথৌ সয়ারেন্দা ॥ মোংবা মচল মেহু লৈএ হায়না [4]চিলহাঙৈদা ॥ [5]লাংমৈ পুংলেন চিননা ॥ [6]মেহু সাববু থুয়োনথঙৈ ॥ তুবি মলাংমৈবু লাইজা য়িরোনহুংগী তাউথৎলকএ ॥ তুরেল লাংমৈপুং-ও কৌএ ॥ অহুঙ্গং মতোমদে ॥ হৈরেম কাংহৈনু লেমলৈ ভাতঃ পাস্বী ॥ মপারী [7]মুংপাল য়াংহনবা ॥ লীরী তেনতোং সেনবগা ॥ [8]লুরাং য়াংথুবা খাচম্ লীকোকপাকা ॥ থৌরৈ বারংবাইনে ॥ লংমাই ইলুরাই উসা মৈপুংবাইনে ॥ তাউচিং হৈবোংপোক ॥ লেমলৈ ভাবা তাগী তুরেল লাংমৈপুং-ও তৌনা কৌএ ॥

অসাইহৈঙৈ কংলৈ লৈবাক মপা ॥ খাবা সোকচ্রোংবনা কংলৈ লমদাইরকপদা ॥ লেমলৈ খেরাং-থাং ॥ ভাবা খুৎপুন চোং ॥ বানচেং

---

১। কংলৈ লৈবাক্কী মপু ওইরবা। ২। সন কোনযাই লুপা কোনয়াই হল্লমএ। ৩। যেক্সম কাংগ থিন্নুনা ঈরাং থৌনিএ। ৪। ওইদবা ব্র হায়রুক্তৈদা। ৫। উচেক লাংমৈগী মহু অহু কোক্ত থেৎনা। ৬। মচল ভুপী মেহু কোৱী লৈহু লৈত্তববু লৈ হাযহনা মেহু শারপা থোং লাম্নকপদা নাহবদগী। ৭। লুরাংগী লহৌ লংজাবগী মচা অহল। ৮। লাহৌ লাজাবগী মচা অতোবা য়াংথুবা—মচিন মনাউ অনী হংজাইনদবগী মনাওনা ময়াববু কু মঙ্গংদা হাপলগা তুরেন্দা থাদরক্তুনা ঈথাইদা লৈমা কুমজরেন্বীনা ময়াম্বা য়াংহনবনু লোকখি—মচা অমা পোকখি, মচুবোক্র য়াংহনববু হাৎখি।

বাইকুপ তাউনা ॥ পেঙবাপু ফৌরকলে ॥ [১]হৈরেম য়িনস্নুবীনা য়িনস্নুইএ॥ [২]খুনচান লোংহাইবীনা লোংতাইএ ॥ [৩]লেমলৈ চীপুং-শা ॥ বানচেং চীগা পৈরে ॥ বাকয়ৈ হিনা হোনগে হোনঙমদা ॥ সমু খোঙনা পুগে পুঙমদে ॥ তমফা কোরৌ অবাংবীনা ॥ মকে হাথানা ॥ খোইয়া লোঙচুমনরকানে হায়বগীবু ॥ [৪]কোঙয়াং মচয়স্নুবু খায়না খল্লম্এ ॥ **কংলৈ ব খায়কোন-ও** কৌএ ॥

হিথেল মদাইমাদি কোংবম অথা কোংয়াম্বনা ॥ খরায় চাংদোল-খল ॥ সোয়রেন থমখাং লৌনা সোয়হোঙএ ॥ মোইবুং মবিল ফাং-তবনা লুনিঙ হুকএ ॥ লিকোল সায়া মান্‌বনা ঙাখা-ওই ॥ কোরৌ নোংলুপাননা ঙানোয় সাইএ ॥ মালেম লয়স্না অঙাংবনা। সারেং সানা চোয়নৌ সনা সেনগী তেংকোংতা ॥ লেমলৈ ঙাতুংনা ॥ [৫]নোং-পোক কোরি সেন্‌না-নাইবনা ঙায়ানানা সোয়হোঙএ ॥ অথা কোংয়াম্বনা সোয়হোঙবাইনে ॥ লয়চোল মহিথেননে ॥

হিথেল চংলৈমাদি ॥ [৬]মৈতেংঙু পোইরৈ খুনচাউবনা ॥ [৭]য়োই-ময়াই তাউতনববু য়ুকৌপুংনে ॥ কংলৈ মদাইমাদি ॥ [৮]মৈতেংঙু তেস্নহৈবনা ॥ হৈরেম খুনচান খেংগে হায়ঙৈদা ॥ চোয়নৌ সনা খোমসাপুংনে ॥ কংলৈ মখলমাদি ॥ মৈতেংঙু সেনবী মুংয়াম্বনা অয়াং লমথাপুংনে ॥ হুয়েল লাননিংগীদি ॥ থোংনাং খুনঙমপুংনে ॥ তেককা লাবল ফংনাপুংনে ॥ কংলৈ মদাইমাদি ॥ [৯]মৈতেংঙু চীংখোং লমকাই

---

১। হৈরেমগী উল খোনবা হুপ্না উল চিংই। ২। খুঙ্গানগী লোং খোনবী হুপ্না লোং খোল্লি। ৩। অফাবা ঙাশিংহু পৈবদা চীংগুম বাংনা পৈরে। ৪। বাগী চয়শু অহু খায়রগ খল্লমী। ৫। নোংপোক মায়কৈবোমদা শাবা কোরিগী মনা পানবা শেঙ্গাদা ঙা হংগুনা শেংয়েকম অহু হোঙখি। ৬। খুংগী কুম ১৬৫২ দগী ১৬৬৬ ফাওবদ পানখিবা নিংথৌ। ৭। কোরৌহনবা হুমিৎপু উবাৎ থৌনি তৌজবা পুং। ৮। খুংগী কুমশিং ১৩৩৫ দগী ১৩৫৫ ফাওবদা পানখিবা নিংথৌ। ৯। খুংগী কুমশিং ১৫১২ দগী ১৫২৩ ফাওবদা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ।

ঙম্বা পুংলেন মথুৎফানে॥ হুযেল লাননিগীদি॥ কোয়রেং নিংথৌ নোংলু লানথোয়াঙবু ফানাপুংনে॥ মোংবা মনাইমাদি॥ লাংঙোই য়োইমোংবনা॥ থাংঙা য়িমজাউ সাউঙেন॥ মদাইরেম সিনাই মাইকা সক্পনা॥ মালেম লৈচেংঙাবু পোকএ॥ মাসেম লয়য়িলোংনে॥ কংলৈ মদাইমাদি॥ [1]অঙৌবা সেনবী কাম্বনা॥ [2]মৈতেংঙু নোংয়িনফাববু নাউয়োকনঙৈদা॥ [3]লৈতৈ লৈমা খয়োইরোল চংনিংফাবীনা॥ অঙৌবা সেনবী কাম্ববু॥ ভুবা চাবমাংদা। বাংলৈ য়ুমাংদবনে হায়না॥ পুক্সু সঙবু অমসা॥ লযবু-সঙ অমবু সাবিএ॥ সাবি ঙাইবা য়ুকৌসঙ॥ সংনৌ ঙাইবা লয়য়ুসঙ ও তৌনা কৌএ॥ লৈকাই য়িনলুম্নবা অমদি॥ [4]নাংঙম খুন্থৌবা য়িমভাংসাংনে॥ [5]মৈতেংঙু নাউদিংখোং মঙাংঙম্বা য়াইরাংয়িমনে॥ [6]সংথুবী লমতুলোংচোঙবী বায়থুংয়িমনে॥

তোবয় নমসাংমাদি॥ খোইমেন লাইরেম্মা য়েংৎলৈমা সায়াগু॥ খুনবী সলাইহন॥ লাইঙা মহিথেনগী থানিং নিকৌখৎলকএ॥ হিথেল চংলৈমাদি॥ সিনাই নানি লোঙবনা॥ ভুবি য়োইনোংতা নোংতা লাইরেল পাথংবগী মদাইরেম॥ [7]কোন্দে খুৎচুমমায়॥ সিনাই মাইকা সকপা সঙলেন য়াইনে॥ চীংঙু নোংথো সরারেন॥ বাংলৈ য়ুপানহনবা সঙলেন য়াইনে॥ [8]মৈতেংঙু হিতামস্থ পুনসিবা সঙলেন-

১। অঙোম নিংথৌরোল ১৯ তবা। ২। খুংগী কুম ১৫২৩ দগী ১৫২৪ গী মতম চটী ১ থক নিংথৌ ওইরমনি। মহাক কম্বাল তোংখিদবা মরম্মা নিংথৌরোল লম্বুবদদি মিং চম্লমদে। ৩। খুমন চম্ব মহারাণী চংনিংফাবী কৌবীনা। ৪। অঙম-অথৌশিংগী পুনকম য়ুম অশাংবনে। ৫। খুংগী কুমশিং ৬৬৩ দগী ৭৬৩ ফাওবদা পানখিবা নাউখিংথোং নিংথৌনা মাই থৈবিকপু উরাংনকম্নি। ৬। অচবা হুপী নাহা ১দি লমদগী লাকপীশিংগী থুংকম শঙনে। ৭। নোংদা লাইরেন পাথংবগী মাইবা। ৮। খুঃ কুম ১৪০৪ দগী ১৪০২ ফাওবদা পানখিবা নিংথৌ।

য়াইনে ।। মদাইরেম তেংমাইথিনবা ॥ নাথাঙ সিলহৈথোইবা ॥ অরিকথুবা পাংখাইচাম্বা সঙলেনয়াইনে ॥ থোংনাং ময়াং অফেরা-চা থাঙয়ানকনবা ॥ [১]ময়াং মাইবা সমলোইবা ফানাসঙনে ॥ তোনবী থুনঙম্সঙ ।। হুয়েল নোংয়িনপু অথোববু মোইমিং লয়চু-সঙনে ॥ তুবি কোয়চা-য়েক ॥ লাইবেল য়াংয়িসোনবু তম্না ॥ থাংজা য়িনলাই থিংন-সঙনে ॥ [২]খুনবী নোংলৈসনা ফৈথিংসঙনে ॥ নুসাই নিংথৌ হুয়েল লানম্নিংনাইববু ॥ লৈখাম তরৈ য়াননা হেনমোই-সঙনে ॥ তাংখুল অমে খুৎপীলোঙবা মচুইলোং লুকা চিনববু হোংন-সঙনে ॥ নাইফা তুসাংয়িননা থানিং মিকৌথৎলকএ ॥

লয়রায় মুংদিমাদি ॥ থোইমোম লাইরেমমা ॥ মানফম লয়তক্পী কোনফম লময়েংবী ।। থোইমোম ফৈতেনবী ॥ অয়াং লমচেন কন্দবদি ॥ হৈনা য়াংমুরাইনা চিংথুরাইনে ।। অয়াং লমচেল য়াঙবা ॥ ফৈরা তানা কনবদি ॥ [৩]সয়েঙ পানকা লাকনা চিংখৎরাইনে ।। থোইমোম লাইজা মঙিথেনগী রাক্মানা ।। [৪]তেরয় নমসাং ইননা থানিং মিকৌথৎলকএ ॥ হিপেল চংলৈমাদি ।। য়োইবু থোইমোম লাইরেমমা ॥ তেককা তেকপা মথক্কা ॥ তেককা য়িসিং য়িপুবী ।। [৫]নৌগ-নৌগা মথক্কা থৌতু চেংজা নুংননবী ॥ মুংনাং লকা য়াম্মী ॥ থৌত্ত মুংমায়হেন ।। [৬]লাইজা পাসানবী ছিথেল মতারম ।। [৭]লয়রায মকারম ॥ লাইজা মহিথেলগী থানিং মিকৌথৎলকএ । হিথেল মলাইদি ।। চিংবীলৈমা থোংলেন-য়াই ॥ নোংবালপোন ফুঙম্বী কাতৌ নেনবী ॥ য়োংখু চায়বী সনফু থোঙতোংনা ।। নক্রুম নেৎচৎয়ানবী সাফু ঙম্বী লাকথোং-থানে ।। কংলৈ

১। ময়াং কাছাড় জিলেট লমগী মাইবা শংলোইবা। ২। নোংলৈশং পাথৌনা ফৈনা থিংবা শঙনি। ৩। মপাথেম লাক্না চিংখৎনথিবা মফমনি। ৪। তুরেলগী তুখুল মতুং ইন্না। ৫। তনৌ-তনৌ লৈবক্লীম্ মথক্কা। ৬। টঙিদা টক মায়তা তৌজবী। ৭। তুরেল লয়র.য় কাফম।

মদাইমাদি [১]নোংবাললোন থিংবাঙম্বী পুংলেন মখুৎফা॥ হুয়েল লাননিগীদি থিংবাচোং অচোংবা [২]খুবোম য়াইসি লোনবা॥ [৩]খুদাং য়াইচাউ খুবা॥ [৪]য়াইনম মসীং সুববু ফানাপুংনে॥ কংলৈ মদাইমাদি॥ খাংপক য়িতাসঙ চিনফু-মায়ভাফমনে॥ কংলৈ মদাইমাদি অয়াং-চায়ালোই॥ লেমথোংচা পাখংনা চাদ-য়েলহেন থোইন॥ অয়াং মৈগাকোয়॥ তিংখং মায়ফু-তয়॥ খাবা খেকবাই হৌনা [৫]নোয়না ঙমদমফমনে॥ কংলৈ মদাইমাদি॥ [৬]মৈতেংঙু নোইনাই খুনমোম্বা॥ অহোঙ য়ুনৈফমনে॥ অদোন মোইবুং লোকপা থোংপুচা কোইঙম্ববু॥ লয়মু সেংতাকনানা॥ পামেল উথিলপুংনে॥ [৭]মৈতেংঙু মুয়ামফাবা অহোঙ য়ুনৈফম॥ হুয়েল লাননিগীদি॥ কমপোং পায়া পোংসিন তয়ববু॥ [৮]তলহাউ সাইতানানা॥ পামেল উথিলপুংনে॥ [৯]মৈতেংঙু সেনবী ক্যাম্বা অহোঙ য়ুনৈপু॥ হুয়েল্লিগীদি খারি নিংথৌ লোৎকম্ববু॥ লয়মু সেংতাক্লনা পামেল উথিলপুংনে। [১০]মৈতেংঙু সেনবী মুংয়াম্বা॥ অহোঙ য়ুনৈফম॥ হুয়েলনিগীদি পুংপুননিংথৌ কনোংসা॥ খারোই নিংথৌ মরোং য়াংলৈ অথোবা॥ তোনবী নিংথৌ বালোং খোংদোবা॥ মোলয়োন (মোয়োন) নিংথৌ য়ুরুম্বা লালুম্বা॥ ললহাংনিংথৌ অপুং লানম্মিংনাইগা॥ লালু থারোন নীকনা॥ পামেল উথিনপুংনে॥ [১১]মৈতেংঙু সেনবী থাগেমবা॥ অহোঙ য়ুনৈফম হুয়েল লাম্লিগীদি॥

---

১। মৈদিংঙু কবোম্বগী য়াগী। ২। খুবোমদা থোঙ শোক্তনবা অমদি চোং-ফনবা মতমদা পাক্লল লৈননবা খুবোম কয়নবা হাপ্পা খুবোম য়াই। ৩। খুদাংদম্ব থাঙ তাগী লাম্পা শোক্তনবা হাপ্পা খুদাংয়াই। ৪। খুবোময়াই খুদাং য়াই হাপ্পা অকনবা মীশিংবু। ৫। জগোয় শাকমনে। ৬। খুংগী কুম ১২৬০ দগী ১২৭৮ ফাওবদা পানবা নিংথৌ। ৭। মৈদিংঙু খুমোমবু মুয়ামফাবা হায়নম্ব শৈথানৈ। ৮। তলহাউ উনা মুবগী শাই তাথনৈ। ৯। খুংগী কুম ১৩৬৭ তগী ১৫০৮ ফাওবদা পানখিবা নিংথৌ। ১০। খুংগী কুম ১৫৬২ দগী ১৫৯৭ ফাওবা পানখিবা নিংথৌ। ১১। মৈদিংঙু মুংয়াম্বগী মচা ইকুংঙো।

তখেল নিংথৌ অরাইচাম্বীয়াবু ॥ লয়হৌ সেংওইনানা পামেল উখিল পুংনে ॥ [১]মৈতেংঙু পোইরৈ খুনচাউবা ॥ অহোঙ য়ুনৈফম ছুয়েল লাম্নিগীদি ॥ মফো নি থৌ চামপিরেং ॥ সাচুন নিংথৌ খোইয়াংবা ॥ ওকগ্রূল নিংথৌ খোইফুরাংগা ॥ লয়মূ সেংতাকনানা ॥ পামেল উখিলপুংনে ॥ কংলৈ মদাইমাদি চৈরৈ লোননাউ লেম্বা চনু নোইনু থুমসাপুংনে ॥

মোংবা মদাইমাদি ॥ ঙাংঙোই য়োইমোংবনা ॥ [২]মোংবা সানান তানথৈদা ॥ সাতুক-সাঙাঙ তোকপা কাম্বা ॥ ওকলেন লাইরেন য়াওনা ॥ য়াওরো সাসীং চামমা স্থনা য়াকাফমনে ॥ [৩]খোকলাং তানা হাইবদা মনূনফম্ ॥ [৪]মোংবা য়োইসা কাইনে ॥

হিথেল মদাইমাদি ॥ [৫]মৈতেংঙু নোইনাই থবানথাবা ॥ বাকয়ৈ হিকাবম ॥ [৬]লাইরেল খুৎতৈ মায়তৈরমনে ॥

লয়রায় মু বিমাদি ॥ [৭]মৈতেংঙু সেনবী খাগেম্বনা ॥ থোংলেন অমা নেমনা সাবদি ॥ [৮]পোইরৈ খুন চামনা ॥ [৯]তয়ম নাই চামমানা চৎনস্থনো ॥ থোংলেন অমা বাংনা সাবদি ॥ চীংলেন নোংদাই নিংথৌ ॥ থোংনাং লোইচা খোমবগা ॥ মৈতেংঙু সেনবী খাগেম্বগা লোন্নখিএ ॥ [১০]তনমূ চানেৎনা তলহাউ খোঙকাননানা থোংসাইএ ॥ মুংয়ে খুন-ঙমথোং ॥ থামুং মিংনাইবা যানাথোং ॥ থোংলেন য়াইথু-য়াইনে ॥ খাবা লাংথংচানা ছুংঙলা তৌসুফম ॥ পোইরৈ অসৈফম ॥ বাংঙম

১। খৃঃগী কুম ১৬৫২ দগী ১৬৬৬ ফাওবদা পানথিবা মৈতৈ নিংথৌ। ২। শজি, শঙাই তানবা মতমদা। ৩। তংখোক্তা পাযবগা তা চোংছনা হাইবকপদা শিনথিবা লম। ৪। অফাবা শায়াম শৈফমনি। ৫। খৃঃ কুম ১১৯৫ দগী ১২৩১ ফাওবদা পানথিবা নিংথৌ। ৬। মৈদিংঙুগী মখিং মমাম মথুং মশা হামফমনে। ৭। খৃঃ কুম ১৫৯৭ ডগী ১৬৫২ ফাওবা পানমবা নিংথৌ। ৮। মৈতৈ খুঙ্গং চাম্বা। ৯। মীনাই মীশল মনাইশিং চাম্বনা। ১০। তনমু কৌবা উনা।

তেংথাফমনে॥ কংলৈ মদাইমাদি অয়াং মৈনেৎফমনে॥ [১]মৈতেংঙু পোইরৈ খুনচাউবনা॥ মহৌ লাইহুই চীংগী লেংচেং মিংনাইবা ফানা-পুংনে॥ কংলৈ মদাইমাদি॥ মীউলাক লমলোইফমনে॥ [২]মেরা কাওবেন সনতুফমনে॥ তরং লৈমচা॥ লৈরাং মস্থু ওইবা॥ সনথিল তেংমায থিনবনা॥ চৈরৈ লেরে-ফৌ॥ হাংকু তাংখম-খুৎ॥ কায়রৈ যেনকু থীংফবা॥ খুমু লুমথিৎ চনফবা॥ [৩]লাংবল কাওজিল লোন-যবা॥ হেম্বা চীংসাং লালহৌফিবু॥ [৪]চৈরৈ পাইথু লেংয়াননানা॥ মবোং চৈতম্ফম॥ অমাই খোংফাং-লেং॥ সনচি নারেং-য়ৈ॥ চেপপি ফৈনা হাই॥ হেকঙাই মপাউ চাউ॥ [৫]খিংলৌ মথি-নাই॥ কুরাউ পনগা য়ৈনা মিকোনফমনে॥ কংলৈ মদাইমাদি॥ [৬]নো ব'ললোন স্থমলৈমা॥ লাইরেল মপারী [৭]লোইতোংববু নাউয়োকসঙ॥ মদাইরেম লোইয়ম মকুতক্পা॥ থাবী তেংমাইথিনবনা॥ [৮]কোরৌ মচিলাৎ॥ [৯]রাংবল মনৌ তাইনাফমনে॥ সোয়সিৎপনা সোয়য়াবনা॥ অমেচানা অমেরোংনা চুপলেন অমা তাই॥ [১০]সরা লয়ফু কাসা লাং॥ পথোন পারাক সা॥ চীংলোন তমলোনস্থং॥ থবী থবা-লাৎ॥ কারাং লাইবা-তাই॥ লৈমা পুনসি-নি॥ [১১]স্থকনি সোয়নিফমনে॥ [১২]উশোই চিরাৎফম॥ হুয়েল লাম্লিগীদি খোয়বা লাংগোনস্থ॥ তোনমু

১। খুংগী কুম ১৬৫২ দগী .৬৬৬ ফাওবদা পানথিবা নিংথৌ। ২। মেরা থাদা মেরা হাউচোংবদা চাংগী মীনা চানবা শল হাৎফম। ৩। লাংবল থাদা কাঙ য়ান্না হৌরকপা। ৪। কিলা শাবা খাউ মচা পাই অহু লেংবাক্সা য়ান্নহুনা। ৫। কহি কলাউ থোক্লা। ৬। অতোম চহু ওইবী মৈদিংঙু লোইতোংবগী মমা ইবেম্মা নোংমাইথেম নিংতোল। ৭। মৈদিংঙু লোই-তোংববু অঙাং ওইরিঙৈদা য়োক্লকপা শঙ। ৮। কেংরৌ থক্তা লৈবা ঊশিং মচি ওইববু লাৎপা। ৯। অরাংবদা লৈবা নৌংরবা ঊশিং ইনৌ। ১০। লয়হু লয়রায়দা লৈবা ফত্তবা লাই-তিনবু ঊরাৎপা। ১১। চাদা নাউদা নিফমনে। ১২। অনৌবা অঙাংবু চারি শমথনবা লাৎনফমনে।

নাউখোংচা ॥ অদোন য়াইথিবা কোকমারোং হিনাউবা ॥ তেকপি ওকসাবা ॥ কাওরেন সনসাবা ফানা-সঙনে ॥ কংলৈ মদাইমাদি ॥ কাওরেন সনলুকংবু ॥ লৈখাম তরৈ য়াননা ॥ সমু খূৎতা শূনা নোয়না ঙমদমফমনে ; হাওরিনা হাইতোন্না ॥ য়েনখোঙনা য়েনসানা ॥ মন্নুংলীক মুংদা য়াননা ॥ [১]কোরৌ চিল্লকপা ॥ [২]বাংবল মংলকপবু থামনফমনে ॥ থামেন নোংকপফমনে ॥

মোংবা মদাইমাদি ॥ খোইয়ম লাইয়িংথৌ ॥ চীংলেন নোংদাই নিংথৌ ॥ থোংনাং লোইচা খোমবা ॥ সিঙলেন লৈচা হেকপা ॥ নোংচুপ কোঙয়াং ঙস্বা ॥ উরেন নিংথৌ লাংকা ফাবা ॥ লকা ফম-চাউবা ॥ [৩]মাইবং চীংমাঙনগী হুয়েল তোক্‌মাচংফাবগা ॥ মসানৌ চীংলেন নোংদাইলৈমা ॥ থোংনাং লোইচাখোম্বী ॥ সিঙলেন লৈচা হেকপী ॥ নোংচূপ কোংয়াংঙস্বী ॥ [৪]মোরা অতোনববু ফম্‌ফম্‌নবী ॥ লকা ফমজাউবী ॥ পানবা কৈচেংলাং অঙৌববু খুনেৎনবী ॥ ফানা লানয়াম থাবী ॥ হুয়েল লখিসিংফাবীগা ॥ থোংনাং য়াইবীলৈমাগা ॥ সারংলৈমা ঙাইখোম্বীগা ॥ [৫]য়িরীক লৈমা য়িকোন চাইবীগা ॥ খোইয়ম লাইয়িংথৌগা ॥ [৬]ফুরা লাইয়িম-সা ॥ চোয়নৌ লাইওইনানা পান্‌ফবাইনে ॥ চেংলৈ বাংকোনলেন মেনম্ হৈচোংপোক ॥ খোইয়ম পুংলেন মথুৎফানে ॥ হুয়েল লাননিগীদি [৭]ঔবা লালুফৌ ॥ হুয়েল তরা সুনা ফানা পুংনে ॥ খোইমোম সঙলেন মথুৎফাদি ॥ হুয়েল লাম্নিগীদি ॥ তুখিসা নিংথৌ অরজিৎকা ॥ লৌফোং নিংথৌ ফানা-রেঙগা ॥ [৮]কংলা সঙচিমাদা ॥ লয়মু সেংতাকনৈএ ॥ থিংক্রুম নিংথৌ

---

১। কোরৌখম্বা বুঙনা পাইরকপা নোং। ২। অবাংবা অতিয়াদা মংলকপা নোংবু। ৩। কাছাবগী মায়কৈদা লৈবা মাইবং চীং অঙখদা লৈবা। ৪। শগোল মোরা। ৫। ঈশিংগী মবেম্বা ঈরাই লৈমা। ৬। লাই নৈনবা ফুরা লাইশঙ। ৭। লাম্দা পুরকপা ঔরাগী মী মকোক ফৌবা। ৮। কংলা কোম্নুংগী শঙগী মচি অমদা।

কারেংগা ॥ মুমচিন নিংথৌ থমলাংবগা ॥ কংলা সঙচিমাদা ॥ লয়হৌ সেংওইনৈএ ॥ ময়াংনিংথৌ তেককারাচাকা ॥ য়িতোক নিংথৌ চাই-রেমপুগা ॥ লয়মু সেংতাকনানা ॥ কংলা য়ুমচিমা থানৈএ ॥ [১]তখেল নিংথৌ যসমনিগা সোংসোক নিংথৌ লামচি লানথোয়াংগা ॥ কংলা সঙচিমাদা লয়মূ সেংতাকনৈএ ॥ ঔবা নিংথৌ ওমবারাচাগা ॥ ময়াং নিংথৌ প্রতাপ নারনগা ॥ লালু কোকসোকনানা ॥ সঙলেন ময়ায় খাংখকৃপদা ॥ লয়মূ সেংতাকনৈএ ॥ নোংফৌ নিংথৌ পোংলেনপুগা ॥ তখেল নিংথৌ লৈখাম্বগা ॥ মোইমিৎ লয়চুনৈএ ॥ লাংতে নিংথৌ থৃৎকাবগা ॥ মরিং খুনবীলোককী অমোফম মরিংববু ॥ তরেৎ সেন-য়াননৈএ ॥ পাইখু নিংথৌ লোনথাঙগা ॥ চকলৈহাই মনিংথৌ ॥ হুয়েল চাখুরেংগা খুচাই চামমা লৈনৈএ ॥ তঙান নিংথৌ হোংলেংবূ ॥ সেরি য়াঙতেক্লৈএ ॥ ঔবা নিংথৌ সিংকাপোন ॥ [২]তখেল নিংথৌ মানিক্কা ॥ [৩]চৈরৈ ফিরাল থম্ন-সঙ ॥ লাংগোই সগোল খুমিৎ তাঙবদি ॥ তাইরেল নারোঙবিচা মস্থংতম্না নাহাইনৈএ ॥ তুখাই য়াঙয়িবদি হুইমূ তম্না য়িমতাইনৈএ ॥ খোইয়ম লাইয়িংথৌদি ॥ [৪]চেংলৈ বাংগোললেন্দা চোয়নৌ সনা মপাক সানা পানফবা ॥ হিথেল মতারম ॥ লয়রায় মকূম্লম্ ॥ লাইজা মহিথেননে ॥

মোংবা তোরয়মাদি ॥ [৫]মৈতৈ লৈমা নোংবাললোন লিনথোই-ঙম্বী ॥ য়াওরৌ সায়াথোং ॥ খোংলেন হেমতৌ তাইনে ॥ কংলৈ মদাইমাদি ॥ [৬]লাইত্রা ফৌ-কৌফম ॥ [৭]খুই তৌস্থ-বাই ॥ তুবি য়োইনোংদা নোংদা লাইরেল পাথংবা ॥ [৮]কোরৌ নোংগারম ॥ কংলৈ

১। ত্রিপুরাগী নিংথৌ যশমণি। ২। ত্রিপুরাগী নিংথৌ মাণিক্য কৌবগা। ৩। ফিগী ফিরাল থম্নতুনা থেংনবা শঙ। ৪। চেংলৈ (কংলৈ) লমগী চাবোক-শঙদা। ৫। মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বগী বাগী। ৬। মৈদিংঙু নোংদা লাইরেল পাথংবগী বাগী লাইত্রানা ফৌ-ফৌবা মফম। ৭। খুই কৌবা মচানা লুরাং তৌনা তম্না হাৎপা মফম। ৮। শিখিবা মফম।

লৈময়ক মখিবা সনবাইবদি কানারম ॥ নোংচেংচাদি মাইয়্রিবা তম্নরম ॥ মোইচু নাগা অপানবা থোকনারম ॥ [১]মৈদিংঙু পুনসিবা ॥ খাকী খুনঙমপুং ॥ লালু চামঙা থাগ-থানা ॥ বায়রা তেনথাপুং ॥ [২]মৈতেংঙু সেনবী খাগেম্বা ॥ পুরুম খুনঙমপুংনে ॥ [৩]কংলৈ মদাইমাদি খাবী চারনতাবীনা ॥ কোংয়াং লাংকোম ফান্ ॥ ভৌতোন মিকোনখোমবু থাওম্নরা অসৈ খোনফাং লেংবনা ॥ মথক লেংদা থোংনা ॥ সচি লাং-কাপপি ॥ মাঙবাই তুংবাইবীনা ॥ [৪]কমবী থাদা-কোন ॥ বাইসেং ফামনা ঈক্ ॥ [৫]কমবী মৈগ-খু ॥ ওকয়াদা মৈচমবু থারোননানা মিকোনফমনে ॥ থানলৈ মখলমাদি নিংথৌরেল সেনবী তেখাউঙম্বা ॥ খোইমোম লাইনিংনবা ॥ তুবি চরাইরোংবা পুংলেন মথুংফা ॥ অয়াং লমতনপুং ॥ হুয়েল লাননিগীদি ॥ লৌতৈ খুনঙমপুং পুংমায়রেং ফানা-পুংনে ॥ কংলৈ মদাইমাদি ॥ [৬]মৈতেংঙু লোয়য়ম্বা চেঙজা হুংকোইবী ॥ সেনলৈ মানতে য়িয়ামুং ॥ হুয়েল লাননিগীদি সমচেৎপী উকাবা ॥ কাতনবী য়োংহকপা ॥ নমু পোংসাবী পোংসাবা ফানাপুংনে ॥ [৭]লোইবী চীংবু লৈবা হেমবা তমবু থনবগী ॥ [৮]তাঙজা লুরেনতোনন লোইহাফমনে ॥ কংলৈ মদাইমাদি অয়াং লমথোকফমনে ॥ [৯]সিনৌ-পানফোকম ॥ [১০]মৈতেংঙু লোইনাই থবানথাবনা ॥ ওকলেন চানা-পুংনে ॥ [১১]সেনবী মুংয়াম্বনা মুংয়েং খুনঙমপুং ॥ কৈতোংথম

১। খৃঃগী কুম ১৪০৪ দগী ১৪৩২ ফাওবদা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ। ২। খৃঃগী কুম ১৫৯৭ তগী ১৬৫২ ফাওবদা পালমবা নিংথৌ। ৩। কংলৈ লমগী লমদম অমদি অমাইবী ওইবী নিঙখিবীশিংনা। ৪। মৈ হোনবা কম্বীবু মাঙদ নপশিন্না পুক্লুনা। ৫। কম্বীদা মৈথু কাহল্লম্বুনা। ৬। খৃঃগী কুম ১০৭৪ দগী ১১২২ ফাওবদা পানখিবা মৈতৈগী শিলম য়েলমবা নিংথৌ। ৭। চীংদম তমদম থম্না লৈয়বগী। ৮। মকোক অককপা পুরক্পনা লোই হারফম। ৯। লশিং কৌফম। ১০। খৃঃগী কুমশিং ১১২৫ দগী ১২৩১ ফাওবা পালমবা মৈতৈ নিংথৌ। ১১। মৈদিংঙু মুংয়াম্বনা মুংয়েং কৌবা খুনবু ওমলকপগী থোনবা পুং।

ফানাপুংনে ।। পোইরৈ খুনচাউবনা ।। খুনলাং খুংঙমপুং থোংলেনবা ফানাপুংনে ।। কংলৈ মদাইমাদি ।। লুবাং থোক-বাপোক চেংঙাপাননে ।। থিকনেম কাইবরম ।। লাইজা য়িনিফম ।। তরা চানিফম ।। সারু নোংকাবাই ।। অউপপা মালম লয়হম্ফম্ ।। অরোংবা কোরৌ নোংহামফমনে ।।

মোংবা তোরয়মাদি ।। মৈতেংঙু লোইনাই থবানথাবনা।। নোংচুপ মরোং চাচিনহৈবো ।। মিচা সেম্বা হুইলোং তাউবা ।। অহিং সুবা সনমা ফংবা । নোংথিল সুবা নাইমা ফংবা ।। হাওবা থিকপা লানথৌ য়াং ।। হুয়েলনা খুংনা খুবা ।। মোইকাই মচল ফেলোং তাউবী ফানাথোং মৈতেংঙু সেনবী থাগেম্বা ।। [1]তিমেন তাচামথোং ।। [2]থোংনাং ময়াং পারা ফানাথোং ।। নোংচুপ মরোংথোং ।। থোংলেন হেমতৌ তাইনে ।। কংলৈ মদাইমাদি ।। [3]মৈতেংঙু সেনবী মুংয়াম্বা ।। চামলৌ লায়াংপুং ।। হুয়েল লাননিগীদি অনাল লৈমা ।। থারোন নিংথৌ চনু লৈমা সুমকেংনু ।। কংলৈ থাঙয়ানপুংনে ।। হিথেল চংলৈমাদি ।। [4]ভাংভোই য়োইমোংবনা চীংঙু নোংথৌ সন্নারেন্দা ।। মচল মেনু লৈতববু মেনু লৈএ চিলহাঙৈদা ।। [5]মোংবা খুয়োনথরে ।। অহুনোংগীবু মোংবা খুয়োনথোং মচল মেনুথোং-ও তৌনা কৌএ ।। থোংলেন য়াইখু য়াইনে ।। চেংলৈ মদাইমাদি ।। [6]মৈতৈলৈমা নোংবাললোন লিনথোইঙম্বী ।। মুনু খুনঙনপুং ।। মুনু লৈমা সনাপুবী ফানাপুংনে ।।

লয়রায় মুংবীমাদি ।। নোংবাল অরামপাম্বা ।। অহোঙ লানয়ানফম ।। হুয়েল লাননিগীদি ।। নোংয়াই হাওতোনচম নাইচা তপানা নাইথিবা ।। পনথোঙ থোননিশক পোই কাইবী য়োইহাংপাম্বা ।। তিমেন

১। তাদা ঊ ভৈহহু চামলবা থোং। ২। ময়াং পাক্তন্না কারকথিবগী থোং। ৩। মৈদিংঙু থাগেনবগী মপা ইবুংঙো। ৪। মৈদিংঙু তাউথিংবাংগী ময়াম্নুনা। ৫। ৰথোঙ নাম্বুনা তারে। ৬। মৈদিংঙু নিংথৌথোনবগী থৌনা ফবী লৌশিং লৈথিবী রাণী।

তাস্নুদনা খেরে কাঙখোক থৌবগা ॥ চকপা লৈমা হাওম্নু আইতে তাউবী ॥ তাঙজা সমক্ববী ॥ [1]খায়া পনসাং হেনবী ॥ [2]ফিমু নমনাক্লনা তিলৌ ইতাই লৌবীগা ॥ লালু থারোন নঁক্লা ॥ অহোঙ লানয়ানফমনে ॥ নোংবাল পুংলেন মথুৎফাদি ॥ [3]কেগে মোইরাং লাইচিংখু চুংয়াৎপবু ॥ লয়মু সেংতাবনানা ॥ লয়হৌ সেংওইনানা ॥ অহোঙ য়োইখোনপুংনে ॥ কংলৈ মদাইমাদি ॥ [4]লাইস্না য়িমনা তয় ॥ খোংপম মনাউ তিনবিচাম্বা চংনিং হেনবা ॥ পানবা নাফম্বা খুনকুমসঙ ॥ তুবি য়োইনোংদা নোংদা লাইরেল পাথংবা হিথেল মতারম ॥ লয়রায় মকুমলমনে ॥ কংলৈ মদাইমাদি ॥ [5]মৈতেংঙু সানৈরাং য়োইরেনবা ॥ তরা চাকচাপুংনে ॥ হুয়েল লান নিগীদি ॥ কুনবা নিংথৌ সোয়ফম্বা ॥ সাফু তমনা য়েকলাবা ॥ লাংহৈ তমনা ফিপানবা ॥ চীংকাপাক পানবা খোংখৈনবা ॥ চীংখ্রাউ পানবা তুংথাংনবা ॥ কাচেং ঙংলিনববু ফানাপুংনে ॥ মোংবা মদাইমাদি ॥ [6]খাবা নোংচেংথক অসৈ তেরানবাই ॥ হাইচেং লোইনাই চাক্কম্ বাইতাংলম ॥ লোইনাই য়ুসনবাই ॥ মচেং কায়রৈ সুমানবদি ॥ সারেন সাসিনবাই ॥ খাবা নোংচেংবগা ॥ কেগে মোইরাং চাউবা মেনলৈবা ॥ সাপোন সানৌ ঙম্বগা ॥ লেমলৈ অকুমসায় ॥ বানচেং অকা সোয়বু সোয়মুনলৈএ ॥ চাউবা সৌপোনঙম্বা মপারী ॥ লোকপা লায়বনা ॥ কৌবা লমমাহলদা লায়য়েংনৈএ ॥ মসানৌ চাউবা সাংবনা ॥ নোংদা চীংথল লাইমরুনা ॥ [7]হুতৈ তেনসাইএ ॥ চাউবা সৌপোন ঙম্বনা ॥ লীরী থমোয় তিংনা ॥ বায়রা তেনবাইরবদি ॥ মালেম লয়দা পাললবগা ॥

১। লৈকাই পনশাং থুংন' রেংনবদা মানা হেনবী। ২। অমুবা ফিনা থিক থা পুথ' রেংথলহুনা। ৩। মোইরাংগী নিংথৌরোল ২৬ শুবা। ৪। মৈতৈলৈমা লাইশ্রাগী অতোপ্পা মুম অমা শারগা। ৫। থুংগী কুম ৫১৮ দগী ৫৬৮ কাওবদা পানথিবা ৯শুবা নিংথৌ। ৬। থাবনা পারুদা শৈশক শৈখানবা মফম। ৭। হু তৈবা তেন শাইএ।

[1]লয়কু লয়রায় কীনথৈএ॥ কোঙয়াং ৱাদা পাল্লবদি॥ [2]কোঙয়াং কংলাং-থাং॥ [3]লাংলেন ৱাপাল তুমলে॥ পামেল উদা পাল্লবগা॥ তলা উৱাই কংলে॥ পামেল উচুং তৎনৈএ॥ ৱায়ৱা তেনথা অমৱকতি॥ [4]থাবা নোংচেংববু লুতুরে॥ মপারী সঙ্গায় তেনহনবস্থং॥ মমোম কাংগম ইচপ্লীস্থং মাখোয় অহুমমা॥ [5]ফুংকা লোঙচুম ওই॥ [6]থম-কোল করোঙ ওইনা নোংমনবাই॥ থাবা কায়নরম॥ নোংচেং হুন্-নরম॥ কেগে মোইৱাং চাউবা মেললৈবনা॥ থয়াই চাংদোল থন্॥ সোয়রেন থমখাঙ লৌনা সোয়সেন ৱাইনে॥

হিথেল চংলৈমাদি॥ [7]মৈতেংঙু সেনবী খাগেম্বগা॥ মসানৌ য়োইক্লমলোন ময়াম্বীগা॥ কোলোয় সিলহানপুংনে॥ হুয়েল লান-নিগীদি॥ [8]থোংনাং ময়াং ভীমবল ফানাপুংনে॥ খোইমোম লাই-য়িংথৌ॥ চীংলেন নোংতাই নিংথৌবু॥ মৈতেংঙু সেনবী খাগেম্বনা॥ [9]মদাইবেম তুবি য়ুমনাবা মরানয়াইদগী॥ থেমথৎনোংদা মসানৌ চীংলেন নোংদাই লৈমগা॥ কোলোয় সিলহানপুং॥ সোংস্থক খুন-ঙমপুং॥ লামু ফানাপুংনে॥

হিথেল মদাইমাদি॥ [10]লেমলৈ ঙানাপং॥ [11]ঙমু পাংলং মৈনা॥ কোৱৌ নোংনাংপাললোম পাংনা য়েংলমএ॥ অহুনোংগীবু ঙমু পাংলংমৈ-ও থোননৈএ॥ কংলৈ মদাইমদি [12]লয়রায়

১। চামথনা লৈবা লৈকুং লৈৱায়নচিংবা কীথৈ। ২। ৱা কংশিলকই। ৩। ৱাপল তুমই। ৪। থাই স্থজেংবা অহু শিনা ভাবে। ৫। ফুঙাদা থিনবা য়েংথবীগী মথোঙ ঙনা লৈবঙ্গুব লোঙজুম ওইনা। ৬। থংশিং নোংলৈ অকনবনা। ৭। মৈদিংঙু মুংয়াম্বগী মচা ইবুংঙো খাগেম্বনা। ৮। ময়াং লানথৌশিংগী লুচিংবা ভীমবলবু ফারকপগী পুংশি। ৯। মৈদিংঙু খাগেম্বগী মনাই অচানবা য়োবগী মহুৎদগী। ১০। চাপও কৌবা ঙা। ১১। ঙমু কৌবা ঙা। ১২। তুরেলগী লয়রায় অমদি।

মুংবীমা ॥ সঙলেন মদাইমাদি ॥ [1]মৈতৈলৈমা নোংবানলোন নোংমোইনু অহোঙবী ॥ মদাইরেম খোইনিং সেললোইনাই ॥ নালেম লয়রু মফম-তৌ ॥ [2]খোইরু মিতম লাকপা ॥ মৈবী তোংঙন চননা ॥ তরেৎ কোনফু চন্‌বা সঙলেন য়াইনে ॥ হুয়েন্নিগীদি চাখা তাংখুল খুনঙমসঙনে ॥ থমতোক ফানাসঙ ॥ মৈতেংঙু সেনবী থাগেম্বা থেমথ-য়োইথোনসঙ ॥ লোইবী হনতুক খুনঙমসঙ ॥ হুয়েন লানমিংনাইবা ফানাসঙনে ॥ মোংবা মদাইমাদি ॥ সঙলেন মথলমাদি ॥ য়োইবু মৈতৈলৈমা ॥ [3]মদাইরেন হিয়াঙলোই ॥ য়িমিঙলোই য়িংবেমমালোই ॥ তোংচেং নাউমৈগী খুমু নৌচাউম্বুবা ॥ পোনবী রায়রং চেকমাস্থং ওইবা ॥ মিৎয়েং নানি লোঙবা ॥ [4]লয়কু থমথেংদা ॥ [5]লয়বায় চুপথয়দবা মসেননা ॥ লেংনা তিননা য়াইসঙনে ॥ থংচি মখোকলাং ॥ খোকলাং মচয়খাঙ ॥ খোকমারোয় তাংচুমবা ॥ খোকলোই মুরাবী মবাচা ॥ পাথ লানপাম্বা লাম্তাখোক ॥ রায়রা সাপাম্বা সাতানখোক ॥ কংলা মৈচনখোক ॥ অদোন হাউচেং মোইবা চনু লনউনখোক ॥ [6]থমনৌ নৌনি লোঙবা ॥ কোঙয়াং পৌতোং চৈয়িফবা ॥ হাংতক লমফম-চয় ॥ খুকা নমলোক-চয় ॥ সিনাই নানিলোঙবা ॥ খোকলাং কামু চয় ॥ মোমনু হয়কোয় লৈয়েং য়েকথিংফবা-চয় ॥ হুয়েন লাননিগীদি ॥ বেগে মোইরাং লমমাবী লমমাচাউ ফানা-চয় ॥ চকলাই য়িতোক মনিংথৌ ॥ খুনপু লেংয়ান অথৌবগা ॥ চেংলৈয়াঙ থৌতাইসুগা ॥ থোংনাং ময়াং লাইরু কোয়গবু ॥ সবা চুমকন-থাঙ ॥ হুইলোং মিতম-য়েৎ ॥ [7]সরাক থিং-থিং থাংনা ॥ তাকলেন হিথা-চয় ॥ থোংনাং

১। মৈতৈলৈমা ওইবী নোংমোইমু মৈদিঙু খুইয়োই পোম্পোকী রাণী। ২। খোইকনা শাগদবা শেমগদবা পোৎকী কোলু হৈনবা মখি তথা। ৩। হিয়াঙ তারগদবা মনাইশিং। ৪। লয় রা অকুংপদা নত্রগা হেন্দোকপা অতোঙবদা থেংহন্দনা। ৫। লয়বায়দা থেঙদোববু থয়দোক্তবা। ৬। নৌ মতোল অনী লোঙবা (কাংবা)। ৭। মতোঙ্গা শরীক থাংবা।

খুনঙম-চয় ॥ ময়াং লানচাই-চয় ॥ নোংমৈ লীসিং লোকনা-চয় ॥ চুংগোই পৌতোং য়াননা ॥ থাঙলেন লীসিং খোমনা চয় ॥ চেকলা তুফাং খিংনফাবা ॥ [1]লৈরক খোকাই চয়বু চয়থাসংনে ॥ লমকাং খুনঙম সঙ ॥ সেনলীকপু অথোবা ফানাসঙ ॥ অনাল নিংথৌ তোনলোইপু অথোবদি হোঙন সংনে ।'

তোরয় নমসাংমাদি ॥ তুপু লৌকুমবাইনে ॥ চীংঙু লাইঙাং পানলোইলৌ ॥ লয়নুং থাঙখা লৌতম্বী ॥ [2]খানলৈ মরোরেম ॥ [3]পানবা সাচেনলম ॥ কাইবী মুংসোললৌ ॥ তাঙজা লিথাং-লৌনে ॥ হিথেল চংলৈমাদি ॥ ইরেং থাংহুৎয়াই থমলাং তাংসিরাইনে ॥

লয়রায় মুংবীমাদি ॥ খোইয়ম লাইয়িংথৌ সমা গুরাল লৈবাকী ॥ কৃষ্ণ কাহ্নাই কৌবা ॥ উচেক গড়ুর তোংবা ॥ তেংনৌ চৈপূল সূবা ॥ বাহোং মতু থেৎপা হিথেল মতারম ॥ লয়রায় মকুমলমনে ॥ মোংবা মদাইমাদি ॥ চেংলৈ হাংগোনলেন থয়াংবা পুরুমসঙ ॥ অথোবা মুকাপসঙ । চাখা য়েংখুন খুনঙমসঙ ॥ থাঙসা মোইকাই ফানাসঙ ॥ কেগে মোইরাং পোরৌ পাংখাইচাম্ববু ॥ মোইমিং লয়চূনৈএ ॥ [4]তুবি কোয়চা য়েক ॥ [5]লাইরেল মাঙয়িতমনা । [6]থাংঙা য়িমলাই থিংনা-সঙ ॥ তুবি নোংলৈসংনা ফৈথিংনা ॥ লৈখাম তরৈ য়াননা হেনমোই-সঙ ॥ খুনচাল নিংথৌ হুমচেং অথোববু ॥ য়িমচিল চাকো থোংনা-সঙ ॥ হিয়াঙলোই য়িমিংলোই ॥ মৈতেংঙুলোই লোইরেনবালোই ॥ থাম্বীঙম্বা সারামফাবালোই ॥ তেংলৈ ওন্গা মায়রোয়না ॥ [7]সরীক নিঙথাংনা ॥ [8]পাকসি চাঙৌ চিন্না ॥'

---

১। মীচমশিংবু রারক রাত্রেবা চয় অমদি মরান লৈরবশিংবু মংক থোকপা রামকৃষ্ণ শহনে। ২। খাইদগী ফরবা মাগী লৌফম। ৩। কৈরেম্না চেরবা-লায়বা লম। ৪। লাইরেনগী ময়েক তম্না য়েক্রবা। ৫। লাইরেনগী শাখেকুম খোয়রবগী মতৌ তমলহনা। ৬। লৈকাইগী য়ুম থুদিং খিংনবা শঙ। ৭। শরীক্না মনিঙদা থাংবা। ৮। অতোবা কোয়েৎ য়েৎলহনা।

থাঙলোঙ লেনথাংনা ॥ [1]য়িরাই কোংলাই তানবা ॥ [2]লাইস্থ লাইঙৌ তাম্নবনা য়াকাসঙ ॥ থংচিং মখোকলাং কাম্নুবা ॥ হুরা পৌতোং চৈয়িফবা ॥ মোমন্থ হয়কোয় য়েকথিংফবা ॥ অদোন হাউচেং মোইবা চম্থ লনউনখোক ॥ খমনৌ ঙংনিলোঙবা ॥ সবা চুমকন থাংফবা ॥ চেকলা তুফাং থিংফবা ॥ সরীক খিং-খিং থাংফবা ॥ হুয়েল লান্নিগীদি ॥ কেগে মোইরাং খাম্বী লৈমা কোংয়াম্বী ফানা-চয় ॥ মোইরাং লম্মী লম্মচাউ॥ কেগে আরে লাকাবস্থ ॥ মোয়োল নিংথৌ য়ুক্লম্বী লাল্লম্বা॥ সম্বুম নিংপৌ কোনচল লানচুঙবা ফানা-চয় ॥ [3]লৈরক থৌকাই-চয়বু চয়থাসঙ ॥ মৈতেংঙু মদাইরেম নমপোক চৈথংগী ॥ [4]বাকয়ৈ অসাং খনবা [5]খূমূ নৌরোঙ অতেন খনৃনা ॥ [6]লাইজা থাথিনপেকপানা য়াকা-সঙ ॥ [7]বাংগোন লাইনুথা হোঙ্‌ন-সঙনে ॥ হুয়েল লান্নিগীদি অদোন মোইবুংলোকপা থোংপুচা কোইঙম্ববু ॥ মোইমিং লয়চুসঙ ॥ বাংগোন লাইনুরা হোঙ্‌না-সঙনে ॥ কেগে মোইরাং খাম্বী লৈমা কোংয়াম্বীগী ॥ মথংলেন সেনতাকলেন লুখোইনা ফানা-চয়নে ॥ মোংবা মদাইমাদি বাংঙমলোন পাম্বোইবী ॥ খাবী লেংনাউমোম্বীনা ॥ মরান মুহোঙ খোংতোংলকপাদা কোরৌ নোংনস্থং খঙদবা-চেক ॥ মংলেম লয়নস্থং খঙদবা-চেক ॥ ময়ু য়াংলৌ তেরা লমলাই ঙানবা চেক্লা ॥ পামেল উতোলথকতা ॥ পাইনা-পাইনা খোংঙমহৈ ॥ অচুনোংগীবু চেংলৈ পাথংখোং-ও কৌএ॥ [8]মৈতেংঙু তবুংবনা য়াংফং খুনঙমখোং ॥

১। ঊবাই খোংজাই ফত্তবা লায়নাশিংবু তানবা। ২। লাইমু লাইঙৌন-চিংবা তাম্নবনা। ৩। লমহেন-তুংহেনবা লৈকাই খুঙ্গংগী মীশিংবু বারক বাংতেহদা ফুনবা চয় অমস্থ মথাল পীনংম ওইবা শঙ। ৪। হি অশাংবা খনবা। ৫। নৌ মতোল অংরোঙবা অংতেনবা খন্না। ৬। ঊশিং অচু মমায়দা নৌনা হুংখিল্লগা পেক্তুনা কোংপা। ৭। নিংথেম চম্থ ইবেম্মশিংনা হয়াউ ত্তম শঙনে। ৮। খৃঃপী কুম ১৩৫১ দগী ১৩৭৪ ফাওবদা পাংথিবা মৈতৈ নিংথৌ।

সোঙলৌ কৈফা-খোং ॥ খোংলেন হেমতৌ-তাইনে ॥ লৈচোল কৈথেললেন ॥ তমফা বাংঙমলোন পানখোইবীনা ॥ লয়চোন মরয়-কাইদা ॥ ঠৈরৈ লে'দোন য়াম্না য়াকাপুংনে ॥ নাইফা থানকমলেননে ॥

চেংলৈ মদাইমাদি ॥ [১]মৈতেংঙু তবুংবা মদাইরেম ॥ থিংবা নিংথৌ বাশকপনা ॥ মবান নিংথৌ থিংকোনহনবগনা ॥ মৈতেংঙু তবুংবা ইপুংঙু তাউৎ ॥ [২]মরাম য়িচীংলেনবু কাবিগুনো ॥ [৩]থিংবা য়িমথৈ ফংবিগুনো ॥ [৪]হায়না মেনাং তনবা সাখোৎথৎ ॥ [৫]সায়ি নুংদাতয় ॥ [৬]থৌত্র লেপনা-খিন ॥ চেঙজা লেপনা খিননা বারেপনৈএ ॥ মৈতেংঙু তবুংবা বারেপনুং-ও তৌনা কৌএ ॥ মোংবা মদাইমাদি ॥ চেংলৈ পুমসোইখোং-ও কৌবদি ॥ খোংবাল নাবা তোংকাইববু পুমনা সোয়রে ॥ পুমসোইখোং-ও কৌএ ॥ অত্থুং মদোমদে ॥ নিংথৌ হেমসনা নাহা য়াংলৈঙম্বনা ॥ [৭]লৈমা লাইরোক লেম্বীদা মুয়িনউে ॥ পুমনা মাঙলে ॥ পুঙমাঙ খোং-ও খোননৈএ ॥ [৮]চকপা পুমসাই মনিননাইবনা ॥ সীংঙুৎনা নাচুং য়ৈ ॥ থরাই চাংদোন-খলনা সোয়সেনএ ॥ অত্নোংগীবু পুম:সোই সেনএ ॥ অত্থগীবু পুমসাইখোং ও কৌএ হায়দবরা ॥ বাংঙমলোন পানখোইবীনা ॥ থাবা মরানয়াইবু হুক্লালএ ॥ [৯]অঙৌবা লংমাই বাইনৌ চীংসোম্বদা চিলওনথিএ ॥ অত্নোংগীবু বাংমু লৈমা চিলওনখোং-ও কৌএ ॥ চকপা পুমসাই খোং ॥ বাংমু লৈমা চিলওনখোং ॥ খোংকাপাক লানচন্‌লম্ ॥ খোংলেন হেমতৌ তাইনে ॥

১। মৈদিংঙু তবুংবগী মনাই অচানবা। ২। মরাম কৌবা ঐগী চীং অ'সদ লা'কপিরগদ। ৩। থিংবা লমদম য়োৌবিবগদ ৪। হাবেগী মঙক কক্লহনা। ৫। শাগী টহনা ফুদা তয়রগা। ৬। ফং অহ চুংনা খিন্নহনা। ৭। লাইরোক-লেম্বগী মফমদা মাঙং ইল্লিউে। ৮। পুমশাইখোংদা থুন্দাংবা চকপশিংনা। ৯। পাংখুহবীগী মশাবীদ।

মোংবা মদাইমাদি॥ [১]মৈতেংঙু সেনবী খাগেম্বা পুংলেন মখুৎফা॥ অয়াং পামফোফমনে॥ হুয়েল লান্নিগীদি কাসান খুনঙমপুং লেংয়ানপু ফানাপুংনে॥ মোংবা মদাইমাদি॥ [২]খ্বা য়োংয়ানফম-ও কৌবদি॥ ঙাংঙোই য়োইমোংবগা চিংয়াইখু য়োংনাউ সাথিবগা॥ চকমোম থাম্বী নৈমুৎনডৈদা॥ ঙাংঙোই য়োইমোংবনা ঙমজরে॥ চিংয়াইখু য়োংনাউবু খ্বা মখুৎপুন॥ য়োংমু মরমতম্॥ [৩]কোঙয়াং পৌতোং লোননা য়াল্লমএ॥ খ্বা য়োংয়ানফম-ও তৌনা কৌএ॥

হিথেল চংলৈমাদি: খোইয়ম লাইয়িংথৌ॥ মুবা নিংথৌ অতোনবা॥ চেংলৈ খনবা বপো ব্যাম্বা॥ লৈমা ফাবা লাইজা মহিথেলনে॥

লয়রায় মুংবিমাদি [৪]লোয়য়ম্বম্॥ খমলাং অহোঙবা॥ অহোঙ লানয়ানফম॥ হুয়েল লান্নিগীদি [৫]অয়ুক চামায় লাংনা॥ তনবা মঙা নিংথৌ বা॥ খুনচাল হাউয়াং হাউয়িচা কৈথোং পুয়োকপবু॥ অহোঙ লানয়ানফমনে॥

তোরয় নমসাংমাদি॥ খোইমোম লাইয়িংথৌ॥ [৬]খোংনাং লোইচা খোম্বা॥ অহোঙ খোংচিং পুংনে॥ হুয়েন্নিগীদি মরাম নিংথৌ তাংকে লানথোয়াঙপু॥ [৭]খোকতোন লাংমৈ-থাং॥ তিমেন তায়েক পায়না॥ মরোঙ চয়তমপুং॥ [৮]মৈতেংঙু সেনবী পাইখোম্বা॥ অহোঙ খোংচিংপুংনে॥ য়াইথোং মদাইমাদি ঝাংঙমলোন অয়াং-ফাবীনা॥ মরান হুহোং খোঙতোংলকপদা॥ মচু অয়াংতোন নামুন খাম্ববু॥ [৯]সমু তবৈনা পরয় লানবা সাঙম্ববু॥ [১০]তিমেন তায়েক

১। মৈদিংঙু মুংয়াম্বগী মচা ইবুংঙো খাগেম্বগী। ২। য়োংলাম লৈরেক। ৩। ঝা-না পো লোল্লহনা। ৪। লোয়য়ম্বগী মশূ। ৫। অয়ুকী চাকলেন চারহনা। ৬। চাইনিংপৌ খাংজিং। ৭। তাখোক মতোন্দা লাংমৈ মচু থেংলহনা। ৮। খুংগী কুম ১৬৬৮ তগী ১৬৯৭ ফাওবদা পাল্লবা মৈতৈ নিংথৌ। ৯। মখুৎ তুংবুম্না পুন্নগা অফাবা মী ওইনা পুবকপবু। ১০। তাগী খুৎপাম্বকম মথোক মম্বায়দা, পারহনা থামলে।

পায়না চয়রৎলে ॥ হাওকু য়াতা থিবা ॥ থোংলেন লায়োন মাঙবা ॥ খোকলাংমৈ থাংনা মগোঙ চয়্তম তাম্না পুংনে॥ য়াইথোং মদাইমাদি॥ নিংথৌ হেমসনা য়াংলৈ ঙম্বনা ॥ লাবা পাকলোই সলাই চাইরবরা ॥ [1]সমলাং য়েনকাপ থোক্লবরা ॥ তাঙজা ফৈনা লাম্লবরা ॥ হায়না য়েংলমএ ॥ অতুনোংগীবু **য়াইথোং মিয়েং পাৎ-ও** থোননৈএ ॥

লয়রায় মুংবীমাদি ॥ লোয়য়ম্বস্থ খমলাং অহোঙবা পুংলেন মখুৎফা ॥ হুয়েল লাননিগীনি কবো লাংলোই খুনঙমপুং ॥ [2]চিরেং লানথৌয়াংবু ॥ লয়হৌ সেংঙইনানা ॥ অহোঙ য়োইথোনপুংনে ॥ পুংচি নাতৈনবা অমদি ॥ খমলাং অহোঙবা পুংলেন মখুৎফা ॥ হুয়েল লান্নিগীদি লমতা নিংথৌ মায়পাক মায়মেনবা ফানাপুংনে ॥ মোংবা মদাইমাদি খমনুং সিদনুবী ॥ য়াইথোং তংকানুবীনা ॥ সবা পনকেনবদা ॥ খুমু মনৌরোঙবু সৌনা সৌনা কুমখিএ ॥ **য়াইথোঙ নৌসৌপাৎ-ও** থোননৈএ ॥ কমপোং নৌহিরান-ও কৌবদি ॥ ময়িম থাংঙা কমপোংনা ॥ [3]লংমাই খুনলানগে লাকপদা ॥ বাকয়ৈ মখূনেৎপু সমু লেংদা থোংনা লানখিএ ॥ **কমপোং নৌহিলান-ও** কৌএ ॥ য়াইথোঙ নৌসৌপাৎ কমপোং নৌহিলান ॥ থোংলেন হেমতৌ তাইনে ॥ য়াইথোঙ মদাইমাদি ॥ য়াইপুং লমমাঙন্ ॥ অয়াং লমতাংপুং ॥ য়োইরেন লোনচা পুংকাইফম ॥ [4]মৈতেংঙু সেনবী থাগেমবা ॥ পুরুম খুনঙমপুং ॥ থোমবা লয়রীসেনবু ফানাপুংনে ॥ মোংবা মদাইমাদি ॥ উই বাকোনপাম্বা ॥ বাকোন লোইরেম্বা কয়রেন খুংলাম খামদা নাউনৌবা॥ উই অতোনবগা মসাবী মোরা অহনবগা॥ [5]থৌরৈ বাকমবোং চীংমুং নোংকৌবীবু মুম-বাগী ॥ [6]সংলৌ ঙাখা

---

১। অঙৌবা শম পোক হৌরব। ২। চিরেং কৌবা লান্দা থৌবনু। ৩। শেলোই লংমাই লমদা খুনলানবা লাকপদ। ৪। মৈদিংঙু মুংয়াম্বগী মচা ইবুংঙো থাগেম্বা। ৫। নোঙ্গৌবী কৌবা উচেক। ৬। ঙাখা ফানবা অকুংবা লুন্না তুংদা য়াম্না পুন্দুন লুপথিএ

লুনা সমু তুংদা লয়না পুম্না লুপএ॥ চীংঙু নোংথৌ সরারেম্না॥ [1]চীংঙু নোংগংহৌ॥ [2]কোরৌ থাকতুম-থাক॥ [3]বাংবল চাইতুম চাইনা ফেল্লকএ॥ অতুনোংগীবু মৈনা বায় তাংনা সমনা॥ মৈতেংঙু নাউথিংখোংনা॥ উই বাকোন পাম্বা মংোংয়াইবু॥ [4]ঔরী থৌয়েং-নানা থৌরৈ বাকমবোংবু॥ সমু খুৎতা সুনা॥ লাইজা য়িদা লাক্লমএ॥ চামলাকপা মহিথেল-ও তৌনা কৌএ॥

তোরয় নমসাংমাদি॥ য়াইথোং নিংথৌমং॥ কৌবা চীংমুংসোয়॥ নিংথৌ কুরাউবা চনু॥ লৈমা লাইখোংতেনবী॥ খোংলোয় কাঙসা-সোয়নে॥ হিথেল মদাইমাদি॥ বাকয়ৈ হিরম চৎপা॥ তাকনা মানবী হিথাংখোং॥ লাংবল থোইনিংমানবী॥ খোংলম চৎপী হিথাংখোংনে॥ খোংলেন হেমতৌ য়াইনে॥ য়াইথোং মদাইমাদি কৌবরেন অহনবা॥ কৌবা অঙাংঙা॥ য়াইথোঙ মস্নুমনাঙ॥ নমলোন কৌবা মাঙনে॥ মোংবা মদাইমাদি॥ [5]খুরাইলৈমা মংসাঙম্বী॥ কোলোয় সিলহান-পুংনে॥ হুয়েল লাননিগীদি মংসা কাচম্ মিংনাইবা ফানা পুঙনে॥ হিথেল চংলৈমাদি॥ লৈচোল হাউরাবা॥ চানেম য়ুনেম্বীবা মেলৈচা-হোংবা॥ লৈচোন মহিথেলনে॥ মোংবা মদাইমাদি॥ [6]মৈতেংঙু লোইনাই থবানথাবা॥ লেমলৈ পেঙবা খোংনে॥ হুয়েল লাম্নিগীদি কৌচেংবী কৌচেংবা ফানাখোংনে॥ মোংবা মদাইমাদি॥ খোইমোম ইঙা কুমচেনবা॥ ইঙেল কুমথাইবনা॥ লেমলৈ মমৈ বায়না॥ বানচেং মতুং ইল্লকপা থৈবিকপু॥ [7]কৌবা চীংথংলাবু য়োরোইদৌবা থিবিক্তি॥ হুলবাইখিও হায়না থামলমএ॥ লাইথাম মহিথেল-ও থোনবৈএ॥

১। নোংথক্তপী নোং হৌরক্তুনা। ২। অবাংবা অতিয়াদা থাকপগা লাউবগা তৌহুনা। ৩। অবাংবদগী ফেয়া অকনবা নোং চুরকলে। ৪। থৌরীনা নোদৌবীবু মঙক্তা থুরহুনা। ৫। অঙোম নিংথৌ ১৮ শুবা পনশাঙবাগী লৈমা। ৬। খুংগী কুম ১১৯৫ দগী ১২৩১ ফাওবদা পানথিবা মৈতৈ নিংথৌ। ৭। কৌব্র চীংগী চীংখোঙ য়োরোইদৌবা পুয়মক্তি।

মোংবা মদাইমাদি ॥ লোইবী ঙাইখোং মনিননাইবগী লাইজা মহি-থেলনে ॥ হিথেল মদাইমাদি ॥ [১]মেন্তেতনা তাবনা পাললম্এ ॥ লাইজা মহিথেল মেনতে পাৎলেনকোননে ॥ মোংবা মদাইমাদি ॥ কায়বা লম্মহল-ও বৌবদি ॥ মমা কায়বৈ সোকসোনমু চা নামুংবী ॥ কায়বৈ অকন-কাও মুংয়ে চেংনে ॥ কাইপক থোঙকা থীননা ॥ নাকলু মোইফাং য়েনা ॥ কাইপন মবাঙ-হৌ ॥ [২]মচেং থোনতানানা ॥ কায়বৈ থোনয়েংনানা হন্না য়াকৈরমএ ॥ অঙ্গনোংগীবু মচেং কায়বৈ য়েনথোংথে অহানবা ॥ কায়বা লমমাহল-ও তৌনা কৌএ ॥ হিথেল চংলৈ-মাদি ॥ [৩]থোইমোম লাইয়িংথৌ কৌবরেন অহনবা ॥ তুবেল লুখাইবা বাইনেন খুনগং মঙা ঙম্বা ॥ হুযেল লোইপু যাবা ॥ লাইজা মহি-থেননে ॥ হিথেল মদাইমাদি ॥ খাংসু নাকুবা হিনেন তাৱায়বা মহিথেননে ॥

তোরয় নমসাংমাদি ॥ [৪]মৈতেংঙু সমৈরাং য়োইনেনবা ॥ হাওসি মংলানচান ॥ য়াইথোং নিংথৌ মংনে ॥ চেংলৈ মদাইমাদি ॥ হেপা থোংলেনয়াই ॥ কাইরৈমা কায়রংবস্থ ॥ হুইয়াই খনবী চৈরৈ ফিঙা পুংনে ॥

লয়বায় মুংবীমাদি ॥ [৫]থোইমোম লাইয়িংথৌ থাংয়াই মারহন ॥ ওংচা চীংমাবা পুরুম ঙমথোংবা ॥ লৈরী সিনপুযাবা ॥ ববো ক্যাম্বা তথেল মুরুকফাবা মহিথেননে ॥ মোংবা মদাইমাদি ॥ থোইমোম লাইরেমমা ॥ থাবী লেংনাউ মোমবী ॥ তমফা থোকনিঙ চঙবী ॥ উনা-লাংবী থোইমোম লাইওইফমনে ॥ য়াইথোং নথলমাদি ॥ [৬]মৈতেংঙু

১। মেন্দে থুঙ্গংগী মীতন খুন্দ নতুনা পাচ্ছমী। ২। থেনগী থোক্লেলগা মায়না। ৩। লাইনিংথৌ কৌক্র। ৪। থুংগী কুষ ৫১৮ দগী ৫৬৮ ফাওবা পানথিবা ২তুবা নিংথৌ। ৫। লাইনিংথৌ মারজিং। ৬। মৈদিংঙু অসিগা খুমন নিংথৌ পুনশিবনা মচা মচা লৌনথি, খুমন নিংথৌগী মচাচুপীবু মৈতৈ নিংথৌ থৱানথাবনা হাৎলুবদগী খুমনগা মৈতৈগা চায়রম্বা মরী তৎনথি।

নোইনাই থৱানথাবা ॥ [১]চেকলা পেপেৎ ফানা খোংনে ॥ য়াইথোং মদাইমাদি ॥ [২]পানবা কৈরেংগী সায়াঙ থেক্নপুংনে ॥

লয়রায় মুংবীমাদি ॥ খুরাই উরী উপুবনা ॥ হিরেন য়েৎলম লুথাথেন ॥ বাংখৈ উরী উপুবনা ॥ উরেন ওইরম উথাফম ॥ [৩]মৈতেংঙু চালাম্বা থাব্রিক খুনঙমপুং ॥ খোনথম্বী খোনখম্বা ফানাপুংনে ॥ য়াইথোং মদাইমাদি ॥ [৪]মৈতেংঙু হেলহৈবা হিয়াঙ হিরেন লোক্লপুংনে ॥ হিখেল চংলৈমাদি ॥ অয়াং য়েনবাইফমনে ॥ [৫]মৈতেংঙু পুনসিবনা ॥ মোইরাং লাংমৈবী লাংমৈবা ফানাপুংনে ॥ পুংচি নাতৈনবা অমদি ॥ চীংখোঙ চুম্বা [৬]বেক্রুপাননে ॥ [৭]মৈতেংঙু মুংয়াম্বা মরাম খুনঙমপুংনে ॥ মরাম নিংথৌ তামনারোং ॥ হেম্বা খুনলানবা ॥ চাবাই লো খোনবী ॥ লোংখোনবা ফানাপুংনে ॥ পুংচি নাতৈমাদি ॥ [৮]মৈতেংঙু উরা কোনথৌবা ॥ চীংসোং লুথোইপু ॥ কাসান সনকৎলমনে ॥ পুংলেন মদাইমাদি ॥ [৯]নোংবাললোন লিনথোইঙম্বীনা ॥ থারুকলৈমা মোন্দুমঙম্বী ॥ হেনখু লৈমা ক্বাথাবী ফানাপুংনে ॥

তোরয় নমসাংমাদি ॥ নিঙনা পাৎ নাউসেক-খোংনে ॥ মুবা ভাইথিপাৎ ॥ য়েনবা পাৎলেনকোন ॥ খোংলেন হেমতৌ তাইনে ॥ মোংবা তোরয়মাদি ॥ [১০]হোঙনেম লুবাং নিংথৌ পুনসিবা ॥ চেংলৈ থনবা কবো ব্যাম্বা চাবাই য়িংফাা ॥ লাইচ্ছা মহিথেননে ॥ পুংলেন

১। পেবেৎ কৌবা উচেক ফাহিবা খোং। ২। কৈগী শায়াঙ থেক্লখিবা মফম্নি। ৩। মৈদিংঙু চলাম্বনা ( খৃঃ ১৫৬৫-১৫৮২ ) থাবিক কৌবা খুনবু [illegible]কখিবগী খোনবা পুং। ৪। খৃঃগী কুম ১৩৩৫ দগী ১৩৫৫ ফাওবা পাম্লবা নিংথৌ। ৫। খৃঃগী কুম ১৪০৪ দগী ১৪৩২ কাওবা পাম্লবা নিংথৌ। ৬। কেক্রুপাৎ। ৭। খৃঃগী কুম ১৫৬২ দগী ১৫৯৭ ফাওবা পাম্লবা নিংথৌ। ৮। খৃঃগী কুম ৫৬৮ দগী ৬৬৩ ফাওবদা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ। ৯। মৈদিংঙু নিংথৌ খোম্বগী মহারাণী। ১০। লুবাং গুরু পুনশিবা অসি মৈদিংঙু পুনাউখংখোংবু রাজনীতি ধর্মনীতি তম্বিখিবা গুরুনি।

মদাইমাদি লোইয়ম থাংস্নুরাকপা ॥ নিংথৌকনবা পুংলেন মথূৎফা ॥ কাসান খুনঙমপুং ফাথিবা সেনথাবা ॥ সেনবা নমথাংচা ফানাপুংনে ॥ হিথেল নমসাংমাদি ॥ [1]খোইয়ম লাইয়িংথৌ খোংচ্রোংবা মপারী ॥ চিংচেং নারল পাঙ্গনবা লাইফা মহিথেননে ॥ মোংবা মদাইমাদি ॥ চেংলৈ বাঙ্গোলমান ॥ থাংয়ি য়েকসোইপাৎ কৌবদি ॥ [2]থাংয়ি নাউফং অহনবগা ॥ [3]মৈতেংঙ্ নাউফংবগা তুবি য়েক্লৈদা ॥ থাংয়ি নাউফং অহনবদি ময়েক সোয়রে ॥ য়েকসোইপাৎ-ও তৌনা কৌএ ॥ মৈতেংঙ্ নাউফংবদি তুবি ময়েক লারে য়েকলাপাৎ-ও তৌনা কৌএ ॥ চেংলৈ বাংগোললেনবু করম মানবনো ॥ চেংলৈ বাংগোন-মান-ও থোননৈএ ॥ থাংয়ি য়েকসোইপাৎ ॥ তুবি য়েক্লাপাৎ চেংলৈ বাংগোনমান মহিথেননে ॥ চেংলৈ মদাইমাদি ॥ লোইয়ম ঙাংঙোই অহোঙবা ॥ পুংলেন মথূৎফা ॥ হুয়েম্নিগীদি থামরন খুনঙমপুং ॥ চেৎ-থাং লাম্থোয়াংবু ॥ লয়মূ সেংতারুনা ॥ অহোঙ য়োইথোনপুংনে ॥

মোংবা তোরয়মাদি ॥ [4]মৈতেংঙ্ নিংথৌথোম্বনা ॥ তনমূ ফৈনা লামনা থোংসাবাই ॥ হুয়েন্স লাননিগীদি চেকচারি চেকচাকং ফানা-খোং ॥ থোংলেন য়াইখু য়াইনে ॥ চেংলৈ মদাইমাদি [5]মৈতেংঙ্ থাংবাই নিংথৌ মুংয়াম্বনা ॥ হেমবা ললহাং থেংঙৈদা ॥ পোইরৈ অথমবা ॥ বাংঙম অকনববু য়াওগনে ॥ হায়না নমূ মীরেন থিরমএ ॥ মীথিপুং-ও থোননৈএ ॥ পূংলেন মদাইমাদি [6]মৈতেংঙ্ সেনবী ক্যাম্বা মীয়ান-

---

১। লাইগী মত্তিককূম লৈবদগী লাইনি হায়না থুকপ্নরবা চিংজেং নারল পাঙ্গনবা অসিগী মপাবুংগী মমিং থাংয়ি থোংক্রোংবা কৌই। ২। মৈদিংঙ্ নাউফংবগী ময়াম্নুং, য়াওরেবা চহ্নুনা গেন্নকপা মচা। ৩। মৈদিংঙ্ নাউথবগী অশেংবা মচা নাউফংবগা য়েংথিনহনা ফংভাইনদবা থোক্লৈদো। ৪। খৃঃগী কূম ১৪৩২ দগী ১৪৩৪ ফাওবদা পানথিবা অরুা জয় ভৌথিবা নিংথৌ। ৫। খৃঃগী কূম ১৫৩২ দগী ১৫১৭ ফাওবদা পানথিবা নিংথৌ মৈদিংঙ্ থাগেম্বগী মপা। ৬। খৃঃগী কূম ১৪৬৭ ডগী ১৫০৮ ফাওবা পানথিবা চৈথাবা হোদোকথিবা নিংথৌ।

পুংনে ॥ মোংবা তোরয় ভুথুপমাদি ॥ [1]মৈতেংঙু সেনবী কবোম্বা ॥ সায়বা পনলেনয়াই ॥ হুয়েম্নিগীদি তখেল খুনঙমপন লিনচিকপী লিনতেংবা ফানাপননে ॥

তোরয় নমসাংমাদি ॥ তিমেন তাঙনখোক ॥ খোকলাং হনুন-খোকনে ॥ হিখেল চংলৈমাদি ॥ [2]মৈতেংঙু নাউফংবা য়াইরংচান ॥ য়াঙলা সৌপোনয়াই ॥ মাকলং য়িরানথোবা ॥ য়িংখি কাননা-চোং ॥ থামুং মিংনাইবা ফানায়াইবু য়াইসাফম ॥ সৌপোন য়াইরেনফমনে ॥

লয়রায় মুংবিমাদি ॥ [3]মৈতেংঙু পুনসিবনা পানবা কৈমিং-তানাপুংনে ॥ লয়রায় মুংবিমাদি নুংবাল য়িমলেনবা তেনলোং অহোঙবগা ॥ হুয়েল লানথিনডৈদা ॥ লোইবী অতেন সিসম্নবা ॥ সিনৌ লুরেনতোনগীগা ॥ অতেন চংখাবা চীংনুং সারৈ লানা য়োই-চানবগবু ॥ লালু অনীমাবু সেংন-খাইনরমএ ॥ অচুনোংগীবু **থুংপি নেংথ তেন্তোং য়ানথাই-ও** থোননৈএ ॥ খোংলেন মদাইমাদি ॥ নৌতা অতেক অরুম সোয় ॥ খোংলেন হেমতৌ তাইনে ॥ মোংবা তোয়রমাদি হেপী পোংলেনয়াই ॥ কাইরৈমা কাইরংবস্থ হুইয়াইখনবী ॥ মপাম লাংথা মৈথাডৈ ॥ বাকয়ৈ হিকারম ॥ খোইমোম লাইওই-বাই ॥ য়াইকৈ মহিথেনলে ॥

তোরয় নমসাংমাদি ॥ [4]মৈতেংঙু সেনবী থাগেম্বা ॥ সায়বা পনলেনয়াইনে ॥ হুয়েল লাননিগীদি ॥ তখেল খুনঙমপলগী পোন-সারেং ফানাসঙনে ॥ লয়রায় মুংবীমাদি থোদু হুংপাক লমতাপুংনে ॥ চেংলৈ মদাইমাদি ॥ কেগে মোইরাং লেম্ব-চম্নু অঙনবীদি সিদ-ফৌ ॥ নোংয়াই থুমন চম্নু অরেম্বীদি নাদ ফোনে ॥ মোংবা মদাইমাদি চেংলৈ

---

১। খৃঃপী কুম ১৫২৪ দগী ১৫৬২ ফাওবা পানথিবা নিংথৌ। ২। খৃঃপী কুম ৪১৮ দগী ৫১৮ ফাওবদা পানথিবা ৮ শুব নিংথৌ। ৩। খৃঃপী কুম ১৪০৪ দগী ১৪৩২ ফাওবদা পানথিবা নিংথৌ। ৪। খৃঃপী কুম ১৫৯৭ তগী ১৬৫২ ফাওবদা পানথিবা লইনিংথৌ সনাহঞৌ কৌবনু লোকথিবা নিংথৌনি।

উন্নুংতা ॥ মুংবী মঙিথেল ॥ তরেৎ সেনপুন-তাও কৌবদি ॥ কোয়ৌ নোংলোনথক্কী ॥ তরেৎ সেনবুংমানা হান্না তারকএ ॥ পামেল চকমাচুং নাপাকপান্নুং ॥ কোননা ভাবকএ ॥ মযেংনানা নমএ ॥ মতোননা লৈপায়এ ॥ হয়বাং পাউসেনএ ॥ মুংবীনা অসাংএ ॥ স্বকমুনা বাই-থুংএ ॥ থারামনা লামথাইএ ॥ থাংয়ি তাউবুং থোংতৌবনা ॥ চেন্না চেন্না য়েংলমএ ॥ অহুনোংগী বু চেংলৈ উন্নুংতা মুংবী মহিথেল ও তৌনা কৌএ ॥

তোরয় নমসাংমাদি ॥ [১]মৈতেংঙু উরা কোনপৌবা ॥ পনম মুমিৎ থোকপু চুনবনা ॥ ল মাই লানয়াম থাঙদা ॥ সেলোই লংমাইগী মপু মনাইনা নাতা সীংতা কারে ॥ না-কা-ও থোনবৈএ ॥ নাকা ময়িচিল থোংলেন হেমতৌ তাইনে ॥ চেংলৈ মদাইমাদি ॥ [২]মৈতেংঙু লোইনাই থবানথাবনা ॥ পানবা সায়াঙ থেকনা-পুংনে ॥ চেংলৈ মদাইমাদি ॥ [৩]মৈতেংঙু নাউথিংথোং মঙাংঙম্বনা ॥ হৈনৌলানা হয়য়াইলানা ॥ [৪]লবাই যুপুংকোয় য়ুনাবেক চিপা মৈসাংবগা ॥ [৫]য়েননাউ মকোক্কা ॥ বাচেৎ খাইচা য়াননা ॥ [৬]পনম লাইনিঙফমনে ॥ চেংলৈ মথলমাদি [৭]মৈতেংঙু লোইনাই খুনমোম্বা ॥ থেনলেন মরানয়াইনে ॥ হুয়েন্নিগীদি চীংসোং খুনঙমথেন ॥ মায়মুবা সনলোইবা ফানাথেননে ॥ চেংলৈ মথলমাদি ॥ [৮]মৈতেংঙু কায়নৌ ইরেংবা [৯]নুংনাং কৈভাল-থৌবা ॥

---

১। থুংগী কুম ৫৬৮ দগী ৬৮৩ ফাওবদা পানথিবা ১০ শুবা নিংথৌ। ২। থুংগী কুম ১১৯৫ দগী ১২০১ ফাওবদা পানথিবা নিংথৌ। ৩। থুংগী কুম ৬৬০ দগী ৭৬০ ফাওবদা পানথিবা নিংথৌ। ৪। অতোঙবা লৈভোঙদদা লৈবা হুমিৎহুংবী চুম মমৈ শাংবগা। ৫। য়েন মচাগী মকোক্কা। ৬ কোয়ৌহনবা মুংমিৎপু থুক্নমকম। ৭। থুংগী কুম ১২৬৩ দগী ১২৭৮ ফাওবদা পানথিবা নিংথৌ। ৮। থুংগী কুম ৯৮৪ দগী ১০৭৪ ফাওবদা পানথিবা নিংথৌ। ৯। মৈদিংঙু কায়নৌ ইরেংবগী মতিক মথৌনাদগী থোংনথিবা মিংথোল।

য়াওরৌ সারিন ফাৎন-পুংনে ॥ মোংবা মদাইমাদি [১]মৈতেংঙু পুনসিবনা ॥ কেগে সেনলৈঙাইবা খুনথক তরামঙামা ॥ মোইরাং পাইরৈঙাইবা খুনথা তরামঙামাবু থোমচিলএ ॥ কেগে থোমচিনপুং-ও থোননৈএ ॥ [২]মৈতেংঙু সেনবী থাগেম্বনা অহোঙ য়ুনৈপুংনে ॥ হুইয়াইপুংনিগীদি হিয়াঙ তাপুংনে ॥ হুইয়াইসিংনিগীদি হিয়াঙ তাসংনে ॥ হুয়েল লাম্নিগীদি তংকান খুনঙমপুং ॥ হাংকু য়ুনৌবী য়ুনৌবা ॥ লিবকোল মোইকাই থুম্বা চম্থ ॥ [৩]মোইচেং না সিনবীবু ফানাপুংনে ॥ চীংসোং মপুংয়াইগী নিন্দুম নিন্দাম্বাবু নোংমলবাই ॥ হুইয়াই হিয়াঙতাপুং ॥ অয়াং লমলাউকম ॥ হুইয়াই লমতাং-সাং ॥ [৪]নোংথৌরেল ভুবি চরাইরোংবা ॥ সেনবী ভেখাউঙম্বা ॥ বাকয়ৈ হিকাবম মরান সাংকে ফানাপুংনে ॥ মোংবা মদাইমাদি ॥ [৫]মৈতেংঙু পুনসিবনা ॥ সায়বা পনলিংবাই ॥ পন্নিগীদি লাংহৈপন ॥ খোংনিগীদি লাংহৈখোং ॥ [৬]মৈতেংঙু তুবি কবোম্বনা ॥ তখেল খুনঙমখোং ॥ অফেরাচা ফানাখোং ॥ খোংলেন হেমতৌ তাইনে ॥ পুংলেন মদাইমাদি ॥ মৈতেংঙু লোইনাই থবানথাবা বায়রা তেনথাপুংনে ॥

লয়রায় মুংবিমাদি ॥ [৭]মৈতেংঙু তেলহৈবা য়োংফু খুনঙমপুং ॥ চীংদাই খায়িংমচল ॥ য়েনবী খায়িংতাউবী ফানাপুংনে ॥ হুইয়াই মদাইমাদি হুইয়াই হিয়াঙতাপুং অয়াং লমলাউফমনে ॥ হুইয়াই মথলমাদি ॥ অঙৌবা নিংথৌ পুংলেন মথুংফা ॥ লালহাং মুরাবী ফানাপুংনে ॥ মোংবা মদাইমাদি [৮]মৈতেংঙু নাউথিংখোং মঙাংঙম্বনা ॥

---

১। খুঃগী কুম ১৪০৪ দগী ১৪৩২ ফাওবদা পানথিবা নিংথৌ। ২। খুঃগী কুম ১৫৯৭ তগী ১৬৫২ ফাওবদা পানথিবা নিংথৌনি, সনামহিগী মপাকুনি। ৩। মোইবুং মচেৎনা নাদা য়ানবীবু। ৪। খুঃগী কুম ১৬৯৭ তগী ১৭০৯ ফাওবদা পানথিবা নিংথৌ। ৫। খুঃগী কুম ১৫২৪ দগী ১৫৪২ ফাওবদা পানথিবা নিংথৌ। ৬। খুঃগী কুম ১১৯৫ দগী ১২৩১ ফাওবদা পানথিবা নিংথৌনা তেন্দম্বা পুংনি। ৭। খুঃগী কুম ১৬৩৪ দগী ১৬৫৫ ফাওবদা পানথিবা নিংথৌ। ৮। খুঃগী কুম ৬৬৩ দগী ৭৬৩ ফাওবদা পানথিবা নিংথৌ।

থাংয়ি চেংলৈ পাম্বা মকুমথাবু লেপ্পা মুননা কুমসাবদা ॥ য়াঙলা সিংওন থোক ॥ লীকথা মোইকাই-সা ॥ থোপোম মায়রোয়-খল্ ॥ সরীক নিঙথাংনা ॥ [1]ভেংলৈ ওনকং মায়রোয়না ॥ পাকসি চাঙৌ-চিন ॥ লোকলৌ থূদোয় থাং ॥ হিয়াঙ কাংদং য়েনা কুমসাবদা হুই হিওনকমনে ॥ মোংবা মদাইমাদি পুখ্রনবা কোইরেম্বা ॥ লোইয়ম কৌবা অহোঙবনা ॥ খামরন খুনঙমপুং ॥ চেংখম ফানা পুংনে ॥

মোংবা তোরয়মাদি ॥ হনবা কয়রাকপা কয়সঙবাই ॥ হম্মু কোংতিংমু কাইডাংবাই ॥ [2]মৈতেংঙু নাউথিংখোং কয়রেন মথুংফা ॥ নিংথৌ কুরাউবা চম্মু ॥ লৈমা লাইখোং তেনবী মপারী ॥ নিংথৌ মকা ওম্বা সাংনকয়নে ॥

তোরয় নমসাংমাদি ॥ [3]মৈতেংঙু লোইনাই থরানথাবনা ॥ পোইরৈ হিথাংখোং ॥ হুয়েল লামিগীদি ॥ নোংয়াই হাওব্রাইবা ॥ খুমন হাওতা কোয়বা ॥ অরোন লীক্লম্বা ॥ য়াইথিং কাওরোংসু ॥ নিংঙোল কোম্নুসু ফানা-খোং ॥ খোংলেন হেমতৌ তাইনে ॥ হিখেল চংলৈমাদি ॥ [4]খোইয়ম লাইয়িংথৌহনবা সনা হিহোনহন ॥ কমপোং খারম পাত্তা রাহনবা ॥ থাংঙা লাইরম পাংতা রাতেম্বা ॥ কবো ক্যাম্বা চৌফা সমচাই ফাবা ॥ লাইজা মহিখেলনে ॥ লয়রায় মুংবিমাদি খোইমোম লাইরেম্বা ॥ [5]মৈতেংঙু পেংসিবা চম্মু ॥ ইরোং লৈমা খাম্বী ঙমবীগা ॥ মদাইরেম রায়রং সনা পোনচেম্বী ॥ রায়রৌফম্বীগা খোইমোম লাইওইফমনে ॥ মোংবা মদাইমাদি ॥ [6]মৈতেংঙু থংবী লাম্ফাবা ॥ খোংলেন

১। লৈতুম অকংবম্ভ ওহে ক্তুন লৈতেম যাম্লবদা। ২। খৃ:গী কুম ৪৬১ দগী ৭৬৩ ফাওদা পানখিব নিংথৌ। ৩। খৃ:গী কুম ১১৯৫ দগী ১১৩১ ফাওবদা পানখিবা নিংথৌ। ৪। খাগেম্বা নিংথৌগী মচা ওইনা শাইওন গোরকখিবা মচা ইবুংঙো সনামহি। ৫। খৃ:গী কুম ৫১৮ দগী ৫৬৮ ফাওবা পানখিব ৯ শুবা নিংথৌ শমৈরা গী মচা ইবেম্মা ইরোংলৈমা। ৬। খৃ:গী কুম ১৩০২ দগী ১৩২৪ ফাওবদা পানখিবা নিংথৌ।

মথুংফা ॥ চাথা মরীং থুনঙমখোং ॥ মনাভোল থাঙসাবা ॥ য়েনবা ভুসেক সেকসাবা থিকক্রি মুমানবা ॥ হাওম্ব হৌবী হৌবা ফানাখোং ॥ খোংলেন হেমতৌ তাইনে ॥ পুংলেন মদাইমাদি ॥ লয়চোন লম্মপাক লমলোইযম ॥ লানহাং সাবুনবা ফানা খোংনে ॥ হুইয়াই মদাই-মাদি ॥ [১]খোইয়ম লাইয়ি খো চীংখোঙ পুথিববু ॥ মনোংয়াই ভুবি চরাইরোংবনা ॥ মালেম পুগ্রি ভৌনা ॥ [২]মানবী মপী মচাদি মাঙদা-হোই ॥ [৩]কাওরেঙ্গ মপী মচাদি ভুংদা-চিংনা ॥ [৪]চোয়নৌ ফাকেননা ॥ [৫]লুপা পাক্তয়না ॥ [৬]পুগ্রি বোমতংবাইনে ॥ হুইয়াই মদাইমাদি ॥ কোঙয়াং হোঙলাই-বা । অয়াং লমলাউফমনে ॥ হিথেল চংঙ্গৈমাদি মুথুবী লৌসনলান ॥ সনলান অচনবা কৌবদি ॥ থাংভা মুথুবীগা ॥ কমপোং মুহনবগা ॥ খানলৈ লৌকুমবদা ॥ কাওরেল মসনচানা লায়খিএ ॥ সনলান-ও থোননৈএ ॥ অদুমুং মদোমদে ॥ সনলান থোনমারক্তি ॥ মুংবাল কাঙবা নাহা মুংসন তানবনা ॥ কাওবেন মসনচা ॥ মানবী চহেপ্পনা লায়খিএ ॥ অদুনোংগীবু সনলান-ও থোননৈএ ॥ সনলান অচনবা ॥ অয়াং লমলাউফমনে ॥

ভোরয় নমসাংমাদি ॥ [৭]মৈতেংঙু খোংতেকচা য়োইরেনবা ॥ লাংচা পুংফৈ লানথাবা । চীংয়াই চাহুইবোং রাইনু সেংবারা-চা ॥ লময়াই লৌথৈ নিংথৌববু ॥ মরী লীনদনা ॥ মরাং লাংনদনা ॥ খোইয়া লীথুনানা ॥ কোঙ্গোয় য়োক্লমতা ॥ বায়রা ভেনপান্দনা ॥ কোরৌ নোংনাংপানকী ॥ সমু থুংনা ফংনা চঙনা ফানা লৌএ ॥ অদুনোংগীবু রাইনু সেংবারাচা ফানাপুংনে ॥ মৈদিংঙু

১। লাইনিংথৌ পুথিববু। ২। শন মপী মচাবু মাঙদা হোইরদুনা। শনবী শরাউমুং ভুংদা চিংদুনা। ৪। সনা কোনয়াই হলদুনা। ৫। লুপা কোনয়াই চলদুনা। ৬। অংভৌবা পুগ্রিগী ঊশিং মহাও য়েংনথিবা মকমনে। ৭। খ্ঃগী কুম ৭৬৩ দগী ৭৮৪ ফাওবদা পানখিবা নিংথৌনি। মহাক মৈদিংঙু নাউথিংখোংগী মচা ইবুংঙোনি।

খোঙতেকচা য়োইরেনবস্নং খোইয়ুম লাইওইরে॥ অচ্চুনোংগীবু খোঙতেকচা য়োইরেনবা॥ **খোইমোম লাইওইপুং**-ও তৌনা কৌএ॥ পুংচি নাতৈমাদি অঙৌবা পুরৈরোম্বা॥ উমি খুত্তা-স্নু॥ সীংনাং নামৈ য়েপ্পবু॥ খোইদোম অতোনবা॥ মানতোম অহনবনা তান্নরকপদা॥ [1]পুকয়ু খাঙলা খোমহুক-লাবু তারমএ॥ **খোমযুক-তা খাঙলাপোক**-ও তৌনা কৌএ॥ ময়িম সেলোই লংমাই মনিননাইবনা॥ হাওকপ চীংসাং খেংঙৈদা॥ [2]মৈতেংঙু উরা কোনখৌবনা॥ [3]খিংলৌ পনচনবগী॥ সেলোই অথম্বা লংমাই অকোনবনা॥ হুয়েল লাঙ্গেনখিঙৈদা॥ খাঙলা খোমহুকলাবু তারমএ॥ [4]চামলৌ লাপান ফারে॥ খাঙলা লারোং খায়রে॥ লংমাই খাঙলাপোক খোমহুকতা॥ কারোংখল **হুইয়াই লমলোকতা**-ও তৌনা কৌএ॥ হুইয়াই মদাইমাদি॥ চাপী লমতনখোং হুয়েল লাম্নিগীদি॥ হাওতারা লৈফোনচা॥ মেননোং খাঙসাববু ফানা-খোং থোংলেন য়াইখু-য়াইনে॥

লয়বায় মুংবীমাদি॥ লাংচা লৌপুংফৈ-ও কৌবদি॥ কমপোং মুবাবীগা॥ থাংঙা মুহনবীগা॥ [5]খানলৈ মংলোরেনগী লাংচাইএ॥ **লাংচা**-ও কৌএ॥ খুনচান অয়াং হাওবচা॥ লাংচা পুংফৈতোংবা ময়িমফম॥ লাংচা লৌপুংফৈ পুংফৈ লমমুংসি॥ কারোংখল হুইয়াই লমলোংতাং অয়াং লমলাউফমনে॥

তোরয় নমসাংমাদি॥ সেবা লৌকোন থাংতা-ও কৌবদি॥ [6]মথংলেন খাইনামল॥ লুবাং থংবা নাহাদি॥ মোংবা তুথুপমাদা সানতেংএ॥ [7]মরুম তোক্লরবী কমপোং মায়নৌ চন্নুদি॥ মোংবা

---

১। পুকয়ু হাপ্পা পান্নবু য়োম্লকপা খাঙলা মনা তারমএ। ২। থংগী কুম ৫৩৮ দগী ৬৬৩ ফাওবদা পানখিবা নিংথৌ। ৩। লাংগোই চনবদগী। [4]৪। লমু মপাম্বী ওইনা হৌরক্নুনা মপুং ফারে। ৫। লৌকম অকম্বা অহুদা খকক শূদৈএ। ৬। মপুরোইবগা খাইনখিবগী মমল্লা। ৭। মতালোয় ওইবহু তোক্লরবী কথোং চন্নু মায়নৌ কৌবীদি।

তোরয়মাদা সানতেংএ॥ হাওরৈ খানা পাংবরমদা॥ লুরাং থংবা নাহাগী॥ [১]কোনথাং মনাসিবু॥ লাইজা য়িরোয়নানা তাউথং-লকপবু॥ কমপোং মায়নৌ চম্নুনা লোকএ॥ মথংলেন খঙনদরববু করম খঙনসিবনো॥ সমু তুংহম্ননা সে হায়না পীরমএ॥ সেপালৌ কোনথাংতাউ-ও কৌএ॥ সেপালৌ কোনথাংতাউ খোংলেন হেমতৌ তাইনে॥

হিথেল চংলৈমাদি॥ কেগেলৌ থাংকা পনলংলা কৌবদি॥ ময়িম কেগে মোইরাংনা॥ চুয়েল লানকারকপদা॥ পোইরৈ মৈতৈ থোংঙাক লকাপিচা অথৌবনা॥ কেগে ৭৬০ মাবু॥ থাঙলেন মথুংস্বনা য়াননা থাঙলমএ॥ অতুনোংগীবু কেগেলৌ থাংকা পনলংলা-ও থোংনৈএ॥ মোংবা মদাইমাদি॥ লোইমোম ফৌওইবী॥ য়াংমোম মচুইরোইনাই॥ থাংয়ি অহোঙবী॥ লোইমোম অচৌবীগী॥ [২]চৈরৈ থাঙবা মনমথাংবু তারমএ॥ থাংবা নমথাংতা-ও তৌনা কৌএ॥ লংমাই মুবী হামৈ ফৌ॥ নোংমোইমুবী মোইতোক-চাং॥ খমলাং মরোপাননে॥

লয়রায় মুংবীমাদি॥ [৩]মৈতেংঙু থাংবাই নিংথৌ মুংয়াম্বনা॥ [৪]ললহাং থুনঙমপুং॥ [৫]অপুং লানমিংনাই॥ তোপা ফৌথাবা॥ ললহাং সাবুনবা ফানাপুংনে॥ পুংচি নাতৈমাদি॥ মৈতৈলৈমা নোংবাললোন লান্নুমঙম্বীনা॥ লাথায় থুনঙমপুং॥ উরেং লানথৌয়াং ফানাপুংনে॥ পুংচি নাতৈমাদি [৬]থাংবাই নিংথৌ মুংয়াম্বনা॥ লাথায় থুনঙমপুং॥ খোইবাচীং চৌংনিংথৌ॥ অথিং লানকাইবা ফানাপুংনে॥

---

১। নাদা য়ানবা নাশিবু। ২। মওঙদা ইরবা যিতু তাংদ্রেং। ৩। খুংগী কুম ১৫৬২ দগী ১৫২৭ ফাওবদা পানখিবা নিংথৌ। ৪। ললহাং কৌবা মুনবু লোইচম্লকপগী থঙনবা পুং। ৫। অপুং কৌনা লান্দা হৈ-শিংনা মমিং লৈরবা। ৬। মৈদিংগু থাগেম্বগী মপাম্বুং মুংয়ম্বনা।

পূংচি নাতৈমাদি ॥ মৈতৈলৈমা নোংবাললোন লিনথোইঙম্বীনা ॥ থারম তুসোম খুনঙমপূং ॥ লাংকা সকপা লাংকা সোনবা ॥ তাংমৈ কৃপ্পা তাংমৈ সোনবা ফানাপুংনে ॥ পূংচি নাতৈমাদি [1]মৈতেংঙ্ তেলহৈবনা [2]লৈসন খুনঙমপুং ॥ [3]লেমলৈ ঙামিংনবা সারেং খোইন্নুস্থ ফানাপূংনে ॥

তোরয় নমসাংমাদি ॥ লমলেন খোম্বীতোং উঙামপৈ-ও কৌবদি ॥ [4]মৈতেংঙ্ উরা কোনথৌবা মদাইরেম ॥ [5]কাদেম সোয়সেনবনা ॥ তোনচেংসোয় খাবৈপুংদা সোয়সেনঙম্ববু ॥ ময়িম সেলোই লংমাইনা ॥ থাংঙা য়োখান খেংগে ॥ [6]হাওকপ চীংসাং লোইশ্বা তানগে লাকপদা ॥ থিংলৌ পনচললে ॥ কাতেম সোয়সেনবনা লেমলৈ ঙাপুম-তৈ ॥ [7]পায়মা নিংসা সংহোননানা সিসম্নথিএ ॥ ময়িম সেলোই লংমাইনা ॥ অসিববুদি তোংলব-ও কৌএ ॥ পোইরৈতা ফাথিবনা ॥ লমলেন খোম্বীতোক-ও থোননৈএ ॥ অখোং তত্তবী ঙাপৈথেল ॥ ঙাংঙোই কংদবী ঙাপৈথেল ॥ হুইয়াই খোম্বীতোক উঙামপৈ ॥ [8]মৈতেংঙ্ নাউ-থিংখোং মঙাংঙম্বনা বাকয়ৈ হিওনফমনে ॥

তোরয় নমসাংমাদি ॥ [9]মৈতেংঙ্ লোইনাই থবানথাবনা ॥ তাংখুল হুইতোকঙম্বগী ॥ য়াংলৈ সমফাবী সমফাবগী ॥ হুইয়াই লম-দাইফমনে ॥ মোংবা মদাইমাদি ॥ পুরোই লেমঙ্গুস্থ লিনকোইগী ॥

---

১। খৃঃগী কুম ১৩৩৫ দগী ১৩৫৫ ফাওবদা পানথিবা নিংথৌ। ২। উঙ্গ্লগী মঙ্গংচনবা তোরা চামফুং সার্কললোমদা লৈবা তাংখুলগী খুল। ৩। ঙাগী মমিংগা মান্নবা থোনবা মিং। ৪। মৈদিংঙ্ নাউথিংখোংগী মপাবুং উরা কোন্থৌবা নিংথৌগী মনাই অচানবা। ৫। কাদেম কৌবা ঙা ফানবা শোয়ফদ্ শেন্নবা মী। ৬। নোংচুপ মায়কৈরোমদা লৈবা চীংসাং। ৭। ফুংশাশোর পীক্লা থিংল-থিংলহুনা হোনবা। ৮। খৃঃগী কুম ৬৬৩ দগী ৭৬৩ ফাওবদা পানথিবা নিংথৌ মঙাংঙম্বনা। ৯। খৃঃগী কুম ১১৯৫ দগী ১২৩১ ফাওবদা পানথিবা নিংথৌ।

[1]থমচিংকোন হাইহৈবদি থোইয়ম লাইওইফমনে ॥ [2]মৈতেংঙু নাউ-থিংথোং মদাইরেম ॥ থাবম সিংসুহনবা নাইফা ফারুবগী ॥ হিরু তেংমায় থিনবনা ॥ বাকয়ে পাউদমফমনে ॥ হুইয়াই মদাইমাদি ॥ ময়িম থাংঙা কমপোংনা ॥ অয়ুক চামায় লাংনা ॥ থানলৈ লোকুমলকপদা ॥ থানলৈ ইথুৎফা অসিবু ॥ করম তোকপু তোকপনো সোললমএ ॥ প্যাংঙা লৌরাংতোক-ও কৌএ ॥ [3]সোইথিংলৈমা লৌ কারাম্বীনা ॥ পরিং য়েৎওইতিং ॥ [4]উকাক মায়ফং য়াননা লমকল-লৌ ॥ হুইয়াই লৌরাং তোংনে ॥ লয়রায় মুংবীমাদি [5]মৈতেংঙু নাউফংবা মদাইরেম ॥ অমাই থাংকোকপানা ॥ পনম লাইয়িনফম ॥ [6]থাংকোকপা সনলুয়ান ॥ লৈথাম ওরৈ-য়ান ॥ পনম্ থাকোই য়াননে ॥

তোরয় নমসাংমাদি ॥ মৈতৈ লৈমা নোংবাললোন ॥ কৌবা মরোংঙম্বীগা ॥ বাংঙমলোন থুবাইলৈমা মরাম্বীগা ॥ থোয়নৌ মতা অরেময়াংবা চন্নু ॥ হুইয়ালাংবীগা [7]চামায় লাংবা ফমলেন য়িমজং-বদা ॥ থোয়মা লাংপক মরোল হুবদা ॥ মৈতৈলৈমা নোংচুপ মরোং-ঙম্বীগী ॥ চোয়নৌ সনা মথুদোপ ॥ [8]লীকসং তমফা থিনবা ॥ সমু থুৎনাউতোনগীবু ॥ মালেম লয়দা তারে ॥ থোয়নৌ মতা হুইয়া-লাংবীনা ॥ কোনলোয় মথুতোপ্পু সিন্নরমএ ॥ কোম্বা ও তৌনা থোননৈএ ॥

মোংবা মদাইমাদি ॥ থানলৈ লমলোংকৈ-ও কৌবদি ॥ লুবাং থাপং য়ুমোইচাম্বা ॥ কোকলেন লুহ্ থোবা ॥ থাপং চেনচিন য়াঙবনা ॥

১। থমচিংকোন কৌবা লাই। ২। মৈদিঙু নাউথিংহোংগী মনাই অচানবা। ৩। শোইথিং লৈমা কৌবী লৌফমদা কাবাম চাউবীনা। ৪। হ্বাগী মকু লুক্রক্ক' পরেং শানা য়াল্লহুনা লমথৈ থনেবা পরিং তিংনগা থম্বা লৌ। ৫। মৈতৈ নিংথৌ ৮ ওবা য়াওরৈবগী মচা ইবুংতো নাউফংবগী মনাই। ৬। মকোক অককপা শনগী লুকং য়'লহুনা। ৭। অয্কী চাকলেন চানবা হুম মহুংদা চঙলকপদা।

তেংলৈ ওনকং মায়রোয়নানা ॥ সরীক নিঙথাংনা ॥ পাকসি চাঙৌ-চিন ॥ থাংয়ি লুপান থোংবা ॥ [১]লোইমোম পোংতেক ফুবদা ॥ খোইমোম লাইরেম্বা ॥ লোইমোম ফৌওইবীনা তাংংগে ইনতাল-লকপদা ॥ [২]সেননা লোংনা নিঙলমগএ ॥ **থানলৈ লমলোংকৈ-ও** তৌনা কৌএ ॥ খোইয়ম লাইয়িংথৌ ॥ [৩]থাংমৈ মার নিংথৌ ওংচা চীমাপা ॥ [৪]ওকলেননা য়াকানবা ॥ [৫]লাইরেনমা পেংপৈনবা ॥ য়াওরৌ সাচামাবু চীরেন থারুক্লবদি ॥ নমু পোংচামাগা মামগনে ॥ য়াওরৌ সাচামাবু বেম্নগনে ॥ চীরেন কোকথোংনানা ॥ য়াংেন থারুক্লনা পাল-ও থৌদম্বা ॥ লোইবী পুরুমঙম্বা ॥ হেমবা লৈরী দিন-পুফবা ॥ লাইজা মহিথেল ॥ লাইকা লমদাইথেংনে ॥ মোংবা মদাই-মাদি ॥ ইচীকসি বাকোং নিংপ্লৌবনা ॥ লাংহৈ তোনলোঙবা ॥ লেরা সোয়য়াম্বনা ॥ থিংপাই সারোন লাম্বববু ॥ চামলৌ লাচেননঙৈদা ॥ বাকয়ৈ মৈনা ওললে ॥ তোংচেং লুনা হম্না থাংলময়ে ॥ লাইজা **ইরেনহন-ও** থোননৈএ ॥

মোংবা তোরয়মাদি ॥ য়েননান লমলুংসি ॥ মাকৌ য়োংতাই-থেং ॥ খোংলেন হেমতৌ তাইনে ॥ তোরয় নমসাংমাদি ॥ লংমাই কোন্দেবাবু কোঙয়াং বাপাল ফুকনা থারমএ ॥ **থাংবা কোনবা-ও** থোননৈএ ॥ মোংবা তোরয়মাদি ॥ লুবাং খোংগা লুমলেন-হনবা ॥ পোনবী হুইকৌ নীকপা ॥ সবা সিকাই হৌবা ॥ [৬]বানচেং তোনলোক ফাময়েংনবগী ॥ তালোয় মরুম্বী ॥ সিমারীং নোংকাবীনা ॥ কোরৌ নোংদা কাঙৈদা ॥ মার মখোঙথুনবু ইনতাললকঙৈদা ॥ তরা

১। ফৌ রৈবদা। ২। মফম চারে ফয়ে হায়না নিঙলমএ। ৩। খোইয়ম চীংঙ মার্জিং কৌবা চীং-মান শেম্বা লাই। ৪। ওক লাবা তোমচংশিংনা তত্তনা লৈনবা মফম। ৫। লাইরেন ময়াম্না কৈনবা মফম। ৬। ফি অপাবনা কোয়েং য়েংপগী।

চাপুম-লাম ॥ [1]পায়না থোমনিঙ তেংনা হলরাইরকপদা॥ [2]কোঙয়াং সোয়নৌ-থি॥ [3]লোকলৌ সোয়গা ফুক্না চারমএ॥ সোয়থি ইরেন-ও থোননৈএ॥

মোংবা মদাইমাদি॥ ঈ চিক সিরা কোংনিংথৌবনা॥ তুরেল ফৈনা লান্না পনলুমদৈদা॥ [4]মৈতেংঙু নাউফংবনা বলহৌ নীকথিএ॥ হঙোইবু কোরৌপেং-ও কৌএ॥ হঙোই কোরৌপেংবু॥ লংলুং খোঙ-তিংনা॥ কোরৌ নোংনাংপানগী লাইজা য়িনিবদি॥ [5]য়িসিং তমলেন চাউ॥ [6]লাইজা য়িনা ঙমলকএ॥ বাকোং নিংথৌবগী মোইবী থোইয়াম্লুং॥ ফবথোম য়িমলাইফবম্লুং তাউথরকএ॥ অতুনোংগীবু হংঙোই কোরৌপেংবু॥ লংলু খেংঙগা তিংনা॥ [7]লাইজা য়িনিবাই॥ কোরৌপেং মহিথেলনে॥ মোংবা মদাইমাদি॥ হংকেল পাউবি য়ি-ও কৌবদি নোংবাল বাকোং নিংথৌবগা॥ থোইয়ম লাইগা॥ কোরৌ নোংথিল পোপোপপু॥ লাংলেন কোঙয়াং বামুন্নথিএ॥ থোইমোম লাইনা ঙমজরে॥ বাকোং নিংথৌবনা কোঙয়াং মচেৎমাতবু মুললৌএ॥ অতুনোংগীবু হংকেন পাউবীয়ি-ও তৌনা কৌএ॥ সিংচিন কাঙবনৌ॥ সৌচিন কাঙবা নাউনা॥ থোইয়ম লাইহাৎকোন॥ হংকোন ময়িচিন খোংলেন হেমতৌ তাইনে॥

লয়রায় মু বীমাদি॥ [8]হৈরেম মতুয়া খুনচাল ময়িমনাকনে॥ হিথেল চংলৈমাদি॥ [9]মৈতেংঙু থংবী লাম্বাবানা॥ লোইবী কাপে

১। চাক লাম্মন'থবদগী চনিঙ-চমাঙ শম্নদনা হল্লকপদা। ২। বা অনৌবা উপোই থিরক্লুনা। ৩। লেক্লা হোৱা অনৌবা উপোই ফুক্লপা চারম্মী ৪। খুংগী কুম ৪২৮ দগী ৫.৮ ফাওবদা পানথিব মৈদিংঙু নাউফংবনা পাউবনে মৈ থোকথিএ। ৫। ঈশিং ঈচাউ এইরক্লে। ৬। ঈশিংনা থুমগৎলকলে। ৭। ঈশিং তাঙলবদা ঈশিং ফংননবা নিজখিবা মফম। ৮। হৈরেম খুনগী অমদি থুজান খুনংগী মরুম মনাঙনি। ৯। খুংগী কুম ১৩০২ দগী ১৩২৪ ফাওবদা পানথিবা মৈতৈ নিংথৌ।

ওম্বীগী ॥ তয়কোংবী নমঙাবা ফাবগী ॥ কৌবা লমদাইকমনে ॥ ইচীক.স বাকোং নিংথৌবনা ॥ বাইকোক লমমাহন্দা ॥ তুরেল বাই-খুবিচা মনম্ফাৎপনা ॥ সয়্যি সংসং য়ুং ॥ পামেল সেংকা থকতা ॥ মরান য়িম্তম্বাইনে ॥ লয়রায় মুংবীমাদি ॥ [1]মৈতেংঙু কোইরেম্বা ॥ চংবী মকয়বেন কয়রেন মথুৎফানে ॥ কোয়রেং খুনঙমকয় মৈতৈ চোংআবিচা ফানাকয়নে ॥

তোরয় নমসাংমাদি ॥ সোয়তিং লৈমা লৌ কালোম্বী ময়্যিমফম ॥ লাইজা মহিথেল ॥ লয়রায় মকারমনে ॥ লয়রায় মুংবীমাদি [2]মৈতেংঙু পুনসিবনা ॥ থোমলেন মঙনা ফাওবগী ॥ হাওরম মহি মহি মরান মথাবগী ॥ চীংখল লমতাইবাইনে ॥ কৌবা মদাইমাদি হাউকু তাউ-ছুইরেং মুয়ুম য়াইসংলোই ॥ [3]চাছুই ওকবানবা হাওকু অকোয়বা ॥ হাওকু লোইনাই সাফবা ॥ কাতাম সোয়সেনবা তরুকমানা ॥ মনেম মচা কোয়ৌ খোংচোনথুবী তরুকমাবু ॥ [4]তেকপি থুয়োপু ॥ চৈরৈ লেংতোন য়াননা ইনতাল্লবপদা লাম্নখিএ ॥ হাওকু লমলান-ও থোনৈএ ॥

মোংবা মদাইমাদি ॥ হোঙনেম লুবাং নিংথৌ পুনসিবা ॥ [5]তালোয় মরুম্বী হাওকু লৈমা লমতং নি থৌ চম্বু ॥ লমতং সেন্নবনা পোকপী ॥ মুংবাল লুবাং লৈমনা ॥ সানদেংয়িরম লৈমখোং ॥ খোংলেন হেমতৌ তাইনে ॥

তোরয় নমসাংমাদি ॥ তুবি অঙনবা লাইরেল অরেম্বনা ॥ ইনুং

১। খুংগী কুম ১৫০৮ দগী ১৫১২ ফওবদ পানথিবা নিংথৌনি। মহাক নিংথৌ ফবাল ভেংদবা মরম নিংথৌরোল লমুবদি মিং চয়মদে। ২। খুংগী কুম ১৫০৪ দগী ১৫৩২ ফওবদা পানথিবা নিংথৌ। ৩। খোংজোমরুবী মতা তরুক্ক ফংশিনবা হাউকু পাথং ৬কী মমুংদা ওইবা পাথং অম। ৪। ওক মংগোঙ পুলগা পুবা। ৫। লুবাং গুরু পুনশিবগী মতালোয় ৯গী মমুং চনবা লমতং নিংথৌ চম্বু।

সোয়য়াইমাদা ॥ [১]পামেল অঙনবা কয়খোঙ অরেম্ববু ওইনা ভাংথরকএ॥ **কয়খোঙতা-ও** থোনখৈএ॥ মোংবা মদাইমাদি [২]লুবাং পুদাংকু থুংকোইবা চম্নুগা ॥ খোমতোক মায়নৌ চম্নুগা ॥ [৩]ঙান্নুরোল লৌসিকাম চম্নুগা ॥ তোংচেং মুরাবী লৈমা য়াংতৌ অতৌবীগা খোয়নৌ মতা হুংবাল চম্নু কোরৌ খোংচোমন্নুবী মতা তক্লকমানা॥ তবাং কোরৌ নোংকাররকপদা॥ ভূরেল মোংবয়িদা সানদেংলমএ॥ অহনোংগীবু কোরৌ খো জোমন্নুবী **লাইজা মহিথেল-ও** তৌনা কৌএ॥ হিথেল চংলৈমাদি॥ তুবি ইঙা কুমজেনবা॥ ইঙেল কুমখাইবনা॥ খোইমোম লাইকাররকপদা॥ লেমলৈ ঈমৈবাইনে॥ বানচেং ইতুং ইনবসিংও॥ নঙখোয়দি লাইরেল লেমলৈরৌদা হলবাইখিও॥ [৪]লেমলৈ অপককানা থেনখৈএ॥ **ঙাথেন-ও** কৌএ॥ কৌবা মদাইমাদি॥ ইঙেল চাথুল-ও কৌবদি॥ চীংখোঙ পোইরৈতোন মপারী তাউপুং সিংমিংনববু॥ [৫]থমলৈ মীসুংকোল॥ [৬]সবা মীথুরোলগী লোইদাম থাবুম ও সুনা নোংমল্লববু হিংলকএ **হীংচীং-ও** কৌএ॥ অসাইগৈগী সুংবাল লুবাং চম্নু॥ খোয়নৌ মতা তক্লকমানা॥ কোবৌ নোংকা-রকপদা॥ [৭]হুংবাল মপালম্ লুবাং মহুলমবু॥ থুংপাক লাইখল-সা॥ চেংলৌ মিংপু লুমনা য়েংলমএ॥ অহনোংগীবু **খোয়নৌ লুময়েং-চীং-ও** কৌববু পোইরৈতা ফাখিবনা হুংবাল **ইঙেলচীং-ও** তৌনা কৌএ॥ [৮]ময়িম থোংনাংনা য়িমজঙলা॥ ময়াংনা তমদাররকঙৈদা॥

১। উপাল নিঙথিবা অচোবা অশাংবা ওইনা তাউরক্লে। ২। লুবাং শুক পুংশিবগী ময়াবা পুদাংকুগী মচাম্নুপীগা। ৩। খোংজোম হুপী মতা ওক্নী মঙ্গচনবা লৌশিকাম চম্নু কৌবীগা। ৪। মখল মখেল ভবা ঙা পুম্নমক্লা লৈমরৈএ। ৫। অশিবগী লম নম্ মীওইবনা লৈনফবা লম। ৬। মী তাদবা লমদগী। ৭। লুবাং শলাইগী মপাগী লম। ৮। ময়াংগী লাম্নী-শিংনা মুয়-কৈদা চঙলক্লবদা।

[১]মৈতেংঙু কোংয়াম্বনা ॥ থোংনাং মনিননাইববু ॥ ময়াং লানয়ামবু ফারোএ ॥ লমলেন ফানাখোং-ও তৌনা কৌএ ॥ হুয়েল লানবুম কয়া সুবনো থীববু চনী সুইএ ॥ ইঙেল চাকুনলোক-ও থোননৈএ ॥

তোরয় নমসাংমাদি নুংবাল তেনদোংয়াল-ও কৌবদি ॥ হোঙনেম লুরাং নিংথৌ পুনসিবনা [২]য়াওরো সানাবদা ॥ লৈরী তেনদোং মথুৎ-সুবু ॥ পামেল উদা য়াল্লময়ে ॥ নুংবাল তেন্দোংয়ান-ও কৌএ ॥ মোংবা তোরয়মাদি ॥ হাওরৈ খানা পাংবলমগী ॥ সরেং সম-সাংবীচা ॥ ঙারেল কোকপাকপিচানা ॥ হাওরৈ লাইনা পাংবরমদা ॥ লেমলৈ ঙাকারকপদা ॥ লাইজা ইরেনপুংদা ইমু মরাঙ হোববু কাঙ-মদবগী কপলমএ ॥ ঙাকপ-ও কৌএ ॥ লুরাং খোইদোম অতোনবা ॥ মংন্দোম অহনবনা ॥ য়াওরো সানাবদা ॥ খোকলাং মথুৎসুনা ॥ লরেন কিসিনানা কিরমএ ॥ সীকু-চীং-ও কৌএ।

মোংবা মদাইমাদি ॥ অথাম লাইজা য়িপুংসোক ॥ চোংথু রাকমা তাথিবা ॥ নানবা থমথেং তুথিবা লমহাইবদি ॥ খোইমোম লাইয়িংথৌ ॥ ইঙা কুমজেনবা ইঙেল কুমখাইবানা ॥ হাওরৈ খানা পাংবরমগী ॥ ইঙা কুমজেল্লকপদা কৌবা মদাইমাদা থাংলমএ ॥ মথাং-ও কৌএ ॥ লেমলৈ ইমৈরাই ॥ হৈনা ইতুং ইল্লকপসিং-ও ॥ নঙথোয়দি কৌবা মদাইমা অসিদগী হল্লরাইখিও হায়রমএ ॥ থোঙ্গু নুংদা নাননা থেং-লমএ ॥ চোংথু রাকমা তাথিবা ॥ নানবা থমথেং তুথিবলম-ও তৌনা কৌএ ॥ খোইয়ম ইঙা কুমজেনবনা থাংলমএ হায়বগীবু মথাং-ও কৌববু ॥ পোইরৈতা ফাথিবনা মথাম লাইজা ঈপুংসোক-ও কৌএ ॥ হিথেল চংলৈমাদি লমলেন ইহারাই-ও কৌবদি ॥ [৩]হাওরৈ

---

১। থুংগী কুম ১৩২৪ দগী ১৩৩৫ ফাওবদা পানথিবা মৈতৈ নিংথৌ।
২। শা পানবদা। ৩। অরাং পাংব মায়বৈরোমদগী।

লাইনা পাংবরমগী॥ লাইজা য়িনা [১]হাথরকএ॥ য়িহারাই-ও কৌএ॥ অতুঙ্গুং মদোমদে॥ হোঙনেম লুবাং নিংথৌ পুনসিবনা॥ চীংঙু নোংথৌ সন্নারেন॥ [২]অবাং পাথং য়োইরেনবদা॥ লাইজা য়িনিঙৈদা॥ থংবা নোংনিংথৌ য়োইরেনবনা॥ লাইজা য়িপীনরঙৈদা॥ শমু মথুং লোননা য়াগ্রমএ॥ ইয়ালাই-ও কৌএ॥

লয়রায় মুংবীমাদি॥ অবাং কৌবা নোংলুম্বী মহিথেম্নে॥ তোরয় নমসাংমাদি॥ [৩]মৈতেংঙু সেনবী খাগেম্বানা॥ [৪]সেকচুপ পন্দাই-য়ৈ॥ কুরাউ পনগা-লিং॥ হেমবা লাংখোং তৌনা॥ লোইবী কোয়রেং মনিন-নাইবা॥ [৫]মরাম তানা তাববু লুতুরস্নুনো হায়না॥ হেমবা মরূফম॥ লোইবী মন্না পনবু তৌখঙপননে॥ মোংবা মদাইমাদি [৬]মৈতেংঙু পুনসিবা॥ লোইবী কোয়রেং ঙম্বগী॥ চরোইখোং মৈপুন-লোং থাঙসা উ অঙৌবা ফাবগী॥ কৌবা লমদাইফমনে॥ কৌবা মথলমাদি॥ মুংবাল লুবাং চনু॥ খোয়নৌ মতা তন্নকমানা॥ কোরৌ নোঙ্গারকপদা মতা য়াংদৌ অতাউবীনা॥ কৌনা কৌনা চংলকএ॥ কৌব-ও খোননৈএ॥ খোয়নৌ মুংবাল চনু তন্নকমানা॥ লেংনা ফাইনা লেপঙমএ॥ ইরেং-ও কৌএ॥

হিথেল চংলৈমাদি॥ মুংবাল চাহুই লৈরোং পাম্ববু॥ মালেম মপুংয়াইদা॥ কুরাউ হংগা চননা থৌথামঙৈ॥ [৭]মরুম্বী ইবাং লাং-মৈরেম্বা চনুগা॥ মসানৌ লুবাং খোইবা॥ মিংনম মায়নম্বগা॥ মসল মানবী ঙান্না পুংতোংববু॥ মাঙদা হোইনা তেংনৌ য়োংপুল

১। তকথরকএ। ২। কোবৌ নোংথৌগী মপু ওইবা সবারেন্দা। ৩। খু:গী কুম ১৫৯৭ ত্তগী ১৬৫২ ফাওবদা পানথিবা নিংথৌ। ৪। চুক মুংলহুনা। ৫। মরাম হাওতনা খুন্দাহুনা লৈরবশিংবু শিরসহু হায়হুনা। ৬। খু:গী কুম ১৪০৪ দগী ১৪৩২ ফাওবদা নিংথৌ ওইরম্বা। ৭। চাহুই লৈরোং পাম্বগী মতালোয় ইবাং লাংমৈরেম্বগী মচাহুপীগা।

সা ॥ কাচেং থাঙবুল সেয়া ॥ [১]মালেম মচীং কারকপদা মসল ঙাঙবা পুংতোংববু ॥ মানবী কোনবু খানা কিরমএ । লুরাং সনকোন-ও তৌনা কৌএ ॥

লয়রায় মুংবীমাদি ॥ চাখা য়িনলুবা ॥ লাইজা য়িলহুনবনা ॥ [২]তুবি চউম্‌নবা লাইরেল নাউহম্‌নবা ॥ লেমলৈ ঙাহৈ তানবদা ॥ থোত্থু নুংপাকথক্তা ॥ বাংলৈ য়ুপান হুননৈএ॥ য়ুপানফম-ও তৌনা কৌএ ॥ তোরয় নমসাংমাদি ॥ খোয়নৌ মুংবাল চনু মতা তক্কমানা ॥ কোরৌ নোংগারকঙৈদা পামেপ উ তেংঙৌ খাংচেংববু পোমঙমএ ॥ কৌবা [৩]তেংঙৌপোক-ও কৌএ ॥ কৌবা মদাই-মাদি ॥ অসাইঙৈগী কোরৌ খোংচোনম্বুবী মতা তক্কমানা ॥ কোরৌ নোংগারকঙৈদা ॥ খোয়নৌ ইতাসিংও ॥ নমান ইমান মচা চাহুই ওকবানবা তক্কমাদি লাকতরে হায়না [৪]কোংনা কোংনা য়েংলমএ ॥ কোয়রেং অকোং লোক-ও তৌনা কৌএ ॥ কৌবা মদাইমাদি ॥ ইয়িম পোইরৈ মৈতৈনা [৫]কোরৌ হম্না কাং ॥ [৬]কুম্বা য়াইচেং নীক্রবদা ॥ [৭]খাবী চারনতা অমাই খোনফাং লেংবীনা ॥ মানবী হৈরোমকাও ॥ নোংপোক কাসোম সনলাই মানববু ॥ [৮]থংচি য়াতোই-লেন ॥ [৯]বালোং নিঙকোই-ওং ॥ লুকলেন পমনা হানা ॥ বাংলৈ থক্কং তয়না থীং ॥ নানদা তরেংখিন্ ॥ বুরেক তরেং য়ানা ॥ খোইমোম লাই-য়িংথৌ ॥ কৌবরেন অহনবা ॥ তুরেল লুখাইবা ॥ লাইজা য়িথাবদা লাইজা য়িনিফমনে ॥ কৌবা মদাইমাদি ॥ কোরৌ খোংজোমম্বুবী ॥

---

১। অবা বা মরমদম ওইবা চীং কারকপদা। ২। মৈদিংঙুবু চাক অহানবা চাবা হৌহন্নবা। ৩। হৌজিক্কী মতমদা তেংনৌপোকপা হায়না থঙনরিবা মফম। ৪। মঙক থাংগৎ-থাঙ্গক্তুনা চিংনা-চিংনা য়েংলমএ। ৫। কুম অমুক হন্না কাংলবদা। ৬। কুম (চহী) অতুদা য়াম্না বানরবদা। ৭। অমাইবা ময়াম্না খোক্লহুনা। ৮। শাগী শহুম থাঙ্না মকক মকক লেপ্লহুনা। ৯। ইবাল মঙ্গদা থাবৈনা ওৎলহুনা।

খোয়নৌ মুংবাল চম্ন ॥ মতা তক্লকমানা ॥ [১]চীংঙ্ পন্দল্লকপদা ॥ [২]মোমম্ন তমং মখুৎস্নবু খৌকাউরমল্লবগী ॥ হুয়েং কোরৌ নোংনাং-পান্দা ॥ ইম্ন করিনা সিললংনসিবনো ॥ ইমোম করিনা শিল্লান্নসিবনো হায়না সোল্লমএ ॥ তামংপুং-ও খোনবৈএ ॥

হিথেল নমসাংমাদি ॥ অসাইভৈগী মুংবাল চম্ন ॥ খোয়নৌ মতা তক্লকমানা ॥ কোরৌ নোঙ্গারকপদা ॥ [৩]কোরৌ চিন্দুম-চিন ॥ ঋংবল মংদুম মংলে ॥ সালোন মংলোন-রি ও তৌনা কৌএ ॥

হিথেল চংলৈমাদি ॥ লমলেন লিক্লাই পুকফাৎপুং-ও কৌবদি ॥ [৪]মৈতেংঙ্ নাউথিংখোং ॥ [৫]মসানৌ নিংথৌরাংভা ফম্বাল চুম্বনা ॥ মারেম তৌকাই অকায়বদা ॥ [৬]লীকলাং পরেংমাগী তরা চাকরানভৈ ॥ লীক্লাং পুক্তা য়েপ্পা হলবাইরকপদা ॥ মারেম তৌকাই অকায়বনা হুয়েল লানতারকএ ॥ নিংথৌরাংভা লাইপুক-ফাৎপুং-ও তৌনা কৌএ ॥ মোংবা মদাইমাদি ॥ থাংয়ি খেংচোংবা মপারী ॥ চীংচেং নারল পাঙ্গনবনা ॥ [৭]চীংবল পনসাভৈদা ॥ চেংজা লয়ফম পীক্ল-হৌ ॥ মালেম লয়রেপ পীক্লা সেমএ ॥ চীংপল অপিচা-ও কৌএ ॥ খোই-মোম পাঙ্গলবনা ॥ চেংজা লয়ফম চাউনা হৌএ ॥ মালেম লয়রেপ চাউনা সেমএ ॥ চীংপল অচোব-ও তৌনা কৌএ ॥

লয়রায় মুংবীমাদি ॥ অকোং থাংস্নাকপম নিংভোনবী ॥ কৌবা লাংলোইভম্বী ॥ হুয়েল লবাবা ফাবী লমলোইতাই ॥ লমলোই কৌবা ঈ মরুনে ॥

১। লাইবৈবাক লমদা লৈথোক্লবদা। ২। স্নপী ওইবশিংগী লং ল নবা তমং কাউবহৃদগী। ৩। অরাংবা কোবৌথক অসিদা য়াম্না কুনা নোং মংল-ক্লবদা। ৪। খুংগী কুম ৬৮৩ দগী ৭৮৩ ফাভবদা পানখিবা নিংথৌ। ৫। মনাও নিপা নিংথৌরাংভা কৌবা নিংথৌ ফম্বাল কাফম থোকপনা। ৬। লীক পরেং অমগীদমক। ৭। চীংদা পন শাবা মতমদা।

তোরয় নমসাংমাদি ॥ মমা অকোং কয়নেমস্নূনা য়েনবা ॥ থান-দোম্বা মহিংসিন ॥ থমলাং নাউরেম পাম্বা মথুরোন ॥ [১]লাঙ্গোই মোইসা-য়া অপানবা থোক্লরম ॥ থোংনাং সনমপাক ॥ ময়াং হাউপৈ থেননে ॥ মোংবা মদাইমাদি ॥ লমলেন কুরাউথোং-ও কৌবদি ॥ লুংবাল চাহুই লৈরোংপাম্বনা ॥ মালেম মপুংয়াইদা কুরাউ ফানথৌঙৈ স্নুমমাঙ য়েন্হাই থিবাবাগী ॥ লয়হৌ মনিন নাইবনা ॥ চাহুই লৈরোং পাম্ববু ॥ [২]কুরাউ হংনা চননা বাতাথিখিএ চাহুই লৈরোং পাম্বনা ॥ ইন্নুং সোয়য়াইমাদা ॥ কুরাউ হংগ-পু ॥ [৩]অচেন লোকলৈ হৌনা ॥ [৪]সায়বা পনলিংলকপদা ॥ তালোয় মরুম্বী ॥ ইবাং লাংমৈরেম্বা চন্নুগা ॥ মসানৌ লুবাং থোইবা মিংনম মায়নম্বগা ॥ মসন মানবী ঙারা পুংতোংববু ॥ মাঙদা হোইনা ॥ হেম্বা মচীং কারকপবু লমঙক্লরে ॥ মসানৌ অনীমানা থৌহু অমা থাগ থা ॥ পামেল অমা থককা থোংনা ॥ চাহুই লৈরোং পাম্বগী ॥ কুরাউ হংগ-চনববু থোক্লমএ ॥ লমলেন কুরাউথোক-ও :তৌনা কৌএ ॥

মোংবা তোরয় নমসাংমাদি ॥ [৫]মৈতেংঙু লোয়য়ম্বনা ॥ লমলেন বানথূ তেংঙৈদা ॥ কৌবা লোকসামাদা নমনা ফারে ॥ নানম্বলোক ও তৌনা কৌএ ॥ কৌবা মদাইমাদি ॥ সেনলৈ অচানবদি নমদা হুননা লানচেনলোক ॥ পাচা লাঙ্গংনবদি লানকোনলোক ॥ তাউজিং হৈগাং সঙনা য়িতৈলোকনে ॥ মোংবা মদাইমাদি ॥ লাইজা য়িঙৌ-রোক ॥ থোংলেন হেমতৌ তাইনে ॥ তোরয় নমসাংমাদি ॥ অসাই-ঙৈগী লুবাং সিংচা লুমলেন হনবা ॥ পোনবী হুইকৌ নীকপা ॥ সবা

১। শামু ময়া অঙৌবা ফংনবা লম। ২। অঙাও অকৈসিংবু পুন্নবা ফানবা কুরাউ হং। ৩। থঙহৌদনা কম্না চেনথিহ্নুনা। ৪। তিংথং তুম্বৌ মরক ফাওবা লীংলকপদা। ৫। খুংগী কুমশিং ১০৭৪ দগী ১১২২ ফাওবদা পানথিবা মৈতৈ পুম্নমক্কী শিন্বা য়েনবিরম্বা মৈতৈ নিংথৌ।

সিকাই হৌবা ॥ ৱানচে তেনলোং ক্লাময়েংনবনা ॥ [1]তালোয় মরুম্বী লুৱাং সিংমারীং নোঙ্গাবীবু ॥ থনুমন্-চেংমনবগী ॥ কৌবা লোকচুং চঙনা ॥ উচেক লাংমৈ ওইখিদৈদা ॥ তাঙজা মসমচিবু ॥ পামেল উকারক্তা য়েপলম্বনা কৌবা নোংলৈসং ॥ লৈসং তোনলোঙবা ॥ মনা কায়রৈ লিললৈ মানবা ॥ মরী কোরী চিনবুলসা মানববু ওইখিএ ॥ অহুনোংগীবু কৌবা **ময়েপপী-ও** কৌএ ॥ তুরেল লাইজা য়িমরু ॥ লয়রায় মুংবীমাদি ॥ [2]নিংথৌরাংঙা অনারাংঙা মরোৌপাননে ॥ [3]লোয়-য়ম্বা লমখোন পাননে ॥ চুমলাং খোকলোয়পোক ॥ খোইমোম লাইরেমমা ॥ ফিপোৎ নুংথং সুবীদি সুরৌচীং ॥ কুম্বী ফুবাল লোইবী লোইবৌচীংনে ॥ কৌবা নাপোমমাদি ॥ **চাপোকপা চীংনে** ॥ চীংলেন নাপোমমাদি ॥ **নোংদাই পোকপা চীং** ॥ চীংলেন নাপোমমাদি **লিক্লাই উজাউ পোকপা চীংনে** ॥ চীংলেন নাপোমমাদি ॥ থোংনাং মান্দৌরিবা ॥ কৈবাক তামুললং মোমমু স্থনা থাংতিন লংগুম্ববু স্থংচিন্নবা চীংনে ॥ খোইমোম সনা মখোঙথাদা ॥ ৱাকমানা [4]মানবী খুতপনানা ॥ [5]মূকমু লৈতোন কোননা হিথাং-লমগে ॥ খোইমোম লাইয়িংথৌ ॥ কৌবরু অস্থপ্পা ॥ তুরেল লুখাইবা ॥ লাইজা য়িথাবা ॥ চীংঙু অমম্বনা ॥ কোরৌ মথুপ-হে ॥ ৱাংবল মমান হে ॥ পুনসি ইৱাললৈ ॥ অৱাং সক্ক লুতোংলৈ ॥ মেনাং তনবা তুরেং-কায় অঙৌবা ॥ [6]চুবা ঙাইথিং থনবা লৈবু খোইমোম চেংলৌ সকউদা ॥ মালং ফেনচি-ওই ॥ সমু খুৎতা থুমনা লনকুঙমএ ॥ ইৱাকমাদি ইরোক লাইচম য়াম্বা ॥ [7]চীংসাং নাপোম হকপা ॥ পনম লোইখৈ তোনগীবু

---

১। খোংজোমনুবী মতা ঙকী মনুংচনবা লৌশিকাম চনুগী মচানুপী শিমারীং নোঙ্গাবা কৌবীবু লৈহন্নীংদবমক্তনা। ২। মৈদিংঙু নাউথিংখোংগী মনাও নিংথৌ-ৱাংঙাগী লৌফম্বে। ৩। মৈদিংঙু লোয়য়ম্বাগী মতমদা থোলম্বা লমদম্বে। ৪। খুৱাং লোম্লনা। ৫। লৈরোল লৈফাই চন্না হায়গদৌবা হায়বোইদৌবা থঙদনা। ৬। চুবাদা থেৎপদা থনগদবা লৈরাংবু। ৭। চীংশাং নাপোম মশীং য়াম্বা।

হলবাইরকএ॥ থিংলৌ নিঙনা তেনা ওনতেরকএ॥ [১]মৈতেংঙু সেনবী মুংয়াম্বা॥ চীংসোং খুনঙম-লম॥ তাউবা কৌবা হুইমিংনবা॥ মেলৈ কৌবা লৈমিংনবা॥ মেলৈ ফানচা লেম্বা॥ হোংকুরাক লাসোং তাউবা ফানরমবু ইল্লকএ॥ য়োইবু খোইমোম লাইরেমমা॥ [২]কোনলোয় লৈমা খুদোপ চাউবী॥ থিংবাই সেলহোঙবনা পোকপী॥ বায়রা সাকুবী॥ হুয়েল লানকুবী মরমথৈবু॥ থোইনা হুনচিল্লকএ॥ [৩]মৈতেংঙু সেনবী খাগেম্বা॥ থোংনাং খুনঙমথোঙ॥ চৌখোং মিংনাইবা ফানা থোঙবু ইললকএ॥ [৪]মৈতেংঙু লাইরেল নাউফংবা॥ তুবি লমথক সারোনপুং॥ তিঙয়ি বাফোংলাক॥ লাবা নোংলৈফং॥ কংলা থোন তরেৎপু নাতৈনানা মিকোনচিললকএ॥ খোইয়ম লাইয়িংথৌ॥ কংলা থোন তরেৎপু তানা খনবা লাইয়িংথৌ॥ কংলা লয়মাবনা থমকোল নোংলৈ মাবু ওইবিঙমদে॥ কোরৌ মরুম হৈ॥ বাংবল মমান-হৈবু॥ সমু খুৎতা থুমনা লনকুঙমএ॥

ইবাকমানা খোইমোম লাইগী বা অচেৎপা॥ মোংবা তোরয়য়াম্ববু॥ হিথেল চংলৈ খুদিং॥ তোরয় নমসাংমাবু সেন্দনা তেংথাজথিবনে॥ লাইরেন নরাই লাংনা॥ পুনসি নথোঙজিন্দা মিকোনশিল্লকএ॥ [৫]লোননেম ইবাকমানা॥ পুনসি ইবালৈ॥ অবাং শরু লুতোংলৈ॥ চারোল ৫ নেনচিললৈ॥ সুরোল ৬ তানফংলৈ॥ হমু কুরুক চনবনা তেকতৌনা॥ মানলৈ ইরেং কাবনা নৌহৌ-লৈ॥ পাখং অতেং লুহেল্লৈ॥ ফাদরৈ লোনচিনলৈ॥ য়ামদরৈ চাইচিনলৈবু॥ সিঙলেন তোংতম-পুন॥ লৈরাং থয়োম সানা॥ [৬]লাইরেল মোংবা

---

১। খুংগী কুম ১৫৬২ দগী ১৫৯৭ ফাওবদা পানখিবা নিংথৌ। ২। কোনলোয় লৈমা লাইরেম্বী। ৩। খুংগী কুম ১৫৯৭ দগী ১৬৫২ ফাওবদা পানখিবা নিংথৌ। ৪। খুংগী কুম ৪২৮ দগী ৫১৮ ফাওবদা পানখিবা চহুবা নিংথৌ। ৫। ইরোল ইরী শুনা হায়জবা হৈত্রিবা ননাই শৈথাজবনা। ৬। নিংথৌগী শঙ্গাই।

সারোল লপয়ানকাদা হয়িচা হয়া লাউনা কোনচিল্লমকে ॥ হয়া হে— হয়িচা হে লিক্লাই-ও ॥ লাইরিক অসি ইবদি বাকমা সিললৈরোম্বা ॥ থাংজবা পুর্ণসিংনা ইজবনে ॥ গুরু সভা লেংনা তিনবনা ॥ অয়োন-লঙজা লৈরবা ॥ ময়েক য়েকার উকার বাংলববু [1]ক্ষেমা ধর্ম্ম তৌনা ঙাকপিঙমও ॥ হয়ি হয়ি ॥

১। ঙাকপিবা হাযবা ধর্ম্মবু তৌড়না।

---